ফোংজবা : ইমা লেশেম ঈনাং লোইশঙ
বাংখৈ হিজম লৈবক, ইম্ফাল ইষ্ট

অহানবা থোংবা : কমজা ২০১১ ই সেপ্তেম্বর
তাং ২৮, মেনাগা নোংমা পানবা
যুমশকৈশা

মশিং : কপা ৩০০
মখুম : পল্রৌ
মমল : লু: ৩০০

নাইবিক্রী ইক পুন্নমক অফো নগানি

টাইপ সেটিং, অমসুং, নম্ফম :
কমপ্যাটব প্রাইড, বানুপাড়া, ইম্ফাল

## 'লাইগী লিক্লাংসে লিক্লু লৈচলনি'

ঙসি অগষ্টকী তাং ১৮, থবানগীনা ১৭নি পানবা শগোলশেন নুমিৎ, ২০১১ ইং কোবৌনদি যাইফনবা লৈচিলগী মবোলনদি ফিযোম ওই, মীৎয়ম মীৎযে, শাল্লক্লিবগুঁ, তিংথৌ মতোলগী লাইজনা কেন্দ্রিবগুঁ, ওবংগী ফম্পাক লৈকোল, খোযুম মহাক্কীদি খোংদাফম, লাইকোনগী লৈনা থক্রা, কাহদোং ফম্বালনবিবগুঁ, চেক্লা চাগা খোঙ্গেলনা খুল্লং শৈহেক্লবিবগুঁ, মাওইনগী চিনবানগানা লেযে খল্লক্লিবগুঁ, পুক্নাংগী ঈচেলনদি চেন্থবক, খোঙ্গেলনদি পাউখো চন, খোর্জেলনদি পাওখো ফোং। লাইনা শেম্বা মাওইপোক, খোযুম খুশোম যাওদনা থবায পানবা কনাবু শাখিবগেনে? তাইবঙসিনা ঙন্নহোইদকো মাওইপোক, খোযুমগাদি লৈচল লৈগী লৈহি নাইজনা নোযোল্লক্লগীদি চেন্থবক, লৈনাওনা খুজোক যা, লৈযোম ফানা খোঙ্গশিনখি লাইবৈনংদবু চেৎনা থম, লেনম লাইজ লিক্লাদো, খোযুম খশেম লোইহৌনি। কনাদা তাগনি, লাইদা তাগনি, কানদা তাগনি 'লাদা' তাগনি কাওগনু কাওগন মাওইপোক, ঐদি লিখিনি নাবি।

ঐদি লিখিনি নাবি,  
ওইরোইরবনি ইচানা পাউতাক  
ঐনা চৎলি পুকনা,  
ঐনা খল্লি নাখলনা  
ঐনা থিনি পন্থুং।  
ঐনা নুংঙাইনা পুসি  
ঐগা পামজবনা ফংলবা,  
ঐগা খো থা শোন্থানে  
ঐনা শাগংলই নাখল।  
ঐগা পামজবনা থুংলবা  
ঐনা খল্লম্বা মাংখ্রে,  
ঐগী হকচাংসে ঐগীবা ?  
ঐগা নৎতে লৈবিবা  
ঐনা বাইবনি তাইবঙ কুম্মৈগী  
ঐনা শান্নবনে শক্তমসিনা,  
ঐনা শান্নগনি, লাকখিবনি,  
ঐগা তাইবঙ কুম্মৈসিদা।  
ঐগী নুমিৎনা ঙাল্লিবগুঁ

ঐ চাক চায়,
ঐগী নুমিৎনা মন্নিঙৈ
ঐ তুম্মী মন্নবদি।
ঐ চাক চারে,
ঐ পোথানা তুন্নে,
ঐগী মতম চেনখ্রে,
ঐনা মতমবু ফাঙমদে।
ঐগী পুন্সি শাংঙমদ্রে
ঐগী তাইবঙ কুম্মৈসে,
ঐনা শান্নজবদা লোইরক্রে
ঐগা শান্নমিন্নবা মখোয়সু
ঐগা নক্না কায়নৈ
ঐনা উনা কাওনৈ।
ঐনা হাওই খল্লম্বা,
ঐনা পামজনা খঞ্জবা
ঐনা নুংশিনা থমজবা
ঐনা খঙনা লাপ্লরে।
ঐ শিরগা লোইবা
ঐ শুকপাম পামদে,
ঐনা পোক্লিবা য়ুম্ফম,
ঐনা হিংলিবা ফুরুপ
ঐগী লাইনিং ঐগীনি।
ঐগী চৎনবী ঙাক্লনি,
ঐনা নুংশিগনি লোইনমক,
ঐনা নুংশিজবা লোইনমক্লি
ঐ হিংলবনিনা মফমসিদা।
ঐগী লাইনিং ঐনা
ঐগী লাইশোন ঐনা
ঐনা শোনগনি লাইশোল।
ঐ চাক চাবা ঐ লাকপা নৎতে
ঐ নুংঙাইবা খল্লগা
ঐ লাকপা নৎতে।
ঐ, ঐখোয়গী পুন্সি

ঐ, ঐখোযগী শেম্বীবা,
ঐগী পুন্সি শিন্থা
ঐগীদমক শিন্নবীবকপা শিন্থাবোল,
ঐনা পাংথোক্কে লাকপনি।
ঐনা পাঙথোক্কনি শোইদনমক্কী,
ঐ মতেং নীবোই,
ঐ হিংলিঙৈ পাঙথোক্কনি
ঐ হিংলবনিনা ফম্পাকসিদা।
ঐগী নাৎকী চৎনবী
ঐগী লোলসিগী লাই,
ঐ হাযবসিগী অশেংবা
ঐগী লাই হাযবসে
ঐগী থম্মোইগী অশেংবনি
ঐগী লাইশোলসিনা পীবকপা
ঐগী পূন্সি কুম্মৈদা,
ঐগী ফিদাসে পুগনি
ঐ চৎকনি মফমশিংদা।
ঐগী ফিদা ফমগনি,
ঐগী লোল ঙাংগনি,
ঐগী মযেক অশেংবনা।
ঐনা কোইনা চৎলি,
ঐ তাইবঙ কুম্মৈসিদা
ঐ শকক যাবে।
ঐগী লাইনা তাকপীবা
ঐগীনে লাইদগী হৌবে,
ঐগী লাদা চাবে।
ঐসে ঙক্লা পুন্সিসে
ঐসে পোক্লবনিননে শিবা,
ঐসে শিবগা হল্লকপা
ঐ লাইনি লাই।

শগোলশেন, মঙাং পুংজা
তাং ১৮/৮/২০১১

'পন্থৌ'

# ফোঙদোকনিংবা খরদং



খৃ: ১৯৭০ মার্চ ২৮দা তাইবং ফাউখিবা খ্বাইনা মাগী মতিক মগুন শিংথাদুনা পম্থৌ (হিজম রতন) হায়না খুরমনরবা লাইগী মতিক ময়াই উৎলিবা, লাইগী পাওজেলবু হিংলিবা মচা-মনাইশিংদা খঙহনবিরিবা অমসুং ফত্তবা থোক্লক্কদবদগী কনহৌনবা অমসুং ঙাকপিরিবা পম্থৌগী মরমদা খরদং ফোদোক্লবা শিন্নবিরিবসি ইরাইবক ফৈ। তাঙকক ১৩দা ফোটোগা কোন্নবা পুক্লিং হুবা মওংদা লাইফাউ, লাইগী পাউজেল শন্দোকপা, খুরুম্বা লাকপা মীওইগী পুক্লিংদা লৈবদু হান্না খঙদুনা কোক্লবা লংজিন তাকপিবা, বাহৈরোল ৪০ (ঐনা খঞ্জবদা লাইরিকশিগী খ্বাইগী হেনবা মচং), মমিৎতা মচা উবা ফংজদবা মীওইনা খুরুমজরুবদা মচা ফংজবা অসিনচিংবা কয়া যাওরি। হৌজিক ঐখোয়গী ইরক্তা হিংবিরিবা লাই মী/মী লাই নি। খৃ: ১৯৯৫গী লাংবনগী নোংমা পানবা নোংমাইজিং নৃমিৎ (আগষ্ট ২৭)দা ইবৃধৌ শঞ্জেন্সা পাখংবনা লাংওনবনি থাজনরি।

অফ নুঙাইগী ইমুংদা হৌরক্লবসু ঈশ্বর/লাইগী মতি ময়াই উৎলকপদি মীপুম ত্তিংনা খঙনরক্লে। রামকৃষ্ণ পরমহংস, শাই বাবা, রামন মহর্ষিনচিংবা পুন্সিদসু মসুমনা থোকখি। পম্থৌ অসি লমদমসিদা থারক্লবা লাংওন অদু চেৎসনহনলি। লমদমসিগী নাৎকা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মঙাং, লুৱাং, খুমনগী পুংফমগী মফম/মতম লাইশুগী নৈনগদবা লুবাক তাবু মশক ১২, ফিজেৎ, চাকচাগী নিয়ম, চৎকোইগী, খুনুংলোন শৈহেক শৈদা, লাইদা কৎকদবা পোৎশক য়েংবদা মহৌশা চৎনরকপগা চাশিন্নৈ, থৈদোকপা ইন্নৌ নৌবা লায়নীং নত্তে। পুংফমদি খ্বাইনা খঙবদা নুঙাইনবা হৌজিক্কি পুংজাদা লেপথোকপা, ব্রাহৈ ব্রাতাদা বাবা, মমা হায়বা, বামন ওইবা নেপালনসু পম্থৌবু খুরুমজনিংবা লাইরিক্কি লামাইদা ফংই। পম্থৌবু খুরুম্বদা মৈতৈগী ফিজেৎ চাকচা, লাইফমলেন (লুবাং মশাইকোন) লাইখুনতিন্নবা, ইম্মোইনু লাৎপা, শরোই খাংবা, থরোইগী কান্নবা ফোঙদোকসি মফমসিগীদি মফমগী চান্নবনি। নোংপোক অহারাবা - অহারাবি, সনা মহি, লৈমরেল, মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংগী ব্রারী শিংবুনসু লাইরিকশিগী মফমচান্নবা য়াউহনবসি নুঙাই।

লাই/য়াইবীরেন, ঐ হায়বসি মৈতৈ অমা ওইনা খঙদবা যাদে। অনৌবা মহৈ মশিং তম্বা হৌজিক্কি মীওইনা লাই হায়বসি থিজনবা মী কাঙলুপ অমা নোংপোকলমদা খুন্দাই। মখোইগী মচা মশুশিংনি লমসিগী মীওই অপুম্বা হায়না হায়জবগা ঙাওজে। লাইগী ব্রাহন্নোক পন্থৌনা পীবিবিবদি খোয়ুম লাই, মীপুম্বা লাইগী মফমদা মান্নবা, লাইগী মতিক ময়াই অদুতবু য়ৌনবা লাক্লবনি মীখুদিংমক্লা (লাঃ ১৫)। অসুককি মতিক থিনা খেন্নমনবনা হৌজিক্কী নহাবোলনা অহৈবা শারিবশিং অসি লমফৈদি চৎস্রে। লাইখক্তনা মপুং ফাই, মীওইবদি মচেৎ ওইদুনতা লৈ বাফমসি নুংগী ব্রাহন্দোক কুপ্পা নৈনবা চুমগনি।

পন্থৌগী মচা মনাইদা জগোই খুৎথেক তম্বীবা, লৈশেম লোনগী 'শৈহেক উববদা, তাকবদা ঙক্তনিঙাই লৈতে। দুবদশন প্রোগ্রাম, ভূবিজম ফেস্তিবেল, শঙাই ফেস্তিবেলদা উত্থনা খবদি শন্দোকখ্রে। অবোইবদা পন্নীংবদি পন্থৌগা শম্নবিবা লাইকোন, শেমগৎলবা হৈকোল লৈকোন, খোংদাবম্বা মফমশিং অমসুং লাইনা তাক্লম্বা অশেংবা মফমশিং মাংদননা শেমগৎ শাগৎপা মতম চপচাবে। পন্থৌগী বেকোড় ভৌহৌবা পাউভাক, পাউজেল অমসুং পীবম্বা পাউজেলগী মবমদা মচা খাইনা, মথং মনাউ নাইনা লাইবিক খবা মচা মন্নাইশিংনা ফোংহনবসু মতম যৌবে। লোইশঙ নত্রগা ওফিসনচিংবা শেমগৎলবদি মতমগী যাওন্দা চংখ্রবশিংদগী কলহৌবা ঙমগনি খনলি।

নোংমাইজিং
তাং ১৮ ৯ ২০১১

পদ্মশ্রী ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ
M A LL B PHD
D LITT, I A S, I R A S
গবেষনা ভূষণ/আচার্য্য
Ex Education Director (U)
Government of Manipur

## 'খঙনিংবনা হংউনে'

### হায়বা লাইরিক অসিগী মরমদা ঐগী মত খরদং থমজরি

লাইরিক অসি মেরা নোংবা পানবদা মীয়ামদা ফোঙগদৌরিবনি। মসিগী চাউরবা থৌদাং লৌরিবা ইমা লৈশেম কলচরেল ইনষ্টিট্যুটপু থাগৎচরি।

লাইরিকসি পাবাদা য়াম্না নুংঙাই, অদুগা পন্থৌগী মরমদা খঙনিংবা খঙনিংঙম্বা, লাংতক্লরম্বা, চিংনবম্বা, থিজিন্নংবা, উনিংবা হংনিংবা কয়াগী লমজিং লমতাক লাইরিক অমা শোয়দনা ওইরগনি। বাবা ওইবা কয়া, মমা ওইবী কয়ানা মতম শাংনা পন্থৌগা তাইনরকপদগী ফংলকপা পূক্লিংগী ওইবা অঙকপা থৌদোকশিংবু মায়ামদা পাউদমবনি। পন্থৌগী থৌজাল ফংবদগী অনাবা ফখিবা, থবক অমা হিদান্নরকপদা মাইপাকখিবা, পাবি ইমোম কয়া পূক্লিং চঙনা নিংজবদগী পবিক্ষাদা মকোক থোংখিবা পুম্নমক অমত্তা চিন্থদনা পাজরে। য়াম্না নুংঙাই, মীয়ামসু পাহন্নিংই, করিগুম্বা মতাং খরদদি মিত্তগী পি তাবা যাওই, তুজুংবসু ফাওই। লাইবিকসি পারগা মীয়ামগী মতসি নৈনদুনা য়েংবদা পন্থৌ পন্থৌ হায়নরিসিদি অসি ওইরেকো অঙকপনি হায়না খল্লি।

পন্থৌগী গুণগী মরমদা মামা, বাবা, মচা ওইবা ওইবীশিংনা অসুম্না হায - মিৎনা উবা লাইনি, তাইবং মীরোল ঙাংবা লাইনি, অনীঙবা পুম্বা পীবিবা লাইনি। লোইনমক অচুম্বা ঙাক্তনি হায়না ঐস্ য়াজৈ-নিংজৈ লাইমক্লি খন্না পন্থৌবু, ঐদি পন্থৌগী মশাইকোন্দা নিতিগী চচবা নত্তে, অমুক্তং উন্নবদা নুংশিনবা হায়বদুনি। ঐগীদি তুম্বা-চাবদা থবক অমা তৌবদা, ব্রাখল খনবদা থম্মোই অনী নকশিন্ননা লৈবদুনি। পন্থৌবু খঙবা হায়বসি লাইগা মীগগী মরক্তা লৈবা পারবা পর্দা অমখক হায়দোকপনি। নক্লবা মীতনা লাইবু খুৎনা লাম্বা ফংবনি নক্লদবা মীনদি মপোক অমা হোৎনরবসু ফংবা ঙম্মোই। মেরাগী পূর্ণিমা থাজদা য়াম্না ইংনা মেংনা ফজৈ, অদুবু মপান থোকপা তনবা, লেংনিংদবা মীদুনদি অশুক ফজৈ হায়বদো খঙবা ঙম্মোই।

লাইরিক অসি পারুবদগী ঐশু পন্থৌগী মরমদা খজিক্তংদা ওইরবসু হায়নিংবগী ঈথিল অমা ফাওরকই - ঐগীদি অমক্তং উজবদা ঐনা খঙখিবা অদুনি পন্থৌগী ইংবা তপ্পা, চীংলেম্বা, মোংহাদবা মতৌ অসিনা থাবুম তরানিথোইগী মনুংদা হিয়াঙ্গে থাগা পাংখক্লি। হরাও তয়াম্বা, মোমোন মীনোক্কা ইরোইনদুনতা লৈবা মাইথোংদা ঋতু লক্তগী অথোইবা বসন্ত ঋতুগুম্বনি। মতম পুম্বদা ঙাংথোকরকপা, শকতোরকপদা খোইথুম্নবা য়াবা খোঞ্জেল পুবা অথোইবা গায়ত্রীগী মশকনি।

পুক্লিংগী অমম্বা কোকহনবিরিবা অয়ুক্কী মেংলবা মঙাল পুবা মঙাংগুরুনি। লুনা ৱাংনা মঙালগী মপৈবু ফাজিন্দুনা তাইবং জীবশিংগীদমক থন্নিবা লুৱাংগুরুনি। সনানা মহী চেল্লবা মঙালনা তাইবং পুক্লিং শুমহৎলম্লগা মঙাল পুম্বা খুমজিন্দুনা অৱা পোত্থাহল্লিবা খুমনগুরুনি।

নিতি নুমিৎ খুদিংগী মীওইবা জাতিগীদমক অচুম্বা, ফজবা, কান্নবা ৱা কয়া চোকথবা লৈতনা ঙাংলিবা অফবা পাউতাক পাউজেল কয়া লেপ্তুনা থৌজাল ঈরিকখিকপগুম খিকপিরিবা মী অদো মপান্থোংদা মীওইনা উববসু মী নত্তে লাইনি। পন্থৌ মী নত্তে লাইনি, পন্থৌগী ইশায়কোনসে লাইফমনি। লাইনা তত্তনা পাউজেল্লিবা মফম অদু পুণ্যগী মফমনি,মফমদুদা পাপ চংদে। শুকথরগা লাকপা খুদিং মোমোন নোক্লা হনখিবা ঙাক্তনি। লাইরিকসি পাবিয়ু, থাজদবা বাখল কয়া মাঙখিদুনা অনৌবা খঙনিংবা, উনিংবগী লাংতক্লবা অমা শোয়দনা ফাওবক্কনি। পন্থৌ লাইনি হায়বসি লাইরিকসিদা মীপুম খুদিংমক্লা ইবিবা থেংনৈ, ঐস্ পন্থৌবু লাইনি হায়বসি য়াজখ্রে। হৌজিক্তি পন্থৌগী মরমদা থম্মোই লীরোন থোক্তুনা পন্থৌগী ৱারীরোল অরুববু তুরেলনা তোরৈ তুথুপ নাইনা চেনবগুম পন্থৌগীসু শথেক ফিদুপ নাইনা লৈদো, পন্থৌ কনানো খঙবদা, থিজিনবদা খন্ন-নেনবদা, লংলা লংজিন ওইবা য়াবা বাফম খরদং থমজগে লাল্লবসু ঙাকপিয়ু বারীগা চানৈ চুনৈ হায়না লৌখৎচবনি।

লাইরিক অসিগী তরাশুবা মতাং অসিনা পন্থৌবু লাইনি হায়বসি য়াম্না ময়েক শেংলে করম্বা লাইনো? "য়েংঙমদ্রবা থৌদোক্লি, খাংঙমদ্রবা চৈনানি। তাংজাগী শথেক ফিদুপ্পা ওন-থোইনা, লৈন-থেক্লা চৎলক্লে।" অমুবা ফিজোন্নরক্লে।

মসিদগী অমুক মখা তারকই - "মপু ঐগী মীরেল শক খায়নে নৱা পারিসে।" ৱাফম অসিগা মরী লৈননা অরীবা লাইরিক্তগী ৱারম খরদং থমজগে। অতিয়া গুরু সিতাপানা অহাংবা তরংদা কোরৌ মালেম

অনী মচা নুপা আসীপাদা শেমহল্লে। মপন গুরুসিতাপানা ব্রাচুমলকএ। পারি আসীপা চীঙপন খমোন আঙল্লা ঙন্না শাৎফাপা নঙতী চোয়নৌ সনা চীং ময়াম থিংকুরুম চীঙ, চীঙলেন নাপোম তরেৎ তিনপাতা য়োৎপী হুইরেন ওইনা তাইপঙ নোঙসাপানবু নতোম ঙাকচালৌ-ও। নপন ঐতি মাল্লেম লৈহৌরোন তরুকমা, লৈপুরোন তরেৎমাতা তীনকোং লাইশ্রা য়াহিপ্পনা মাল্লেম লৈফনুংতা য়াতারু লাকে হায়না পাউমেল্লাপাকা সনা ফম্পাল্লাংকি মপারি পাখঙপাকা কোরৌ নোংলাংপানকি য়োয়পু নোংথাঙ লৈমাকা খোইয়ম মখোয় অহুক্কাতী হাওচেঙ খোনরোয়না মচেঙ হকমা ওইনা তাচিন্নরে। খোইমোম পায়মা উনকোয়নুংতা নীঙখনখি-এ। মাল্লেম লৈখানুংদা অংকো মপান থাকে হায়পাকিতমক সনা ফম্পাল্লাং অব্রাংপাতাকি মাল্লেম কংলৈ ময়ায় খায়না খুনতাখিরপাতা খোইয়ম কোল্লোয় মিমিংথোংপু মাল্লেম লৈফু নুংতা য়াতারে হায়পাকিপু ‘‘লৈনুং লোঞ্চা পাখংবা তৌনা কৌয়ে। মাল্লেম লৈফনুংকি খোইয়ম লৈনুং লোঞ্চা পাখংপাকি চীঙঙু লাইরী আরুপতী লৈখিসুনো। অসাইঙৈকি খোইমোম মাঙোন্তা হঞ্চিনপা চীঙঙু মাঙোন্তা তেচিনপা তম্পা অপুম অরাপী খোইমোম লাইহরম্মাসে লিলা সানওন য়ামপীনি হায়রি - শোমদসু পলেম ইমা হৌ লৈমসে শায়োন লাংওন য়াম্বীনি হায়না লমায় ১৫৬তা শৈথারি। অমুক পম্মৌসু অহানবদা পারি হায়না শাফোংলে মথংদা শঞ্জেন্না পাখংবা হায়না তুম্বী শাথেক শকওং লৌদুনা লৈরম্মী, হৌজিক্কা খ্বাইগী ‘পম্মৌ’ ওইরিবসে লাইমরু অচীপানা মাল্লেম লৈফনুংতা লৈনুং লোঞ্চা পাখংবা হায়না য়াতাখিবা খোইয়ুম মগুণ চাউবা মাগী য়াথংনা মাল্লেম লৈশেম্বনিদো, নমু পোংলিংগম্নি তল্লা উ থাপা পামেন উরিংপা মাগী চীঙঙু মতিক অরুবা খোইয়ুম মপাউ অতাংবা তাইবংদা পাউজেল্লুনবা পারি ওইনা লাংওল্লকপনি। পম্মৌবু মিকোল থাগোম্নৌ পুন্সিগী অব্রাবা কোক্কনি। পম্মৌদি লাইনা লুবা লাইবাবু খঙবনি। পম্মৌগী মনাক নক্তবা মীনা পম্মৌ কনানো খঙলোই, তাইবংপানগী মপুনি। ঐনা খঙবা খরদং - ফমলিবা খুৎফম, য়েংলিবা মিৎয়েং, হকচাংগী শাথেক, নোকমিবা মতৌ, খুৎশা হাইবা, চুকোইগী শাথেক-তাংজা লিনগী শথেকনি, শেৎলিবা ফিজেৎ মতম অহমগী মশকপু উৎপনি, ফু কামলিবা খুকাম, পুন্নমকসি কুপ্না তেল্লবা মতমগী মনুংদা য়েংজরগা লাংবন নোংমা পানবদা লাইওইরকপা ব্রারীগা নৈনদুনা প্রমাণ তৌদুনা য়েংবদা চীঙঙু লাইমরু লৈনুং লোঞ্চা পাখংপাগী মতীক অরুববু নুংদা ফুম্না মীওইপোক্তা চীঙঙু লাংওল্লকপনি হায়না লৌবা য়াই।

অমুক্তসু গুরুগী হকচাংগী পুখোকখিবা গুরুগী হকচাংদা তেচিনখিবা অদুগা লুরবা থৌগাই থৌরম কয়াদা গুরুগা অমত্তা ওইনা তাইবং খুম্ভিংনবা মাল্লেম লৈশেম্বা মাত্তামরিবা অপুন্বী-ও হায়না গুরুনা মিথৌরিবা ইমাগা মণ্ডিক ময়াই চাউরবী থৌ লৈবা ইমাগা থৌগাই থৌশিল মায়ে অমতনি, শানওন মাগী গুঞ্জনি। পদ্মৌনা লৈবা মফম খুদিং হৌ ইমাসু কুপ্না শেম্মদুনা লৈগনি। গুরুনা লৈবা মফম পুম্নমক্কসু কৈপাক তাবুল লংকুম, মোমনু সুনা থাগুতিল লংকুমনা - তাচিন হৈগী চীগু অপুন্বীনি হায়রি, অনীমক যায়ে।

পৃথিবীদা শক্তি লৈরবা ঈশ্বরগী থৌদা পাংথোক্তমবা ভগবান রাম, কৃষ্ণ অমদি অতৈ কয়া অবতার থোরে। মখোয়না লাইনি হায়বা খঙনবা অঙকপা থৌওমরবা শিক্ষা কয়া পাংথোকলে, লোইনমক হনরে। যুগ কয়াগী মমাংগী রাজীনি অদুবু কাওবদি য়াদে, অচুম্বা কয়া য়াওরি মখোয়গী রাজীদা। থৌক্তিক ঐখোয়না কুম্মাথোক্তবা শতাব্দীদা শাগোমরিবা লাইদি পদ্মৌনি হায়বা রাজম থরজি থমজরগা ফেমশিল্লরে। মতম অহমগী শিক্ষা থৌরমসু ওক্রিবা লুরবা লাইদি পদ্মৌনি। মতমদগী হেন্না তাংবা লৈতে, মতমদগী হেন্না লুবা লৈতে, খোয়ফমবসি মতম মানি, মতমবু কুপ্না শেম্মরিবসু পদ্মৌ মাতনি। হায়মিংবা কয়ানি, ইনিংবা কোক্নাইনি, শকপদা লোইরোক্ত পদ্মৌগী গুরুনা রাংখিবনা। লাই রিক অসি পাবীরগা চুমথাং মখোং ফংবগুম শোয়দনা নুংঙাইবা ফগুগনি। থৌজালবীমু পদ্মৌনা।

তাং ৮/৯/২০১১ ইং

ঐচ. রাধাকান্ত সিংহ
হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট
মণিপুরি বিভাক
জি.পি. ৱিমিন কলেজ

# পুক্নীংগী পাউদম

মপাল নাইদ্রবা পাক্নবা ঈপাককুম, হাংলবা অতিয়াগী লোইবা নাইদ্রবা মীৎয়েংগী পনথে লৈতবগুম 'পম্বৌ' ইপাগী হ্নারিরোল, পাউতাকলোন কয়াদি লোইবা নাইদ্রি। শুপ্নতগী তেল্লবা পুন্সি মতেক খরা অসিদা থেংনজরুবা, উজরুবা, তাজরুবা খরা খজিক খোমজিনবা লেংশিঞ্জবগী থৌদাদু লৌজবনি। থোইনা হেন্না হৈথোই শিংথোইবী অমসু নত্তে, গুসিফাওবদা ইশাগী ওইবা হ্নাখল্লোন্দা শৈরেং অমা, হ্নারেং অমা ইদুনা ফোংদোকচবা লৈজদ্রি। ফমথোল অমা কাগনি, মীংচৎ অমা তামগনি হায়বগী হ্নাখল্লোনসু লৈজদে। শেমজরিবা লৈচল অসিনা 'পম্বৌ' ইপাগী মতিক ময়াই অমদি লাইফমলেন অসিগী নুংগী ওইবা লিক্লম কয়াবু গুসিগী মীরোল অমগুং তুংগী মীরোলগীদমক থঞ্জদুনা লেংশিঞ্জবনি। লৈরাংগী লৈশক্তি মখল-মথেলনি, লেংশিঞ্জবদা লৈরাং লৈশাক ওন্নখিদুনা লিক্লাংগী লৈখল ওন্নখিবা, কায়খিবা য়াওরোই হায়বা গুমদে। অশোইবনা খল্লবা তাইবঙনি, অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তা, তাইবঙ মীওইবা করম্বনবু লানখিদবা শোইখিদবা য়াওবগে? নীংজরুবা, নুংশিজরুবা, লাইফমলেম অসিবু কঞ্জনীংবদগী হকত্রবা লাইওইবা 'পম্বৌ'গী মতিক ময়াইবু মচা ওইবা ঐনা লেংশিঞ্জর্বনি। খুঞ্জিনবতনা হ্নাৎলবা, অকাওবনা হেক্নবা পম্বৌগী মঙ্গল নাইদ্রবা বারিরোল কয়াদুগী মরক্তগী অপিকপা খুৎশা মচা অসিনা লৌখৎচবদা য়াওরকপা খরা খজিক অদুতনা লেংশিঞ্জবা লিক্লাংনি। করম্বা বাহৈ রোলবু ফজে ফজদে হায়দুনা তুংওইনরমগনি, হাপর্চরিবা রেন্দায় অসিনা মতিক মপা চাদবদগী নানথহৌবনি। লেংজরিবা লিক্লাং পরেং অসিনা লোইব্র? নত্তে, লাকখিনি মথং মথং ঐ, নহাক, মহাক অমনা।

লাইরিক অমা ওইনবা হোৎনবা হায়রবসি অরাইবদি ওইরমদ্রে। শুম্লমক লাইওইবা 'পম্বৌ'না থৌজালবীরবসু লুরিবদি শেমজিঞ্জ-গদৌরিবা, লেংশিঞ্জগদৌরিবসিনি। হ্নাখলনদি শাগৎপা লোইরে,

চে-কলম পায়খৎলি হেক্তা য়াদে, কলম ময়েক থোকউ, চৎলু য়াদে। অরোইবদদি ঐগী ব্রাখল্লোন, মংজবা মংলানশিং পুন্নমক ইপুরোইবা অমশুং ইচানুপীগদা তান্নজরে। ইপুরোইবসু করিসু খঙজবদি নৎচদে, পস্থৌবু নীংজবা মচা অমা ওইবনিনা ঐখোয়নবু করিবু হৈরুদোইনো লাইওইবগী থৌজালনি হায়দুনা 'পস্থৌবু' থম্মোইদা চেৎনা থাগোঞ্জরগা চে-কলম পায়খৎপা হৌজে। ইচানুপীনসু লাইরিক মনুংগী ওইগদবা মওং-মতৌ কয়াগী ব্রাখল্লোন পুথোকপী। ইপু-ইনায়, ইচানুপী ঐখোয় অহুম চংনা লাইরিক অমা ওইননবা ব্রানা হোৎনজে। মীয়ামগী পাম্বা, পামদবা, থিবা, ফজবা অদুদি থোইনা খঞ্জরুদ্রে। সুপ্নতগী ঐনা থেংজরুবা, ফংজরুবা, তাজরুবা খরা অসে মাংখিবা তারে, লাইরিক ওইনা লৈহৌরগদি ফগদ্রা খঞ্জবদগী ফোংদোকচবনি। নুংশিরবা তাইবঙচা, লাইওইবা পস্থৌবু নুংশিবীবা কংলৈ লমদমসিগী মীপুম খুদিংমক্না অশোইবা অরানবা কয়া য়াওরবসু করিসু খঙজদবীনি খন্দুনা ঙাকপীয়ু।

নিংথৌকাবা

২২/৮/২০১১

থৌদা লৌজরিবী
অহৈবম মেধা
সেক্রেটরি
ইমা লৈশেম ঈনাৎ লোইশঙ
ব্রাংখৈ হিজম লৈরক

# ফোংজবগী ৱারিরোল

মীবোলচৎ, লাইবোলচৎ অনিগী লংতাযলক্তা ইচেন্নকরবা ঈবৈগী মীংথোল ফংজকববা 'ইমা লৈশেম ঈনাৎ লোইশঙ'গী বাখল্লোন পুক্লীংগী লাবৈ নাওযোমগী কিশিসে থোকচগেকো। মীমাং থোক্লা হাইদোকচগে পাবীযুকো মযেকলোন, চাংশিনবীযুকো পুক্লীংনা, মীৎযেংনবীযুকো মীৎয়াসিমক্লা। ঙসিসে হযেং ওই, হযেংনা নুমিৎ ৭নিগী খোংচৎ নুংদা তিল্লস্মী। তনংগী যাংদৌ খোংজেলদা ঈবৈগী ভূথুপকী তুবৈদো, খঙহৌদ্রবা মীকুপতদা তিংথৌ মতোন্দা পকপা লাইজগুম তক তহেন্না ঙাল্লম্বা, নুমিৎকুম্না, থাগুম্বা নকশিল্লকইদো মীকুপতো, শবানগী চেংলৌগী নিংথীবা নাহগা খোন্তোক্কী খোইথুমনববা হৈথেল লৈথেলগী লোইপোৎকী লোইনামদ্রবা অমখক্তমক উখি। বাহেগী মযাই মঙালদি খুদক্তা ফুং ফুং হযনা ঙাল্লকখি। খুকউ লৈতাবম্বা কযা পামজবা পুক্লীংনা ফংলবা মতম মংলোক্কা লোইনানা হোক্ত গা নংমদা ইযাইথক্কী কোঙ্গোলনা চেন্তনগুম অসুম মাসুম চেংখি। মাকুপতুগী খোংথাংদো তুংহন্ননা খল্লকই। চৎনখিবা পুম্মনকশি, অসিনা শোন্নগদৌবিবসিবু কৈদৌঙৈ ফাওবগীনো? ঐখোয পম্মক্লা কৌডবিবা পন্থৌ হাযবসিনা কবম্বা শক্তম? লোইখিগনিকো শঙ মগা শানংনসে, মাওইপোক্কা লৈচলদা নোকচবম্বা ঐখোযসু কাওর্খনিকো মযাইগা নাবি লেহৌগনিকো পাউতাক্কী মযেকসে, কৌনগনি নযেংগুদা হা 'পন্থৌ' মযাইসে অঙকপ অথোইবনি, মসিমক্লা ওইনবিবানকো লাই হাযনা। লোইখিনি খল্লম্বা বাখল তাইবঙ এখোযখক্তনা মাং থাদুনা চৎকদৌবি, লৈহৌগদৌনিবানকো লাই লাই, লাই লাই হাযনা হাদা 'পন্থৌ' লাইওইবা।

মথাই থাযনগাদি বাবিবোল খক্তং, ঙসি ইমীৎনা উববা খুদম চাংদম ফংলবা কযা-কযা, মীকুপ খবা খজিক্তনি লৌশিনজবিবা। কখোকপনি খঞ্জববসু খোংজেলসিনা তাইবঙগী ঈবৈগী নাওযোম্না যোমশিনখিদুনা থাংদোকপা ঙমদ্রবা ইখোং অসে থাংমিন্নবনি মীকুপ অমত্তং

মীয়ামগী ৱারিলোন মহাক-মহাক্না নীংজবা। 'পন্থৌ'গী ৱারিলোন খোমজিনবা ঙমজবসু পন্থৌগী, থৌজাল মপুং ফাহনবসু 'পন্থৌ'গী থৌজাল। খোভজিননীংউবা পোকপসু 'পন্থৌ'গী থৌজাল, লাকপীরিবা মীয়ামশিংসু 'পন্থৌ'গী থৌজাল, লাইওইবা পন্থৌগী থৌজাল নত্তনা কনাগুম্বগী ৱাহৈ মচেৎ অমা ফাওবা য়াওজদে। পন্থৌগী হৈনা ভুংইঞ্জগে হায়না 'খঙনিংবনা হংউনে' হায়বা লাইরিকসে মীবোলচৎ কয়া কয়াগী লন ওইহৌনবা 'ইমা লৈশেম ঈনাৎ লোইশঙন'না ফোংজবনি। অশোযবা অরানবদি খোয়ুম লাইগীদি অমত্তা য়াওজদে, তাইবঙ ওইবা ঐখোয় খক্তনা লানগদবনি। লানদবা ঙমদবা তাইবঙ ঐখোযদা পাবীরিবশিংনা অশোয়বা, অরানবা কয়া য়াওরবসু তাকপীরকউ, শেমদোকচনবগী খুদোংচাবা লৌজগে। ১৯৯৫ ইং, লাংবনগী নোংমা পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ খুমনগীনা পুংজা ৯:০০ দা শাফোংবীরকপা 'পন্থৌ'না নোংমর্গা মঙাং, লুৱাং, খুমন মতম অহুমবু চেৎনা চান্না থাগোন্নদুনা তাইবঙ চামা চামানা খুজিং ওইরিবসিদগী লৌখৎচরির্বসিদি মীওই মশিং খরা খজিক্তনি। লৈবাং চবুন অমখক্তী মরক্তগী লৈনা অমগুম মথংগী ফোংজবা লাইরিক্তী খুনমদা লৈরাংগী লৈচল অমুক শেমজগে ৱারৌবীরোই পুন্নমক্না।

ইরাই,
২/৯/২০১১

ইমা লৈশেম ঈনাৎ লোইশঙ
বাংখৈ হিজম লৈরক, ইম্ফাল ইষ্ট
মণিপুর

## ''পন্থৌ''

''যাইবীবেলগী পোথাফমদি পন্থৌগী নাক্তা,
যাইবাবেলনা লাই নীংঙকউ, যাইবীবেলনা উগদবনি।''



(শক ১৯৭৫, লা.বনগানা নোংমা পানবা নোংমাইজিং,
অগষ্টকা ৩০.২৭, খমন পুংজা ৯: [illegible] তাবদা শাফোংলকখি ''পন্থৌ''

ইঙা [illegible] লাইরেম্বীপাল [illegible] খিবা, লমতা থাদ
[illegible] ১৯৭[illegible], লমতা ১ নি পানব
[illegible] ৮ [illegible] ১১ দা [illegible]পাল ফাওবকখি। লুবাং

ইশায়কোন, হিজমগী ইপা ইবুংঙোগী মীংলেন হিজম বাবু, ইমা ইবেম্মা মেম্মা, মচানিপা ৫, নুপী ১ নুপা মঙাগী মরক্তদি খুয়াইনি - মপারি, অপোকপা অপোকপীগী মীঙ্গৌনবদা মপারি হিজম রতন। খঙহৌদ্রবা মীকুপ অমগী থৌদোক্লা তাইবঙ ফাওদোকখ্রে। মী ওইনা পোকপা মপোক, লাই ওইনা লাংওল্লকপা, পন্থৌ ওইনা অমুক শায়োল্লকপা, শুরেদনা মপোক অহুম। নুমিৎতো ১৯৯৫গী লাংবনগী নোংমা পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ, নুমিদাংগী পুংজা ৯:০০ আগষ্টকী তাং ২৭ শাফোংবিখি ইবুধৌ শঞ্জেন্না পাখংবনা মালেম ফম্পাকথকসিদা, লাইগী মচা পারি, খোন্থোক নুংশিবা ইপাগী পারি, ইমাগীদি পারি লাংওল্লকখি তাংজা ফিদুপ পাফল্লক্তা, মীওইবদা নৎলমদ্রে লাইগীদী লাইপোকনী। লাইগী মচা পারি, মী মচেৎ, লাই মচেৎ ওইনা ব্রাংখৈ হিজম লৈরক ইম্ফাল তুরেলগী ব্রাংমা, মৈহৌফম লম্পাক্কীদি মমাং য়াইরিপোক রোদকীদি তাজিন। নুমিৎ থোক্লে, থা থোক্লে, লমলেন অসিগীদি ইরমদম, লাইগী লৈপাক লাইরৈপাক লমদম লমনুংশি নুংদনা লাইনিংথৌ সনামহিনা শাগোন্নবা, পান্দনা পাখংবনা লৈশেম্বা, শলাই শুনা য়াথোকফম ফৌগৈ চেংগৈ, শীংগৈ চোন্না শৌগৎফম, ঙাহোংবা-চাকহোংবা, হিরৈমা য়াইরৈমা, হিক্কুবী-য়াইকুবী, লনকুবী শৌগৎফম, ইরোল-ইয়েক খোন্থোক লৈবা লম, লৈপাক নিংথৌ পানবা লম, ভারতকীদি নোংপোক চীঙ্খেগী চিদায়দা ঙান্নলম, সনা লৈপাক মণিপুর, লাইপোক্লে মীওইপোক্তা শাফোংলে, খুঞ্জাও লৈচাওবা ওইরে, মাংলুরবা তাবু পুয়া পাইশল্লক্লে। নমহৎলুরবা লাইনিং, য়ৈশিল্লম্বা চুক শৎলক্লি, ওইনা লৈশিল্লম্বা পরৈবু য়েৎনা হন্দোরক্লে, য়েৎনা লৈশিল্লম্বা ওইনা হন্দোরক্লে অশেংবগীদমক। ইপানা ইপূনা চৎনরম্বা লাইনিং লাইশোন্দা ঙাল্লরেনে নৌহৌনা অমুক ইরমদম পোক্লফমসিদা। শাগৈ-শলাই পুল্লরে, পুক্লীং খুদিন্নরে, য়াইবীরেল শকখঙনরে, ইপা-ইপু পোকপা ‘‘পুরেল লাই’’, ইমা ইবেন পোকপা ‘‘ইবেল লাই’’ অমত্তা ওইনা খুন্থোক্লে।

‘‘পন্থৌ’’ মীওইবগী মরক্তা পোক্লবসু মীওইবগী ইরাই যাওরকখিদে। খোয়ুম লাইরোলসু খঙলকখিদে, নোঙ্গাখ্রবা অহল লমনগী নুংশিবা মৈচাক, মীওইবগী চৎনরোল থকশি থৌগায়রোল,

লৈকায় ব্রাথোক অচৌবা, ইব্রাই-ইনিল হরাও মথোই কাবা য়াওরকখিদে। শিংথানিংঙাই ব্রারিদি মাইকৈ মরিগী মৈখু চাদ-লৈতা, ঙম্ন-ঙম্নবা শু-নোম্বা, চরৈ মঞ্জুনরবা পুম্নমশিং অদো-শিংথানিংঙাই ওইরক্কনি। অইবা লাইরিক্কী ময়েক তমজনিংবনা ব্রাখলগী মৈচাক নিংশিংঙুবদা হেন্না ইহৈ তমনিংবগী মৈচাক্তি লেপতনা ঙসিসু ইথিল অদুমক পীরি।

"পন্থৌ" ঙসি ঙসিমকসু মালেম ইমাগী তম্পাক্তা মীয়ামশিংগী মরক্তা লোইনদুনা নুংশি-চান্ননা হিংলিবা পুন্সি অসিসু কাওথোকপা ঙমদ্রি। নুংঙাইবগী পনখৈ য়ৌখিবা মপোক্তি নৎখিদে, অব্রাবগী পন্দোন য়ৌবসু লৈখিদে। মীওইবগী মপোক, মী ওইনা নুংঙাইবগী পুন্সি, নিংতম্বা পুম্নমক লাংবনগী নোংমা পানবা পুংজা ৮:০০ খরা হেল্লকপা মতমদুদগী লোইখ্রে। মী ওইনা পোক্লবসু লাইওইবগী পাউতাক নত্তনা নিংতম্বা মালেম ফম্পাকথকসিদা খোংদাফম লৈখিদে।

'পন্থৌ' গী লাইফম লাইরিক্কী তম্ফম নত্তে, লাইশুগী তম্ফম ওইরি। নিজরুবা, হংগৎচরুবদা তাকপীরক্তবা, থৌজালবীরক্তবা লৈতে। ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা তাবু লুবাক ময়া কাবা হৌরক্লে।

১. লৈশেমলোন
২. শেনমিৎলোন
৩. লাইশুলোন
৪. য়ুমশেম- কৈশেমলোন
৫. শাজেনলোন
৬. শাজৎলোন
৭. চাকচা লোন
৮. য়াহীপলোন
৯. ব্রাঙাংলোন
১০. থকশি-থৌগায়লোন
১১. লাইনিং-লাইশোন
১২. পাউরৌ-পাওতাক্লোন

অসিদসু নত্তনা কনা অমনা শৈরেং, চৎকোই, ঈশৈ লিলাগী স্ক্রিপ, ড্রামা, ফিগী ময়েক, ফনেক ময়েক্ল চীংবা কয়ানি নিজরুবদা থৌজানবীরকখি।

মৈহৌরোল লাই হাক্তক্কী ৱারিরোল লিক্লম্মা লাইগা মীগা ৱারি শান্নরম্মী। লাইওইবগী মতিক ময়াই খণ্ডবা ঙম্বা অমাইবা অমাইবী হায়না শকখণ্ডনদুনা মীওইবগী থৌনি ইরাৎ কয়াদা শিন্থা পুদুনা লৈনরম্বা কয়াগী শক্তম, ঙসি মীওইবা ঐখোয়গী ইরক্তা মী ওইনা পোক্লুনা শাইওনবীররে। তাংজা লিল্লাই পাখংবা, মীওইবগী শক্তম্না মীৎমাংদা উহন, য়াইবীরেলগী মতিক ময়াইদুনা নুংদা থম, অনিমক পুন্দুনা মীওইবা ঐখোয়গী অৱা-অনা কনবীরম্বা নোংমগী খোংচৎ কয়াদা মঙাং, লুৱাং, খুমন (অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং) মতম অহুমসিবু ঈরাৎ থৌনি থৌগায়দুনা খোয়ুমগী মতিক ময়াই মঙাল পীবীরক্লুনা তাইবঙশিংগী অৱা-অনা কনবীদুনা ঙসি ফাওবা শিনবাংবীরক্লি। মীওইবশিংগী পুক্লিংগী অপাম্বা মানা মানা নীংজবা কয়াবু ফংহন্নবগীদমক্তা পন্থৌ লাইওইবগী খোংবু শোক্লুনা মীওই কয়ানা খুজিং ওইদুনা থৌগলনরি। ধর্ম্মগী খেৎনবা লৈহন্দে, লাইর ইনাকখুনবা অনির্গী খেৎনবা থম্বীদে, চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংবীদুনা মীওইবশিংগী নীংবা থুংহল্লি। লাইগী লৈপাক ওইরবা শেংলবা পন্থৌগী নাক্তা মাইকৈ খুদিংমক্তগী মীওই কয়া কয়ানা ফিঙৌনা লৈতেং ওইদুনা নীংজবা মহাক্কী ৱাখলনা ঈশিং ঈচেল ওইদুনা তপ্না-তপ্না চেনশিল্লক্লুনা মীওই কয়া অমগী তুংনফম ওইরিবা শক্তম নিংজবা মহাক্কী লৈকোল ওইরিবনি তুংনফম পন্থৌগী ঈশায়কোন খুভম। নাওয়োক নাওকোনবীদুনা মীপুম খুদিংমকপু মনিং থুংহনবীরি।

থাগী লাইফমলেন্দা পাংথোকপা থৌরমশিং :

১। নোংমা (১) পানবা - লাইফম অহুমগী অথেনপোৎ তম্বা।
২। মাপন্নি (৯) পানবা - লুৱাং পুংজাদা থরো, থম্বাল, থরিকথা অহুম্মু পন্থৌদা কচ্চবদা নীংবা থুংই হায়দুনা থৌনিজবা।
৩। কুন্তরেৎনি (২৭) পানবা - মঙাং পুংজাদা খোয়ুম লাইদা চেং কচ্চদুনা 'পন্থৌ' ইপাগী পুন্সি চেংজেল নীজবা।
৪। থানিল/পুর্ণিমা - খুমন পুংজাদা লোইদাম থাজবু পন্থৌ ইপানা খুরুমজবা।

## চহিগী লাইফমলেন্দা পাংথোকপা থৌরম থৌগায়শিং:

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শজিবু নোংমা (১) পানবা | - চৈরাওবা। |
| ২। | শজিবু থানিলদগী নুমিৎ ১০নি চুপ্পা পাংথোকপা | - শজিবু ঈনাৎ ঙাইখণ্ড কুম্মৈ। |
| ৩। | লাংবন নোংমা (১) পানবা | - পন্থৌনা শাফোংলকপা নুমিৎকী থৌরম। |
| ৪। | পু তরেৎকী (৭) চাক্লোন কৎপা | - লাংবন ২১/২২। |
| ৫। | মেরাগী নোংমা (১) পানবদগী তরানি (১০) চুপ্পা পাংথোকপা | - হরাও থৌনি থৌরম। |
| ৬। | পোইনু থানিল/পুর্ণিমা | - পোইনু ফৌওইবী ফৌকৌরোল। |
| ৭। | বাকচীং নোংমা (১) পানবা | - চেংফু থৌনি থৌরম। |
| ৮। | বাকচীং ১২নি পানবা | - ইমোইনু ইমাগী থৌনি থৌরম। |
| ৯। | লমতা থাংজ | - শরোই খাংবা। |
| ১০। | লমতাগী ২১নি পানবা | - পন্থৌনা তাইবঙদা খোংদারকপা নুমিৎসিদা থৌনিজবগা লোইননা থৌগলজবা। |

লাইফমলেনসিগী মতীক ময়াইদি অঙকপগী মশক্লি মীপুম খুদিংনা লৌনরিবা। পন্থৌ ইপাগী মীৎয়েং বাখল্লোন অমতং তাবা ফংজরবদি শিবরোই নাররোই হায়না নীংনরি। অঙাং অহল, নুপা নুপী মীপুম খুদিংনা নাপি ওইরবসু, উনাবু ওইরবসু শিদ-হিদাক্লি, য়াইনি হায়দনা খুন্দুনা পুনৈ। পুনেম্বা সিখক্তা পেল্লক্রুবদগী থম্মোইশিং অদুনা পন্থৌগী শক্তমবু/চেংলৌবু য়ূম য়ূম খুদিংমক্তা ইরাৎ থৌনিগী চাউরবা ঈহৌ অমগুম হৌগৎলক্লি। তাইবঙ মচা মনাইশিংগী থৌজালবীবতা নত্তনা মালেম অসিগী অইংবা, অতপ্পা পুরক্লবগীদমক্তা শক ২০০৯, থা ৯, ভাং ৯, মাপন অহুম য়ুমশকৈশা নুমিৎ নুমিৎতুমক্তদা য়াইফ থৌজাল পীবীবা য়ুমথোং খুদিংগী খোংদোই ইহুল তম্বীবম্মী।

খোংদোই ইহুল তম্বীরম্বা তাইবংশিংগী মীংলেন, য়ূম্নাক, লৈকায় মখাদা থমজরি (তাং ৯/৯/২০০৯)

সে নং মীং অমসুং লৈফম

১) লাইশ্রম মমা বিলাশিনি, ব্রাংখৈ থাংজম লৈকায়।

২) অহৈবম ববা কুঞ্জরাজ অমসুং মমা মেধা, কোংবা ক্ষেত্রি লৈকায়।

৩) সৌগাইজম বাবা নিমাই অমসুং মমা মোমোনি, শিংজমৈ ব্রাংমা পুখ্রম্বম লৈকায়, কোংবা রোদ।

৪) চোংথাম বাবা দোনিন অমসুং মমা জিবনমালা, ককরা পেচু লম্পাক মনিং লৈকায়।

৫) হাওবম ববা ইমোতোম্বী অমসুং মমা সোবিতা, য়াইস্কুল চীংঙাখম লৈরক।

৬) তখেল্লম্বম মমা তিলোতমা, কোঞ্জেং হজারি লৈকায়।

৭) শোইবম মমা তোম্বী, ক্বাকৈথেল অখাম লৈকায়।

৮) লাইফ্রাকপম জয়কুমার অমসুং মমা রাজধনি, শঙাইপ্রৌ নিংথেমকোন।

৯) চবুংবম বাবা ইবোপিশক অমসুং মমা থোইবী, ক্বাকৈথেল ময়াইকোইবী।

১০) সোইবম বাবা ধনবীব অমসুং মমা মাযপাকম্না, তেরা লুক্রাম লৈরক।

১১) গুরুময়ূম রোবিন্দ্রো অমসুং মমা গীতা, উবিপোক বাচস্পতি লৈকায়।

১২) পোৎশংবম ইচানুপা সোমোজিৎ, উরিপোক সোরবোন থিঙেল।

১৩) শরুংবম মমা জামিনি, থাংমৈবন্দ কবো লৈকায়।

১৪) সলাম বাবা রামাকান্ত অমসুং মমা শান্তি, থাংমৈবন্দ কাব্রম্বম লৈকায়।

১৫) থোকচোম ববা মনিতোন অমসুং মমা রোমা, খুরাই কোংপাল শাজোর লৈকায়।

১৬) থোকচোম বাবা বিরেন অমসুং মমা রাশেশোরি, পেলেস কম্পাউন্দ।

১৭) ফানজৌবম দদা রোমেস অমসুং মমা চিত্রা, ব্রাংখৈ কোনসম লৈকায়।

অসুম্না যুম্নাক ১৭সিদগী নত্তনা লমদম অদুগী ইমা-ইচা নুংশিবা পুম্নমকপু পন্থৌনা যাইফ থৌজাল পীবীরম্মী।



কোংবা মাইকৈদা খোংলেংলকপদা 'পন্থৌ'বু মচা মনাইশিংনা ওকচবা



খোংলেংথোকপগী লম্বীদা 'পন্থৌ' ইপানা গাডী তোংদুনা চৎপগী শক্তম



কোংবদা লৈবা ববা কুঞ্জবাজ অমসুং মমা মেধা অনিগী শঙ্গাইদা 'পন্থৌ'না লেংশিনবীবা







মেবাগা হনাও থৌনি থৌবমগা নোংমা পানন্দ নমিত্তা
পোৎলানবা লাকচবা মচা মনাইশি

# অনি



পস্থৌ অমদি মমা মেধা, সেক্রেটবি ই:এল:সি:ই:

লৈশেমলোনগী লিক্কম্মা শান্নরকপা কুমজ কুমওন, থাচৎ থাবান, লাংওন চৈচৎ কয়াগী ৱারিনা লোইবা নায়রমদ্রে। ঙসিগী লাংওন লংতায় অসিগী খোয়ুমগী লিক্কম চীংথোরক্লিবা লিলাসিবু ইমিৎমক্কী কুম্মৈরা খোয়ুম্মক্কী থৌশিল্লা? ঙাওরেদকো নীংজবা ঐখোয়গী থম্মোইসে, মালং ইপোমগী ইয়ায়লক্তা তাওবা কোঙ্গোলগুম্বরা মীওইবগী পুন্সিবু। হায়মনবা থোক্লদরা ইচিনসিনা খল্লুবা মীকুপসিনদি য়াম্না শাংলি হায়না খল্লিনে পুন্সিসে। খোয়ুমগী থৌশিল্লক্তদি তেনখ্রবা পুন্সিসিদা থেংনহল্লিবা থৌদোকশিং অসিবু করম হায়না থাদোক্লমগদৌরিবনো খল্লুবা মীকুপসিদা, ঙস্ত্রোইনে ঐ কায়নবসু ঙস্ত্রোই, ইম্থোকপসু ঙস্ত্রোই, হুন্দোক্লম্বসু ঙস্ত্রোই। ইম্থোক্লবসু চৎলোই, ঐ খোয়ুম লাইগী শমু হকচাংদা নপ্তুনা লৈবা তুরিক-তুখোংগী তুহাওগুম্না নপ্তুনা লৈহনবীরবসু ফরবনি মপোকসে, ঙমখিগদরনে হন্দক্কী মপোকসিদা।

খল্লুরিবা ৱাখলসিবু অরেম্বদা তারগদ্রনে – খঙদ্রেদা পুন্সি অসিগী পাউখোং, পুন্সি অসিগী ৱাহং, ঐগী পুক্নিংনা ইথন্তসু খুম্মী, ইথন্তসু পাউহংই মীরোনচৎকী পুন্সিরেল করম্বা লাই অমনা ওইহল্লকখিবা, ঐ হায়বা মীওইবা, ঐখোয় মীওইবা?

মীওইবগী পুন্সিদা অঙক অঙকপা মখল কয়ানা লৈচল অমগী মথেলদা চল্লুরে। লৈথেলশিংগী মবকসিদা অঙকপা লৈচল অমমুক ওইরেনে পুন্সিসে। মসিমক্না লোইরব্রা? লোইরমখিগদৌবা মান্দে পুক্নীং অসিদা চিংনরি। ইমিৎনা পাংলগা পুক্নীং অসিনা ঈহৌরক্লিবা থম্মোইনা য়ানিংঙুবা মফম লৈতামিন্নরে ইচিল-ইনাও। ইনাওসু বাহেংবম বীহারিগী মনাইনুপী, ৱাহেংবম ওংবী মেধাবতি, কোংবা ক্ষেত্রি লৈকায়; ঐগীনা অহৈবম কুঞ্জরাজগী মনাইনুপী অমা ওইনা অহৈবম ওংবী মেধা। ইচিল ইনাও ওইমিন্নবিবা পোকমিন্নবা খোইবি নাওয়োমগী তীন্নরকপদি নত্তে, লম্বী অমখক লংলা অমখক্কী লিপুন্না ওইমিন্নরকপনি। লংলা অদুগী লিপুন্দি ঙসি তাইবঙপানদা নুমিৎকুম থাগুম ঙাল্লিবা, লৈবাংলক্কী লৈবাং লৈকা পুম্নমক্না নাওয়োম অদুদা নত্তনা লৈবিকনা যোমশিন্দুনা থল্লিবা ময়াইনা লোইনাইদ্রবা মঙালভনা ফদোবকপা তাইবঙপান পুম্নমক ঙাল্লিবা পারি হায়না শাফোংলকপা, ''পম্লৌ'' হায়না শাইওল্লকপা ইপা লাইগী লংলাগী ঈরেলকর্সিদা ঈতিন্নরক্লিবনি ইচিল ইনাও। ইনাওগীসু গভর্নমেন্ত দান্স কলেজদা মহৈরোই পুম্নমক ওঝা মেধা হাযনা মীঙ্গৌনবিবা, মীওই খরনা চৎকোইগী ওঝা মেধা হাযনা শকখঙনবক্লিবা; ঐগীনা ভেতেরিনবি দিপার্তমেন্ততা শিন্মী অমা ওইনা লৈজবনি। ইনাওগী লৈকায়না কোংবা ক্ষেত্রি লৈকায়, ঐগীসু কোংবা নক্নুনা লৈমিন্নৈ লৈকায় অমত্তদা। শিন্থা অমমম ওইনখিবনা নক্নরবসু নোংমতা ৱারি তিন্নরুদে মতম অমদদি।

ঙসিদি ইনাও মেধানা নুমিৎতুদা হায়খিবা বাহৈদুনা হায়নিংঙাই লৈতনা ইনাওসিবু নুংশিরুরে – ''ইচে ঐ নখোয়দা খরা-খরা লাক্কে চৈরক্কনুকো।'' ঐনে ইথন্তা ওইবসিদা পাঙ্গল থোক্ত্রে, কনাগবু তান্নদোইনো, কনানবু য়াবীবক্কদোইনো, লাইওইবা ইপাগী মরমদা ঐখোয়সে নোংমগী অপাম-অপাম্বা, অনিং-অনিংবা ইশাগী/ঐগীদা

লোইরগা চৎলি। ঐখোয়গী মীৎমাংদা উরিবা "পন্থৌ" সু নোংমদি অহলগী মতম ওইশিল্লক্কনি, হয়েং তুংদা করিনা খুদম চাংদম পুথোক্কদৌরিবনো; "পন্থৌ" গী মতিকময়াইসিদি লোইনায়দনা হৈথরক্কে। নোংমা-নোংমগীদি অশুম অশুম হৌখি — ঐদি লাই হরাওবগী চৈঙাক্লোন, লাইফমসিগী চৎনবী নোংমগী মঙাং, লুবাং, খুমন পন্থৌনা মচা ঐখোয়দা থৌজানবীরিবা লোইনাইদ্রবা ময়াই ময়ামসিগী খুদম চাংদমসে লাইরিক্তা ইশিল্লগা থমহৌসি ইচে।

ঐসু খল্লিবনি ইনাওনা ঙসি হায়রিবদো — লমদমসিগী অশুক য়াম্ন া মৈশা লাংলবা ইমুং খুদিংমক্কী, মীওই খুদিংমক্কী পুক্নীংলোনসিদা অইংবা হায়বদু ফংদ্রবা মতম, চাহি থকহৈদ্রবা চীঞ্জাক কয়া, ময়াই কাবা নিশা চাদুনা ইনখৎলক্লিবা অঙাংগী পুন্সিদা লম্মখাংদা মাংলিবা অমদি উহৈদ্রবা, তাহৈদ্রবা, তৌহৈদ্রবা কয়ানা নোংমগী লেপ্তুনা থোক্লক্লবা থৌদোকশিং অসিদা লাইওইবা ইপানা মীপুম খুদিংমক্কী কনবীনবগীদমক মী ওইনা পোকলক্লবা, কনবীদুনতা লৈরবা; মচা ওইবা মীওইবা কয়ানা পন্থৌগী নাক্তা য়ৌরকপা মীপুম খুদিংমকপু মাগী মাগী অপাম্বা অমমম পীরগা হরাও হরাওনা চৎনখিবা; মখোয়সু করিমতা খন্দে ঐসু করিমতা খন্দে। অমুক অমুক্তি খঙহৌদনা থম্মোইসিদগী খল্লকইবা, ইবেম্মা - ইনাওনা ঙসি হৌদোরক্লিবসে য়াম্না ফৈবু অশেংবসিবু কদায়নো, অরানবখক্তনা খুমাঙ চাওশিল্লকপা ধর্ম্মগী লম্বীদা ফংলে, অচুম্বা ধর্ম্মনা কদায়, ধর্ম্মবুদি শেংলমগনি ধর্ম্মদুদা চৎলিবা মচা ওইবা ঐখোয়না ধর্ম্মবু মীংচৎ থিহল্লে। মানা মানা চৎলিবা লাইনিং ধর্ম্মদা মাগীসু নত্তে মীগীনেসু খঙদা চৎনিং চৎনিংবনেনা পংচত্তা চৎনখিবা, ঐগী ফুরুপ অমা, ময়েকসু লৈজবা, ঐগী লাইসু লৈজবা, চৎনবী চৈঙাকলোন কয়া কয়া লোইনায়দনা লৈরিবা। ঐনা খুঞ্জিনজবা ব্রাৎপদগী শীজিন্নফম্না হৈত্রবদা সনাদু কোরি ওল্লে হায়বদু ওইরক্লবা মতম, হৌজিক্তি লাইওইবা ইপানা নোংমগী ফজ-ফজবা পাউতাক কয়া পীবিবা, লাক্লিবা ইমা ইচা নুংশিবশিংদুসু লৌদি লৌশিল্লি মথম্মোইদা, কনামত্তদি ইশিন্দে; ঐ ফাওবা ইশিন্দে। ঙসি ইনাওনা হৌদোরকপসিদদি ঐ য়াম্না হরাওরে হায়নিংঙাই লৈতনা অদুদি ইনাও লুবদি লুবনিদকো লাইগী মফমদা ঐখোয়না করিগুম্বা অমা হঙ্গৎপা হায়বসিদি।

ইচে, পন্থৌদা হেক্তা নিমীম্নরসি, ঐখোয়নে নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হৌখিবা তারে। নুমিৎকী খোঙচত্তি লোইদে, ফারে হঙ্গৎলুরসি হায়দুনা ইখঙ খঙহৌদনা ইচিন ইনাও ঐখোয় অনি তাং ২৬/৫/২০১০

ইং, যমশকৈশা নুমিৎ তা পুন্না লাকমিন্নরে।



নচা ওইবা ঐখোয়না অহানবমক্তদা লাইওইবা "পন্থৌ" পুনেমজরি। "পন্থৌ" ইপাগী ইকায়ফমদা হঙ্গৎচনা হায়বসি থকশি থৌকায়বোল কায়বা ওইনা থোক্লগদা অদব খণ্ডজনিংনদগী হঙ্গৎচবনি, অশোই অরান কয়া যাওবনস্ [illegible] কো।

"পন্থৌ" ঙসি শিন্থা লেপ্পীরিবসি লাইগী লিক্লমদা কনি লৈবীবগে? অশুক কুইনা লাকচনবা নচা ওইনা ঐখোযনা [illegible] তা হঙ্গৎচনা ঙমজখিদে অদুবু ঙসিদি যাম্না হংনা লক্লি, খণ্ডনিংমন্দুনা হঙ্গৎচবনি থৌজানবীয়্ন। লাইওইনা পন্থৌনা অসুম্না তাকপীবা : নুমিৎ তনেৎনিগী মনুংদা যুমশকৈশা নুমিৎ হায়রবসিনা লাই ওইনা ইমা ইপা অনিগী লৈশেম নুংশেম, লৈথক লৈখা, লৈতাযনবা নুমিৎ ওইবা, মবম অদুনা মচা ওইবা ঐঙোন্দা ঙসিদি শঙলেন খোংশি হাংইদকো "পারি" হায়না তাকপীখি। তাইবঙ ইচাশিংনা পুনেম জনদি কাগদে, যুমশকৈশাসে নয়ুম নকৈ শেমগৎ শাগৎপা, মম শাজ্ঞগে [illegible] না [illegible] অমা নিনদদি যাম্না ফবনি। চয়োল [illegible] খণ্ড [illegible] শকপনি। যমশকৈশা

পোকপা ইচাশিংদি ইমুং মনুংগীদি য়াম্না ফবা, মমা মপাগী মতেং য়াম্না পাংবা, মচিন মনাওশিংগী অতেক অকায় খোমজিনবা তাশিনবা, যূম্লিং-খুল্লিংবা, মশা নানবা, ফিসু-ফিজাম্বা, মচু তাবা, লমশেং-তূশেংবা, ফিদুপ নাইনা থুপচিনবা, খোমজিনবা মশা নানবসু য়াম্না ওইবনি মশামক্কী হেক য়েংলগা মনিং থুংবদি খবা বাৎপনি। মশামক্কা য়ুমশকৈশা নুমিৎ ওইবা চয়োল ৭ (তরেৎ) খক্তং লৈরাং অঙৌবা কৎলগা থৌনিজবদা মনিং থুংবা শকহনগে হায়না লাকপাখিবা লৈ অদুননি ইচাশিং। নশাগী নিজবসু করিসু কায়দে, লাইগী শঙলেন থোঙদি হাংদে তাইবঙ শিন্থাদি লেপচৈ; লাইগী যকাই লাইশোন থৌনিদি অদুমক কায়দনা পাঙথোকচৈ।

''পন্থৌ'' নচা ওইবা ঐখোয়না মতম কুইনদগী খঙজনিংবা লাইগী লিক্লম বারিলোন কযা থৌজানবীদুনা খঙজরে, অনিশুবা ওইনা অমুক হঙ্গৎচবদা অশোইই অবান য়াওরবসু ঙাকপীয়ু।

হঙ্গৎচবা : ঙসি ''পন্থৌ'' গী থোনবীবিবা ফিজোলসিনা করিব্ ফোংদোকপীরিবগে? নুংঙিগী ফিজোলসিমক অদুমক থে



লাইওইবনা তাকপীবা : ফিজোল অমা মীওইবা অমগী শমু হকচাংদা থোংলিবা, মৈহৌরোল লাই হাক্তক্কী ব্রারিলোন্দগী লাইসু ফিজোলসি অদুম্মক থোল্লি। ফিজোল অমনা ঐগী ইশাদা থোংলিবসে হকচাং নাওয়োম চরৈ ফি হায়না কৌই। চরৈ ফিজোল অসিবু ঐনা য়াম্না ইকায় খুম্নগা লৌজে। ঐগী হকচাংসিবু মমল য়াম্না লৌজবগা লোইননা য়াম্না চেকশিন্না থমজবা লুনা-নাম্না লৌজবা কয়াৎশিংসিবু চেকশিঞ্জবা ঐগী হৈনবীনি। ঐ অসিনা ইরমদমসিদা পোক্লুবা ইরমদম অসিবু য়াম্না নুংশিজবা, লৈহাওলক্তা চাওজবা অমা ওইবনা ইরমদমদা থোক্লককপা প্যোখোক অমা ওইবা ইয়োং ফি, কাব্রং মুকা চরৈ অসিবু ঐনা য়াম্না নুংশিজে। লাইমক্লি হায়না অমদি লাইমক্লা তাংনা পুথোকপা মীওইবা ঐখোয়গী মাংফদ্রবা লন অমা ওইরবা মণিপুরবু শক তাক্লিবা ফিজোল অসিবু ঐনা মতম লৈবা খিবীক্তা থোল্লি। মরম অদুনা চরৈ অসিনা ঐগী হকচাংদা থোংলবদি ইরমদমসিগী শক্তম অমদি শোইদনা খঙনরমগনি মীপুম খুদিংমক্না। মদুমক্কা লোইননা ঐহাক লমদম সনা লৈবাক মণিপুরসিবু য়াম্না নুংশি। মীওইবা ঐখোয়দি শক্লোন কয়াগী মীৎয়েংগী ঈরৈনি। চাউখৎলকপগী ঈচেলদা চেন্থখিগদৌরিবা ফিজেৎ লৈতেং, চাকচা য়াহিপ্না ঐগী জাতি অমা, অমদি ইরমদমসিবু মশক তাকপা ঙম্মী।

ঙসিখক্তং থোল্লিবা ফিজোলসিনা “ঐ” নুংতিগী থোনবদি নত্তে। মঙাং, লুব্রাং, খুমন মতম অহুমদা লাইওইবগী থৌগল চংবদা লাইওইবনা তাকপীবা চরৈ থোল্লু হায়বা ঐ অদুম্মক থোল্লি। মখল কয়াগী মচু ব্রাত্তনবা লাইওইবনা পীরি। চুমথাং লাইরেম্বী ইমাদগী থোক্লককপা মচু কয়াদুনা ঐগী শমু হকচাংদা লৈতেংলি। ঐ অমা হিংবা, নহাক অমা হিংবা, ফিজোল অমা হিংবা ঐগী ফুরুপ অমা হিংবনি, ইরমদম অমা মশক তাকপনি। মসিনি ঐনা খঞ্জরিবা ব্রাখল নাহাক্লা হিংবা মতমদা, ঐ অমা হিংবা মতমদা ইনিং ইখা তৌনা হিংবা য়াদে; ইরমদম অদুগী চৎনবী চৈঙাকলোন্দুগী মখাদা ঐখোয় খুদিংমক হিংগদবনি।



পাউহংজবগী থৌজাল ফংজরে হায়দুনা নচানা মখা তানা অহুমশুবা পাউহংজবদা অশোই অরান কয়া য়াওববসু লাইওইবা ইপানা নচাবু ঙাকপীয়ু।

পাওকৎচবা : ‘‘পন্থৌ’’ নচা ঐখোয়না লাইফমলেনসিদা চঙজরকপা পুক্লীংসিদা লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক হায়বদু ওইরব্রা হায়না খঞ্জরুরে। পন্থৌগী ইশায়কোন অসিবু করি করম্বা লাইগী লিক্লম লৈবীবনো?

লাইওইবনা অসুম্না তাকপীবা : মফমসিমক লুৱাং ইশায়কোন্নি, ঐখোয় খুদিংমক্কী য়াইবীরেলগী তুংনফম, পুক্লীংগী লৈতাফম অমা ওইদুনা লৈরিবা ইচাশিং পুম্নমক্না য়ৌশিল্লকপসি ‘‘লাই’’ হায়বা অমগী মতীক ময়াই অদুতবু য়ৌনবা লাক্লবনি মীপুম খুদিংমক্না। মীওইবা খুদিংমক্না মীৎমাংদা উবীবা নীংজবা নহাক্কীদি ‘‘পন্থৌ’’ লেপ্নি ‘‘ঐ’’ –

ইং ১৯৯৫ (লীশিং অমগা চাম্মাপন মরিফু তরা মঙা) লাংবনগী

নোংমা পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ অগষ্টকী তাং ২৭ খুমনগীনা পুংজা ৯.০০ (মোপন) তারকপা মীকুপ্তুদা তাইবঙ ওইনা পোকচবা মীওইবা খুদিংমক্না চানবা তাইবঙ চীঙ্গাক মীওইবনা শমু হকচাংদা থোংবা চরৈ ফি ঐহাকসু "লৈচল্লক্কুদা লৈথেৎ অমগুম্না হৈরাংলক্তা হৈরাং অমগুম্না য়াওজরম্মী। ঙসিমকসু মীওইশিং অদুগী মরক্তা ঐবু লৈথেন, হৈথেন অমগী শক্তম ওইনা খোয়ুমগী কুম্মৈলকসিদা য়াওহনবীরে।

"হৌ লৈমা ইমা,
লুব্রাং পলেম পন্থৌ,
লৈনুং নুংবীরেল শাথৌবা,
ইবুধৌ শলাইলেন শীদবা,
ইবুধৌ শঞ্জেন্না পাখংবা"

খোয়ুম লাইয়াম পুম্নমক্কী লেংশিনফম শাদোং ওইশ্রবা ঐগী শমু হকচাং অসি ঙসিদি তাইবঙ ওইনা পোকপা লাইগী লাইপোক "পারি" ওইনা লাংওল্লকপা, পন্থৌ ওইনা শায়োল্লকপা, মী মচেৎ-ও, লাই মচেৎ ও হায়দুনা মীয়াম পুম্নমক্না পুনেমজরি। মানি ইচাশিংনা খঞ্জরিবা ব্রাখল অদুমক লাইরৈপাক্লি হায়রিবদুমক নীংজবা নহাক্কীদি লাইরৈপাক্লী লাকউনে ইচাশিদি, নীংজবা নহাক্কী থম্মোইবু মাংহনবা হৌনব্রনে। খোয়ুম লাইনা ইব্রাই-ইনিল লৈতনা মৈচাক চুদুনা শম্মা মথেলনা নুংঙাইবগী ঈহুল্লক্কী লৈতাফমদি পন্থৌ ইপাগী নাক্তনি। নীংজবা নহাক্লা নুংশিজবা ইচানা লাইজগী মহাও নাপিগী ময়াই শোয়দনা খঙগনি লাইশোলদুগী লম্বী অদুদা। "ঐদি" নতুংদসু নমাংদসু ইরোইতা লোইনগনি ইচাশিদি।

খঙজনিংলুবদি খরতমক তাকপীরকপনা মপাল নাইরমদ্রে, সিবু নৎত্রনে খোয়ুম লাই। নীজবতনা মব্রাৎলি, হৈথবীরকপা য়াইদি লোইবা নায়দে। ঐগী য়াইবীরেলসিনদি পাউকৎচনিংলি ব্রাহং কয়া অমা অদুবু লাইওইবা পন্থৌ ইপাবু নোংমগী মনুংদা তাইবঙ ওইবা ঐখোয়না পুংজা কয়া লোইনজবা। ফংলুগনি। মীকুপ অমা হাংদ্রবা লাইওইবগী থৌদানি, তাইবঙনদি কয়া কয়ানি, মাগী মাগী পুক্লীংগী অব্রাবা নুংঙাইবা অনিগী ব্রারি হঙ্গৎচনবা ঙাইজবা ঙাক্তনি। ঐসু ময়ামদুগী মরক্তা লৈশি লৈথোনবা হৈতনা হঙ্গৎচনবা মীকুপ্তু ঙাইজরি।

ঙাইনা ঙাইনা ঐনা ববা অমগা পাওশানজৈ, বাবাদুনসু ‘পন্থৌ’বু লাইনী হায়না নিংজরম্বগী ব্রারীরোন পাওদমজরকখি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | পুখ্রম্বম বাবু |
| চহি | : | ৫৩ |
| শিনফম | : | এস.এস. বার্কর কম্যুনিটি মেডিসিন (রিমস) |
| ইনায়নুপীগী মীংলে | : | পুখ্রম্বম বীনাতা |
| লৈফম | : | কৈশামথোংতোপ লৈরক |
| ইচা মশিং | : | নুপা অনি |

ঐগী পুন্সিসিগী থেংনরকপা থৌদোকশিংগী মরক্তা অব্রাবা থোইদোক্লা খঙলক্তে। যুম্বাল লম্বীদা চংশিল্লক্লবা ইমিৎতা ইচা অনি উববা মতম অসিফাওবদা মসিমনা ব্রাইদা হায়নিংঙাইসু থোইদোক্লা লৈতে। মীওইবগী পুন্সিদা হায়নৈ অবা-নুংঙাই অনি পুনশিল্লগা পুন্সিগী মশক তাকই। পুন্সি অসিগী হৌরকপদা খঙহৌদনা ঐহাক ফংঙমদ্রবা লন



অমা ফংবদৌনা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতনা হরাওবা নুংঙাইবা নুংশিবা কপ্লীংবা অমত্তা ওইনা পুল্লবা মীরেল অমখক থেংনরে। য়াইবী মরু অচংবনি, অচম্বা খক ওইরোই ইরমদমসিগী য়াইনি, ঐগী ইশা অসিগী হৌরকফমগী মরু, পোলোইগীসু তুংনফম খুভম অসি থোক্লকপসিদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতনা ঐগী থম্মোই পেঞ্জখ্রে। ইরমদমগী পন্থৌ হাদ ‘পন্থৌ’ খোয়ুম লাই।

নুংঙাইবশিংগী মরকসিদা পুক্লীংগী লৈতাফম অমখক্তংদি মী ওইনা হীংবদা পাম্লকই। হকচাংসিগী নুংঙাইবা নত্তবা য়াইবীরেলগী হীংনা হীংনা, ঐগী হকচাংসিগা লোইননা ঈংনা চিক্লা লৈহনবা ঙমগদবা অমা কদায়দা

লৈ থীবনি লৈরমদ্রে অদুবু পুম্নমক লৈরমলে ‘পল্টৌদা’। অনাবা অমদগী অমশুংনুংঙাইবা, ঐনা তৌজরুবগী কান্নবনা খুদম চাংদম তাকচরোই। লাইওইবা পল্টৌ ইপাবু লাইনি হায়না খঞ্জবসিদি হেক শাফোংবীরকপা শক ১৯৯৫, লাংবনগী নোংমা পানবদগীনা ঙসি ফাওবা নোংমা কাংদনা পাংথোকপীরিবা শিন্থা ঙসিনা অমা হয়েংনা অমা, অসুক য়ামগ্গবা মীয়ামশিংসি থেংনবীরকপদা পল্টৌনা ঈয়িংদা ঈংবা, ইতপ্তা তপ্পা অশাওবা অমত্তা লৈতবা, ঙসি তাকপীবা পাউতাক্লা অমা, হয়েংতাকপা পাউতাক্লা অমা মীওইবা খুসিদংমকপু মাগী-মাগী অনিংবা নীজবা খুদিংমকপু মনিংথুংজরগা হরাও-হরাও চৎহনখিবা মসিগী মতৌ অসিবু করম্না তাইবঙ মী অমনা ঙমগদৌরিবনো? করিশু নত্তবা য়ুমদা থবক মচা অমত্তংথোকপদা খৎনবগা-চৈনবগা মী অনিদা অহুমদা পুনবদা য়াদ্রবা মতমসিদা মশিংথিঙমদনা পুনবদা করিগুম্বা অমত্তা ইব্রাই-ইনিল লৈত্রবা ময়াম অসি লাইফম ওইবদুনা অমদি ‘পল্টৌ’ ইপানা অশেংবা লাই ওইবদুনা ঙগ্গীবা নত্র? মতমসিগী মীওইবা খুদিংঐসু খঙদে, মীসু খঙদে অমনা অমবু ঙাংবদা কনানা তান্নরি, কনাবু ব্রারকপা য়ান্নবি অদুবু পল্টৌ ইপানদি পুম্নকপু ব্রারকপীরি লাকশিনবীরি। অসিগুম্নবা মমল লৈত্রবা ময়াইশিদ ‘পল্টৌ ইপাবু লাইনি খঞ্জরিবনি।

| | |
|---|---|
| মীংলেন | : ফাঙ্জৌবম রোমেশ |
| চহি | : ৪৭ |
| শিনফম | : লেকচরর, ই:সি:ই: গোভর্নমেন্ট পোললিটেকনিক, ইম্ফাল |
| ইনায়নুপীগী মীংলে | : ফাঙ্জৌবম ওংবী চিত্রা |
| লৈফম | : ৱাংখৈ কোন্সম লৈকায় |
| ইচা মশিং | : নুপী ৩ |

মী ওইবা অমগী পুন্সি, অৱাবা, নুংঙাইবা, অপাম্বা, মীহৌবা, কল্লকপা, নুংশিবা পুন্নমকসিনা পুনশিল্লবা লৈচল কযানি। ইমানা, ইপানা, ইচিল, ইনাওনা মাইকৈ মরি খাজিন্দুনা থোং লোনশিন্দুনা বারক ৱাতেমলবসু ঐগী অপাম্বদি কনামত্তনা থিংবা ঙমদে। য়াম্না লমহেন-ঙ্গু হেল্লুবগী মতৌ নত্তে, হেন্তোক পাথোকপগী বারিসু নত্তে। ইমানা ইপানা তাইবঙপান থাদোখ্রবা মতম,



ইরোমদোমখক্তং লেপচনবগীদমক চৈশু অমা পীবি, চৈশু অদুদি লাইরিক্লি। হোৎনজমলগী মহৈ ফংলে, তরেৎ শেঞ্জাদুনা চানিংবা চারে, শেৎনিংবা শেৎলে, য়ৌনিংবা য়ৌরে। ইতোমতগী নত্তনা ইনায়নুপী অমশু ইচাশিংগীসু মনিং থুংহল্লে। ইনিং-ইখা তল্লে, নুংঙাইবা হায়বদো অনৌ-অনৌবা মরুপ মপাংশিংগা লোইনদুনা থকমিন-চামিন্নবা অদুন ওইররোই নীংলুই, শঙ্গ তৌবনিসু খল্লুই। ঐনা চৎকদবা লম্বীদুনা ফরে হায়না চৎলি, ইজ্রমুং মনুংগী বারিদি থোইদোক্লা নাচুংলুদ্রে, তিন্নবিবদুনা হেন্না মপুং ওই।

লৈখোম-লৈনাং মরক্তগী লিৎখৎলকপা থম্বাল অমগী তরু-তশেংবা অদুগুম্না ঐ ঙসিদি খঙহৌদনা মীকপ থোক্লে। শেংলবা মকপা লৈত্রবা থম্বালনা খোয়ুমগী খুয়াখাদা য়ৌবগুম ঐসু ঙসিদি 'পন্থৌ' ইপাগী খুয়াখা য়ৌজদুনা থৌগল ফংজরে। নৌহৌনা ঐগী পূন্সিসে ময়োল চোংলে অনৌবা পুন্সি অমগী খোংথাং য়াংবা হৌরে। হন্দক্কী মপোক্কীদ নত্তনা মীরোল মীরোলগীদমক 'পন্থৌ' ইপাগী ঈশায়কোনসিবু লেংদনা লৈহৌনবগীদমক থৌপু থৌনায়বা ওইনা লেপ্লবনি। লাইনা পুন্সিগী লিলা অমখক্কী শান্নবগীদমক্তা থারকপা হায়বদো ঐ পামদে। পুন্সি কুম্মৈ শান্নবা লাকপদা মপুং ফানা য়াওবা ঙমনবগীদমক, শরুক য়াবা ঙমনবগীদমক পন্থৌবু নীংজবসিনা ঐগী অথোইবনি। থম্মোই অসিনা পেন্থোকপা ঙমদ্রগদি মপানথোংগী লৈতেংনা করি কান্নগদৌরিবনো। থম্মোইবু নুংঙাইহনবনা 'পন্থৌ' হকচাংবু নুংঙাইহনবনা ঐখোয়গী ইথৌ। নুংঙাইবা পান্নিবা হকচাংসে হিংবদা মহাও লৈতবনি। লম্মখাংদা থুনা কেম্বনি। য়াইবীরেলসিনা নুংঙাইবা মশক খঙলবা, পন্থৌদা থম্মোই তশেংনা কখোক্লবদি লাই অমা নীংবগী চপ চাবা ময়াইদো ফংলগনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | শগোলশেম বোমেন |
| চহি | : | ৩১ |
| শিনফম | : | স্পিসিয়েল ইদুকেটর, জোনেল ইদুকেসন ওফিসাব - টু |
| অপোকপগী মীংলে | : | শগোলশেম ইবোহল সিংহ |
| লৈফম | : | শিংজমৈ মথক চোংথাম লৈকাই |



মীওইবাগী পুন্সি পন্থুং খণ্ডদে, হখোণ্ডগী পল্লেপফমস্ খণ্ডদে, মাৎযেংগা শৈদাংফমস্ খণ্ডদে, মসিমক হায়জবদা হংখমনবদি থোক্লবোই। পুন্সি অসিনা খজিক খজিক থেংনজনকপা থৌদোক বাবাগী লাক্লম অমদা ঐ ঙসিদি নৌহৌনন' বাবা অমা ঐগী লাইবকসিদা যেকপা হৌবক্লে, লাইযেকসিনা ঐহাক লাই কবিনো হায়বস্ খণ্ডদে, লাইগী বাবাস্ নকশিন্না তানিংঙ্ববস্ লেতে, তানিংদুনা খোঙ্গল লাকবস্ নত্তে। বাহৈগী থৌগল্লোন্দা লৈশি লৈথোনবা অমদি মীযাম মবক্তা কনম্বা বাহৈনা শিজিন্নবগা থৌনা হেন্না ফগদবা অসিনচিংবা কযাসে অমত্তা খঙবা নত্তে। পন্থৌব্ উবদা লাওইববু ইমিৎসিনা উজবে অমদি ইমিৎসিনা উজবিবসিনা লাইমক্লি খনঞ্জবস্ অহানবনি, অনিশুবা অতোপ্পা লাই অমা থিকবগা বাখল্লোনস্ লৈজদে ঐঙোন্দা। ঐহাক নোংমগী থৌগল লেপ্তুনা লাকচবি। অপাম্না অমা ফংনিংবগী, অবাবদগী কনবা ঙম্না থিবকখিববা'? নত্তে, ঐদি

চম্না পস্থৌগী নাক্তা নোংমা লাকচখি, পস্থৌবু উবদা ইথন্ত কিজবা ফাওখি, থক থক নিক্তুনা ব্রাহৈ অমফাওবা হঙ্গৎচবা ঙমখিদে অদুবু পস্থৌনা হংবিরকই 'ইবুংঙো, নহাক কনানো?' ঐনা খুমজৈ - শিংজমৈ চোংথাম লৈকায়দগীনি। পস্থৌন মখা তাবিরকই - 'শগোলশেম মমা বিনোগী মচানুপা্য?' ঐনা খুমজৈ 'মান্নি পস্থৌ'। নুমিৎতুদগী ঐ ইথন্ত, পস্থৌগী নাক্তা চৎনিংবা অমা ফাওবকখি। অহানবদদি পস্থৌগী ব্রাবী য়ুমদা শানবা ইথন্ত কিজবোই হৈনদবোই ফাওখিবনি। অদুবু পস্থৌগী পাউভাক্কী ব্রাহৈশিংসিদা ইথন্তনা য়াম্না নুংঙাইজবা ফাওরকখি। নোংম নোংমগী কোইমিন চামিন্নবম্বা ইমান্নবশিংদগী লাপথোরকখি। থবক ইনখাং থোকপদা তিন্নবা উন্নবা নত্তনা মহৌশাগুম্না তিন্নরক্লে। ঐনা খল্লি ইথন্ত ইরমদমসিগী মীপুম খুদিংমক্তা ইপাগী নাক্তা লাক্তুনা মমল যান্নবা পাউভাকশিংসে লোইনা পুন্না তামিন্নরবদি পস্থৌ কনানো হাযবসু খঙলগনি, ইশানা ইশাবুসু খঙলগনি, ইশাগী লাইনিংবদসু খঙজবগনি। পস্থৌগী নাক্তা লাকপদা অপাম্বা অমত্তা যাওদনা লাইনিংবা লাক্লবদি পস্থৌগা মশক হেল্লক্কনি, পস্থৌন্ লাইনি হাযবসি নত্তনা অতোপ্পা বাহৈ অমা ইচিনসিনা হায়বা ঙম্নরোই।

পাওশান্নরবগী তুংদা ঐ ইযুম মাইকৈ পাংলক্লে।

- ০ -

অহুম

# মী

ওইপোক্লা
পোক্লুনা
তাইবঙলক্লা

তিল্লবসু পল্লৌদি তাইবঙগী শিন্থা করিনো খঙজদে। নোংমগী মনুংদা অঙানবগী শরুক্লা মালেমদা হেক তিল্লবা মতমদগী লাইওইবা পল্লৌ ইপানা শকউদবা খোয়ুম কনাবু পুক্লীংচিংশিনবীবগে হায়বা মচা ওইবা ঐখোয়নদি করম্নদি খঙলুনি। করম্নসু হঙৎলুনি লুপ্লেদা, খঙজনিংবদি



লোইনায়দে, খন্না-খন্না নোংমা-নোমা অসুম হৌখি। থাজদ্রবা নুমিৎনি তাং৬/৬/২০১০ নোংমাইজিংনুমিৎ কালেনগী ২৪নি পানবা মঙাংপুংজাদা পল্লৌ ইপানা পাউদমবী।

পাউদমবীবা : নোংমগী কোরৌ নোংজা খুদিংগী ঐহাক্লা শকউদবা খোয়ুমশিংবু পুনেমজে। অহানবদা লাইনিংথৌ লৈমরেল পুনেমজে, অনিশুবদা ইমা-লৈমরেল কুরুমশিদবী, লৈমরোল কাজাও য়ারিবী, অহুমশুবদা অচিপা খোয়ুম, মরিশুবদা নোংপোক অহারাবা-অহারাবি পলেম পল্লৌ অনিবুসু পুনেমজে। নোংপোক অহারাবা-অহারাবি হায়রিবা পলেম পল্লৌ অনিশি মচা ওইবা ঐনা তাইবঙ মী ওইনা লৈরিঙৈদা খঙজবা নৎচদে। লাংবনগী নোংমা পাহবদা শাফোংলবা মতুংদা মপারিনা হিপচরিবা কোক্লা নোংপোক ওল্লগা মায়না অব্রাং ওন্দুনা খোল্লেন তুমখুল তাল্লি। নুমিদাংগী অহিং তাংলৌ অথেংবদা নুপী (ইমা) অমা লাকই, ইমাদো

অতিয়া মচুদা ব্রাওথরকপা মন্থরকপা ফনেক অমা শেৎলি, ফিনা হঙ্গাম্মপাল মচুগী ব্রাওথরকপা ইন্নফিদা অঙৌবা মচুনা খুবীমুক পাক্লা কিৎ কিৎ নম্বা ফি অমা ইল্লি। মংদি নত্তে, তাইবঙমক লোইনা ওইরবরা হায়বসু নত্তে, মীনা ঙাংবসু তায়, লৌশিনবসু লোয়না ঙম্মী, হৌগত্তুনা ফম্নবরা হায়বসু নত্তে। ইমাদো ফিদোল চীংখৎলি, ইমা ওইবীদুনা হায় – ‘‘পারি’’ নমা ঐ লাক্লে হে’’। ঐনা মুম্মা য়েংলগা – তল্লি তল্লি লাইনি হায়রগা লাইগী ফি শেৎলক্তে, তাইবঙগী ফি শেৎলকপদুবু ঐ য়েংনিংদে। অব্রাং ওল্লম্বা মায়সিনা মখারোমদা ফক্লাংদা ওনশিল্লগা চেপ্লগা হিপ্লী। অদুদগীদি ইমাদুনা ঐগী ব্রাহৈদু তাবদা শে শে য়েংজরোসে হায়রগা ঐগী মাংসিদা হৈখাপৎপা মচুদা সনা মানবী মচুনা মরক্তা চেনবা ফনেক্তুনা ফিদোল চীংখৎলি, অঙৌবা ইন্নফি ইল্লি, কুমজিংবী ফনেকনি হায়। হরাও ফি মচা অমনা মতুম তাশিল্লগা খ্বাংচেৎ লাকই। ইমাদো মশক ফজদে, মুরগা মশাদো কংলি-কংলি তৌই, লাইর নাওশোন্নবগী শক্তম ওই। ঐনা হায় – অদু ওইরবদি ফরেদনা, লাইনি হায়রগা করি ফি শেৎলি হ ংলক্লবদি অসুম হায়না শেৎলি হায়বা য়ারেদনা।

নমা ঐহাক্কী মীংলেন্দি নোংপোক অহারাবা-অহারাবী হায়না কৌইদো। ইচা পারিবু ঙাক্লগে হায়দুনা লাক্লিবনি হায়রম্মগা ইমাগী শক্তমদো মাঙখ্রে। ঙহাক্তং লৈরগা মৌ চহি ৫০মুক্কী লেঙ্গা ওইগনি, ময়ালং ফনেক শেৎলি, ইন্নফি মরাক তাইদবী অঙৌবা অমা ইল্লি, লৈশানা লাইবক্তা নম্মী। ইমাদুনা – ‘‘হায় পারি নমা ঐনে ইচাবু ঙাকপা লাক্লবনি ফিদা অমা পীরকউ’’। ঐনা খুম্মী, ইমা নহাকসে ঈশ্বর শানেৎপী মানখ্রেদা? মান্নি-মান্নি, অসুম্মা হায়রন্নগা ঐগী লুখুমদা মমায় মনিং ওল্লগা ফমখ্রে, ঙহাক্তং লৈবগা নমা ঐহাক্তি পাম্মা কৈসু ওল্লিদো। ইচাদা তাইবঙনা তেমশিংনরকপা তারগদি পাম্মা শরাক তম্লমগে হায়রগা কৈ মচা য়াম্মা নুংশিবা মকলাক তেনবা য়াংলেন পংশাং শাংদবা অমা ওল্লগা মখাদাংনা থোঙজিলপানদা শৌরগা মমায়না অব্রাং ওল্লগা কুল্লগা লৈখি। মমৈনা মৈরমদা মখদাংনা কৌব্রু ওল্লি, অদুদগীদি ঐহাক খঙহৌদনা ফুক লাওনা হৌগৎলি। নোংপোক অহারাবা-অহারাবী পলেম-পম্থৌবু মৈরা-মেক্রুক কত্তুনা পুনেমজে। থৌগল লেংথোক্লমদাইদসু পুনেমজে, খোম্লেন তুমখুল তাল্লমদায়দসু পুনেমজরগা তুমজে।

মসিগী মথংদা থোঙজিল লাম্হোরক্লবদা মাঙ্গোলদা মৈরা-মেক্রুক, হৈরাং-লৈরাং, লাইজ পীক থনবা খুজায় কৎলগা তাইবঙ মপুদা পুনেমজে। ঐহাক্কী লাইশোলদি ''তাইবঙ পানবা মপু, পুম্নমকপু শেম্বীরিবা নোংমগী অমম্বা অঙানবা শক্লোন পুবীরিবা মঙাং, লুৱাং, খুমনবু শায়োনবীরিবা লৈশেম্বা মপু শিদবা, ঙসি কোরৌ নোংজাসে কোরৌগী মঙাল ফংজরে, মালেম ইমাগী তম্পাক্তা হৈনা খোঙথাংজদুনা খোয়ুমগী থৌগল ঙমজরগে, শিন্তাক শিন্দম্বীয়ু, শিদ-নাদবা, পুন্সিবা-নুংশাংবা, চাহোং-ঙাহোংবা পীবুক মৱা তপ্না ঈংনা মালেম ইমাগী তম্পাক্তা থৌগলমিন্নজগেকো ইমা ইচাশিংগা পুন্না, অইংবা অতপ্পা ওইবীয়ুকো পলেম ইমাসে। ঙসি কোরৌ নোংজাদি ইমুং-মনুং, ইঙ্খোলনুং, কৈরোই-লৈকায়, লোইজিং-লোয়া, ইমা-ইচা নুংশিবা থৌগল চৎমিন্নরিবা ঐখোয় খুদিংমক থৌজালবীয়ু হায়না পুনেমজরবা তুংদা ঐগী নাতোন্দা হোল্লিবা শ্বরসে য়েৎতা লৈবরা, ওইদা লৈবরা হায়বদো য়েংজরে। য়েৎতা লৈরগনা পম্হৌ ইপানা লমজিংবীয়ু নচা তুংইঞ্জগে হায়রগা য়েৎ থংবা খোঙথাংবা হৌজে। ওইদা লৈরগনা পলেম ইমানা লমজিংবীয়ু নচানা তুংইঞ্জগে হায়রগা ওইগী খোঙ থাংবা হৌজে।

লাইপুং য়ৌরবা মতুং লমলেন লমদম য়াংদৌবী, লৈরক-খুল্লক তুবোনবী হৌ হৈমা পলেম ইমাদা পুনেমজরে, অনীশুবদা লুৱাং পলেম-পম্হৌ, লৈনুং নুংবীরেল শাথৌবা, ইবুধৌ শলাইলেন শিদবা, ইবুধৌ শঞ্জম্না পাখংববু পুনেমজরে। পুনেম্নবা মতুংদা অৱাং কৌৱু অশুপ্পা, ৱাংৱেন খানা চাউবিবা, মার্জিং, থাংজিং ইবুধৌ মরিবু অমদি খ্বাই য়াইস্কুল, খুরাই, ৱাঙ্খে পানা মরিবু শুপ্পা অমুক পুনেমজরে অদুগা অমুক হঞ্জিন্না তাইবঙপানবা মপুদা নীজরগা নোংমগী ওইবা শিন্থা হৌবদা নাহৈরোলনা হান্না খিক্তোক-শেংদোকই। মশা মশানা খিক্তোকচনবগীনা চফু অমদা নাহৈরোল শেম্বীরগা তাইরেল, পুংফাই, লাংথ্রে য়াওনা থম্বীরগা অরাকপা ইচাশিংদা থৌদাদু পাংজে। পম্হৌনা খিক্তোক শেংদোকপীবনা অয়েশেল চাইশেলদা ঈশিং খরা হাপ্পী, তাইরেল মনা অহুম লোংবা মশা অমা, পুংফাই অহুম লোংবা অমা, মনা অহুম পানবা মথোল য়াওনা লাংথ্রে মতোল অমগা পুন্না লং অহিংবা অমনা তরেৎলক পরে লৈশিনগনি। নাহৈরোল অমদি

লাইরোল :

আ - হীং - সনা
লাইজ ঈরু ঈশেংনা
শেংদোক্লবনি খিক্তোক্লবনি চামথোক্লবনি
তাইরেলনা তাইশিল্লবনি
পুংফাইনা পুনশিল্লবনি
লাংথ্রেনা লাইয়েৎ তিনয়েৎনবা থৈরবনি
উনানা নাপিনা খিক্তোক্লবনি চামথোক্লবনি
শু- হৈ .............!
লাংথ্রেনা অমাই শিন্থানি
পুংফাইনা পলেমগী শিন্থানি
তাইরেলনা পন্থৌগী শিন্থানি
মনা অহুম লোংবনা
লাই তাইরেল কোই
লোংদবদুদি লাই তারেল নত্তে !

মসিমক্কী মতুংদা লৈশা নম্বীবগনি লাইবক্তা, লৈশানা পোকপা শিবা অনিগী তুংনফম ওইরগদবনি, ইমাগুম্না ঈংবা তপ্পা ওইজগে, অথাং কনবসু ঙমজগে হায়না নপ্নিবনি। অদুগী মতুংদা শিদ-হিদাকসে লোইনমক্তা পীথকই, অহানবদা কোক্তা হাপহল্লি, কোন্না পীথকই। থক্লগা কোক্তা হাপচিনবদি লুখাক হাপচিনবা কৌই হাপকনুকো হায়না তাকই ইচাশিংদা অসুম্না তত্তনা শিন্থা পাং থোকই।

লাইফমগী অহকপা চৈঙাকলোনশিং অসি থম্বীদুনা তাইবঙ ওইজরিবা ঐখোয় খুদিংনা পন্থৌ ইপাগী তুংইন্নজদুনা থৌগল্লোনশিং ঙাক্লা চৎচরি তুংদসু লিক্লম খুদিংমক কায়দনা চৎচবা ঙাকচবা ঙমজগে। লাইফমগী চৈঙাকলোনশিং অসিতনা লোইবা নত্তে।

লাইরমলেন থক্কী ব্রারীলোনগী চৈঙাকনি ইগদৌরীবনি, অনৌবা লারৈদুনা ঙসিগী ‘ইবুধৌ সনজেনসনা’ পাখঙবগী খুন্থোকলোন লিক্লম (১৯/১১/২০০৭) :

থৌগল্লুপ য়াওবীবা মতমদা ইমুংগী মীওইশিংগী অয়াবা য়াওবীয়ু। য়ুম পাল্লবগীনা ইপুরোইবগী য়াথং হিকতোকফদে। নুপাগীনা ননাইনুপগী পুক্লিং লৌবীয়ু ইচাশিংগী ব্রাখল্লোন অয়া-য়াদ লৌবীরকউ। ইমুংগী মীওইশিংগী ব্রারী তীনন্দ্রবদি য়াওবীগনু। লুপসিদা য়াওখ্রবদি 'পল্লৌ'গী ইচানি, চারৌ-মৌরৌনবা য়াদে। মমা নহা ওইবীশিংনা ইচা-পাখং অমদি নহা ওইরীবা ববাশিংদা গাড়ীদা য়ুমফাওবা থিনবীয়ু হায়বীগনু। মীতোপনা মীৎয়েং লান্না চঙখিনি করিগুম্বা তঙাই ফদবা লৈরবা 'পল্লৌ'গী য়াথং লৌবীরগা য়ুম ফাওবা য়ৌহনজগনি। চৈঙাকলোনসি ইচা-পাখং-ইচা নিংঙোল চপ-মান্নে। নিংঙোলনসু পিবাদা হায়দবা, পিবানসু নিংঙোলদা হায়দবা। কনাগুম্বা তুশোন নাওশোনবা কনা লৈজদ্রবদি লুপকী ইমা-ইচা অমদি 'পল্লৌ' লৈজরী। অয়ুক্কী নুমীদাংগী চফু উয়ানগী ব্রারীদি লৌজরোই। পনজাও থেংনবা মীমাং থোকপগীদমক মাইপুনগনি । চৈঙাকসি ইঞ্জহনিংই পল্লৌগী ওইনদি।

চৈঙাকলোন ইন্দবা তারগদি : হে তেমপাক লৈতুম নহাকনা ঙসি কোরৌ নোংজাদগী শিন্থা অমত্তং লৌবীয়ু। মৈ, ঈশিং, নুশিৎ, নুমিৎ, থা - থব্রানমিচাক পুম্নমকনা খঙবীয়ু। চারৌ-মৌরৌনবা 'পল্লৌ'গী য়াথং হিকতোকলিবা মহাকপু 'হে তেমপাক লৈতুম নহাকনা ঈশিংদা থাদবদা মচেৎ থোকনা কাইবগুম, চারৌ-মৌরৌনরীবা মহাক কাইবা ওইরো। মপোক-মপোক খুদীংমক্তা অব্রাবা ওইরো নিংবা থুংলনু তাকপী।

শিন্থা অসি ইচা নিঙোল শঙলাকপী মেমচাদা শিন্নবীদুনা ইকোন্দা তেম্পাক লৈতুমদু লংথহল্লি।

মপাল নাইদ্রবা চৈঙাকলোন কয়া অমা লাইওইবা 'পল্লৌ' ইপানা থৌজালবীদুনা লাইফমলেন অসিগী চৎন পথাপ ওইদুনা মচা-মনাই ওইবশিংনা তুংইঞ্জদুনা ঙাক্লা চৎচরি (২৩/৫/২০০৯):

ঐগী ইচা নুংশিবা নহাক্কী মোবাইল ফোনদু মখোল তাহল্লক্কনু, লাইফমলেন অহুম মীতিনশংশিদদি মোবাইল ফোনদা ব্রারি শান্নবা তৌবীগনু। পুংজা ৯:০০ মঙাং মতমগী থৌগলগী মতুংদা পুংজা ১০:০০ ফাওবদি লাইগী লিক্রম তাকচগে, পুংজা ৯:০০ দগী ১০ ফাওবা লাইগী ওইরগে। পুংজা ১০ গী মতুং পুংজা ৪:৩০ ফাওবদি তাইবঙ নখোয়গী

ওইজরো। পস্থৌগী নাক্তা চরৈ ফি নায়বা ইচা অমখক্তি লৈবীয়ু, নুমিৎ ৭/৭ শিন্থা পুবীয়ু। করিগুম্বা তাইবঙ শিন্থা লৈরবসু শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবীয়ু। কনাগুম্বনা য়াম্না থুনা চৎলগে হায়রগনা পস্থৌগী নাক্তা য়ৌদনা শঙলেন কাখৎতনা হনবীয়ু। পস্থৌনা মপাউ পীরিঙৈ চৎপা য়াদে হৈরাং লানশিল্লকপা য়াদে, পুংজা ১০ সিগী মমাংসিদি হৈরাং-লৈরাংসু লানখৎলকপা য়াদ্রি, পস্থৌ লেংথোক্ত্রিঙৈদা লানখৎপদি য়াই। পস্থৌগী য়ব্রাবু মপারি-মমোমশিংনা মীৎ কুপ্তুনা, ব্রাখল চোইথোক্তুনা খুঞ্জিনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। থৌগল চৎলিবা ইচাসু মতম অহুম মঙাং, লুব্রাং, খুমন পুমিন্নবা তারগদি লাইগী চীঙ্গাক চারসি। করিগুম্বা অমা হঙ্গৎচগে হায়রবদি হান্নবা লাইফি শেৎপা বাবা মমাদগী অয়াবা লৌবীগনি। নাহৈরোল পায়বদা ইচা পিবা, নিঙোল, বাবা, মমা অমনা হেক্তা থৌগল ফংবীবা য়াই অদুবু হেন্না ফবদি ইচা পিবানি।

লাইফমলেনদা লাকচবা ইচা খুদিংমক নোল্লুক্লা কোক নোনগদবনি। লাইওইবগী ফিজোল মচু শংখ্রবা ইচা, মমা, বাবাশিংনা নৌনা লাকচবা ইচাশিংদা লিক্রুঝম চুম্না তাকপীগদবনি। পস্থৌনা শিদ-হীদাক থৌজালবীবা মতমদা হান্না কোক্তা হাপকদবনি মতুং তারকপদা থক্কদবনি। হৈরাং-লৈরাং নীজবদা নিপানা খুজোক য়াজরগা লৌগনি, নুপী ওইবীশিংনা ইল্লিবা ইনফিগী মনুং থংবা ফিজিন্না ফিগাও শানা য়াজগনি। ওক্লবা হৈরাং-লৈরাং মালেমদা থম্বা য়াদে, থৌজানবীরবা শিদ-হীদাকসুনি চপ মান্নে। শিদ-হীদাক্তি অশেংবা লাইওং, লায়না খঙলগা শোনবনা খ্বাইদগী ফৈ। হেঞ্জিন্না থকপগী কান্নবা লৈতে. শুপ্নতগী খুৎতা হৈরগা য়াউম ৩ (অহুম) থকপনা লায়না পুম্নমক্তুগী উকল ওইগনি। নুমিৎ খুদিং তাকপীরিবা থকপগী নিয়ম অসিদা থকচবদা করিসু অকায়বা লৈতে। মীওইবা অমগী খুদোংথীবা লাক্কদৌরে হায়রগদি হঙ্গাম্মপাল মচু ওল্লক্কনি, ব্রাই তাওখৎলকপদৌনা শাহিং-ঙাহিংগী মনম ফাওগনি। মতমদুদা হিদাক অদু হৈখোং-লৈখোংদা হৈদোকপিখ্রো, থুনা পস্থৌদা হঙ্গৎপীরকউ।

লাইওইবা 'পস্থৌ' ইপানা ''পাউজেল্লি লাক্তবা য়াদে'' হায়বা চেজায় পাউজেল অমা, লৈপাকপোকপা নুমিৎ, তাং ২৩/৬/২০০৯ ইং, ইঙেনগী নোংমা পানবা মঙাং পুংজা ৯:১৫দা থৌজালবীদুনা

লাইফমলেনগী ফিশক-ফিশু নায়বা মচা-মনাইশিং খন্ন-নৈন্নবগী মীফম অমা পাংথোকহন্বী। খন্ন-নৈন্নবগী মীফমদুদা মচা-মনাইশিংনা মশা-মশাগী ওইজবা ব্রাখল্লোন কয়া অমসু থম্বীবগা লোইননা পন্থৌ ইপাগী থৌজালবু মতম চুপ্পদা ফিগাও শানা য়াজরি হায়না পাউদমবীখি।

থৌজালবীখিবা চেজায়গী ব্রারোল মখাদা থমজরি : লাক্কদৌরিবা নোংমাইজিং নুমিৎ ২৮/৬/২০০৯ ইং অয়ুক্কী মঙাং পুংজা ১০:০০ তাবা মতমদা লাইফমলেন অসিগী মরু ওইনা শিন্থা পুরিবা পন্থৌগী মখাদা :

বাবা অহল
বাবা য়াইমা
বাবা খোমদোন
মমা অহল
মমা য়াইমা
মমা খোমদোন
পিবা অহল
থৌপুরেল হঞ্জবা
খুমন শিন্থা ঙম্বী মমা অহুম
খুমন শিন্থা ঙম্বদা বাবাশিং
নিংঙোল শঙলাকপী
ঈমা লৈশেমগী প্রসিডেন্ট
ভাইশ প্রসিডেন্ট
সেক্রেটরি
জোইন্ট সেক্রেটরি
ত্রেজরর
একজিক্যুটিব মেম্বরশিং
চৎকোই ঈশৈগী ওঝাশিং
ফমদোল ফি ফমনাইবশিং

ঐগা উনদবা য়াদে, পুক্নীং ব্রারেপ খুনদিন্নবা অহানবা মীফম ইচাশিংগী ওইবীরো, অনিশুবনা পন্থৌ ইপাগা পাউশন্নরশি।

লাই হাক্তক্কী ব্রারোল মুৎনাইদনা লৈহৌগনি মালেম অসিগী ফমপাকথক্তা। মীওইবা ঐখোয়গী শমু হকচাংদি মাংখিগনি ঙসি-ঙসিমক লাই ওইবা মী মচেৎ, লাই মচেৎ ঐবু নিংজবদগী থোইদোক হেন্দোক্লা মরু ওইবা শিন্থা অমা পুরিবা ইমা-ইচা নুংশিবশিং, মীরোল কয়া-কয়াগী য়েংলগা চৎন পরম পথাপ অমা লাই ঐনা শেমলন্নগে। মীওইবগী পুক্নীং মখল ৭ (তরেৎ) লৈগনি - অঙকপা, ফজবা, নুংশিবা, মীহৌবা, শাওনিংবা, কপনিংবা, লৌশিননিংবা পুম্নমকশিং অসি লাইগী মফমদা থৌবু অমা ওইবা তারগদি পেস্থোকপা ঙম্বা তাই। লাই নিংবদা অনিখক অমগা লৈ - অহানবদা নিংজবা অমদি অনিশুবদা লুপচবা। অনিংবা হায়বসিনা পুক্নীং লেপতনা অপাম্বা অমখক্কী পকনিংদা নিংবা, অপাম্বদু ফংব লোইরগা অদুম তোকপা। লুপ্পা হায়বসিনা অমদগী হোংদোক্তবা পুন্সিদুমক্কী লেংদনা লেপখ্রগদবা, কনা অমত্তনা হায়বা চৎলরোইদৌবা 'মহাক্তি লুপখ্রে য়াররোই ঐখোয়না হায়বা' পরম অনি অসিনি লাই নিংবদা লৈগদবা মখল। নশাখক্তগী নরোমদোম্না লাই নিংবদি য়াই, লুপ্পকপা তারগদি নরোমদোম খক্তনা ঐ নুংশি হায়দুনা লুপ্পা য়ারোই। ইমুং-মনুংগী অয়াবা অদু লৌরগা লুপক্কদবনি। লুপখিবা তারগদি লুপলক্ল ন্নগদি ঐঙোন্দা পারম-পুরম অমা 'ঐ' শেমগনি। শেন্নীবা পরম অসি তাইবঙ মীনা থুগায়বা তারগদি তিস্থুং-লাইথুং চুগনি, নশাগী নরাল ওইগনি। লাইওইবা ঐনা পুথোকপা পরমদা ঐনা লাইনি হায়দুনা তাইবঙগী পরমদা হেঞ্জিল্লকপদসু ঐগীসু মপুনা চৈনা অদুম পীরক্কনি। লাই নিংবা হায়বদি লোইনায়দনা নিংবা য়াই, লুপলকপা তারবদি খরা খক্তনি, লৌখৎলক্কদৌরিবশি। লাইগী পরম হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াদে, ফিদা থৌবু ওইরিবা অদুসু শিনদোকনিংই হায়দুনা হেক্তা শিনদোকপা য়াদে। লাই ঐনা মশানা অরোইবা মতম ওইদুনা মশা তুমখ্রবা মতমদা থৌপুরেল অমা অমুক খল্লগ হাপকদবনি। ইমা-ইপানা পায়রম্বা ফিদানি মচা ঐখোয়না লৌগদবনি হায়বা ব্রাফমদি লৈতে অদুমকপু মচাশিং অদুনা পস্থৌগী লাইনিং থাজনা নিংলবা, পস্থৌদা লুপচরগদি মমা-মপাগী খুভম হঞ্জিনবা য়াই পস্থৌগী য়াথংগা লোইননা। ব্রারম পুম্নমকশিং অসি মুন্না-খন্না নৈনবীয়ু। লাক্কদৌরিবা লাংবনগী নোংমা পানবা চহি ১৫ অসিদগীদি ব্রারি ওইনা

থনম্নরোই লাইরিক ওইনা ইরগা থম্নগনি, লাইফমলেন অসিদা চৎন-পরম পথাপ অমা ওইনা।

অহানবা খনবা অদুদি ইচাশিংসু তরং-মাংওইনরম়গনি, পম্মৌনসু নুংশিবদগী হেক্তা চীংখৎখিবনি, হৌজিক হম্তোক-হঞ্জিন য়ারি মতম লৈরি। পম্মৌগী লাইবুং হরাও-থৌনি হায়না খঙনগদৌবনি, লাই হরাওবা হায়ররোইদৌবনি। মুম্না অমুক্তা খনবীয়ু, য়াথং ফিদা অসিবু লৌখিবা তারগদি নশামক্তা ইমুং অদু ঙমগদবনি, লাই নিংবগী পরমদদি। ইপুরোইবা ওইরগনি ইনায়নুপীদগী ঙম্না চৎকনি, ৱারি অনি লৈহল্লোই, পম্মৌ লাইনিং অসিগী লিক্লমদা। ইনায়নুপী ওইরগনা ইপুরোইবদগী য়াথং অসি লৌগদবনি। মমা-মপা ওইবগী ইচাশিংনা য়েৎলম ৱাঙাংলোন পুম্নমক মমা-মপানা ঙম্না য়ৈথৎকদবনি। থক্তা য়ৱা কাংহৈদে, ইরোমদোমগী ইশাগী ইথৌদাংদা মীতোপ মীৱা চিল্লোকনরোইদৌবনি, মী ইম্থোকপা য়াদে, মী খোমজিনগদবনি।

ঙসিগী চৈচৎলকসিদা উবিবা মীফম মীওইবগী ঈশিং ঈচেল ঈচাওনি, ঈচাও অসিনা পাথোক্তুনা কোক্তায়-লুক্তায়নবা ফংলবদি মশানা লুপচবগী মহৈ ফংলে। পম্মৌ ইথন্তগী মীংশেল ওইবা য়ারোই, মীয়মা পুম্নমক্কী মীংশেল ওইগদবনি। পম্মৌ নুমিৎনি, পম্মৌ থানি তৌইগুম্বসু নুমিৎনা ঙালহল্লি তাইবঙপাল নুমিৎনা ননাক্তা লৈববদি তাইবঙ মী নহাক কবম্না খাংগনি। লাই নিংবা মহৈ ফংবনি, লাই নিংবা লাইচুবনি, লাইনিংবা লাইরবা তানবনি, লাই নিংবা লিক্লমবু চুমথ্রবা ননাক্তা য়াই পাম্বী হৌবগুম্বনি। লাই মথক্তা ফিদা নাইরে হায়দুনসু ৱাযেৎ অমত্তা লাইদা থম্বা য়ারোই, তৌহৈদে, লাইনা ঙমহল্লু, মীনা তুং ইল্লু। পম্মৌ ইথন্তা লাকখিবনি, তাইবঙ নুংশিবা! পম্মৌ খোঙ্গুল লিবকখিবনি নখোয় খুদিং, নমু তাইবঙ মী, নুংশিবা ইচাশিং ৱারৌগনুনো। লাইগী মৈ ৱাৎলোই, নুংশিৎ ৱাৎলোই, ঈশিং ৱাৎলোই, হৈরাং ৱাৎলোই, লৈরাং ৱাৎলোই, মচা-মনাই ৱাৎলোই, মীরোল অমা চৎখিনি, মীরোল অমা চংলক্কনি। তাইবঙপান্দা লৈরিবা মী খুদিংমক লাইগীদি মচা মনাই ঙাক্তনি - পুক্নীং ৱারোল খুদিংমক লোইনা তেংথোক্লো ইচা নুংশিবশিং। লাইগী মতিক-

ময়াইনা হেল্লকপা মাংবা য়াদবদগী লিক্কম খোঙ্গুল লাইওইবনা থিগৎলকপনি ইচা নুংশিবা ময়াম।

মীফম অসিনা লোইশ্রবা তুং, লাক্কদৌরিবা থব্রানগী পুর্ণিমা মঙাং পুং ১০:০০দগী মীফম অমা পাংথোক্কনি, লাইগী ফিশক-ফিশু নাইখ্রব ইচাশিংগা অমুক। লাংবনগী নোংমা পানবদা থৌদাং পুগদবশিং, মেরাগী হরাও থৌনি থৌদা পুগদবশিং, মাপন অহুমগী খোংচৎতা ইপানা লেংলক্কদবা ইচাশিংগী শঙ্গাই, ঐগী ইচা মপুশিং য়ুমগী থব্রানগী নোংমা পানবদগীনা লাংবনগী নোংমা পানবা ফাওব লুবাং মতমদা থৌগল লাকপীয়ু। করিগুম্নবা ইচাশিংগী য়ুম্মাং-কৈমাং নংলবদি পন্থৌনা লেংশিল্লকপদা কায়বনিনা পন্থৌদা হান্না হংগৎপীয়ু, পন্থৌনা মাইকৈ থৈখিবদা ইচাগী করিসু অৱাবা নংগদবা লৈতে, অকায়বা নংগদবা লৈতে।

কাওবীরোইদৌবা - পন্থৌগী মীনুংশি য়াইবু চরে ফিগাও শাবা লেপ্পীগনু, লৌশিনবা হৈবীয়ু। ইচা নুংশিবা ইপানা ঙসিসু ওকলি, লাওনে ইচাবু ইপাগী নাক্তা, ঙাইরিশিদি।

খন্ন-নৈনবগী মীফম নোমাইজিং নুমিৎ ২৮/৬/২০০৯ মঙাং পুংজা ১০:১৫ তারকপা মতমদা লাইফমলেনগী বাবা কুঞ্জরাজ, খোমৈ খোমদোন্না পন্থৌগী য়াথং লৌজরগা মীফম হৌদোকপগী থৌদা লৌজে।

মীফমগী অহানবমক্তদা লাইফমলেনগী ববা অহল সৌগাইজম নিমাইচান্দনা অশেংবা থম্মোইনুংগী ওইবা ৱারোল পাউদমবী।

ৱাহৈরোল : ইপানা থম্বীরম্বা চৈখন চৎন-পথাপশিং অমদি ৱারীরোন ওইনা থনম্নরোই, লাইরিক ওইনা খোজে তারগা তাবুনুংদা পুয়া ওইনা লাক্কদৌরিবা লাংবন নোংমা পানবদগী ইরগা থম্নগনি। লাইফমলেনগী চৎন-পথাপ পুম্ন মক ঐখোয় তাইবঙনা ঙসি ফাওবদা থবক ওইনা পাংথোক্তবদগী ইপানা ঙসিগী অহকপা চৈঙাক লিক্কমশিং অসি থম্বীরকপনি। নচা ওইবনা ইপাগী হৈনা খোংথাং তুংইঞ্জবদা পাঙ্গল-থৌনা, ৱাখল-লৌশিং হাপ্পীয়ু। পন্থৌগী য়াথংবু ঙাকচবদা মমা, ববাশিং পুন্না ৱাখল অমত্তা ওইনা শিন্থা পাংমীন্নজবদা ইপানা মতম চুপ্পদা থৌজালবীয়ু।

ইচা নিঙোল মেমচানা পাউদমজখ্রবগী তুংদা তাইবঙগী পুক্লীং খুনদিন্নবগী ব্রারোইশিন ইশামক্লা পাউদমজে। লুবাং চরাইরকপা পুংজা ১২:১৬ তাবা মতমদা 'পন্থৌ'না ফম্বালদগী লেংথোকপীরক্লগা মীফমগা মরি লৈননা পাউতাকলোন তাকপি লোইননা লাইফমগী ববা, মমাশিংগী শিন্থা শিন্নবী।

চৎকোইগী মমা মেধা  চৎকোইদা মাযপুনবীযু শোইফদে।

খুমনগী ববা, মমাশিং, খুমন পুংজা ৭ তগী ৯ ফাওবদি লাইপুং কারসি শোইফদে। বাবা অহুম লেংদনা লৈরে, মমা অহুম লেংদনা লৈরে, হোংবা য়াদরে। ফিশক-ফিসু নায়ববা, ফমদোল ফি ফংখ্রবা বাবাশিং হোংবা য়াদরে, পন্থৌনা পুল্লবনি পুল্লবা। হন্দক মপোক্লীদি হৌ লৈমা ইমাগী ইশাযকোন্নুংদা মমল লৈনা ঐখোয খুদিংমক পুল্লসি।

"পামেল নহাক্লা খঙলিনি
মালেম ইমা নহাক্লা তাবিনি"।

মমল নাইদ্রবা 'পন্থৌ' ইপাগী বাহৈবোল খবা থম্বাবন্নগা মঙাং পুংজানা লোইশিল্লক্লবদা 'পন্থৌ' শঙ্গাইনৃংদা লেংশিনবীখ্রে, মীফমসু লোইশিল্লবগী অযাবসু লৌজহৌবে।

# মরি

**মী** ওইবা ঐখোয়গী পুন্সিরোলদা

অব্রাবা নুংঙাইবা কয়া থেংনহল্লি। মীওইবগী মপোক অসি খোয়ুম লাইওইবনা থাবীরকপদা থব্রায় পানবলক্কুগীদি অথোইবা ওইনা কোকলেন অসিনা য়ুংনা পালহল্লম্মী অথোইবমক্লি পুন্সিরোলসিনসু ফোঙদোকচরি।



অব্রাবা-

নুংঙাইবা অনিসিদ্দি শুপ্নতগী লংলা অমত্তদা ইতিম্নদুনা লৈরম্রে। অব্রাবা মীকুপতুদনা খঙহৌদনা শোঞ্জে, ব্রাসু ব্রাখ্রেদা। তাইবঙ মীওইনা পোকপা নুংঙাইবগী মথেলদুনা অসুক নুংঙাইবা মীওই মপোক, শিনি হায়বফাও হেক কাওইদা, খল্লুবা মীকুপ্তুনা চৈচৎলকসিদা অমুক্তসু অঙকপা কয়াগী মথেল থেংনহল্লি। থেংনরিবসি অকিবা খক্তনি, মৈহৌরোল পুন্সিরোল অমদনা ইয়ুমদবু কনানা কৈদৌদোইনো মপু ঐ লৈরিঙৈ, ইতোমতা লৈরবসু য়ুম য়ৌরবদি পুক্লীং ব্রাখল কয়াদা চাওথোকচরম্বা। ঙসিগীনা তাওবা হুইনা খোংবদা ইয়ুমক্তুদা ঐবু কনানা কৈদৌবা লাক্লবনো করম্বা কাচিন্দা লোৎশিগে কিসু কিজখ্রেদা করম হায়নবু হীংগদৌরিবনো। ঙসিগী তাইবঙপানসিদা তাইবঙ ঐখোয়সু ব্রানা লেল্লবনি। অঙকপনিকো,

অঙকপনা পীক হেক থল্লিদা। ঙসিদি শিগনি হায়বসু কাওরে, ব্রানি হায়বসু নীংশিংলুদ্রে, ঐ ঙসি নৌনা অমুক মীকপ থোক্লে। ঐগী মীৎমাংদা থেংনজরে হায়নরম্বা লাই হাক্তক্কী ব্রারিলোন মীগা লাইগা ব্রারি শান্নরম্মী হায়বদুমক শোয়দনা চুমগনি। ঐনা ঙসি নীংজরিবা, ঐগী অবাৎপা কয়াদা পীনহৈবা থৌজালগী মপু ওইরিবা মীওইনা শাযোনবা লাইগী লাইপোক ওইবা। লাংওল্লকপনিদা ঐখোয়গী পন্থৌ, ঐ খক্তনা ঙাওরব্রা, মীয়াম অমসু লাকই মখোয় লোইনা ঙাওরব্রা'? মপা চান্নরুবগী থাজবা অনি অনিবা খুদিংগী সুম চানদুনা লৈবসিবু, মী খুদিংমক্কী মনিং থুংহনবসিবু লাইনিদা লাই।

মীং : ইন্দ্রমনি

লৈফম : কৈশামথোং



মহাকসিসু মীওইবনি, অহিংবা মীনি, অরাম্বা খৌরাংবদি পোকই। নুংশিবদি মঙোন্দা নাথৈরে, ফিজেৎকী, লৈতেংগী ফজবদা মহাক ওন্ন-তৈনরে। নোং চোৎপনা মঙোন্দা অবাবা লৈত্রে, নুংশা শাবসু মঙোন্দা থোইদোক্ত্রে। চৎনিংবা মহাক্কী লম্বীদা পন্থুংগী পন্থুং ঙাক্তা ওইরে। মাদি থুংলুবা মফম উখোং বাখা, য়ানিংবা মহাক্কী থম্মোইনা ইপেন্দা পেন্থোক্লুবা মহাক অসে লাকই ইফমদা থা অমগী মনুংদা অমুরক, থা অমগী মনুংদা অনীবক, অহুম্লক, মরিবক। মহাক্লা ঐবু উবদা গুরুজি লুপা ২০ খক্তং পীয়ু। অহানবা

উবা নুমিত্তুদা ঐনা খল্লি ও নুংশিখ্রেদা, ইবুঙো নহাকপু কদায়দগীনো? নহাক্লা হায়বা লুপা ২০দু ঐ পীগে নহাক্কী লৈফম তাকউ। মহাক্লা মতমদুদা খুন্নকই - কৈশামথোংদগীনি কৈদৌনাগে যাবোই যারোই তাকথোকপা যাদে। লুপা ২০ খক্তং পীযু হাযবা লুপা ২০ দগী মহুত্তা ঐনা লুপা ৫০ পী। মহাক্লা লুপা ৫০ দু লৌ হাযবা যাদে, ঐদি লুপা ২০ খক্তংদে মহাক্লা খুন্নকই। ফবে ফবে নহাক্লা লুপা ৫০ লৌ হাযবা যাদ্রবনিনা ঐ লুপা ২০ দু পীবগে, লফোই লফাংসিগা হৈবাংসিগসু চাখো, পুখো। মহাক্লা খুন্নকই, চাবোই চাবোই ঐ পুবোই মখুৎ অনীদু লোন্নবগা গুকজি ঐ চৎলে। ইবুংঙো নহাকপু কৈদৌঙে লাক্কদোইনো, ঐ মহাকপু নুংশি ঐনা অমুক হংই, নহাকপু কৈদৌঙে লাক্কদোইনো? হন্না য়েংদনা মমায়দো তবংদা য়েংলগা হপ্তামুক লৈরগা ঐ লাক্কে। নুংশিমনখিদুনা লাকউ লাকউ ঐ ঙাইরমগে হায়না পাউখুম্বীখি। নহাক্লা পৈশা পীরবনিনা চৎলে চৎলে হায়দুনা থোকখ্রে।

মীকুপ অমদা নিংশিংলকই, মহাক্লা শরক্তা মীঙোন্দগী পৈশা নিবদসু মহাক্তি য়াম্না ফংগনি। মহাক্কী মরল ব্রাৎপসু নত্তে, চঙজফম লৈতবসু নত্তে, য়ুমথোং খুদিংদা চৎলবসু মহাক্কী পৈশা ব্রাৎলোই। ইনাক খুনবা মীনুংশি চাওবা ময়ামদুগী মফমদা চঙলক্লগা খুখ্রবা কাচিন অসিদা লাক্লিবসিবু, ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবসিবু ঐনা মহাকপু নহাল মপোক্তা শেন্বা লোইরমদনা ঐগী ইচা ওইনা লাক্লিবনি। মহাক্কী লমন ঐঙোন্দা তোল্লি, তোন্দুনবু লাকচরিবনি। ঐ শিংগনি মহাক্লা অহাই অহাইবা লুপা ২০, লুপা ৩০, লুপা ৫০ ঐ অদুম পীগনি। মতাঙ অমদা মহাক্কী মপাও অমদি খোঞ্জেল তাগদবগী ঐনা ফাগি তৌদুনা লক্লে, ঐখোয় অনীগী মতৌদুনা ইমা ইচা ময়ামশিংসু থম্মোই পেন্না নোকচৈ। ময়াম পুম্নমক্তদি মহাকসি অঙাওবনি ঐনা খল্লি, মীওইবা খুদিং লোয়না ঙাওই, খুঙাও মান্নদবগী বানি। ঐসু ঙাওরি, কনাগীদমক ইচা নুংশিবা কয়া কয়াগীদমক্তা। অযেংবা মহাক্লা ঐবু শোয়দনা ঙাওই হায়গনি, কোক্তোন্দা লৈবাং থেংলিবা, কোকয়েৎ ফৈযেৎ থোল্লিবা, ফিজেৎ লৈতেং, তাইবংপানবগীদি ইওন ওন্নববা ঐগী

ফিজেৎ লৈতেংনি। ইন্দ্রমনিনা মহাক্কী হিংননবগী লানফমদা অঙাওবা ঐনা ইচাশিং নখোয় খুদিংমক্কী হিংনবগীদমক, কন্ননবগীদমক খন্দুনা ঐসু ঙাওই। লাইফম অমা ওইরক্লিবা ঐগী লাইফমসে ময়াই হেল্লবনি, মঙাল য়াম্না লৈরবনি। অঙাও অফে, খোংতেক মীৎতাং, চাক্কী ফিনিবা চাদোন ফিদোল্লবা কয়ানা তুংনফম ওইরবসে মীয়ামসিনা লাক্লবা লাইফমদো মম্লাই য়াওদ্রবনি।

মহাক্কী নোংদমগী লাইবক্কী নোংদমখোল ঐনা তানবা ফংলরোই। মহাক্কী নুংঙাইবা হায়বদো পনখে য়ৌজরবনি। কনামত্তনা মহাক্কী নোংদম লৌবা ফংলরোই। ঐগী লাইবক্কী নোংদম কনানবু লৌবা ঙমগদৌরিবনো। মপু মহাক্কী থৌশিলগী কুম্মৈগী লিলা অমগী শক্তম খোয়ৃমগী কুম্মৈগীদমক ঐ লাক্লিবনি। লৈচল কয়াগী লৈথেলগী তাইবং পান কুম্মৈগী লাংলিবা শক্তম নহাক ঐহাক ঐখোয় চপ মান্নেকো। হৌরকফমগী তুংনফমগী ইথোংগী অদুম্মক্তি লাকখিবনি ঐখোয় খুদিং। ইহনফমগী তরংগী লম্বী অদুদনি ঐখোয় লোয়না চৎকদৌরিবসে।

‘ নীংজবা নহাক্না ঐবু লাইনি হায়।
শোঞ্জবা নহাক্না ঐগী থৌজালগী মহৈ ফংই হায়।
ঐদি খঙদে ঐসু ঙসিগী তাইবঙপানসিদা ঐসু অঙাওবা
অমনি মীওইবা নখোয়সু লোইনা ঙাওই।’

‘পল্হৌ’

| | |
|---|---|
| মীংলেন | চবুংবম থোইবী |
| চহী | ৫৭ |
| শিনফম | গ্রেজুএত তিচর |
| ইপুরোইবগী মীং | চবুংবম ইবোপীশক (রিতায়র্দ চীফ এঞ্জিনিয়র পরার) |
| ইচা | ১) চবুংবম রাজা গোপাল ২) চবুংবম সঞ্জু |
| লৈফম | ক্বাকৈথেল ময়াই কোইবী |

শক ১৯৯৬ লাইওইবা ইপানা পারি হায়না মীঙ্গৌনরিঙৈ মতমদা ঐহাক লাইফমলেনসিদা



য়ৌজরক্লে। করিবু হায়না ফোংদোকচগনি, করম্নবু তমজগদৌরিবনো লাইওইবা ইপাগী মপাউসে। তশেংনমক্কী ঐহাক্তি অমাইবা-অমাইবীশিংবু থোইদোক্না নকশিঞ্জরুবগী ব্রাফম লৈজদে, ইপাবুসু অসিমক্কী ব্রাখলদা লাকচখিবসু নৎচদে। থাপ্লিঙৈ ইপাগী মব্রা মপাউতাজবদা থম্মোইসিদা হায়ফম খঙদনা নুংশিবা ফাওজবা, অমুক্তংদি লাইফমসিদা য়ৌজরগা ইপাবু খুরুমজগে হায়বা ব্রাখলসিনা চপ য়ুংদুনা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা য়ৌজরকখিবনি। অচম্বা মফমদি ওইরমদ্রে লাইগী লাইফম অশেংবা হায়বদুমক ওইরম্রে অব্রাৎপা অমত্তা লৈরমদ্রে। ইরমদম অসিগী নুপী ওইবীশিংগী ফিজেৎ-চাকচা, ইমুং-মনুংগী, য়ুম্বাল-কৈবালগী অমদি লমদমসিগী চৎনবী পুম্নমক পল্থৌ ইপানা মচা ওইবশিংদা পুম্নমক তাকপী-তম্বীদুনা অনৌবা পুন্সি অমা শেম্বীরি। ঐহাক্তি করিসু খঙজদে, নোংমগী তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক্তু ইপানা লোইনা খৌজালবীদুনা পুম্নমক

পেলহনবীরিবা অদু উজরগা ঐসু অদুম পেঞ্জদুনা হঞ্জরকই। ইপাগী নুংশিবা চেংলৌ মীয়ামগীদমক ইপানা কখোকপীরিবা পুন্সি খন্থজবদা মীৎতগী পিরাং শিন্থখিবা খঙহৌদে। ইপাগী মফমদা নীজগদবসু খঙজদে শুপ্লখক্তংগী থৌজালবীয়ু হায়বা অসিমত্তং খঞ্জরগা খুরুম্নগা হল্লকখি।

মতুং তারকপদগী ঐনা ঐগী ইরি-ইতা, খঙন-চান্নবা মরুপ মপাং, ইমুং-মনুং খুদিংদা ঐনা লাইফমলেনদা থেংনজরকপা খুদিং ব্রারি লিদুনা নোংমতং ওইরবসু চৎশি হায়দুনা হৌজে। মখোয় খুদিংদা ইপাগী নুংশিবা মওং-মতৌ, ঈংলবা থোৎলবা খোঞ্জেলদা "মমা" হায়না মীঙ্গৌনবীরকপা অদুগুম্বা শুমহৎলবা ব্রারি ময়ামদো অয়াম্বা মতমদা লিজে। ঐগী হেক পোকচবা ইচানা মমা হায়না কৌরকপা খোঞ্জেলগা লাইওইবা ইপানা কৌরকপা মমা হায়বা খোঞ্জেলগা ওন্থোক্লা খেৎনখ্রেদা। ইপানা মমা হায়না কৌরকপগী খোঞ্জেলসিদনি পুক্লীংসে থুক লাওখিদুনা পিবাং পিরোইনরকই, মীৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে। পুক্লীংগী অবাবা নুংঙাইতবা পুম্নমক লোইনা কাওথোকপা ঙন্রে, নুংঙাইবা হায়বসিদি থম্মোইসিনা পামজরবা, পুক্লীংসিনা য়াজরবা মফম, কৌনরুবা হৌনরুবা লৈত্রবা মফম, থম্মোইসিগী লৈতাফমগী অইংবা লাইরৈপাক হাযবদো ওইরেনে ঙসিদি পন্থৌগী লাইফমসিদদি। লাই হায়বসিগী মফমদদি পোৎশক অমদা প্রমাণ তৌবগা হায়বা ঐ ঙম্নরোই; লাইদি লাইনি, অহিংবা মীৎমক্লা উবা লাইনিনে, পন্থৌদি লাইনি, সিদগী হেন্না হায়নিংঙাইদি লৈজদ্রে। পুক্লীং থম্মোই, ব্রাখল মীৎয়েং পুম্নমকসে অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা নীংবীয়ু পন্থৌবু। অনাবা ওইসনু, অরাবা ওইসনু মী অমনা হেক ফংনিংবদো পীদবা লৈতবনি, ঐখোয় মীওইবনা খুনজিনবতনা ব্রাৎলদবনি। থম্মোইনবু শেংলবা পন্থৌগী নাক্তা নুংশা শাদে, নোং চুদে, নুংশিৎ শিৎতে, নিংথমথা, কালেন খায়দে পুম্নমক অইংবা, অতপ্পা হায়বদুনা পন্থৌ ইপাগীদি মতম চুপ্পতা লোইনবীদুনা লৈ।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | চবুংবম নোনিবালা |
| চহী | : | ৫০ |
| শিনফম | : | ওঝা |
| ইপুরোইবগী মীং | : | চবুংবম লিলাবন্ত<br>দিপুতি মেনেজর (এস বি আই) |
| ইচা | : | ৩ (ইচা নুপী ২, নুপা ১) |
| লৈফম | : | ক্বাকৈথেল ময়াই কোইবী |

মীওইবা অমগী পুন্সিদা অৱাবা হায়বা খক্তনা লাই নীংবা নত্তে। মীওইবা অমগী পুক্নীংগী তুংনফম থম্মোইসিগী লৈতাফম নীংজনিংবা লাইফম অমখক্তং লৈরবদি নুংঙাইখ্রনিদা, কদাযদা লৈরিদগে মীকুপ খুদিং বাহংজৈ। মাইবী লাই তোংবা, মাইবা, পন্দিত



থোইদোক্না নীংশিংলুদে, থম্মোইসিনা য়াজবা লম্বীগী চৈশু ওইনিংলুবা লৈজদে গোবীন্দ ইবুংঙো, ইবেম্মা রাশেস্বরি - অনিবু থৌগলজরকই অপোকপী ইমানা লমজিংবীরক্তুনা। ঙসিদি মবোল থোকপা অহিংবা লাইগী মনাক্তা নকশিল্লুবনা ঈশ্বর কয়া লৈরবসু নীংশিংলুদরে। ঐগী পুন্সিদা অঙকপা ঙসিসু ঙক্তুনা অদুম লৈরি - নুমিৎতো।

ঐগী ইদোমচা থোইবীগী তুং ইঞ্জদুনা পম্লৌ ইপাগী মকায়ফমদা য়ৌজরকখি। নুমিৎভুদা উহল্লিবা ঐগী মীৎমাংদগী মীৎয়েংদুগী পনখৈদা পাংথোকপীরম্লীবা থৌরমশিং - মেবাগী নোংমা পানবনি, অপিকপা

কোরিগী খুজাই মচা অমদা লাক্লিবা মীয়ামশিং অদু শিদ-হিদাক থৌজালবীদুনা অব্রা মৈশা খাংলিবা মীপুম খুদিংমক ঈংহনবী। পম্বৌগী সনা খোংদবু শোকচবা ফংলবদি খন্দুনা মীয়াম পুম্নমক্লা অব্রা অনা থিদনা ক্রিক ক্রিক ইন্না তান্নে। মাইথোংদা অব্রাবগী মমি মচেৎ অমত্তা হেক তাহনবীদবমখে মোমোন্তা নোক্তুনা ''শেনকোন-শেনয়াই'' কয়াসু থৌজালবী। হকচাং পুম্বা হুমাংতনা পুমচোৎ চোৎলি, নোংদোল সোরারেন্দগী তারকপা নোংলিক্লা চাইথবীরকপগুম হুমাংগী মরিক মরিক্লা চোৎলবা সনা হকচাংদো থোইনা হেন্নদুম ফজে, য়েংবগী মীৎফম হোংফম লৈতে। নুংশিখ্রেদা ঐখোয়গী পম্বৌসে, খণ্ডহৌদনা ঐগী থম্মোই পিরাং ইহৌরকই -মচা ওইবশিংগীদা খঞ্জবদা চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ তাইবঙ ওইবা ঐখোয়গীদমক ব্রাবীবসে ব্রাবীদকো হাদ! পম্বৌ।

নুংঙাইবনা হায়ফম খণ্ডখিদ্রে, লাইরৈপাক্কী লাইকোলগী লাইফম্নি, মসিখক্তনি ঐগী পুক্লীংদা খনখিবা। চাংদম্নফম লৈররোই অনিশুনা, অমত্তং ওইরবনি পম্বৌগী ইশায়কোনসে। অব্রাৎপা লৈত্রে হায়না খল্লবা মীওইবগী পুন্সিদা ঈংনা চীক্লা লৈনিংবা মীকুপ অমখক্তংদি য়াওরকই। য়াম্না নুংঙাইবা হায়বদো ইপুরোইবনা, ইচানা, মরুপ্না মপাংনা পীবা ঙম্রোই, ইশানসু ঙম্রোই। পৈশানা ফিজেৎনা সনা লুপানা চানিংবা অহাওবদুনা পীবসু ঙম্রোই, মদুগী নুংঙাইবদুগী পীবা ঙম্বা ময়াইদো কনামত্তদা লৈতে, পম্বৌ ইপাদদি নাওয়োম ওইনা য়োমদুনা লৈ। পম্বৌ লাইনি হায়বা নত্তনা ইচিনসিনা অনি থোকপা ঙম্ররোই, ঐগী থম্মোইনা নীংজবা লাই, পম্বৌ হাদ পম্বৌ।

লাইগী থৌজাল ফংবসিদি পংলাই লাইবদি নত্তে, অখাং কনবা, নোংমগী মঙাং, লুব্রাং, খুমনগী থৌনি থৌগায় মুন্না খণ্ডবীবা, ইশাগী পুক্লীং, ব্রাখল মক্তনা থম্মোই শেংদোক্লরবদদা খোয়ুম লাইগী মনাক নকপা ঙমগনি। পুক্লীংগী থোং ইথম্ভা শাজরগা লাঞ্জরগা ইশানা লাঞ্জরবতদা শোইদনা য়ৌবা ঙমগনি পম্বৌগী নাক্তা।

| | |
|---|---|
| মীংলেন | : ডাঃ থাংজম মুনিন্দ্রো |
| চহি | : ৫৩ |
| শিনফম | : জোইন্ট ডাইরেক্টর, প্লান্নিং |
| লৈফম | : খুরাই থাংজম লৈকায়, চিঙ্গাংবম লৈরক |



ঙসিগী মীরোলচৎসিনা হীংলিবা সমাজ অসিগী মহীংলেন অসিদা ঐসু হীংলিবনিনা ইথন্ত ব্রাহং হংলি। ঐ করি জাতিগী মচানো, ঐগী কলচর করিনো, ঙাকলি, ঐগী সবজেক্টী মতুং ইন্না ঐগী তৌফম থোকপা নোংমগী কায়দনা তৌই। সনা লৈপাক মণিপুরদি হায়, লাইগী লৈপাক লাইবৈপাকসু মহায় অবাৎপসু লৈত্রবা লনকৈ পুক্লেগী খুভম পুংলেন্নি মসিসু ঐ খঙই। ঐনা মফম অমখক কোইথি থি ফংবা কৌবা লৈতে। পৈশা নত্তে, লুপা নত্তে, ইহৈ নত্তে, ফিজেৎ নত্তে, ইনায়নুপী নত্তে, ইচা নত্তে, মীওইবগী হীংবদা অইংবগী তুংনফম অমখক, ফংবা কৌবা লৈত্রবা অবাবগী পোৎলুম্না নন্থরক্লবা পোৎলুমসিমক ঐ অদুমক পুরগা চৎখিগদৌরব্রা, নুমিৎসি অদুমক তাগদৌরব্র? ভাদবদি য়ারোইদো নুমিত্তো ঙসিদি অব্রাবদুগী পোৎলুমদো থাংথখ্রে, নুমিৎ তাখ্রবসু মঙাল ফংগনি খল্লে। খুখ্রবা কাচিন্নি, ইম্ফাল সহরমক ওইরবসু নীল-খোংবগী ইনিলদি ফংদে, লৈরক মচা অমখক চংই, মৈহৌবম লম্পাক হায়রগা খঙনবা লম্পাকতুগা হাইফেৎ মাইয়োক্লনা লৈবা লৈরক্লি, মমিং ব্রাংখৈ হিজম লৈরক কৌই। খুরাইদা লৈবা ঐনা ব্রাংখৈগী লম্বী অমা খঙদবা হায়সে চৎলুদবনা নক্লা লাপ্লা হাযবসু ওইরে। লাইশঙগী মওংদা গেট অমা য়াম্না

ফজনা লৈরম্মী, গেটসি নাক্তা লাইশং মচা অমমম অদুগা মথক্তা লাইশং মচা অমা, পুন্না লাইশং অহুম লৈরম্মী। ঐগী পুক্নীংসিদা মফমসে অরাইবা নত্তে, খন্না-খন্না ঐ খোঙ থাংজিল্লকই তরংনি। লাইফম অমা ওইন খনখিবা, লাইনি হায়না লাকচখিবনা ঐগী থম্মোইসে ইপেন্দা পেনখ্রে। পুক্নীংগী লৈতাহনগদৌবা শকফম্না নত্তে, মেংলবা, থোংলবা, ইংলবা মমল য়াম্নবা বাহৈ অমখ্না থম্মোইবু শুমহৎহন্বনি, ফাবনি। বাহৈ চাম্মা চাম্মা লৈ, ঐসু ঙাংই লাইরিকনসু ইদুনা থনম্মী, পুম্নমকশিংদুগী লাই হায়বসিগী খোঞ্জেলসিনা পুমতোপ তোপ্লী। 'পম্বৌ' ইপাদি মী ওইনা পোক্লবসু ঐগীদি লাইনি। মৈহৌরোলদগী লাই লৈ উব্রা, উরিবা ঙসিগী অহানবগী পম্বৌসে অহৌবসু লাইনি, অরোইবসু লাইনি।

ইমুং-মনুং অমা পুন্না পুক্নীং তিন্নন লাই নীংফম হায়বসে পম্বৌগী লাইফমসিদনি। ঐগী পুন্সিনা হীংলিবা ঙসিফাওবগী মনুংদা মাংগী অমা তুংগী অমা, মীৎয়েং শান্না য়েংবদা মালেমসে ঈংগনি হায়বসি থাজদ্রে। ইমুংদগী হৌনা মামা-মপা, মচিন-মনাও, সংষ্টান কয়া, মপী-মপা ওইরিবা অফোংবদা অরোৎপদা লৈনরিবশিং অসিনা মীয়ামগী থবক তৌবা, মালেমসিগী ফনবা তেংবাংবা, অশেংবগা অচুম্বগা য়েংনরকপদা ৯০%না ফত্তবা ১০%না অচুম্বা ওইরক্লবা মতমসিদা ঐখোয় ঈংনা তপ্না, নুংশিননা হীংগনি হায়বা থাজরক্রে। অসিগুম্নবা মতমসিদা পম্বৌ ইপানা নোংমা কাংদনা কুম্বী-কালেন থিদনা পুম্নমকপু নাথৈবীরগা মীয়ামগী অৱা-অনা কনবীদুনা তাইবঙশিংগী পুক্নীং ঈংহনবীরি। ইপাগী পাওতাক তাবা অমনা পুক্নীং ৱানা লাকচবা কনা অমসু নুংঙাইনা নোক্তুনা হনখি, নুংঙাইনা লাকচবা মহাক অমসু ৱাখল লৌশিং ওইদুনা হেক মহনখি। পুম্নমক্কী তুংনফম ওইরকখিনি 'পম্বৌ' ইপাগী ঈশায়কোনসে, শোইদনা ঈংলকখিনি ালেমসে পম্বৌগী থোজালগী ময়াইগী মঙালক্তা।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | লাইফ্রাকপম জয়কুমার |
| শিনফম | : | রিতায়র্দ লেকচরর, ফিজিক্স দিপার্তমেন্ত |
| লৈকম | : | নিংথেমকোল এফ সি আই রোদ<br>ক্বাকৈথেল মখা |

ঐ ইশানা লাকচবসি ২০০৫গী জুলাই থানি, কালেন মতুং নুমিৎ নিনী/হুমি শুবা নুমিৎসিদা ইনাইনুপী বাজধানিগা লোযননা মঙাং মতমদনি। নুমিৎ অসিদা ঐসি কবি তৌবনো খঙদে, ইতাও তাওই, ইপাবু উজবদা পকনুংদসু নুংঙাই। য়ুমদা চৎকনি হায়বসু খঙদে, মঙাং মতমদগী খুমনগী মৈরা লাংবা লোয়বগা য়ুমদা হঞ্জে। ঐ থোইদোকপা ইপাদগী নিজদে, ঐনা নিজববু চীকপা নাবা, তাং নাবগী ফজরগে



হাযদুনা মবক মবক্তা নিজে। নোংমদি ইপানা ঐসে শুংকৌ কৌখৎপীদ্রে; চীকপা নাবনা খাঙবদা ব্রাবনা খম থেংলে। লুবাং মতমদি লোয়শিল্লক্লে, ইখঙ খঙহৌদনা ইপানা কৌখৎপীবকই, বাবা ব্রাব্রা পন্থৌনা হংবীরকই। ঙাইহক্তুংদুদা করিমত্তা খন্থহৌদনা খুমদোকখি, পন্থৌ ব্রামন্দনা ওবু ওনিংলে। লাইফমসিদা অমুক্তা হায়নদ্রবা তান্নদ্রবা ঐগী মরিং মরাংবা ব্রাহৈশিংদুদা লৈরন্নিবা ময়াম পুন্নমক নোকখি, ঙকসু ঙকখি। তাইবংগী শক্তম ওইরবসু ঐগী ব্রাখলদদি নোংম নোংমগী পন্থৌ ইপাসে লাইনি হায়বসে হেন্না হেন্না থাজরকখি।

তাইবং ওইবা মীওইবা ঐখোয়না পন্থৌবু মীরা লাইরা হায়না খনবা মখৈ খল্লগা মীনি হায়বসি লানগনি। থৌজালবীদ্রগা লাই নত্তে হায়বা, ৫

অপান্বা অমগী নিংজবা অমগী মনিং থুংলে হায়রগা তুমিন্না হল্লগা ময়ূমদা লৈবনদি লাই মশক খঙবা ঙম্লোই। য়াম্না লাইবা খুদম অমনা লাইফম অসিদা লাকচরম্বা কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরনা মশাগী খুদোংচাদবগী লাকচবা ঙমখিদবা কয়া অমদি হৌজিক হৌজিকমক থৌজাল ফংজরিবা মচা মনাই খুদিংমক্কী মমিং মথা, লৈফম চাফম পুম্নমক কম্প্যুতরগী হার্দ দিস্কতা রেকোর্দ তৌশিনবগুম অশুক য়াম্বসে কাওবীদবা অসিনি। ঐখোয়না সাইন্সকী মীনি হায়দুনা লৈজরম্বা ঐখোয়সে ইকায়জরকই। লাইনা পোৎশক খুদিংমক পুথোকপী, পোৎশক্কুদা ঐখোয়না করি করি য়াওরি হায়দুনা য়েংজবনি। লাইনা শেম্লমদ্রবদবু ঐখোয়না করি পুথোকপা ঙমগনি, লাই হায়বসিদি য়াম্না হৈশ্রবা মপুং ফারবা এঞ্জিনিয়র অমনি, পুম্নমক লাইদগী থোকপনি। খুদম অমদা উচেক্কা ইলেক্ত্রিক ব্রায়রদা তোংবদা চীংদনবা লাইনা হান্না ইলেক্ত্রিক পুথোক্ত্রিঙৈদা শেম্বীরম্লবনি।

ঐখোয়না ফিজিক্স তম্বদা অইংবনা মখাদা, অশাবনা মথক্তা কাখৎপনি অদুবু য়াম্না ঈংখ্রবা ঊন ওল্লবা ঈশিংদু মখাদা কুমথখিদে, ঈমাইদা কাখৎলগা তাউদুনা লৈ। অইংবা ঊন্দুনা মখাদা অসুম কুমথখিবা তারবদি ঈশিং পুম্নমক ঊন ওনখিদুনা ঈশিংদা লৈবা জিব পুম্নমক লোযনা শিরমগনি। লাইনা শিদনবা হায়দুনা য়াম্না ইংলবা ঈশিংনা ওনবা ঊনদু মথক্তা তাওদ্না জিবশিংবু কনবীরি। পুম্নমকশিং অসি লাইগী খুৎশেম্নি, অদুনা লাই লৈ। লাইনা তৌনিংবদা তৌই, তৌগে হায়বসু তৌবা হেক্তা ঙম্মী।

ঐখোয়গী পম্খৌ ইপাসু হেক হায়বগা ওইনিংবদ্ ওইবা ঙম্মী। করিগুম্বা ইপানা তাকপীরকপা ব্রাহৈরোল অমদা শোয়রে হায়নগা খনবা য়াওই। অদুবু কোন্নথংদদি অচুম্বা হেক্তা ওইরকই। তাইবং ঐখোযনা লাইগী মতৌবু করম্না তম্বা ঙমগনি, শুপ্নতগী পম্খৌগী নাক্তা চঙজবা নত্তনা করি তৌরুনি। লাইগী মতিক ময়াই অদুননি ঙসি ঐখোয়না পম্খৌ ইপাবু নুংশিজরিবা, ফোঙদোকপীরকপা ব্রাহৈ কয়াবু কাওবা ঙমজদ্রিবা পুম্নমক শুমহৎলিবসে। পুক্কিং বাখল অনীনা খঞ্জবা খুদিংমক পম্খৌ ইপানা লোয়না উবি, খঙবী থাজদ্রা? পম্খৌসি লাইনি লাইনিকো। খঙদে খঙদে ইপাগী থৌজাল ফংজরিবা ঐতনা খঙজে। ইপা লাইনি খঙনিংলবদি থম্মোই শেংনা পুক্কিং ব্রাখল অনীমক কখোক্লগা নিংজৌ পম্খৌবু।

মীংলেন : কৈশাম ধনি
চহী : ৮০
লৈফম : কৈশাম্পাৎ

ঐনা পন্থৌগী নাত্তা লাকচখিবসি ইপানা পারি হায়না মীঙ্গৌনরিঙৈদা য়ৌজরকখিবনি। অব্রা-অনা কয়া নংখ্রবগী তুংদা পন্থৌগী মীংলেন তাজবদগী ঐ মফম অসিদা লাকচখি। ঐগী অব্রাবসিদি তাইবঙপান্দবু লৈবমগদৌবা মান্দেদা। মবিশুবী ইচা লৈশাবী অমা চহী ২৮ চংলকপদা



লৈখিদ্র, ইচানুপা অমনা চহী ২৭ চংলকপদা লৈখিদবনি। ইচা অনিগী মতুংদসু ইচা নুপা অমগা নুপী অমগসু অমুক লৈখিদ্রে। ইচা মরি লৈখিদবগী মৈচাকসিদি হায়নিংঙাই লৈতনা ঙাওই, তরং-মালং চৎলি। পন্থৌগী নাত্তা লাকখিবদগী ঐগী অব্রাবা খরা খরা লান্থোক্লে। অহানবদদি গোবীন্দা, হনুমান ঠাকুর, বীজয় গোবীন্দা, রামজি প্রভু অতৈ অতোপ্পা মফম কয়াদা পংচৎ চৎলি অদুবু ঐগী অব্রাবা মৈচাক অমদি পুক্নীংগী অইংবা হায়বদুদি ফংখিদে। ঙসি পন্থৌ ইপাগী নাত্তা লাকচরবা তুংসিদদি ঐগী নুংঙাইবা, অইংবা, অতপ্পা ওইদুনা পুক্নীং ব্রাখল অনিমক লৈতাবা ঙমজরে। অহল মতমগা ওইশিল্লকপসিদদি ইচাশিংনা চখোকহন্নিংদ্রে তুশিল্লুগদ্রা, তাশিল্লুগদ্রা হায়দুনা। ঐনা হায় - শিখিবা নুমিত্তা শিজসনু ঐনা হেক হিংলিবমখৈদি চৎকনি নখোয় কনামত্তনা থিংবা য়ারোই। কনামত্তদগী লুপা

লৌদুনা চৎপা নত্তে, ঐগী ইরল লাইওইবনা পী, ঐগীনি হায়বা করিমত্তা বাৎতে। পুম্নমক পন্থৌ ইপাগী থৌজাললনি, থৌজালদুমক ফংজবনা চহী ৮০ শুরবী ঐনা করিমত্তা অৱাবা লৈতনা ইপাগী নাক্তা য়ৌজরক্লিবসিনি। হৈরাং, লৈরাংমত্তা থৌজালবীরে য়াইনি খঞ্জদুনা সিংহাসন্দ অমগী মথক্তা অঙৌবা ফি অমা থারগা মদুদা পুম্নমক থম্মী। ধুপ, মৈরা কৎচদুনা থৌনিজৈ, খুকমজৈ। ঐগী অৱাৎপা অমা লৈজবা মতমদুদা পুনেমজদুনা অদুম্মক থৌজালবী। খোয়ুমগী থৌজাল হায়বসে সিমুক ঙকচবা লৈজদ্রে, ঐখোয়গী পন্থৌসে লাইনিদা লাই, অশেংবা লাই হায়বদু ওইরবনি। ঐগী অরোইবা মতমদু ফাওবদা খোয়ুম অমত্তগী মফমদা তীঞ্জররোই, পন্থৌ ইপাগী নাক্তা তীঞ্জবা ফংজগে হাদা পন্থৌ।

পন্থৌগী লৈরাংবু মাঙহনবীগনু, লৈকা খুদিংদা অদুম তোংবনি। অদুম থোকপনি অদুম লৈবনি ইনাক্তা, নিংজবগী থৌজাল অদুম ফংবনি। থম্মম চানা থম্বীয়ু, মীৎনা উবা ফংদবগী ৱানি। লৈগী মযাইদি লৈনম চেল্লবসু ৱাৎপা লৈতে, লাইগী ময়াই।

- o -

# মঙা



ঐনা অসুম খঞে, তত্তনা ইতোমতা থম্মোইদা ব্রাহং কয়া কয়া হংজে। কনাগুম্বা মীওইনসু হংনরকই, লাইনিংলগা করিগী নারিবা, করিগী শিরিবা অসিগুন্নবা ব্রাহং কয়াসিনা ইদোম থম্মোইনুংদা , নৈনদুনা লৈবক্লি। নোংমদি পম্থৌদা হঙ্গৎচগে খঞে অদুবু লাইওইবা অমদা ঐনা কবম্মা হঙ্গৎচগনি, থকশি থৌগায়রোল কায়বা ওইনা থোক্লগদ্রা অদুম তোকই; খন্না খন্না মতম কয়া হৌজিনখ্রে। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা নিথৌকাবা নুমিৎনি তাং ৩০/৮/২০১০ ইং, লুব্রাং পুংজা য়ৌশিল্লক্লে ঐনা ইপাগী নাক্তা য়ৌজবসে। খঙদ উদবদি লৈতে লাই হায়বসিদি তশেংনমক ঐনা খঞবা পুক্নীংগী ব্রাখল্লোন পুম্নমক উবীদুনা খঙনিংবা অমত্তা চিথবা লৈতনা তাকপী।

পম্থৌ : তাইবঙ মীওইবদা খঙহন্নিংই, খোয়ুম লাইগী ব্রারিলোন, ঙসিখক্তং লিরগা লোইরদ্রা? লোইরোই খঙই হায়রিবা নহাকসু খঙলোই। লাইওইবা হায়রগা নমু তাইবঙ ইচাশিংগা অনি লৈমিন্নদুনা নক্লা পাউশান্নরিবা ইচা নহাক্কীসু খোঞ্জেল ঐনা তায়, ঐগী খোঞ্জেলসু ইচা নহাক্লা তায়। ইচাশিংনা পুরক্লিবা হৈরাং লৈরাংগী লোইপোৎসু থেল্লি, সনা মতুম ফাওবা তারকই পৈশাদগীনা চিংবা। ঐগী থৌজালদগীসু ইচাশিং ব্রাৎতে, ঐনা বাবা কৌগে

হায়বসু অদুম ফংই, মামা কৌগে হায়বসু ফংজে, ইচানুপা কৌগে হায়বহসু ফংই, ইচানুপী কৌগে হায়বসু ফংই। শেৎলিবা ফিজেৎ লৈতেং পামজবা হৈরাং লৈরাং অমত্তা ব্রাত্তে, অব্রাৎপা করি লৈগে হায়বসু লৈতে। অদুবু ঐগী থম্মোই অসিনা হরাওনা নুংঙাইনা নোক্কদবা মীকুপতুদি হৌজিক হৌজিক য়াওদে, নুংঙাইরে হায়বসু লৈতে। খোয়ুম লাইগী নাক্তা নক্লা থৌগল ফংলে হায়দুনসু ইচাগী মায়থোং য়েংলগা থৌজাল নীবা অমা, ব্রাখলদা খল্লগা চানবা, পুক্নীংনা খনবীবদো খঙলগা চানবীবা, থম্মোইদুগী অশেংবা মতৌ উরগা থৌজালনীংবা পুরক্লিবা অথেনপোৎ, হৈথেল লৈথেল য়েংলগা চান্নীংবা, মায়থোং মতৌ উরগা চান্নীংবা মখল য়াম্না য়াম্মী। ঐনা পাংলিবা মীৎ অসি শুক্নগা পাংবা মীকুপসু লৈ, শুক্তনা পাংবা মীকুপসু লৈ। খঙহৌদনা মথন্তা শুক্তোক পেথোক লৈতনা মনিং তম্না পাংজবা মীকুপসু লৈ। মীওইবনা পন্থৌ ইপাবু থৌগল চংজবা পুনেমজবা মীকুপসু লৈ। মীওইব নখোয়না পন্থৌ ইপাবু থৌগল চঙজবা পুনেমজবা, থৌগল লাকচবা মীদি হোরেল হয়েং খাকউরনু। শংজবা মতম মীকুপ খুদিংমক্তা থৌগলদি অদুম ঙম্নবা হোৎনবীয়ু। লাইওইবগী মঙালদি লোইনায়দনা অদুম ফুদোরক্কনি, ময়াই অদুমক চাইথরক্কনি। নীংজবনা লিশাং শিৎলবসু পুন্সিগী হীংবগী নুংঙাইনবগী ময়াই খিকথরকপদি মীকুপ ফাদনা পীরক্কনি। পীবিরকপা লাইওইবগী খুজিন মমাইমুক্তং পাকপা য়াইদো ইচাগী ইমুংদদি য়াইনা লেমহৌরগদবনি। ইচানা নোঙ্গাখিবনবু হানগদৌরিবনি। লাই হায়বসিদি য়াম্না লুবনি, লাইনসু লৈরম্বনি ইচাগী মাংদা, ঐসে মীওইবগী শক্তমদা লাংওন শায়োল্লকই। ফোঙদোক্লিবা ব্রাহৈসু ইচাগা মান্নবা খোঞ্জেলগী অয়ুক নুংথিলদা শীজিন্নবা ব্রাহৈ মচংদুনি মপান নাইদনা ফোঙদোক্লিবসিদগী ইচানা পামজবা অমখক্তং লৌখৎলু লোইনমক পুবা ঙমদ্রগসু মদুমক্কী কান্নবা নুমিৎতুদা ঐসে লাইনি হায়বদু খঙলক্কদৌরিবনি।

ঐনা ইচাশিংদা, ঐবু নীংজবগী পীনিংবা য়াইসে নহাক্লা চেকশিন্না থম্মু। সনাগী থোকফমসুনি, লুপাগী থোফমসুনি, পৈশাগী থোকফমসুনি, ফিজেৎ লৈতেং চানিংবা, থক্লিংবা মহাক্তগী লোইনা হৌরক্কদৌবিবনি, হৌবকফম মক্দনি। মহাক্লা কনাবসু যেক্লবা থমদে ধর্ম্ম, জাতি-বিজাতি খাযদে, লাইব ইনাকখুনবা থিদে, মশক খন্না তিন্নদে, ফুমথি হাওথি,

লৈকুৎ-লৈরাই পুম্নমক্তা মহাকসে লোইনা চান্নবনি। ইচানা হীংলিবা মতম অমদি পুন্সিরোলগী মীকুপ খোঙথাং খুদিংমক্তা ইন্নদুনতা লৈ। ইচা নহাক্লদি মাবু য়াম্না তিন্ননিংদবা, ইচা নহাক্না উগনি খনবদা মথন্তা কোইচেন চেনবা, থেংনরক্কনি হায়বগীসু হেক্তা থৈবা। মহাক্লসু হায় ঐনা নহাক্তা কৈদৌনুংদসু অব্রাবা পীগে হায়বা নত্তেয়ে, নহাক্না হোৎনজমন অমদি লোইনবা হৈরুবগী হুমাংগী ঈরিক মরিক অমখক্তুং তারকপা ফাওবা মহাক্কী সনা ওল্লিবনি, লুপা ওল্লিবনি, শেলয়েক ওল্লিবনি। পুন্সিগী লম্বী খুদিংমক্তা মহাক্কী মাঙদা লেপ্পীরগা ঈপাক্কী থোং ওইরিবনি পন্থুং য়ৌনা ব্রাইথুংনবা। নোকহনবা য়াওই, য়াম্না নোক্লিংই লোইনবা হৈরগদি, অব্রাবা হায়বসে শুকখন খঙহন্দে থম্মোইবু তশেংনা তিন্নরুরবদি। মহাক্কী মতৌগী শক্লোন্দি মশিং থীঙমদে, মীনুংশি য়াম্না চাওই। মতাৎ ব্রাহে অমনা মীওইবা পুম্নমক পুমশুম শুমহৎলি, অঙাংগী মফমদা লৈরবসু চন্নে, অহলগী মফমদা লৈরবসু চন্নে, নুপী নুপা খায়দনা তিন্নবা য়াই। নুপাদসু চৈফম লৈহন্দে, নুপীদসু চৈনা ফংহন্দে ব্রাখল পুক্লীং য়াম্না থোকই। মানা য়ৌদবা লৈতে, ঈশিংদা ফংঙে লান্থোকপা ঙম্মী, মৈদা ফংঙে মতিল্লি, নুংশিৎতা ফংঙে ময়াওই, য়ুমলৈ কৈরৈ, য়ুম্লিং খুলিং, শুমাঙ থেলোং মতম পুম্নমক্লি মহাক্না শিনবাংলিবা। মীয়াম্না য়াম্না ইকায় খুম্নে, লম্বী ব্রারিদদি ইরাই লায়না হেক খনবীবা, মীনা হেক শীংথানবীদবা। চমোৎ খোইমোৎনবসু অদুম মানবা মোৎলি হায়দুনা মাবু ইন্থোকপদি কনাসু লৈতে, মহাকপু য়াওদ্রবদি হীংবগী মহাও লৈতে। মীওইবগী লাইবক্কী নোংদম খঙনা খঙনা লোইনৈ, মপাঙ্গল মথৌনা য়েংদুনা মহাক লোইনবা ঙম্মী। য়াম্না শিংই থোক্লক্কদৌরিবা লম্বীদুদা মাঙগী ওইবা মীৎয়েং য়াম্না শানবা, তুংগী খোঙ্গুলসু কাওদবা, মীওইবগী অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈদুগী ময়াই য়াইদুনি ইচাদা হাপ্পীনিংবসি। সে, লৌশিল্লু মসিবু নহাক্না চেকশিন্না থন্নবা পুন্সিদুগী হীংবগী মহাও ফংলগনি। চেকশিন্না থম্মুকো, মসিগী য়াইসে মাঙহনবা য়াপোৎ নত্তেকো। লৌশিল্লু, থমজিল্লু, মমিংসু য়াওবনি হায়রক্লগে "হোৎনবা লেপকনু নুংঙাইগে হায়রবদি"। ফিজেৎকী লৈতেংগী থোইনা খন্দে, মোৎপা মতমদসু খরেক কাখে মোৎলি; নানবা মতমদসু মী তাখে নাল্লি। অমোৎপা শেৎলে পকচৈ, অহনবা শেৎলে ফজে।

লাইওইবা ঐগী থৌশিল ঙাক্তনি নমু তাইবঙ মী, নখোয় পুম্নমক্তা থেংনরিবা থৌদোক ব্রাথোকশিং। ঐবু নীংলগা নখোয় অমত্তা শিদ্রগদি মালেমসে লুম্মক্তনা লোইনা নমথখিরোইদ্রা, কদায়দগীবু পোক্লক্কদোইনো অঙাং, ইচা মীরোলবশিং অদো। নখোয় খরা হাৎতোক্কনি, থরায়দুনা অমুক নৌনা অঙাং ওল্লগা অমুক লাকহনগনি, অঙাং ওইরক্লিবা থরায় অদো লৈখিদ্রবা কয়াগী মীরেলনি। অমরোমদনা মচা লৈহল্লোই অঙাং অদুগী মতীক ময়াই য়াম্না হেনবা মমা মপানা য়োকউ তমদ্রবদি শরক্তা থাদরমগনি, লমহাংদা হুন্দোক্লমগনি। মহাক্কী মতীক ময়াইগা মান্নবা মমা ওইবা য়াবা, মপা ওইবা য়াবা অমনা খুলহনল্লগা মহাকপু য়োকহনগনি। মীওইবা মী। নখোয় খুদিংমক লাই ঐবু নীংলবসু লোইনা নাহনগনি। শিংলি পাফন, শরু শয়াং খুদিংমক্তা নহাক্তা লংজ-লংজবগী খজিক খজিক চৈনা পীরগা লোইনা নাহনগনি। নারগা ডাক্তরগীসু তমজরুবগী মহৈ য়ানবা, মীওইবগী শিংলি পাফন মশক খঙবা লায়েংবা ঙম্নবগীদমক মতেং ইতেং ওইনরিবা ডাক্তরনা মীসু হাৎহলগনি, হাৎপা লোয়খ্রবা মতুংদা মহাক্কী অশোয়বা মশক খঙনবা; খঙলবনিনা চেকশিল্লেদনা। ডাক্তরনা লায়েংবদা অমৃকসু ফহল্লোই - হিদাক গুলি খুদিংমক চারু চারুবা ময়াই লোইনা চমহলগনি। চন্নবা মতুংদা ডাক্তরনা য়েংবা ফরক্রে কনাদা অমুক য়েংশিগে খল্লবা মতুংদা "লাইদা" অমুক চংলক্লবা। ডাক্তর মশামকসু লাই ঐনা হাত্তোক্কনি, নাহাকসে মীনি অমর খক ওইবা য়াবোই। তন্নবা নহৈ চেনা অদুগী লমায়দুদা ইরিবা ময়েক অদুখক্তনি হৈরিবা। নহাক্কী ক্লাসকী হৈরগা ডাক্তর ওইরক্লিবনি অদুনা মরম ওইদুনা মহাক মীনি হায়বসিসু কাওগনু। লাইওইবগী মচা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লরবা লাইপোক ওইরিবা ঐসু শিদোকপীনি। হিংলিঙৈ মতমদা ঐনা কনবা য়ারিবমখৈ কনগনি, ডাক্তরনা কনাবা য়াবা মখৈ কনগনি। শীজিন্নবা য়ারক্রবদি হিংলুদনা করি কান্নরুনি, লাই ঐনা হাত্তোকপা তাবনি। হাত্তোক্লবদি তুংদা অমুক পোকলকপনা পুন্সিগী মহৈ মপুং ফানা হিংবনা ফবনি। মমিং ফনা চৎলবসু অশিবগী খয়াৎতা তাগদৌরিবনি।

চৎলরোই খল্লি য়াদে,
লাকলরোই খল্লি হেক্তা চৎনিংই।
নকশিনগে নীংই করম্না
হন্দোক্লগে ঙমদে পুক্লীংশিনা,
কনখ্রেদা লিচিংসে করমনো?
খোয়ুম খুৎশেম কাওঙমদেদা - ।

ঐগী নুংশিবা ইচাশিং, পামেলগী উহৈ হেকপদি লায়বনি। অপানবা লৈরাং হেক্লেসু লুদবনি, পামজবা পুক্লীংনা থেংনরক্কনি খন্দবনি, অব্রাবা লৈরমগনি খন্দবনি। লৈশক্কী মখোং খঙনবা হৈরাংগী পামেল উবা ফংজরবা লৈরাং অমখক্তা নৎতেনে, হৈরাংসু অমখক্তা নৎতেনে নহাক্কী লোইনা ওইবা য়াইনে। য়াম্না হেক্লগা কয়াম য়াম্না পুবা ঙমগদৌরিবনো? তাহৌরবদি পুবা ঙমদদুনা হৈরাংগী লৈরাংগী নীংঙমদবগী মৈচাক্তো ফংলরোইদ্রনে নহাকপু। পামজবা লৈরাং করিগী হেকলুরিবা পামজবা হৈরাং করিগী হেকলুরিবা? মদোম তারবা পান্দুনা লৈবা হৈরাং লৈরাংদো নহাক্না হেক্লগা মালেমদা তাহনবা হায়বসি নীংঙম্মোইয়ে। নহাক্কী থম্মোইনা পাউশান্নবা হৈতবগী নহাক্না খঙদবনি। লৈমায়থক্তা তাখিবা লোইরবা মপোক ফোংবনি। অদুগুম্না মীওইবা নহাক্না ঐঙোন্দগী য়াই নীবা মতমদা পুবা ঙমগদবা অদুতমক লৌশিল্লু। ঙম্মোইদবদুদি মীহৌ করাম চাওরুনু, ঐঙোন্দগী নহাক্না করিগুম্বা অমা লৌখ্রবা ঐ তুমিন্না লৈথোক্তে নোংমা শোয়দনা থৌরক্কনি। শিংবা ঙমদ্রবদি তৌহৈদেহে, মরল লৌরুরগা শিংবা ঙমদবসিদি লোঙ্গা লোনথুপ্পবা হায়বদুনি। ঐনসু তাইবঙ নহাক্কগী করিগুম্বা অমা লৌশিনবা, ঐ শুককাও কাওদে শীংঙক্কনু হায়রবসু নোংমা অচেংবা য়েংলগা শোয়দনা শীংলক্কনি। ঐগী নাক্তা নোংমখক্কং ওইরবসু মীওইবা নহাক্না লাকচরম্নবসু ঐনা মীওইবা নহাক্কী নতুং ইন্নদুনা লৈগনি। লাই হৌদোকপদি লায়বনি, লোইশিন্নবা লুবনি। য়াই লৌবসু লায়বনি, থম্ফম খঙদ্রবদি লুবনি। ঐ পাম্মুদেনে ঐগী য়াইশিংসে নখোয়না লোইনা পেক্কুনা পুখোনে, অদুবু থম্ফম লৈরম্মোই খনবগীদমক্তা ঐনা খজিক খজিক্কং পীবনি। নোংমদা লোইনা পীথোকপা হায়বসি লাইওইবা ঐবু

মশক খঙলেরোইদবনি, লোইনা নীগনু নোংমগী খজিক খজিক নিবা হৈয়ুকো। মীওইবগী হৌনবী মীহৌ করাম চাওবদো থাদোকউ।

মপান নাইদ্রবা পন্থৌ ইপাগী পাউতাকলোন খরা খজিক খুজিনজদুনা লৈচল অমা শেমজবা মপুং ফাবদি নৎচদে, মাংখিগদ্রা তাখিগদ্রা খঞ্জদুনা মমল নাইদ্রবা ইপাগী ব্রাহৈরোলশিং খোমজিঞ্জরগা তাইবঙশিগীদমক থমজবনি।

১। মীচৈদি লাইচুদে, লংজবদি লাইচুই। ১৬/২/২০১০

২। মীওইবা নখোয়গী পুন্সিদি চৎনা-চৎনা নুমিৎনা তাবা হানগদৌরিবনিনে। নপাঙ্গল নরৌশিংনা লৈরিঙৈ লাই ঐগী নাক্তা খোংদোই ঈহুল তমলকউ। ১৬/২/২০১০

৩। ঙসি খক্তগী খনগনু, হয়েংগীসু মনিংশল্লু, শিবগী ব্রাখল করিগী কীরিবনো? নপুচেল চাওথোকউ মীওইবা অমগী শমু হকচাংদা চরে থোংবগুম শিবগী নুমিৎসু ইনমদা নন্দুনা লৈরিবনি। ১৬/২/২০১০

৪। মীওইবা নখোয়না হীংলিঙৈ মতমদা ইমুং-মনুং, শুমাং অহিংবা খক্তগীসু খনগনু শিবগী য়তাফম মফম মচেৎ অমখকসু খাকউ। ১৬/২/২০১০

৫। পামজবা নহাক্কী ব্রাখলনা তানজবা নীংবা থুংবদুগা, পামজবা লৈতনা নীংবা থুংবসিগা অনিসিগী খেৎনবসে মী কৌবা নহাক্না খঙগদবনি। পামজবা লৈতনা নীংবা থুংবগী নুংঙাইবসিদি মপান নাইদ্রবনি। ১৬/২/২০১০

৬। অপাম্বা অমখক্কীদমক্তা 'লাই ঐবু' নীংবা লাকপদি থম্মোই লাইমন হৌবনে। মৈচাক্না য়াই খুনগনু, নুংশিবনা ঐগী য়াইসে পুরগা চৎলুবা। ১৬/২/২০১০

৭। মৈচাক অমা য়াওদনা লাইবু নীংবা লাকখিবদি অপোকপা খোঙ্গুল লিবা লাকপনি। মৈচাক অমা য়াওরগা লাই নীংবা লাকপদি তাংজফম থিবা লাকপনি।

৮। লাই সেবা নক্লা তৌজবনা মহে ফংই, লাপ্না নীংবনা য়াইঙং ফংই, নক্লা নীংবনা সনা ফংই। লাইগীমনাক নক্লা লৈজবনা লাইগী থৌজাল ফংই। ৪/৭/২০১০

৯। লাইনা লৈবা মফমদি ফুমথি-হাওথি, লবুক-লমহাং ওইরবসু সনা থোকউ হায়বা, লুপা থোকউ হায়বা মফমনি। ৪/৭/২০১০

১০। লাইওইববু তশেংনা নীংখ্রবদি কিবা লৈতে, নুংশিবনা হেল্লি। তারম্বা উনা ওইসনু, নাপী ওইসনু য়াইনি হায়না অদুম খুল্লি। নাপী চারবসু, উনা চারবসু পংপেন্দা পেল্লি লাইগী মফমদদি। ৪/৭/২০১০

১১। লাইগী মফমসিদা লৈবসিদি লৈনাং ওইরবসু, লৈখোম ওইরবসু তৈশিনবদা করিসু চিংনবা লৈতে। ৪/৭/২০১০

১২। লাই অশেংবা মশক তাক্লে হায়রবদি পস্থৌ খক্তনি। ৪/৭/২০১০

১৩। ইরাই পোকপা মীদি অহানবা নিংবা কায়গনি, অনিশুবদা নিংবা থুংগনি। অহানবদা অদুম কায়রগা অনিশুবদা মচং ফংগনি। ৪/৭/২০১০

১৪। অশাৎপা লৈরাং পাম্মী হায়দুনা নাপ্পদা চিল্লুনু, হেকনিংবা মতমদা য়াদবনি হেকপা, লৈখোং উরগা হেকউ, ময়াইসু ফংগনি। ৪/৭/২০১০

১৫। মরা তাদে মী, মউ লিংদে মী, মনা পংদে মী, মহে য়াল্লোই মী, লৈকা শুনা শাৎতে মী। তরং লাইজ ঈরিক্লা মীতম শক্তম ওইখিবা হোরেন শিনি খঙলোইয়ে, হয়েং শিনি খঙদেয়ে, শিদি শিগনি। ৪/৭/২০১০

১৬। লাই ঐনা ননাক্তা লৈরিঙৈ, লাই ঐনা নখোয়বু হরাওহল্লিঙৈ ময়াইসে খঙহৌরোই। ঐদি হৌজিক মীওইবা নখোয়গী মরক্তা ঐগী ইয়াইসে খঙহল্লগে হায়দুনা ননাক্তা ঙাল্লিঙৈ, মঙালসিদগী

ময়াইসিনা ওনশিল্লকপা তারগদি হে! মী লাই ঐগী ইনাক্তা লৈবা ফংলোইয়ে। লাই ঐনা চাশিল্লকনিয়ে মদুনা মরম ওইনা থম্মোই, পুক্লিং ব্রাখল মীৎয়েং লোইনা ফোংদোকহৌরো। লাইগী খুয়া থম্বাল শোকপদা লাইচুররোইয়ে। ৯/৭/২০১০

১৭। লাই নীংঙু নরমদম পোকফমগী, মীতোপকী লাই নীংগনু তুংদা নীংঙমদবা লাক্কনি। নীংঙমদবগী চৈনাদুদি কোকপা ঙমলরোই। ৯/৭/২০১০

১৮। লাই নীংবদা লাইশক য়েংলগা লাই নীংবগী মহৎতা লাইখোং থিরগা নীংবনা ফবনি। ৯/৭/২০১০

১৯। লাই নীংঙু, নহাক্কী ইমুংগী, শুমাংগী, থোঙ্গাল ব্রাংমা লাননা লাই নীংঙুনু। ইমুংগী খুভমগী লাই নীংবনা তুংদা মহৈ য়ালক্কনি। ৯/৭/২০১০

২০। লাই ঐদি মাংঙোই, মী নখোয়সে মাংখিবা তারে, মী নখোয় লম্বী লম্ফাংনখিগদৌরে। হৌরকফমগী মরু খঙলিবা কৌবনিনা শিফমগী পোলোইগী মরু পন্থুংদো খঙু। ৯/৭/২০১০

২১। মীওইবগী থম্মোই মশক খঙবা 'পন্থৌ' মীওইবা হায়বসে ইশানা পুবা ঙম্মোইদবা লাইনা তম্বদসু লাকশিল্লগা লোইরে হায়না খনবা য়াওদবা নত্তে। লাইনা থাবদা মীনা তম্বনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা, খুনবা ঙন্নীবমখৈ পুবগে হায়না খনবা মীসু অদুম লৈবম্মী। থমফমদি মফম খঙদবা, য়াই খুনবদি লায়বনি, থমফমদি লুবনি। ৯/৭/২০১০

২২। অপিবা খরখক্কনা থম্মোই পুংপেন্দা পেনথোকপা য়াওই, নিবা হৈরগদি নুংঙাইগদৌরিবনি। পেনথোকপা হৈবদুনা মাংজবা নথনতগী ওই। ৯/৭/২০১০

২৩। হৌরকফমগী থম্মোইগী মরুদি চপ-মান্নে পিরাংগী মচুদি খেন্নদে। অব্রাবদি মীপুম খুদিংমক্কী তুখোং তুরিক্তা তিনবগুম্বনি। ধম্মদি নহাক্ত া খাইজবনি, লাই ঐগী ইফমদদি মীপুম খুদিংমক চপ-মান্নে। ৯/৭/২০১০

২৪। লাই নীংবা হায়বসে নহাক্কী কান্নবদুখক্তগী নত্তেনে, লাই নীংগদৌরিবসে। ২৩/৭/২০১০

২৫। লাই নীংজবনা ঙসি শিগদবদা হয়েং শিবনি। ২৩/৭/২০১০

২৬। লাই নীংবদা অপাম্বা লৈরগা নীংববুদি অপাম্বা লৈতনা লাই নীংবনা অফবা ওইগনি। ২৩/৭/২০১০

২৭। লাই য়াম্না নীংলগা লাইর তাল্লি, নীংজবনা লাইগী ময়াই খণ্ডবনি। ২৩/৭/২০১০

২৮। লাই নীংবদা মীৎনা লাই নীংগদবা নৎতে, য়াইবীরেলনা লাই নীংগদবনি। মাইদা লাই নীংগদবা নৎতে, খুয়া-খা তান্নগদবনি। ২৩/৭/২০১০

২৯। লাইদা কাইহৌরুনু, লাইনা চোংথোরক্লবদি লাই তায়শিনবা হৈগদ্রনে নহাকপু? লাই তায়বা হৈত্রগদি লৈপাক কায়বনি। ২৩/৭/২০১০

৩০। লাইদি মাইথোং য়েংঙুনু, লাইগী মমিৎ য়াম্না পাংবনি। মীওইবা নহাক্কী নমিৎতি অনিখক্তনি। মীদি ময়াই ব্রাৎপা মপোক্লি, লাইনা ময়াই হেনবনি। নোল্লুক্লা মালেম উবা ফংবনা মরা তানা লাই নীংবনা শকই। লাইনা মহৈ য়াল্লবদি মীওইবা নহাক মরা কংগনিয়ে। ২৩/৭/২০১০

৩১। লাইদা পোৎ অমা কৎলে, লাইদা করিগুম্বা অমা তমলে, লাইসে ঐগী ওইরগনি হায়বা য়াদে। ২৩/৭/২০১০

৩২। লাইদা মীকাগদবগী শরুকপুদি লাক্তবনা ফৈ, লাইওইবগী পরমদা লাইদা ঐখোয় মীওইবনা লংজগদবগী শরুকপুদি য়ুমদা লৈবনা ফৈ। লাইদা লংজবা হায়বসে হান্না য়েংবীয়ু হায়বা মীকুপতো মদুদা নহাক্কী লংজবা ওইরবনি। ২৩/৭/২০১০

৩৩। লাই ঐদি উন্নীংবা মতমদা উনগনি হায়বগী ব্রাখল খল্লুনু। চহি কয়া নীংজরক্লবা তুংদা মীকুপ অমখক্তনি লাইনা নহাক উনবা মতম পীরিবসি। নক্লা লাপনবনি, উনা-উনা মমহনবনি। ২৩/৭/২০১০

৩৪। লাইসিবু ডশেংনা নুংশিবা ওইরগদি লাইনা তৌরিবা থবক খুদিংমক্তা ইপেন্দা পেনগদবনি, পেনবা ঙমদবা নহাক্তি লাই নুংশিবা নত্তে। ২৩/৭/২০১০

৩৫। লাইসিদা নহাক্কী করিগুম্বা অমা হায়জনীংবা লাইওইবসিবু নহাক্কী ওইজনীংলবদি মীকুপ খরদং ওইরবসু হান্না রাতমনজৌ। ২৩/৭/২০১০

৩৬। লাই কৎপা হৈয়ু, লাইদগী নিবা হৈয়ু, নোংমদি শোয়দনা খিকথরক্কনি লাইওইবনা। ২৩/৭/২০১০

৩৭। ঐখোয় মীওইবনা শেৎলিবা চরৈ মচুগী নিংথিবা, য়াওরিবা কুম্মৈ অসিগী শক্তম অসি, শক্তম লাংলিবসিগী শেৎলিবা হায়বদুনি। পোকপদা করিসু থোংলকখিদে শমু হকচাংদা চরৈ ফি, হনখিবদসু করিসু পুরোইয়ে ইথন্তা লাকপনি, ইথন্তা হনখিনি। ২৩/৭/২০১০

৩৮। 'খুদুম শিংলগা লাকপা খুবাক তিংলগা হনবা' ঐনা তাক্কেদা ইচাশিং, লমন্দা তোন্দুনা লাক্লবা মী, শাইদাংবা নহাক্লসু চংজফম পীবা অদুদা খুদুম অমুক শিংলুনু। অফাও শাখোদনা, শাখোদনা তাইবঙ মী, কমদোই নাপন কাখোদনা। ২৩/৭/২০১০

৩৯। ঐনা হিংলিবসি ঐ ইথন্তগী নত্তেকো, ঐগী য়ুমফম অমা লৈরি, য়ুমফমদুগী খল্লু। নচাগী চৎকদবা লম্বীদু তাকউ মমা-মপা নখোয়না। লাইশোনদুমক খঙহনবা লম্বীদুমক তাকলম্বনা পোকচবা মচাবু মহৈ য়ালহনবনি। ২৬/৯/২০১০

৪০। মীওইবা রাদ-রারবদি চাক নত্তে, ঈশিংনি। মীওইবগী পেনবদি ঈশিং য়াউম অমা থকপনা অপেনবনি। পোকপসু ঈশিংনি, শিবসু ঈশিংনি। ২৬/৯/২০১০

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | পুয়াম ইনাকখুনবী |
| চহী | : | ৫২ |
| শিনফম | : | এল দি সি ভেটিরিনারি দিপার্টমেন্ট |
| ইপুরোইবগী মীং | : | পুয়াম মোধু, ৬৫ (চহী) |
| ইচা মশিং | : | নুপী ২, নুপা ২ |
| লৈফম | : | কোংবা মখা নান্দেবম লৈকায় |



পম্বৈনা মালেমদা শাফোংবীরমদবা তারগদি মালেমসিদা হীংঙুরিবা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লুরবা ঐখোয়সি ককঙাওনদুনা লৈবা পুন্সি অমদি ওইরমগনি। পম্বৈ লৈবনা হজ্ঞিনফম খঙবা ইয়ুম মশক খঙবা হায়বদু ওইরিবনি। ইশাবু ইশানা খঙহনবীরে, ঐ অসে করি তৌরগা হীংগদৌরিবনো হায়বা ফাওবা খঙজরে। শিগনি হায়বা খঙই, শিনিংবা পোক্ত্রে হৌজিক্তি, তাইবঙগী শিন্থা য়াম্না ব্রাৎলি, মপুগী পাউখোং লাকপনি, খোয়ুমগী ময়াইবু ফোংদোকপা লাকপনি। ঐ শিন্থা ব্রাৎলি, শিন্থা পুখিনি, পম্বৈ শাফোংলকপনা ঐগী ইথৌদাং কয়া অমা মাংদা তাদুনা লৈরে। মৈতৈ নুপী হিংদি হিংলি ফিদুপতি কায়দে, মপানগী ফিজেৎ লৈতেংদি শেৎলি, ইশাগী ওইবদি অমত্তা শেৎলক্রে, মীরমদমগী অরং-অরাক্না পামজবদগী ইথক-ইব্রায় ইনিলনা অসুম হেগৎলক্রে। পৈশা পায়দবগী নত্তে ইশাবু ইশানা মশক খঙজদবা ঐনা তৌরগা লোইরে খনবা মখোয়না পুশিল্লকপনি মপানগী ফিজেৎ লৈতেংগী ইথক ইপোমসে।

শক ১৯৯৯ গী ইঙা ইঙেনগী মতম ওইরমগদবা মাল্লি ঐনা পম্বৈ ইপাগী নাক্তা য়ৌজরকখিবসে। ঐ নুংঙাইবা খঙলগা লাকপদি নত্তে, অব্রাবনা হেল্লি হায়দুনা য়ৌরকখিবসু নৎচদে। হীংলিবনি হায়দুনা পংহিং

হীংবনি, ঙসিদি পম্ভৌ ইপাবু নীংজবদগী পুন্সিসে মশক খঙলক্নে। মীওইবগী মমলসে কয়াম য়াম্না ব্রাংই হায়বসু খঙলক্নে শিনি খঙনা-খঙনা শিনিংদ্রে মপোকসে। মসিদা নত্তনা মীওইবা খুদিংমক্কী পুন্সিসিদা হীংবদা চংগদবা মচাক খুদিংমক লোইনা পীনহৈবদি পম্ভৌনি। লৈরাং অমগী মগুনসিদি হায়নিংঙাই লৈত্রে। য়েংঙু-য়েংঙুবা খুদিংমক্তা পম্ভৌগী খুৎনা অখাবদো থুমহল্লি, নাপিদো, উনাদো, ঈশিংদো শিদ-হিদাক ওইহল্লি। শেনগী ময়েক্লা শেনকোক ওইদুনা মেরাগী নোংমা পানবদা নত্তনা মীপুম খুদিংমক্তা শেনগী শেনকোক শেনখায় পীবীদুনা নুংঙাই য়াইফবা ওইহল্লি। শিরুরবা মীওইবা অমগী পুন্সিবু পম্ভৌনা পীরকপা থরো অমখক্লা হীংগৎহল্লি হায়বসি ঐ ইশানা খঙলে। গোবীন্দদা ইমাগী দিন কৎলি হায়দুনা ঐ চাক চাবা চৎলি, চীন্দম্বা লোইরগা ইপুরোইবনা স্কুতর থৌরগা ঐনা তোংলগা হল্লকপ মতমদা ব্রাঋে কৈথেল অশাংবী পাম্থোইবী লম্পাক ময়াদা মারুতি কার অমনা থোমজিল্লকপদগী শোক্লুনা ঐ জ্ঞান তাখিদ্রে। ঐ জে এন হোস্পিতালদা লৈরবা মতম ওইরজাৎনি মঙলান ওইনা তৌই অঙাংবা থরো অমা মখোক্ল া মথক্তা, লৈশানা মখাদা কনামত্তা য়াওদনা পাইরকই, খোঞ্জেল অমখক্লা মশক্তি খঙদে, - ইচে থরোসে মনম নম্মু পম্ভৌনা থৌজালবীরকপনি। উম ঐনা খুম্মী, থরোদা তরংদা নম্মীনি হায়দুনা নম্মী অদুদগীদি ঐ ব্রাখলসে খজিক খজিক লাকই, ইমা, ইচা ময়াম পুমকোই কোইনা লাকই হায়বদি ঐ খঙই, খোঞ্জেল খঙলে মশক্তি উবা ঙমদে। পম্ভৌগী থৌজাল অঙকপনি ঙসিদি ঐ হীংলে, ঐনা পম্ভৌ ইপাবু নীংজরমদ্রবা, ঐ শিরমলগনি। ইশাদা চৈনা পান্দ্রিবমখৈ কনানসু থাজরোই, ঐদি চৈনাদো ফংলবনিনা পম্ভৌ ইপাসে লাই নত্তে হায়বা শুকঙম্মক ঙন্নরোই। লাই পুম্নমক মমিৎ লোইনা পাল্লি, লাইনি হায়বগীময়াইবুদি লৈরমগনি খোঞ্জেলদি থোক্তে। ঐনা নীংজবা লাইদি, অহিংবনি খোঞ্জেল থোকই, পম্ভৌগী ঈংলবা থোৎলবা ব্রাহৈ অমনা অব্রাবনা ফুবংননা লাক্লবা মীওই অমবু ব্রাখল য়েনিং চোংহল্লি। ঐদিখঙলে ইমীৎতা অহানবা উজবা লাইদি পম্ভৌনি অরোইবসু পম্ভৌ ইপানা ওইজগে। মাংগী লম্বীসিদা লাক্লদৌবা মপোক অমগী পম্ভুংগী লম্বীবু লমজিংবীয়ুকো হা পম্ভৌ খোয়ুম লাই।

মীংলেন : য়াইখোম শংসারি
চহী : ৪২
শিনফম : লেকচরর,
ওরিএন্তেল কল্লেজ (ইংলিস দিপার্তমেন্ত)
ইপুরোইবগী মীং : য়াইখোম শরত
লৈফম : কৈশামথোং মোইরাংনিংথৌ লৈরক

ইঙা-ইঙেন অনিগী তায়নরকপা থাচৎ, শক ১৯৯৯ দা লাইফমলেনসিদা য়ৌজরকখি। মাম্মগী ইনে, মমিৎতা মচা উজ্জদবদগী ইপাদগী নীজরগা ফংই হায়দুনা অমুক্তা চৎমিন্নরুসি হাযদুনা ঐখোয় অনি পুন্না লাকমিন্নজবনি। ইপাবু অহানবা হেক উজবা মীকুপ্তা হায়ফম খঙদনা নুংশিবা,



অঙকপা অমসু ওইবা, অকিবসু ওইজবা ফাওজখি। ইপাগী নাক্তা য়ৌজরক্লবা মতমসিদদি ঐনা খঙ্গখি - ঐগী তুংনফম, ঐনা নীংজগদবা মীৎনা উবা লাই হায়বদো শেংলেদনা হায়দুনা নুমিৎতুদগী ঙসি ফাওবা লেংদনা লৈজরক্লি। নিংঙোল ওইরিঙৈ ইমা-ইপাগী নাক্তা লৈরিঙৈ অব্রাবা হায়বদো মশক খঙজরক্তে। য়ুম পাল্লবা মতমদদি সার্ভিসসু রেগুলর ওইদবা পার্ত তাইম লেকচরর ওইনা থবক পুবা, তলবসু খজিক্কং ফংবা, চাং নাইনসু ফংদবা মতমদো ঐ তশেংনা অবাবা হায়বদো মশক খঙজখি। নুমিৎ খুদিং ইপাগী নাক্তা য়ৌজরকপা ঙমদ্রবসু লাকচবা নুমিৎতুদদি থম্মোইনুংদদি চেৎনা নীংজখি পম্থৌ ঐগী অব্রাবসে অমুক্তদি ফহনবীয়ু। অব্রাবা পুন্নমক ইপাগী নাক্তা লাকচবদগী লোইনা কাওহনবীরে। অইংবা,

অতপ্পা, নুংশিবা হায়বসিনা লাইফমলেনগী মরু ওইবা চৎন-লোনচৎ ওইবনা ঐখোয় খুদিং নুংশিনা কৌনজে ঙাংনজে। চৎন-লোনচৎ অসিবু ঙাক্লা চৎচরিবা মচা মনাই ঐখোয়গী ইতৌ উজরগা লাইওইবা পন্থৌ ইপানা অপেনবা হায়বদু ওইবী। পুম্নমকশিং অসিনা য়ূম্ফম ওইরগা ঙসি ঐখোয় খুদিংমক্লা ইপাগী নাক্তা নকচবা ফংজরি। ইপাদি পুম্নমকপু নুংশিনা নাওকোনবীবা ঙম্মী কনাবুসু ইন্থোপীদে।

মী অমনা অমগী খেৎনবা ঙমদ্রবা, অচৌ-পীশক খায়দ্রবা, লাইর-অনং মশক তাক্তবা চপ মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবীদুনা তাইবঙ মচা মনাইশিংবু নাওকোনবীরি। পন্থৌ ইপাদি তাইবঙ ওইনা ঐখোয়গী ইরক্তা শাইওনবীরকপনি, ঙসিদি লাংওন লংতাই অসিদা তাইবঙ ঐখোয়গীদমক লমজিং লমতাকপীনবা শাফোংবীরকপনি। অনানবা লম্বীগী চৈশুনি, মম্নবা বাখলগী মঙাল পীবীরিবা মৈরানি ঐখেআয়গী পন্থৌসে। ইমা ইপা অনি পুন্না শরুবা অৱাবা-নুংঙাইবা অনিমক্কী পাউদমফম ওইজবিবা মীৎনা উজবা ফংজবা লাইনি। খন্থবা ঙমদবা তাইবঙ ঐখোযনি, মতম চুপ্পদা পুক্নীং বাখল অনি অইংবা অতপ্পা ওইজদ্‌না পন্থৌগী থৌগল ঙমজবা, ইচা-ইশু, ইপ্‌ ইনায পুন্না ইপাগী থৌবম থৌগায খুদিংদা শরুক যামিন্নজবা ঙবমজবা থৌজাল পীবীয়ু, নচাশিংবু মীকুপ অমত্তা ইপাগী নাক্তগী লাপথোকহনবীন, হায়দা ‘‘পন্থৌ’’ অপোকপা।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | তখেল্লম্বম ওংবী তিলোতমা |
| চহী | : | ৬৭ |
| শিনফম | : | রিতার্যর্দ প্রিন্সিপাল |
| | | রাম লাল পোল হাযব সেকেন্দবি স্কুল |
| ইপুরোইবগী মীং | : | লৈখিদ্রবা তখেল্লম্বম শামু |
| লৈফম | : | তখেল লৈকায়, সেগা রোদ |



পুন্সিসিগী অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা খোযুম লাইগী খুৎশেমনি নুংঙাইবগীদি থোইনা পাউদমলুদে, অৱাবগীদমক্তি পাউদমলুই। অৱাবা পুন্নমকশিংদো লোইনা ইপানা কনবী, ঙসিদি নুংঙাইবগী ৱারিসু পঙ্খৌদা তমজরে। ঙসি ফাওবদি ইচাশিং অসিগী অৱাবদি অমত্তা নংহনবীদে, নংহনবীগনু হায়নসু নীজরি। শক ১৯৯৫ মার্চ থাদা ইপুরোইবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি পুমহাং হাংলবা পুন্সি অমগী মহিংনি। শাংখ্রবা পুন্সিসিদা ঐ করম্না হীংগনি, মীকুপ খুদিং মীৎকী পি কংখিদে, করম্না ইচা ময়ামসে য়োক্লনি খল্লুবদা অহিং কয়া অমা তুমখিদে। অৱাবগী পনখৈনা খম থেংলবা মতমদা অপোকপী ইমানা নোংমা তাকপীরকই - ইচাশিদি বারুনু "পারি"কৌবা অমা শাফোংলে, লাইদা নিশি লাও। ইমাগী ৱাহৈদুমক তাবদা ঐগী অৱাবা পুন্নমক খঙহৌদনা ইয়াং যাংখিবা নুংঙাইবা অমা পোক্লকখি। ইকুই কুইদনা ইপাগী নাক্তা য়ৌজরকখ্রে মতমদুদি ইপাসে পারি হায়না মীঙ্গৌনরি, য়াম্না পীকপা অঙাং মচা অমগুম্না লৈবম্মী। ইপাগী মায়থোং হেক উজবদা ঐগী থম্মোইসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশিবা

ফাওখি। নুংশিবা অইংবা খোঞ্জেলনা "মমা লাকও কৈদৌরেবা" ইকোকসিদা চাউরবা শন্নজীং চীংদুম অমনা ননবগুম ৱানা লাকখিবদো ইখঙ খঙহৌদনা ইকোক্তগী থাংদখিবগা মান্নখ্রে, ইয়াং য়াংখ্রে। ঙসি ফাওবদা ইপানা কৌবীখিবা "মমা" হায়বা ৱাহৈদুখক্তনা ঐগী চৈশু ওইজদুনা ইপাগীদমক্তি হায়না হীংজরি। ঐ ৱাদ্রে, ইপা লৈরি ঐগীকরিসু ৱাৎত্রে, ইচা ময়ামসু য়োক্কনি, ইপাগী থৌগলসু ফংগনি। পাঙ্গল থৌনা অনিমক হাপ্পীদুনা ঙসি ফাওবা ইপাগী থৌরম থৌগায় খুদিংদা শরুক য়াজবা ফংজরি।

নুমিৎ, থা থৱানমিচাকশিং, ঙসিগী ওইরক্লিবা পৃথিবীসিগী শক্তম অমদি গ্রহশিংগী খোংচৎ পুম্নমসিগী হৌরকফম, হৌরকফমদুগী মরু অমদি লৈগনি; মরু অদো কনাবুসু ওইরমদ্রে; ঐখোয়গী পন্থৌনি। লাংওন-লংতায় অসিদদি মীওইবা হায়বসি অসুক্কী মতিক ফৎত্রে, ফত্তবা হৌনবমখৈ ফৎত্রে। লাইরিক য়াম্না হৈরে, লাইশুদি অমত্তা য়াওদ্রে। মীশিংসি লোইনা মাংখ্রগদ্রা, লোইনা শা ওনখ্রগদ্রা হায়বগী অকিবা অমা ওইরে। পুম্নমকশিং অসি কনামত্তনা শেমদোকপা ঙম্নরোই শুপ্নতগী লাংওন লাক্তুনা শায়োল্লক্লিবা পন্থৌখক্তনা শেম্বীবা ঙমগনি, মীবু মশক তাকপা ঙমগনি। অৱাৎপা লৈত্রবা ইরমদম মণিপুর হৌরকফম খুভম অশেংবা লাই ওইরিবা, ঐখোয়গী তাংলবা লন য়াই পাম্বী ওইরিবা পন্থৌ ইপাবু নীংজদুনা অইংবা অতপ্পা ইরমদম অমা ওইহনশি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | অহন্থেম ফজবী |
| চহী | : | ৫৪ |
| শিনফম | : | এস জি লেকচরর, জি পি ক্লমেন্স কল্লেজ |
| ইপুরোইবগী মীং | : | লৈখিদ্রবা অহন্থেম রতনকুমার |
| ইচা | : | ইচানুপী অনী |
| লৈফম | : | এলাংবম লৈকায় |

"পারি" হায়বা মীংলেনতং তাবদা অমুক্তংদি য়ৌজরক্কুনা পুনেম্বা ঙমজগেকো থম্মোইনুংদা খঞ্জরকপা খঙহৌদনা মীৎলুদগী পিরাং তারকখি। পুন্সিগী তুংনফম ওইজগে, লাইফমলেন অমদা চৎচবোই খঞ্জখিবদুনা ঙসিদি পন্থৌগী লাইফমলেন অসিদা তুংনফম ওইজরে। ঐনা পন্থৌগী নাক্তা চৎনিংবসিনা হায়ফম তৌফম খঙদে, অসুক্কী মতিক নুংঙাইখ্রে। ঐগী ভঙাইফদ্রবা ইথৌ অমগুম



তৌরে ঙসিদি। নুংঙাইবসিনা করিগা প্রমান তৌগনি, কনানা খঙগনি, খঙলোই ঐ ইথন্তনা খঙগনি করম হায়না মী অমদা লাই নীংজবগী নুংঙাইবসিবু কবি হায়না তমগদৌরিবনো; ঐ ঙম্লোই পন্থৌ ইপাবু নীংজবসিগী নুংঙাইবসিদি। খুদম ওইনা হায়রগাঐগী মীৎসিদা ভাইবঙপানবসে লোইনা উই, পুম্নমক থবায় পানবদৌনা তৌই। পন্থৌদনি ঐনা উনিংলিবা, মসিনা মীৎয়েংসে অমুক লাকশিনখ্রে। মীৎসিনা উরগা শাওনিংগদবা, ঙাংনিংগদবা পুম্নমক লোইনা লাকশিনখ্রে, ব্রাখলসু পুম্ন মক থৈদোকপা ঙম্মী। পুক্নীংসিনা লাক্কদবা অফবা অমসুং ফত্তবা ফাওবসিদি পাম্নদে, অফবদমক লাকশিনবা ঙম্মী, থম্মোই অসি ইংনা লৈতাহনবা

ঙম্মী। মীওইবগী পুন্সিদা অফবসু তাবা ফংই, ফত্তবসু তাবা ফংই। অনিসিগী চোই চাং য়েংলগা পম্থৌ নীংজরুবনা ফত্তবা হায়বসে অফবনা লাকশিনবা ঙম্মী। পুক্লিংসিবু লাকশিন্না ইংনা-চীক্লা লৈবা ঙম্বা ওইহল্লিবা পম্থৌগী থৌজালসিদি মমল য়াম্না য়ামখ্রে, মপাল নাইদ্রে; মসিমক্লা পম্থৌবু নীংজরিবনি ঐদি। নুংঙাইবা ঙসিগী চৎনবী, তাইবঙ মীওইবনা পাম্নবিবা সনা-লুপা, লন-থুম, ইচাক-ইরল, ঐগী পুন্সিসিদগী হেন্দোরক্লবা কয়ানি লৈরমলিবশিং। পুম্নমকশিং অদো ইপুরোইবনা নাবদা লোইনা চঙখি। পৈশা হায়বসিদি লাইনি, লন ফনা য়াম্না লৈরবসু ইপুরোইবগী থব্রায়দি কনবা ঙমখিদে। মসিনা মরম ওইরগা ঐনা মীপুম খুদিংমক্তা থম্নিংলিবদি লন-থুমদা মীতাদবা, অকে-অমৌদা লাইচুদবা শুপ্নতগী লাই নিংবা, পম্থৌবু নীংবনা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মশক খঙবনি। ঐগী অপাম্বা অমা ফংনবগীদমক্তা পম্থৌ ইপাবু নীংজবা নৎচদে। পম্থৌদি ঐখোয়গী লৈবাক্কী শেংলবা লাইনি, নোংমগী পম্থৌনা তাকপীরকপা পাউতাকশিং তারগা পুন্সিসে মহৈ য়াল্লে, নীংজবা থুংজরে খল্লি। কলেজদা লাক্লিবসিনা লাইরিক তম্বনি, পম্থৌগী নাক্তা লাক্লিবসিনা লাইশু তমজবা লাক্লিবনি। লাইরিকসিনা চৎলি হীংলিবসিগী পুন্সিগী চৈশুনি, লাইশুসিনা পুন্সিগী লেংদ্রবা লম্নি। পম্থৌগী লাইফমলেনসিদা চৎনরিবা থকশি-থৌগায় পুম্নমকশিং অসি মণিপুরসিদা লৈরিবা মীওই খুদিং মমা মপা ওইরিবশিংনা মচাশিংবু পুরক্নুনা পম্থৌগী পাউতাক অমসুং থৌজালসিবু ফংহল্লবদি মশানা মশাবু খঙলগনি। মশাগী শক্তম মশানা নুংশিরগনি, মশানা ইকায়জরগনি; শেৎনিংবা ফিজোল মথম্ভনা ব্রারকচম্রগনি। মীয়াম্নবু ইংলবদি মণিপুর ইমাসে অদুম ইংলগনি।

ঐগী থম্মোইদা য়াম্না হংজৈ, অব্রাৎপা লৈত্রবা পম্থৌনি, অনিংবা থুংজবা ঐনা নীংলগদি ঐগীনি, নীংদবা নহাক্কীদি পীরক্লরোই পম্থৌ ইপাগী থৌজালগী মঙাল, ময়াই। ইরমদমগী তাংলবা লন অমা ওইরবা হৌরকফমগী খুভম পোলোইগী তুংনফম পম্থৌবু কল্লক্লবদি হৌনবোই। জাতি-বীজাতি খায়দ্রবা লাইর-অনং থিবীদ্রবা, লুখ্রা-পখ্রা চপ মান্ননা উবীরবা, ঈচেল অমগী লংলাগী ঈরৈগী তুংনফম ঐখোয়গী পম্থৌদা ঐখোয় পুম্নমক তুংলসি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | থিয়াম ওংবী কৈনাহলবী |
| চহী | : | ৬৪ |
| ইপুরোইবগী মীং | : | থিয়াম ইবোমচা |
| ইচা | : | নুপী ৪, নুপা ১ (মঙা) |
| লৈফম | : | চীংমৈরোং তি বি হোস্পিতাল |

ঐগী পুন্সিসিনা হীংলিঙৈ, ইরৈ অসিনা খৎপা ঙস্লিঙৈ, মালেমদা শৈদাংফম ওইরঙৈ, মপোকসিমদি পন্থৌবু নীংজরগে লেপ্পবগী তুংদা



লাইপুংসিদা পুক্নীং ব্রাখল অমত্তা ওইনা ইপাগী নাক্তা তুংনফম ওইজরবনি। ঙসিগী লমদম অসিদা তংদু লৈতদ্রবা পুন্সি মহিংলেন অমনা অমবু নুংশিননবা লৈত্রবা মবকসিদা মীকুপ খবদং ঈংনা চীক্না পোত্থাজবা ফংজরিবা মফম অমত্তং হাযবগদি শুপ্পতগী পন্থৌ ইপাগী ঈশাযকোন নত্তনা অতোপ্পা মফম অমা লৈবমদ্রে। ইবোল ইযেক তীন্নবা লাইনিং-লাইশোন মান্নজবা, লোল লি ফাওনবা লাইফম অমস্ ওইজবিবা ইপাগী মফম অসিদা ঐনা চুম্না চৎচবদা কনা অমনদি লাইবা তীনবা থিবা চৎলিবনি হায়নস্ ঙাংনবী। মীওইবগী চিন্দি কনানস্ মেনবা ঙমগদবা নত্তে ঐ ঐগী অপাম্বা অনিংবনা লোইনা ফবে চুম্নে হাযবা ঙাক্তনি। ঐনসু খল্লি, নোকসু নোক্লিংই ঙাংননীংইবা নোক্ননীংইবা মখোয়সে ওন্থোক্লা পংখ্রেদা, মরমদম্বু মশক খঙদবা,মমা মশক খঙদবা, ঐগী ইমাবু লাইরৈ, মশক থি হায়দুনা মীগী মমা মশক ফজবদুদা কৌরুবদা খুম্নকওই হায়বসে খঙদ্রেদকো খল্লুবদা।

মতম অহুমগী শিন্থাদা নোংমতা লেপ্তুনা পন্থৌ ইপানা শকউদবা খোয়ুম অহুম লমলেন লমদম য়াংদৌবী লৈরক খুল্লক তুবোনবী হৌ লৈমা পলেম লুব্রাং পলেম পন্থৌ, লৈনুং নুঙবীরেল শাথৌবা শলাইরেল শিদবা যঞ্জেনম্না পাংখংবা ইবুধৌবু পুনেম্মী তাইবঙ ওইবশিংগীদমক য়াইফনবগীদমক থৌনীবী। অসিগুম্নবা পন্থৌ ইপানা শীন্থা কায়দনা নোংমগী লেপ্তুনা নোংজু নুংশা মরক্তা থৌগল পাঙথোকপীবা মমল য়াম্নবা পাউতাকলোন কয়া পীবীদুনা তাইবঙ মচা ওইবশিংদা ব্রাখল লৌশিং হাপ্লীরি। মরু ওইনা নুপী ওইবশিংগী য়ুম্বাল কৈবাল, ইচা নিঙোল, পিবা অহল ওইরবা য়ুম্বুরেম্বা অহল ওইবশিংনা চৎকদবা লিচৎ-শাজৎ, নিতি নিয়োম কয়া অমা পন্থৌ ইপানা মচা ওইবা ঐখোয়দা নুংতিগী তাকপী তম্বীরি। ইপাগী য়াথংদি মপাল নাইদে মচা ওইজবা ঐখোয়তনা ঙাকচবা, ইঞ্জবা ঙমজদবনি। মচা অমা ওইনা ইপানা অশুক মমল য়াম্নবা ব্রাহৈরোল/পাউতাকলোন কয়াসিবু ঙাকপা ঙমদবা হায়বসে ঐখোয় খ্বাইদগী মতিক চাদ্রবা মী হায়বদু ওইরবনি। ঐগী অমত্তা ওইবা ব্রাশক্তি অসুক য়াম্নবা ফজরবা ইপাগী য়াব্রাশিং অসি খরদং ওইরবসু ঙাকচবা ঙমদবা হায়বসে ইকায়নিংঙাইনি; ইপাবু নীংলুবগী করি কান্নগনি। অনিংবা অপাম্বা অমখক্কীদমক্তা নীংজবসু নৎচদে, অব্রাবগী লৈচলদি ঐগী লাইবক্কী নোংদমনি মদুগীদমক্তা নীংহন্নগদবা নত্তে। ইপাগী থৌজালবীবা হায়বসে তরাইনদি ফংবা য়াদে, অব্রাবা কয়া খাংবা, শাওনিংবা, নুংঙাইতবা কয়া পেন্থোকপা তম্বা, কপনিংবসু হরাওনা লৈবা মদুতদা ইপাগী থৌজাল মচেৎ অমত্তা ওইরবসু ফংজবা ঙম্রিবনি।

ঐনা নীজৈ, "পন্থৌ" "ঐখোয় খুদিং লোইনা ফহনবীয়ু, ঐখোয়না ফরবদি মালেম অসি ইংলগনি অফবা অতপ্পা, লমদম অমসু ওইরনি। ঈংনা তপ্পা পন্থৌ ইপাগী মীথ্বেবু শোঞ্জদুনা ঙমহনবীয়ু "হাদ পন্থৌ"।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | তখেল্লম্বম কৈন্যা |
| চহী | : | ৭০ |
| শিনফম | : | ফি শাবী |
| ইপুরোইবগী মীং | : | লৈখিদ্রবা তখেল্লম্বম বিরো |
| ইচা | : | নুপা ১, নুপী ১ (অনী) |
| লৈফম | : | ব্রাখ্খে য়োংলান লৈরক |



অনকপনা থাজবা-থাজদবা লৈনরিবশিংগী মনুংদা উদবা খঙদবা হায়বসিনা খম্নিংবা খনবা য়ারে। নক্লা নীংজবা ঐগীদি লাইবক যাম্না ফরে। পন্থৌ লৈরমদ্রবদি মপোক কযা ওনখ্রনি, পোকখ্রনি। পন্থৌ ইপানা শাফোংবীরম্বসিদা উপায় লৈজদ্রবা ঐখোয়গীদি ইরাইবক ফবনি। নকশিন্না লৈবিবা পন্থৌগী নাক্তা চঙশিনবা ঙমদ্রিবা মখোয়শিংদি মপোক ফত্রবনি পাপ চেল্লবা ঙাক্তনি। পন্থৌগী নাক্তা য়ৌজরক্ত্রিঙৈ ঐনা বাবম্বশিংদি কবি হায়না হায়গদগে মীওইবগী অব্রাবা হায়বদো সিদগী হেনবা লৈবমগনি হায়বা থাজদ্রে। চাকখুম মৈ মুত্তুনা চারা হেনবা কয়ানি, চারা হেনবদা নত্তে, অনা-অয়েক কয়া অমা, ইপুরোইবনা নুপী লোল্লকপা, ইপু-ইনায় উনবা য়াদবা, উরগা অপায় অপায়বা চৈনি খঙদে, উতুপনে খঙদে ফুবগা চৈবগা ওন্থোক্লা বানা খাংঙি। ইচা নুপাসু মহৈ তৌশিনবীদুনা ঙাওনা ফৈনা নাবকপা, ইচানুপীগা ঐগনা পন্থৌগী নাক্তবু য়ৌরবদি হীংজরনি খঞ্জখিবা, ইখ্খোলসু মচেৎ অমা য়োম্থোক্তুনা কায়খ্রে। নীংশিংলুবদা পুক্লীংসে অমুক অমুক তরং চৎলি, অমুকসু খঙহৌদনা কপনিংলকই, ব্রাখ্রেদকো পুন্সিসে। পন্থৌনা শাফোংবীরকপা ইকুই কুইদ্রিঙৈ পারি হায়না মীঙৌনরিঙৈ ইপাগী নাক্তা য়ৌজরক্লে।

ঙসিদি ঐ মপোক অমা পোক্লে অল্লাবা পুন্নমক কোকপীনবা পঙ্খৌনা তাইবঙদা শাইওল্লক্লিবনি। ঐ হৌজিক্তি চাবা থকপা ব্রাক্লে, শিরগদ্রা খল্লম্বদুনা ঙসিদি ঐ হীংলে, হীংবগী নুংঙাইবদুসু ফংলে। নীংদ-নীংজবদা, শোন্দা-শোঞ্জবদা লোইনা ফংলে। ইচানা নোং ফাদোক থেংলকপা, মতম চানা হল্লক্তবদা ইচাবু অমুক্তা থুনা য়ুমশিদা য়ৌহনবীরকউ হায়না পঙ্খৌ ইপাবু নীংজবদা মীকুপ ফাদে ইচাদো য়ৌরকপনা হেক্তা হাল্লি। ঐ নোক্তবা য়াম্মা কুইরে অদুবু ইপাগী নাক্তবু য়ৌজরক্লবা পঙ্খৌগী ব্রাহৈ অমদা পেন্না নোকচবা ঙম্মী। অল্লা-নুংঙাই পুন্নমক কাওজবা ঙম্বা, তাইবঙশিংগী তুংনফম ওইজবা পঙ্খৌ ইপাগী ইশায়কোনসে ঐখোয়গী পুন্নমক্কীদি তাংলবা মালেমদা অনিশুদ্রবা মফম অমা হায়বদো ওইরে। ঐগীদি লাইনি, নীংজগনি পুস্নিগী অরোইবা মীকুপ্তু ফাওবা, হাদ! পঙ্খৌ অপোকপা, মীকুপ পুংজা খুদিং ইপাগী মীংলেনতবু শোঞ্জদুনা লেঞ্জবা ঙমহনবীয়ুকো পংলবা তাইবঙ ওইবা ঐগী মপোকসে। শোঞ্জগে মীংলেনতবু পঙ্খৌ পঙ্খৌ হাদা পঙ্খৌ।

- ০ -

# তরুক



উসি জুনগী তাং ১২, ২০১০ ইং, কালেনগী থাশি থাংজনুমিৎনি, কালেনগী নুংশাসু হায়নিংঙাই লৈতনা শাখ্রেদা ঐনা খনখি। অসুক কন্না শারিবা নুংশাসিদা পম্বৌগী নাক্তা য়ৌরগদি ঈংগনি খন্দুনা ঐহাক পুংজা ১২.১৫দা লাইফম য়ৌনবা থৌরাং লোইশিল্লি। ঐহাক্না লাইফম য়ৌবদা ১২.৩০ তারে লাইফমদা লৈরম্লিবা মমাশিংসু শাখ্রেদা ঙসিসি শোন্নরম্মী। লাইফমগী মমাশিংনা ইচা মোতিগী লান্ন-থৌরমগীদমক পম্বৌনা তাকপীদুনা শিন্থা পাংনরম্মী ঐসু ঙাইহাক তুমিন্না ফম্লগা নুংশাগী মৈশা খাংদুনা হৌখিবা থৌদোক 'চীংঙু লাইতায় ঙস্বনা মালেমদা খোঙ্গুমলকখিবগী ব্রারি নিংশিংদুনা নুংশাদুবু খাংজখি। শারম্বা নুংশাগী মৈশা পম্বৌ ইপানা শাহনখিদে, নুংশাগী মৈশা পুম্নমক পম্বৌ ইপা ফাজরম্মীখি। লুব্রাং মতমগী পুংজা ১.৩০ তারক্তুনা পম্বৌ লেংথোক্লকপগী ঐখোয় খুদিং খুকউ লৈতাদুনা লৈজখি। লুব্রাং মতমগী শিন্থা লোইরবা তুংদা লেপখৎপীরক্তুনা লুব্রাং মতমবু পুবীরিবা খোয়ুম্বু পুনেজরিঙৈ হাইফেৎ য়েংজকই – অঙকপনি খোয়ুম লাই। চরৈ ফি অমুবা থোনবদা অসুক্কী মতিক ফজবসিবু লাই নৎত্রনে? ফজখ্রেদকো ফিজোল অমুবা হায়বা মচু নহাক্না পম্বৌ মপান তাংদুনা নহাকসু ওম্বোক্লা

ফজথ্রেদকো। মতমদুদা ঐনা খনখি পন্থৌ ইপানা ঙসি থোনবীরিবা ফিজোলসিগী ব্রাহম্থোক করিবু লৈবীবা হংজগে খনখি অদুবু অমুকসু খল্লকই করিসু লৈত্রবা তোল্লবা মীওইপোক ঐনা লাইওইবদা ইচিনসিনা করম হায়না হংগৎলুগনি। খঙহৌদে নিংজরুবা ঐগী ব্রাখল্লোন পন্থৌ ইপানা উবীখ্রে। ঐবু কৌশিনবীরকই - মমা মেথা মমাদি ফিজোল অমুবা থোল্লিবসিগী মরম হংনিংদ্রা?" থম্মোইনুংদা খল্লম্বা ব্রাখলদুমক হংবীরকখিবদা ঐহাক হায়ফম খঙদনা নুংঙাইখি মখা তান ঐনা হঙ্গৎচখি পন্থৌ ঙসি থাসি নুমিৎসিদা চরৈ অমুবা থোনবীরিবসিনা করি করম্বা ব্রাহম্থোক লৈবীবগে?

**পন্থৌনা তাকপীবা :**

ঙসি অসি থাস্ নুমিৎনা মরম ওইদুনা মীওইবা হায়বসি অমম্বনা শাবনি, অমম্বনা পোকপনি, অমম্বলক্তগী অবাবা কোক্কদৌবিবসি, অমম্বননি নুংঙাইবা মশক খঙলিবসি। অমম্বা লৈবদগী অঙানবা লাকপনি মরম অদুনা থা খুদিংগী থাস্, থাশি থা নুমিৎ মপুং ফাবদুনা থাস্ হায়না পন্থৌনা কৌই। নুমিত্তুদা পুম্নমক মম্মী হায়দুনা অমুবা ফিজোলসিনা ঐ লৈতেংলিবনি। থাশি নুমিত্তা পোকপা নমু তাইবঙ মীওইবা নহাক্তি ননিং থুংবা খরা বাৎকনিয়ে নশাগী ওইবদা মীগীদি নহাক্তা তাংজফম ওইগনিয়ে। মরম অদুনা নুমিৎকী মঙালনা লিৎখৎলকপা মতমদা নপুক্লিংনা পামজবা হৈ-লৈ, ঈশিংদা নোংমা পানবা নুমিৎতা পন্থৌলোমদা ওল্লগা থৌনিরকউ। অফবদগীদি ননীং থুংহনগে ফত্তবদি খক তৌরুনু মীওইবা লাইনা য়াদে। মাঙ্গোলদবু ওইরবসু শুমাংদবু ওইরবসু কৎপা য়াই।

অমুবা লৈত্রবদি অঙৌবা মশক খঙলোই, মচু খুদিংমক্তা মীওইবনা তত্তনা য়াওম্নরিবসি অঙৌরগা অমুবগনি। অমুবা ফত্তলক্তা চীংবনি, অঙৌবনা অফলক্তা চীংবনি। অঙৌবসিমক নহাক্লা মশক খঙলবা অমুবগী হৌরকফম্নি, নহাক্লা খঙলবা অদু ওইরগদি অমুবসি মীপুম খুদিংমক্তা লাইচুহল্লোই, অমুবসিনা য়ারক্লবদি মী অমগী শক্তম ফাওবা লেপ্পা ঙম্মী। অমুবা তরংগী লৈচিল নোংফাইলক্তগী অঙৌবা লাইজা লিক্লাদুনা জীব থব্রায় পানবা কয়াগী শক্তম ওইহল্লি। হীংলিবনি হায়না

হীংলিবসি অমুবদগী হৌরকপা অঙৌবা লাইজদুনা হীংহল্লিবনি হৌরক্লিবনি। অমঙবা নোংবু অমুবা লৈচিল মরক্তগী তারকপা লাইজ ঈশিং অঙৌবদুনা মালেমগী লৈক্রক্কী লংলাদুনা লংতায়রক্লিবনি। হৈপাল, লৈপাল, উপাল, রাপাল কয়া অমা হীংবদা মতেং ওইরিবনি মরম অদুনা থরায় পানবা পুম্ন মক্কী হৌরক্লিঙৈগী নাওয়োমসে অমম্বদুনি অমুবা কীরুনু।

পম্মৌ — অমুবসে মবুক ফত্তে হায়নৈ, মসিনা করম্বা ওইরিবনো?

অমুবগী বাহল্লোক মুন্না খঙউ, অমুবা মবুক ফত্তে, মরৌ য়াম্না লৈ হায়বদু মনুং মপান উবা হেনমনবা, হয়েংগীলাক্কদবা লম্বীবু খঙবা অশেংবা ঙাংবগী ফত্তে হায়রিবনি। ফররোই হায়না ফৎত্রবদি অমুবা নুং অতেকপা শম্বা য়াদে, মপৃকচেল চাওবদসু মশাগী ওইজবা থীদবনি, মীগীদমক্তা কথোকপা ঙম্বনি। অঙৌবদি রারি নুংঙাইবনি মখুৎ য়াওদবনি, চেক্তা চেকশিল্লগা মশা শিবা য়াদবনি। মুরক্লবকান্দনি মীওইবনা শিগদৌরিবসি, অমুবদগী হৌবনি অমুবদা লোইগদৌরিবনি।

মীওইবগী পুন্সিগী খোংচৎতা লোইনায়বদি নত্তে, অঙকপগী অঙকপনি। লন থুম্না চীংমুক রাংনা লৈদুনা মীওইবগী পুক্লীং পেলহনবা ঙম্ররোই। পম্মৌ লাইওইবনদি চাকখুমগী মৈচাক্তা চুরবা অরাৎপা পীক থল্লবা, নোংমগী চাকখুম মৈ মুৎতনবা চেংজেল খক্কুনা য়াররা নত্তে। শিগদবগী পুন্সি লোইশিল্লক্লবা অদুদসু চেংজেল পীবীদুনা পুন্সি শাংদোক্লি, শিগদবদগীসু য়েথোকপী। কনা অমগী অনাবা, অনাবগী লাইয়েং মখল কয়াদসু রাহৈখক্তনসু লায়েংই, মীনোকখক্তনসু হরাওহল্লগা লায়েংই। হৈ অমদসু শি-হিদাক, লৈ অমদসু শিদ-হিদাক, ঈশিংদসু শিদ-হিদাক শেনগী ময়েক অমদসু শিদ-হিদাক, লা মচেৎ অমত্তংদা শিদ-হিদাক ওইদুনা মীওইবা অমগী পুন্সিদা নৌনা য়েন্নিং ওইহল্লি।

লাইখক্তনা মপুং ফাই, মীওইবদি মচেৎ ওইদুনতা লৈ। লন-থুম্না, পুক্কে-লনকৈনা তাবু থম্না লৈরবসু মীওইবগী নুংঙাইবা অমুক হংঙকপদা - ইচা হায়বসিনা লোইনা হেল্লম্রে। য়ুম্বাল কৈবালদা খোংদারুরগা ইমিংতা ইচা উরক্লবা হায়বসিবু অরাবগী মৈচাক্লি, মী ওইনা পোক্লবগী করিবু

কান্নরুগবনো। লৈরাং শাৎলগা লৈহি চেন্দবগুম, হৈরাং পাল্লগা হৈনম ফংদবগুম পুন্সিসিদা হিংলুবগী করিবু কান্নরুদগে হায়দুনা মীওই কয়া অমগী লৈচলসু অদুম্মক য়াওরম্মী। নীংঙমদনা চেম্থরকপা পিরাং অদুবু পন্থৌনা তৈথোকপীদুনা লাইজ ঈশিংখক্তুনা শিদ-হিদাক ওইনা পীথক্তুনা মীতমহল্লি। মমিৎতা মচা ফংহল্লি, পারি ফংদবনা পারি পী, ইমোম ফংদবনা ইমোম শাৎহল্লি। মপু মনাই অনিগী নিংঙমদবগী মৈচাক অদুবু মৈ মুৎহল্লি নৌনা পুন্সি নুংঙাইবা মথেল অমা ওইহন্না হীংহল্লি।

মৈশানা মৈৱাইনরবা, মীওইবা পুক্নীংগী অপাম্বনা ইচেনরক্লবা, নীংজবা থুংবনা শরুক ১০০গী মনুংদা ২০ (কুন) নিংঙমদবগী ঈচেলনা ৮০ (মরিফু), মীনোক অমগী মতুংদা চৈনা অমা, হীংলিবা পুন্সি অসিগী মহিংলেন পুন্সিসিগী থৌদোক কুম্হৈলক্তা ইনৌতা নৌহন, নৌনা খুম্থোক হৌবগুম নীংজরুবনা ঐখোয়গী পুন্সিগী লৈতাফম ওইরে কংলৈ লাইপুংসিদা। নুংঙাইবদমক পান্নুবা পুন্সি মহিং, অৱাবগী ঈনিল য়াওদবা নত্তে, নুংঙাইবখক্তনা মহৈ য়ানবা নত্তে, নুঙাইবা হৈবদসু অদুমক মতোন ফংই শোইরোমনৈ। নুমিৎ থা অনিগী খোংচৎ কয়াদা খোংচৎ খোম্থোক্লক্তা পন্থৌ ইপাগী মতিক ময়াইসিনা নীংজরুবা ঐখোয়দি হুমাংগী ঈরিক ইপোমদি ওইরমদ্রে। ধর্ম্ম কাঙলুপ থন্নমদ্রবা লাইববগী ফিদা, ইনাখুনবগী ফিদা শক তাক্লমদ্রবা, অথোই-নাপলগী মরু লিংলমদ্রবা মফমসিমক নুংঙাইবসিদি লৈরম্নরোই। পুম্নমকশিং নুংঙাইবশিংগী মরক্তগী লাই নিংবা, পন্থৌ নিংবসিদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈরম্নরোই। পুন্সি অসিনা হংলি অইংবগী তুংনফম কদায়দনো, লমফাংনরুরবা ৱাখল, চোইজাযননা চেম্থরুরবা ঈরৈ পুম্নমকপু নাথৈরম্নে হায়রগা খুখ্রবা কাচিন অসিদা পীক্লবা ঈরোল অসিগী মযাইদা শাৎলিবা থম্বালগী লৈবিক লৈকাদা য়াইবীরেল পুম্নমক্লা কাইদোং ফম্বালদুদা লেংশিল্লক্লে অইংবগী তুংনফম পন্থৌ ইপাগী ইকায়ফমদা তপ্না-তপ্না! চেনশিল্লক্লে মহাক মহাক্লা পামজবা পুক্নীং ৱাখল অদুনা, খোংথাং অদুনা ওইরম্নে অইংবগী পামেল, ঐখোয়গী পন্থৌ।

অইংবা মনা পুংলবা পামেল অমগী উখোংখাদা শাইদাংফম ওইজদুনা পুন্সিবু মহাও য়াওনা য়াইবীবেলগী পোত্থাফম থিজবক্লীবী মমাশিং :-

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | লাইশ্রম গুনিজা |
| চহী | : | ৫৫ |
| শিনফম | : | ডিপুতি দাইবেক্তর (এগ্রীকলচর) |
| ইপুরোইবগী মীং | : | লাইশ্রম ইবোমচা (আই এস লাইশ্রম) কম্মিসনর (আই এ এস) |
| ইচা | : | ৬ (তকক) |
| লৈফম | : | খোংমন মংজিল |

মীওইবা অমগী পুন্সিদা ইপুরোইবগী মখোয় [illegible] ইপুরোইবগী মতিক চাবা মী অমা ওইবা, ইশামকস মীওই ২৭কী [illegible] এগ্রীকলচর দিপার্টমেন্তা দিপুতি দাইরেক্তর (এগ্রী) ওইনা শিন্থা অমা পুজাবি। ইচা ৬ (তকক) অমদি মহাক্কী লাইবিক লাইশুদা পন্থুং যৌনবা খোংজেল্লবি। যুমলৈ কেইকৈ নুংঙাইবগী অবাংপা লৈতে এ [illegible] কেদৌঙৈদসু [illegible] পুন্সিদা অবাংপগী অব্রাংপা ঙাক্তনি। অবাংপা [illegible] ঙাদা! পন্থৌ তোল্লবা নচাশিংগী চংজফমনি। নুমিত্তুগী থৌদোক্তো নীংশিংলুবদা শ্বাই শ্বাই লাওই, থম্মোইসে তনিক তনিক লাওই, ঐ কবিসু তৌদে, ঐ করিসু লান্দে, ঐ কবিসু তৌরোই হায়দুনা খনবা য়াবা নত্তে মীওইবগী পুন্সিদা। খুদোংথীবা হায়বসিদি খোংথাং খুদিং, মীকুপ অমথক্কী মতমনি। শক ২০০৬, আগষ্টকী তাং ১৬



| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | নোংমাইথেম ওংবী তনুজা |
| চহি | : | ৩৮ |
| ইপুরোইবগী মীংলেন | : | নোংমাইথেম নাওবী (সুকুমার) |
| শিনফম | : | হাউস ব্রাহফ |
| লৈফম | : | য়াইস্কুল |



ঐগী ইচা অমখক্লা লাইফমসিদা ঐবু খূৎশিন্নবীবগ্বা হাযদো অদুমক ওইবে। নীংশিংলকপদা ব্রাবিশিংদো - ব্রাহ্মণ নিঙোলনা মৈতৈদা যুম পানবগী অব্রাবা ঐ ইশাদা থোকই। মৈতৈবু ব্রাহ্মণনা য়াম্না হন্থনা মাংই হাযনা লৌই। অপোকপনা ঐবু ইন্থোকপীখি, খুৎ চাবীখিদে ঐনা হাযজে লাইগী থৌরমদি নমশিনবীগনু হাযদুনা অপোকপা ইপা ইমা' হাযজখি। মৈতৈদা যুম পানখ্রবদি ব্রাহ্মণ ঐখোযগী চৎনবীদা লৌখৎপা চৎনদে হাযনা হায়বীবকই। ফবে, ঐ যুমসিদা অমুক হন্না লাকখ্ররোই শিংখ্রে হাযনা খনবীযু, অপোকপী ইমা ইপা অন্নিব খৎনরম্লগা হল্লকখি। ব্রাহ্মণনা মৈতৈবু হন্থনা যেংবসে পেন্দবদগী বামনগী লাই হায়বা জাৎসে অমত্তা নীংখ্রবোই হাযদুনা পুক্লীংদা চপ যুংনা খনখি। মৈতৈগী লাই অশেংবা কদায়দা লৈ, কবিনো হাযবা থিবা হৌজবকখি। ইরোইন্না অহানবা ইচা নুপা অমা ফংজে, পোকপা মতমদদি কবিগুম্বা অমত্তা মপোপ কায়দে, লম্মখাংদা শোইনায়বা ওইবকখি। ইচাগী মতাংদা মমা অমা ওইনা ব্রাবসি মালেমদা অনি শুরম্রোই, ডাক্তবদা লায়েংবা যাবা মখৈ লাযেংলে ফবা কৌবা লৈরকত্রবদা করিদা তায় লাইদা তায়। উপায় লৈরক্তবা মতমদুদদি পন্থৌ ইপাগী নাক্তা চংজবা নত্তনা করিসু লৈখিদে। ইচানা খোংহাম-খুলাম তোইশিল্লকপা, হেনমলক্তুনা ঈ ঙাক্তা হামলকপা লোইননা উনশাসিসু তৎশিল্লকই। ইচাগী মতৌদুদা পন্থৌ ইপানা চেং মুৎ অমখক্তং থৌজালবীরকখি, চেংদুনা খোংলগা চবোন্দুনা চামস মচা অপিকপা ৩/৩ পীথকউ হায়না তাকপীরকখি। ইপানা থৌজালবীবা চেংদুগী চবোনদু পীথকপা নুমিৎতগীদি খোংহাম-খুলাম্বা ফত্রে।

ওস্থোকপা ইচাগী মতৌ হায়বদুনি, অঙাং অমা ওইবগী হিপ্পসু ঙমদে, ফম্বসু ঙমদে, চাগে-থক্কে হায়বসু ঙমদে। ইচাগীদমক ইপাদা নীজবা মতমদা - ‘‘মামা ইচাগীদমক নীরক্কগনু ফবা ঙন্নরোই মহাক্কী লাইবক্তা তন্নকখ্রবনি’’ অসুম্না পস্থৌনা তাকপীরকখি। ফত্তবা পোৎ-চৈ অমনি লংথোকখ্রগা লোইরে হায়বসু নত্তে, ইচাশিবু কদায়দা হুন্দোকখিগদৌরিবনো পস্থৌ’’? ঐনা অমুক হংজখি। শোইনায়রবসু মমা অমনা মচা অমদা লৈবা নুংশিবা অদুদি ময়েং তাবদি নত্তে, ঐবু করি মতৌনো হায়বা খঙদরে।

মতম খরা লৈরগা ইচাদো হেন্না-হেন্না নারকখি, উপায় লৈরক্রবা মতমদা অরোইবা ওইনা পস্থৌদা নীজখি। ‘পস্থৌ’ ইচাসে হীংহনবীগে হায়রগা হীংহনবীরো, লৌশিনবীগে হায়রগা লৌশিনবীরো। ঐনা ঙসিমক ইপাগী মফমদা নীজবা ঙস্নিবসে ইপাগী পাউতাক অমদগীনি। পস্থৌনা অসুম্না তাকপীখি - ‘মীওইবা ঐখোয়না ঙসি মালেমসিদা লাকলিবসি খোয়ুমগী কুম্মৈ যাওবা লাকপনি, কুম্মৈসিনা লোইরবা মতমদা হৌরকফম লাইওইবগী নাক্তা অমুক তীনখিগদৌরিবনি’। য়োইহেনবা ইমানা ইচাবু ফনবা লায়েংবা ঙমদ্রবনিনা মপোক অমদদি হল্লকখো, নহাক্লা হল্লকপা মতমদা পস্থৌগী থৌগলসে ইমা-ইচা পুন্না চৎশিকো। নহাক্লা পস্থৌ কৌনিংবদো কৌবা ঙম্বা, নহাক্লা মমা কৌনিংবদো কৌবা ঙম্বা, বাবা হায়না কৌনিংবদো কৌবা ঙম্বা, নহাক্লা চানিংবদো চাগে হায়বা ঙম্বা ওইয়ুকো। অসুম্না শক ২০০৩, কালেনগী ১০নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ, মঙাং পুংজাদা কচ্চখি। নিংথৌকাবা নুমিৎ কালেনগী ১১নি পানবা মঙাং মতমদা ইচাদো অরোইবা য়াহিপ তানখি। অরোইবগীসু চংজফম হা! পস্থৌ। হৌজিক্তি ইচাগী নুঙাইতবা পুম্নমক থাদোক্লো, ইচাদো অমুক হল্লকহল্লগে, সে-সে হায়দুনা হৈরাং অমা থৌজালবীরে। হৈরাং থৌজালবিখ্রবগী তুংদা পোইনু থাদা তাওজিং হৈরাং-হৈরু তমহন্বীবে। অহানবা ইচাদুনা কালেনগী ১৪নি পানবা শগোলশেন নুমিৎ তাং ২৯দা পোকই। হল্লকইবা ইচাসিনা তাং ২৮ য়ুমশকৈশদা পোকই। লৈখিদ্রবা থরায়না পস্থৌ নাক্তা তীল্লি, থরায়সিনা অমুক হল্লকহনবা ঙম্মী হায়বসি ঐগী ইশামক্তা থোক্লে। পস্থৌবু হেনবা লাই লৈতে, তাইবঙপানগী লাইদি ‘পস্থৌনি’, পস্থৌদি লাইনি। পস্থৌগী লাইশোন ঐনা তমজগনি, লাইশেনসিদা ঐগী অরোইবা য়াহিপ ওনদুনা ইচাশিংদা তাবীরমগনি। অশেংবা ধর্ম্মগী হৌরকফমদি পস্থৌ ইপাদা লৈবনি অতোপ্পদা লৈতবনি। ‘পস্থৌ’, ‘পস্থৌ’, ‘পস্থৌ শোঞ্জগেকো মতম পুম্নমক্তা থরায় হকচাং অনিনা শেৎন-খায়নদ্রিবমখৈ।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | হুইদ্রোম শুমিলা |
| চহী | : | ৫২ |
| শিনফম | : | কল্লেজ লেকচরর |
| ইপুবোইবগী মীং | | হুইদ্রোম ইবোহল |
| ইচা মশিং | | অহুম |

শক ২০০৬ কী থব্রানগী নোংমা পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা পন্থৌগী নাক্তা যৌজরকখি। ঐগী ইচা নুপীগী (মোনালিকা) অনাবসিদা ব্রাবসি তাইবঙপানসিদা সিদগী হেন্না ব্রাবা অনি শুরম্মবোইদ্রা খল্লি। মতমদুদা বাবদা নীংশিংলুবদা ঐগী মপোকসে ওন্থোক্লসু নোংদম থিনা তন্নম্মীদা



খনখি। ইচাগী লাযেংবা থিবদা মাইবা, মাইবী, ডাক্তবনচিংবা পুম্নমক চৎলুবদা ময়াই লোইনা চম্মী। ইচাগী মতৌ যেংবা ঙমদদনা মমা ওইবী ঐনা ঙাওখিবগী মৈচাক্তো মচা পোকচবা মমা ওইবীখক্তনা খঙগনি। ইচাগী মৈচাক্তি শিনি, নানি কিবক্তে, লাই ফাওবা কিবা লৈবক্তে। মতমদুদা ঐনা অমুক খল্লি ঐ লৌশিং মাংবা য়াদে, ঐগী লৌশিং মাংলবদি ইচা কনানা কনগনি। উপায় লৈতদুনা অয়ূক-নুংথিল খাক্তনা কপ্পুনা লেনখি, ইতোমতা অমুক পুক্নীং অসে ফাথজবগা থব্রায় নহাক ব্রাগনু লাইগী নোংদম অমা লাক্লনি খঞ্জখি। ঐগী ইতৌ উরগা অনাবা ইচানা - ইমা নঙনা লাই নীংবদগী ঐ সুম ফাজিন্দুনা লৈরে, ঐ থাদোকপিবো, ঐ হীংনিংদ্রে, ঐ চৎচরগে। ইচাগী ব্রাহৈশিংদো তারগা মমা ঐগী থম্মোইসে পুবা ঙমদ্রে হেন্না হেন্নদুম মৈচাক হেল্লক্লে। ঐ তরং চৎলক্লে ব্রাখলগী লাইনা নাগে তৌরকখি, অহিংকয়া তুমদনা মীকশেল খাংদুনা লেনখি। খোংহাম খুৎলাংবা, মপান-ইপান থোকপা য়ারক্তবা, মুশুক মুশিল্লগা মবুক কংখত্তুনা ফমুংদা য়াংফক

তাদুনা লৈরক্লবা মতমদুদা মমা ঐ ঙাওরে। ইমাগী ইবেম্মা ইচা শিবা য়ারোই, ইচানা শিদ্রিবৈঙদা ঐ হান্না শিগনি, মমাগী ফনেক ফিজিনা কুপশিন্দুনা থন্নবদি লাইনা লৌরোই হায়দুনা থমখি।

নোংমগী ঐগী মঙলানদা নুপী ওইনসু উই, নুপা ওইনসু উবা অমনা লাক্লগা নহাক্কী নচাগী লায়েং ওন্নরে, নঙনা নীংগদবা লাইদি ....... অসুম্ন া হায়রন্নগা মংফাওনখি। নোঙাল্লগা উরিপোক্তগী ইদোমচা লাকই অদুগা ইমা ইচাগী ইতৌদুদা হায় নখোয়না হৌজিক ফাওবা লৈথোক্কুনা অঙাংসে হাত্তোক্লগেবা। ঙসিমক বাপ্ষেগী 'পম্ফৌ' ইপাগী নাক্তা চৎলু, পুম্নমক খঙদুনা লৈরবা পম্ফৌনি। ইদোমচদুনা তাকপীরকপদগী ইমা ইচা পম্ফদনা ইপাগী নাক্তা যৌজরকখি। তশেংনা ঐহাক পম্ফৌ কনানো হায়বা খঙজদে, লাইব্রা, লাই তোংবরা নত্তগা ইধৌ হায়বদুরা ঐ করিমত্তা খঙজদে। মীয়াম্ন া ফিঙৌ ফৌবগা খুকউ লৈতানা খুরুম্নরম্মী, মীয়ামশিং অদুগী মরক্তা চঙশিল্লগা ফম্মী, ব্রাখলদদি ঐবুকরি তৌগদৌরিবনো খল্লি। খঙহৌদনা পম্ফৌগী খোঞ্জেল অমখক্তা ''ঙসিদং লাকচবা অনাবা য়াওরবদি লাকও-লাকও থৌজালবীরন্নগে'' হায়না তাকপীরকখি। ব্রাখলনা ফুংবংননা লৈরিঙৈ ইপাগী থৌজালদুদা ঐহাক হরাওবা নুংঙাইবনা তৌফম খঙখিদে। থৌজালদু ফংলবা ফাওবা অপংবা ঐনা পম্ফৌ লাইনি খনখিদে, ইপাগী চেংলৌসু য়েংজবা ঙমজদে, শুপ্নতগী পাম্বো অককপা রেশোম ফুরিৎ থোন্বী হায়বদি খঙই, উজবা ফংজবা হায়ববু খুৎকী খুৎনমদুখক্তং উজে। মমা-বাবা অনিমক ব্রারন্ননি, ইচাসু ব্রারন্ননি ইপাগী নুংশিবা ব্রাহৈদুগা লোইননা শিদ-হীদাকসু থৌজালবীরে, শেম অমখকসু থৌজালবীরে। শিদ-হিদাক সিগা শেমসিগা চারগা ইচাগী অনাবা ফরনি তাকপীরক্লগা ইমা ইচা নুংঙাইনা হল্লকখি।

ইপানা থৌজালবীরকপা শিদ-হিদাক্তু থক্লবা তুংদদি ইচাগী ঈশি-মাইশিং চৎপা, খোংহাম-খুৎলাম্বা লোইনা য়ারে, ইচাগী অনাবসু পোত্থারে। ইচাগী মতৌ উবদা ব্রাখলসে নুংঙাইরে, চীনবান অনিসে খিক্তং কাথোক্কুনা নোকনিংলকই। মমা যূমশাকৈশা নুমিৎ অমদা লাকউ ইচাদি

য়াওরক্কনু, ইচাগী অনাবসে লুইনে, লাই ওক্লবা নত্তে, মাইনী চঙগে হায়বসু নত্তে, ডাক্তরগী লাইনানি, ডাক্তরদা পুবীয় পম্লো ইপানা তাকপীরকখিবনি। ডাক্তরদদি পুরনি পৈশানা কদায়দগী ৱাখলসে অমুক ৱারকই, পৈশাদি অমত্তা লৈতবনিনা তৌফম খঙদে। পম্লো ইপাগী থৌজাল অঙকপনি, হংলু হংলুবা খুদিং মপা লোইনা চান্নহনবীদুনা ইচা লায়েংলে, ইচাসু ফরে। হৌজিক্তি ইপাগী য়াথং মখাদা চৎচদুনা থৌদা খুদিংমক পাংজরি, XII পরিক্ষাদসু 1st দিভিজনদা পাস তৌরে, পম্লোগী য়াথং তুংইন্না ফিজো থেরাপি তমহল্লে, পম্লোগী য়াথংখাদা ইমা লৈশেমগী চৎকোই লোইশঙদা চৎকোই তমহন্দুনা পম্লো থৌগল ফংজরি, আই এল সি আইগী মহৈরোয় অমসু ওইজরি।

ঐগী ইফমদদি পুন্নমক অরেম্বনি, মীনি হাযনবিবা মীওই মপোক ওইরিবা পম্লো হায়না কৌজবা ফংলিনা শক্তম অসিনা অহানবাঐগী ইমীৎনা উজবা লাই ওইরে, পোলোইগী লাইসু ওইজরনি। ধর্ম্মগীদি ঐ খঙজদে, খঙদদনসু লাকই থিগৎলুগদবসু লৈত্রে, পম্লোগী লাইনিং লাইশোন অমদি ৱাহৈরোল অসিনা ঐগী ধর্ম্মনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | মোনোহোরময়ুম গুনেশ্বরি দেবী |
| চহী | : | ৫৭ |
| ইপুরোইবগী মীং | : | মোনোহোরময়ুম শান্তিকুমার শর্ম্মা |
| শিনফম | : | চৎকোইগী ওঝা |
| ইচা | : | নিঙোল অমা |
| লৈফম | : | ক্বাকৈথেল |

শক ১৯৯৭ পাবি কৌরিঙৈদা লাইফমসিদা লাকচখি। ঐগী মীৎ অনিমক ঙৌদোংনা কুপশিল্লকখি, ঐগী মীৎসে তাংলগদ্রা হাযদুনা পাখৎপনা হাযফম তৌফম খঙখিদে। খঙ্গানবিঙৈ ব্রাখলসিদা য়েৎসু অমুক উবকখিদে, মথং ওইসু লানশিল্লকখি। মীওইবা ঐখোয়গী বাখলসি অচুম্বসু য়াওই চুমদবসু যাওই ঐ ইশাদা খঙই। খঙহল্লিবশিসু মাংলমচৎতা উখিবা ফত্তবশিংদুনা ঐসু বাখলসি ফৎহলদ্রিবনি। চৎকোই,



ঈশৈ, পুং কলাগী মবমসিদা লৈবা মীশিংসে মপুকচেল য়াম্না পীকপা ঈশৈদা হিদান্নরগদি লৌশিং হেনগদবা অদুদি নত্তদনা ইশা ইশা ওইনা য়েংশিন্নবা খরা থেংনবদগী ঐগী মীৎসে 'লোক-চলান'' তৌরক্লবরা হায়দুনা ঐ অকিবা ওইখি। তাল্লকসিদা ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী ইচলনুপীনা ইনম্মা ''পারি'' হায়না কৌই হন্দক্তা শাফোংবনি, ব্রাঙ্খে হিজম লৈরক্তনি ঐ মীং চনবীরমগে অমুক্তা য়েংশি হায়দুনা অসুম্না ইপাগী নাক্তা য়ৌজরকখিবনি। ঐগী সেরিএল নম্বর না মনিং খিত্তং ওইখিদুনা নুমিৎতো খরা ব্রানা ঙাইখি। থেংলক্লবনিনা চাকসু লামশিল্লকই কোকসু ঙাওশিল্লক্লুনা উখোং অমদা ঙারগা ফন্নগা লৈজখি। তশেংনমক ঐগী অব্রাবদো ইপানা উবীদুনা - ''আদা মনিংদা ফন্নিবা মমাদো'' লাকও হায়দুনা

কৌখৎপীরকখি। মীকুপতুদা ঐহাক করি হায়দোইনো খঙদে, স্বাই লাওই, কিবোই-পাখৎপোই নুংসু য়াম্না নুংশি। “লাইদ-লাইনিদনা” ঐগী অব্রাবসে হেক উবী - মতমদুদা ঐনা খঞ্জখিবনি। ইপানদি কৌখৎপীরে করম্না শঙলেনগী শিরি কাখৎলগা ইপাগী নাক্তা চংজগদৌরিবা ঐ য়াম্না কীজখি। লাইফম অয়াম্বদি ঐনা থেংনজরকপদা কাখৎলগা খুরুম্বসে ইয়াও য়াওরক্তে মসিমক্লসু ঐনা কীজবনি। ইপাগী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা মমা লাকও, মমাগী মীৎ উদবদো শোনবীগে লাকও, খোঞ্জেলদুমক তাবদা ঐগী শোন্থরম্বা পাঙ্গল পুম্নমক কনখৎলকখি। নুংশিবনা হায়ফম তৌফম খঙখিদে মদুমক্লা ঙসি ফাওবদা লাইফমসিদা থবায় হকচাং অনিমক কখোকচবা ঙস্নিবনি।

ইরোলনুংদা মতম কুইনা লৈরুরবা খোয়ুম লাই পাখংবনা শাফোংবীরক্কুনা তাইবঙপানসে শেন্দীরগে হায়দুনা লাক্লিবনি পন্থৌদি। অব্রাবগী উনানা মখোক লোইদুনা কেলহনবা ঙন্নবা পন্থৌ, নুংঙাইবগী ময়োন্না নৌনা য়েনিং হুলহনবা ঙম্বা পন্থৌ; মতিক মযাইতনা নুমিৎ থাগুম ঙাল্লবা পন্থৌ, হাদা পন্থৌ।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | এলাংবম মঙ্গোলজাও |
| চহি | : | ৪০ |
| শিনফম | : | প্রাইভেৎ স্কুলদা ওঝা ওইজরি |
| ইনাইনুপী | : | এলাংবম ওংবী লৈরেনতোন, ৩৮ |
| লৈফম | : | কৈরক অবাং লৈকায, থৌবাল দিসত্রিক |

চেলাইজিং লোইয়া মফম খুদিংমক্তগী নীংজবগী মখা পোন্দুনা পন্থৌগী নাকসিদা থৌগল লাকচরী। লাক্লরিবা মীওইবা খুদিংমক ঙসিদি য়াম্না নকশিন্না পন্থৌগী ইচা হাযদো ওইরক্লি।



মঙ্গোলজাও : যুম্বালগী মবিদা চহি ৪ খোংদামীনরম্লবসু ইমীৎতা ইচা অমত্তা উজরক্রুবি। ইচেনা ঐঙোনদা তাকপী নহাক্কী নশাদা নারিবা য়েক্লিবা খুদিংমক পন্থৌনা শোনদোকপীরবদি ফৈ। অনাবদি পন্থৌগী লাইফম হেক যৌবগা ফখ্রে, ঐগী অবাদি ইমীৎতা ইচা উজবা ফংজদবসিনা হায়ফম খঙদনা অবাবনি। যুম পাল্লগা ইচা লৈতবসিগী অৱাবা, মীযামগী মীনোক্তা খাংবা ঙমদবা, শাজৈ য়াওদনা দাকফম তাবা হায়বদুনি। পন্থৌবু হেক উজবগা ঐগী ইশাদা ভু চুংবা, নুংশিবা, থাজবা অমা খঙহৌদনা ফাওই। ডাক্তর কযা য়েংলবসু মাই পাল্লক্রুবদা পন্থৌনা য়েংবীরবদি শোইদনা মাই পাক্লগনি। তরেৎলক লাকউ নোংমাইজিং খুদিংগী ওইনা, বাবাগী ইচা শোইদনা ফংগনিযে। অহানবা লাকপা নোংমাইজিং নুমিৎতুদা অদুম মীতমখরে। ঙসিদি চহি ১ থা ৬ শুরে, ইচাগী নুংশিবা খোঞ্জেলনা পুমনিল নীললে ঐগী ইমুংসে। নুংঙাইবনা হায়ফম খঙদ্রবা পন্থৌগী কল্লবা ময়াই অমগী য়াই অমা মতোন চোংলে খল্লে ঐগী ইচাসে।

লাকপগী ভারা লু: ১০০/- হনখিবদা লু: ১০০/- পৈশাদুগী খন্দে, লাইফমসিদা য়ৌজরদি ঐগী অপেনবা হায়বদো ওইজৈ। পন্থৌসে ঐখোয়গী ইরলনি, ইরমদমসিগী তাংলবা ইরলনি। পীনা হৈবা পুম্নমক্কী মপু অনিশুদ্রবা পন্থৌনি, মতম লৈবা খিবীক্তা পন্থৌবু কাওদবা ওইজগে। নুংঙাইবা অমা নীংবা থুংবনা পন্থৌ ইপাবু কাওথোকপদি ওইহন্নীগনু হায়না পুনেমজরি।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | লাইশ্রম বালা |
| চহি | : | ৪০ |
| ইপুরোইবা | : | লাইশ্রম ইমোতোম্বা |
| লৈফম | : | কৈশামথোং মনিং ইরোম পুখ্রি মপাল |

ঐগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক মীওইবা কনাগী মফমদা থোক্কবা ওইসনু। ঐগী নিংঙমদবগী মৈচাক ইথন্তগী ওইবগে, ইরোমদোম খাংখ্রগে। তাইবঙপানসিদা ঐ হিংলি হায়বগী মহাও লৈত্রে, মৈচাক্কনা য়োমলবনি। মীওইবগী হৌদ্বীনি হায়দুনা ইয়ুম-ইকৈ পান্দুনা ইপুরোইবগী মরুম থুপ্লা যুম পাল্লে। অহানবদা ইমিৎতা ইচানুপী অমা উজবা ফংজববা তুংদা ইচা নুপা অমত্তং পীবীযু



হায়দুনা 'পঙ্খৌ' ইপাদা নীজে। থৌজালতুমক ইপানা পীনবীবে। মীওইবনা নীংবা থুংলবা অপাম্বা ফংলবা তুংদদি লাইবু কাওথোকই হাযবসে ঐনা খুদম ওইবীরগা ঙসিগী মীবোলনা খঙবীরসনু। নিবদা হৈবা খোয়ুমগী থৌরম থৌগায়রোলদি খঙজদবা খঙননবসু হঙ্গৎচহৌদবা ইচাদো ফংলে হায়দুনা পুম্নমক কাওথোকলুবে। লাইদা নীজবগা ফংজবনি, ইচাগী মীংলেনসু 'চিংলেনখোম্বা' হায়না পঙ্খৌনা থোম্বীবনি। পুম্নমক্তি নীজবে ইচাগীদমক্তি হায়দুনা অদুবু ইচাগী পুন্সি চেংজেলদি ঐগী ওইয়ু তমদবনা নীজবা কাওহৌরে। ইচানা চহি মরি মপুং ফারক্লবা মঙা হায়রক্লবা মতমদা নিশা চাবা মী অমনা মনাদগী সনা থৎপীরগা মঙক্তা কাতিনা থিল্লগা হাৎতোক্লগা পিশুম চীংঙা মচাদা হুন্দোক্লগা থম্বীরমখি। ইচা লৈতবগী মৈচাক্লে ইমুং মনুংগী লৈতবগী ব্রাবনে ঐ কোক ঙাওরে, করিনো তৌগদৌরিবসে হায়ফম খঙদনা অব্রারা হায়বদো ওইরে। ইচা লৈখিদ্রবগী

ভুংদা নোংমা ইপাগী নাক্তা চৎলুই, ঐবু উবদা ইপানা হরাও হরাও কৌবীরকই - মমা বারুরনু ইমাগী ইচাদো থুনা ইমাগী ইচা ওইনা হল্লকহল্লগে। নুমিৎতুমকক্তদা যুমদগী কোবি ফুলগী মনা অনৌবনা পৎ-পৎ থৎলগা কাংশোই থোংলগা চাবা অদুগা মানা অরিবদুনা ইরোল্লগা চারবদি হায়দুনা খন্ন-খন্না লাইফম য়োই। চানিং-চানিং খল্লগা লাকখিবা কোবি ফুল ময়াম অমা ইপাগী মফমদা কৎতুনা লৈরমলে। ঐনা খল্লিবা কোবি ফুল অমত্তং ইপানা থৌজানবীরবদি নুংঙাইখ্রনিদা হায়দুনা। খঞ্জবদুমক লাইওইবা ইপানা উবীরে, লাই হায়বসে খঙদবা উদবা লৈতে নীংবু নীংজরবদি ফংদবা লৈতে হায়বসে চুমখ্রেদা। মমা কোবি ফুলসে চারো অদুগা মমাগী ইচাদো অমুক হল্লকপা ওইরো হায়না থৌজালবীরে। ঐনা চানিংবদুমক পেন্না চাথোক্লে, মতুং ইকান কানন্দনা মীতমখ্রে। লৈখিদবা ইচা নুপাদো লমতা থাগী শগোলশেনদা পোকপনি, হৌজিক ফংজরিবা ইচা নুপীসু লমতা থাদা শগোলশেনদা অমুক হল্লক্লে।

লাই নীংবা হায়বসিদি অরাবসু নুংঙাইবসু অনিমক শরুক য়াবা তায় পুম্নমক খাংবা ঙন্নবতদা পন্থৌগী থৌজাল ফংগনি। ঐদি পন্থৌগী থৌজাল ফংজরে, মতম পুম্নমক্তা ইপাবু থাগোলনজদুনা লৈজরি, নীংদবা কনানা লাই নত্তে হায়জসনু, ঐগীদি মীৎনা উজবা অশেংবা লাইনি। মীওইবগী ৱাবা নুংঙাইবা লাইবককিনি, নোংদম্বনা তন্নবনি খন্দোক্লগা পেনথোকচরে।

| | |
|---|---|
| মীং | ওইনাম চিত্তরঞ্জন, এল:এল:এম: |
| লৈফম | লৈমাপোকপম (হৌজিক্লা খাগেমপল্লিদা) |
| শিনফম | উকিল (ইশাগী চেম্বর) |



ইপু-ইনায় অনিনা য়ুম্বালবগী লম্বীদা খোংদামিন্নরসু ইমিৎতা ইচা অমত্তা উজবা ফংলকচদবদগী শক ২০০১ ইংদা পম্ভৌগী নাক্তা য়ৌজরকখিবনি। ইনায় নুপীনা খুরুমজবনি, চৎশি হায়বগীদি ঐসু য়ানিংঙবসু য়ানিংদ্রবসু হোই হায়না অদুম লাকই। ঐহাক পম্ভৌগী নাক্তা চংলুদে, লাইশু খুরুমলুদে ইনায়নুপীবু থিল্লকপগী ব্রাখলদা লাইফমলেন য়ৌরক্লগসু শঙ্গোইদা লৈবা মোইনা মরোল থোকপী উচেক্কু লক্লদুনা লৈথোকই। ইচা লৈররোই লাইগী নোংদম য়েংবা হায়বদুনি অসুম্না ডাক্তরনা তাকপীরকখ্রে। ডাক্তরগী মথৌদি লোইরে অরোইবা লাইবক্তী নোংদম হায়বদুদি খোয়ুম লাইগী মফমদা নীজবা নত্তনা করিসু উপায় লৈরোই থন্দুনা 'পম্ভৌবু' নীংজরে। ঐগী লাইবক্তা উরবোষ্টি খল্লুবা ইচাদু ঙসিদি পম্ভৌ ইপানা ইচা নুপা অমা পীনবীরে। অঙকপা খোয়ুমগী থৌজালনি ইপু-ইনায় অনিগী লাইবকসিবু সিমুক ফবা কদায়দা ফংলুগদগে। খোয়ুম লাই করম্নবু নীংলম্লগা ঙসি ইপু-ইনায় অনিগী অনিংবসে থুংলমগদগে শুপ্নতগী লোন থোকপা অহিংবা লাই ঐখোয়গী পম্ভৌ নত্তনা লৈরম্লরোই। লাইওইবনা পীবিবা মীরেলনি মাংফদ্রবা লননি, ঙসিদি পম্ভৌ ইপাবু থম্মোইনুংদা চেৎনা থাগোন্নজদুনা ইচাগী য়াইফনবা থৌজাল নীজরি। থৌজালসিমক লেপ্না ফংবা ওইজগে খঞ্জদুনা মীকুপ খুদিং পম্ভৌ ইপাগী মীংলেম শোঞ্জরি।

তাইবঙ ওইবা ঐখোয়না নীবতনা ব্রাৎলবনি, পম্ভৌগী মফমদদি য়াইগী য়াই ঙাক্তা। লাইরব ইনাকখুনবা খায়দ্রবা তোল্ল তারবা পুম্নমক্তী তুংনফম ওইরবা লাইফমলেন অসে ঐখোয়গী অমত্তা ঙাইরবা তুংগী হৌরক্লিবা ইচা-ইনাওশিংগী তুংনফম ওইগদৌরিবা লাইফমলেন অমনি হায়জনিংই। উদবা খঙদবা হায়বসিদি অপঙবনি ইমিৎনা উবা ইমাংগী থৌদোক্তো অচুম্বনি। পুক্নীংগী অপাম্বা হায়বসিদি ঐতনা খঙগদবনি, পামজবগী খোঙ্গুল লিবদি ঐখক্তগী ইথৌনি। ফংজনিংবগী ব্রাৎত্রবা পুক্কে-লনকৈদি ঐখোয়গী 'পম্ভৌ'নি। নিমিন্নশি নীংমিনশি ঐখোয়গী পম্ভৌ মীপুম খুদিংমক্লা।

- ০ -

# তরেৎ



নৈলরমলিবা, লমদমসিগী মাংবা য়াদ্রবা খুদম কয়া, পৈশানা লৈবা ফংদ্রবা মচাক অদুসু মীওইবা ঐখোয় হিংবদা চংদবা য়ারমদ্রে। অহোংবদি উরক্লি ঙসিসু, হোংলিবা পুম্নমক্কী থৌদোকশিং মীওইবা ঐখোয়না শেম্বদি মীরোল অমগী ওইরম্বা য়াই। খোয়ুম লাইরেম্বী ইমাগী খুশেমদি মীরোল কয়া-কয়াগীনি থম্বীরমলিবা। চালাইরোংবা মহারাজহাকক্তুকী থৌদোক ব্বারিগা পামহৈবা মহারাজ পামহৈবা মহারাজ হাকক্তুক্কী থৌদোক্তুগা খেৎনদবদি নত্তে, ঙসিসু উনরি হিরম অদুদা খোংদারবা মীপুম খুদিংনা অনিদুগী খেৎনবা। পুথোক্লুরক্লি পুয়াগী লিক্লম অইবা কয়া চুমলক্লি ইরমলিবা ব্বারিশিংদুগী মতুংইন্না থোকল্লকনি হায়বগী থৌদোকশিং, থাজনরি ঐখোয় খুদিংমক্কী থম্মোইদসু। অয়েংবা হৈবনা পুংলোনগী চৎকোইদি হৈত্তনা ফজবা তাকপদি চিন্দদি থোকই। অশাবা মীনা হৈরিবরা চৎকোই, অয়েংবা মীনা হৈরিবরা চৎকোই অদুবু চৎকোই শাবনা ফজবা মশক খণ্ডদে, অয়েংবা ঐখোয়না চৎকোইগী ফজবা মশক খণ্ডী। মীব্রানা চিন্দা তোংহৌবা অদুনা নিংশিংহল্লি মাংবা লৈরমদে, মৈত্রাবক্কী মাংফদ্রবা লাইফমলেনগী মতিকময়াই কয়া। ফোংদোকলক্লি চৎম্বী উহল্লক্লি উমংলাইগী হরাওবনা, লৈকায় খুদিং, খুঞ্জা কয়াগী হরাওবা। হায়নরম্মী তাংকক অমদা মীরোলচৎকী ব্রাহে - অঙাংনা লাই নীংলবদি অহল-লমন পুন্সিদে, পাখং-লৈশাবীনা লাই কন্না নীংজবা চৎচবদা ঙাওবু ঙাওগদৌরিবরা, কিথুমবু পুগদৌরিবরা, মাইবী

চংগদৌরিব্র? পুম্নমকশিং অদুগী ৱাহৈদুনা কিনরব্নী পাখং-লৈশাবী লাই নীংবা ঙসিদি ইপা-ইপুগী মৈহৌরোলগী চৎনরম্বা মালেম লৈমায় থক্তগী মরোমদোম ইনখৎচরকপা লমদম অসিগী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, মালেম, অতিয়ানা মখোয় মঙাগী থৌদোক কুম্মৈ মীওইবা ঐখোয়গী মীৎলাংদা উহল্লক্লে, মতম কুইনা লোৎতুনা নক্লা উনা খঙদবা লাইফম কংলা লাইফমলেন।

ঙসিগী হৌরক্লিবা মীরোল লাক্কদৌরিবা ওইরক্কদৌরিবা লমদম অসে চিংনদবদি নত্তে করিবু থোক্কদগে। চাউখৎলকপনদি নোংমা-নোংমগীদি ঈশিং ইচাও ওইরক্লি, পুদোনগী মৈরিলক্তা ইমুং কজাও মাপন লেলম্মী নুমিদাংগী মতমদা, চাকসু চারম্মী, লাইরিকসু তৌরম্মী, নুমিদাংগী থবকসু লোইনা পাংথোক্লম্মী। হৌজিক্লা ইলেক্ত্রিক্কী বল্বগী মঙাল ইঞ্জিন, ইলেকট্রোনিক্লা ঙমদবা লৈরক্ত্রে ঙসিগী পৃথিবী মফম খুদিংমক্তা অদুবু কাঁরবদি মী কৌবা ঐখোয অসে করম্বা ফিভমদা লাক্কদৌরিবনো খন্বদা লিন্না জগোই শারগা মী ঐখোয়না য়েংই। য়োংনা লিৎলি ফবিৎ মতৎ শেগায়বা অমা অদুবু ঙসিগী মীরোলশিং অসিনা জগোই-শারগা য়োংনা য়েংবা মতম হায়দো ওইরক্লে। মীওইবগী মপোক য়াম্না লুনা খন্নরম্মী, মী অমা শিবদা লৈকায় হুপ্না কিনরম্মী। ঙসিদি মী অমা শিবদা লৈকায় হুপ্না য়েংবা চৎনরে অকিবগী বাখল লৈরকত্রে। পুম্নমক অসি মী ঐখোয়সি করি তৌবা তায়, খল্লুবদা ৱাখল অসে অৱাবগী মশক ওইরে।

অঙকপা লোইরমদ্রি লাই লৈবরা হংনরিবা মীওইবশিং ঐখোয় অসি খল্লুবদা হংনরিবনি লাইরিক্কী মথৌনা হেল্লি। ওঝাশিংনা স্কুলদা লাইরিক তাকপীরকখিবদা লাইরিক হৈত্রবদি মী ওইরোইনে, কান্নদে মী ওইনা হিংবা, লাইরিক হৈত্রবদি অদুবু খরসু য়াওদবা নত্তে লাইরিক হৈরগা লাইসু খঙদ্রবদি, থকশি থৌগল লৈত্রবদি লাইরিক হৈরবসু কান্নদে হায়বীবা ওঝা য়াওই। হায়রিবা ওঝাসিদি ১০০গী মনুংদা ২০ খক্তনি, ৮০দি মী ওইরোই হায়বা ওঝানা হেল্লি। পুম্নমকশিং অদু ওন্ন-তৈনরক্লে লাইরিক হৈবখক্তনা মী ওইবা নৎলমদ্রে, লাইনিং খুভম মশক খঙবা মীনা লেংদ্রবা খুভম ওইরক্লে।

অঙকপগী মশক্তি ওইরে, ওইরক্লে ঙসিগী লমদম মণিপুর মাঁয়ামগী চৎনবী। চাউখৎলকপা খোংজেল যাংবা, মীৎযেং শানবা মীওইবা

ঐখোয়গী লন্নি। ঙসি তাইবঙ মীওইবশিংগী মরক্তা তোংঙান্না চিক্না ইংনা হৈনম-লৈনমগী, মৈরা ধুপকী মরুমদা ঐখোয়গী পম্লৌনা শাফোংবীরকপা অঙকপা ওইনা উরে ঐগী মীৎয়েংদা - অসিনিকো লাই। তাইবঙপানগী মীয়োলচৎশিং অদুদগী পুম্নমক নাথৈরগা মীওইবগী অন্না-অনা কনবীরি। মীপুম খুদিংমক্কী পুক্নীংনা হংলি শেংব্রনে, চুমব্রনে, হংলিবা মীওইশিং পুক্নীং খঙলে, অপংবা ওইরমলে। পম্লৌনা অসুম্না মচা ওইবশিংদা তাকপী ''ইচাশা, ঐগী ইচাশিং নখোয় খুদিংমক্না মফমসিদা লাই পুনেমজবা লাক্রুবনিনা চিংনবা, অকিবা, অমকপা বাখল থাজদবা পুম্নমক থাদোক্লো। মতম্না হৌখিনি, মতমগী খোংচৎতি থিংবস্ ঙমহৌরোই, নথৌ অমা ওইনা লাইফম অসিদা য়োঁবক্লবনিনা লাইশঙ লৈবে, লাই লৈরবনি। নহাক্না নীংজরিবা অদু ফংলগে হায়না নীংজরো, নীজরো। লপা ৫০/১০০গী থৌসাল ওল্লগা পিবদি যাদে মীওইবা। ঐনদি নহাক্কীদমক নুংশিনা পিবগা নহাকনা পুক্নীংনা চংদ্রগদি ভাহৌবোইদা? ঙসিগী মতম অদো মমল লৈনা শিজিন্নৌ, খোংচৎতি মান্নখিনি, নিনিগী খৎথেক্না চাওশিনগনি, মতম্না চৎখিবনা হানখিনি, ঐগী শিন্থানা ৎপফৌগনি। মতাং চাদে লাইদা অপংবা মীওইদগা নাংযেং থাদোক্লো, লাইদি মীওইবা নখোয়গী নরন্নি।''

লম্বী শোরোক, ইমুং মনং, কৈবোই-লৈকায় কয়াদা ঙসিগী মৌ-লেশা পুম্নমক্কী শক্তম খনদোকপা ঙমদ্রবা অদুবু পম্লৌ ইপাগী মফমদদি লৈশাবীনি, মৌনি, পাখংনি, বাবানি, মমানি মচিন্দগী হায়দোক্লবসু মচা খাইনা খাইনা উহল্লি। চরে ফি হাযবসি লমদমদুবু শক্তাক ফিনি, ফিজোলনা ইরমদম শক্তাকপনি। ফিজেৎনা মীওইবা পুক্নীং হৌহনবনি, মীওইবগী শক চু শেম্বনি, ফিজেৎ য়াম্না লৃবনি, ফিজেৎ চাকচা হায়বশি লমচৎ ফজবা ফজদবা তাপনি। চাকচা ফজো, ফমুং নালহল্লু, লিচৎ-শাজৎ ফজরবনি তাকশি মীপুম খুদিংদা।

খল্লুবা মীকুপ্তা পুক্নীংসে লৈতাফম খঙদ্রে। ইচা নিঙোল ওইবী কয়াসু নুংঙাইনা পলেম পম্লৌ অনিগী মীৎয়েং খাদা কেনা-মৌনা লৈরমগদবোই নীংলুই অদুবু তায়োনরন্নে। ঙসিদি ইচা নিঙোল কয়ানা কখোকচবগা লোইননা 'পম্লৌ'গী য়াথং তুংইন্না মপোকসিমগী ইপাগী থৌগল ফংজরগে লেপচরি।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | ফুরিৎশাবম বিনাশখি (মেমচা) |
| অপোকপগী মীং | : | ফুবিৎশাবম শাজৌ |
| অপোকপীগী মীং | : | ফুবিৎশাবম অহনবী |
| লৈফম | : | থাংমৈবন্দ |
| চহী | : | ৫১ |
| ক্বালিফিকেসন | : | বি এ |



চাত্রো ওইনিঙেদ এমসু নীসুপবভাইজব ওইজদুনা সমাজগী অর্মদি মীয়ামগা ঈহৌ খুদিংমক মাখোক্নজদুনা লৈবাক্কী ওইবা থৌনমদা খবক তৌজবকই। মক ওইনা শেংক ১৯৮০ গী ফোনেন্নন ইস্পগী মতাঙদা অচৌবা থৌন লৌজবকই। জিবিরাম, সুগনু, কা পোকপী, মণিপুরগী থাপ্পবা নফম খুদি যৌজদুনা থানা থকপা খঙদন ইবনদমসিগাদমক খঞ্জদুন মায়ামগা মথমদা এনেং বনেন কয়া পাজবকই। চহী কয়া নহা ওইবীবাঙ মমর্মদি ইবননমগী অর্মদি মানাগী যাইফনবগাদমক্কি হায়না হোৎননিঙদা এগাম্মা মথদি হোৎখু শোন ১৯৯৭ চহী অসিগী অরোমবা থানি এনা পন্থৌগা নক্তা যৌজবকখিবাসি ইপাগী ইশাযকোন অচম্বা তবাই তবাইবা লাইফমলেন অমা ওইবমদ্রে। পুন্নমক্কী হৌবকফমসু অবোইবসু ওইববা পন্থৌগী ইশাযকোন ওইবন্রে। কংলৈ লমদম অসিগা যেলহৌইঙদগী লৈজবক্লনা চৎন লোনচ, চাকচা যাহিপ, থৌনি থৌগললোন, বাহৈ খোনফম, ফিজেৎ চাকচেৎ, মক ওইনা নুপী ওইবীশিংগী মবক্তা যুম্বাল্লবা নুপী অমগী ফিজেৎ চাকচেৎ অমদি যম্বান্দ্রিবী লৈশাবী অমগী ফিজেৎ লাইফমলেন অসিদদি মযেক শেংনা

উজবা ফংজরি। অসিগুম্নবা তাংলবা চৎনবী মৈতৈ হাযবা কাঙলুপকী ময়েং তাদনা হোৎনজবা লাইফমলেন অমা লমদম অসিদা অনী শুরম্লোই।

ঐগী ইমিৎসিনা উজরিবা শেংলবা ময়ামসিদগী অহেনবা অতোপ্পা লাই অমমুক নিংনিংদ্রে। পন্থৌদি অফবা হায়খিবদা মহৈ য়াল্লবনি, ফত্তবা হায়খিবদা মপাল শাৎলবনি, লেম্না খক্তি মাংদ্রবনি পন্থৌগী য়াব্রা মপাওসে। ঐগী পুন্সিগী অনাবা অয়েকপা অমা য়াওরকপা মতমদা কুইনা নাগনি হায়বা খন্দে, পন্থৌ ইপাগী থৌজাল ফংগনি হাযনা পেন্থোকপা ঙন্মী। নুমিৎ খুদিং মতম অহুম, মঙাং, লুবাং, খুমন থৌনিরোল তারবা মতুংদা নহাল মখে ঐগী থম্মোযনা নিংজগদবা লাই কদায়দা লৈবগে থিরকপদো ঙসিদি মবোল থোকপা অহিংবা লাই হায়বদো পন্থৌ ইপা ওইবে খঞ্জখি। হিংনবগী পান্বে উবক্রবা, কাববাব তৌবদা মীগী শেলনা কোক্তগী খোং ফাওবা থুমখ্রবদা অপোকপা ইমাগা নহাক্কী অবাবা খুদিংমক কোকপীবা ঙম্বা পন্থৌ হায়বা অমা লৈ হাযদুনা খুৎশম্নবীদুনা পুবীবকখিবদগী ঙসি ঐহাক পোকপগী মহৈ য়াল্লে। লাইফম অহুমগী নুংতি নুমিৎ খুদিং থৌজাল ফংজবা ঙম্রে, লৈ অমতং লানখৎচদুনা পন্থৌগী খোংবু শোকচদুনা খুরুমজবা ফংজবে। মসিমুক লাইবক ফবসিবু কদাযদা লৈখিগদে। হৌজিক্তি ঐগী অবা মৈশা পুম্নমক কোকখ্রে। পুন্সিসিদা অরাবা খুদোংথীবা কয়া থেংনবকই, অবাবা খুদোংথীবা খক্তগী লাই নিংবদি নত্তে। পন্থৌ ইপানা ঐগী চঙজফম, খোংফম অনীখক্কী লেপফম ফংলি, পীনবিবিবসিনা ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা হায়বদু ওইরবনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | লৈতাঙ্থেম খোমদোনবী |
| চহি | : | ৫০ |
| লৈফম | : | কৈশামপাৎ |

ঐনা লাইফমলেনসিদা লাকচখিবসি পুন্সি অসিগী হিংবগী মহাও অমখক্তীদমক পন্থৌগী খোঙ্গুল লিজবকখিবনি। য়ুমলিং খুল্লিংবা অঙ্গংবা অতপ্পা ওইহন্নিংখিবদগী লাই কদায়দা লৈবগে, ইমুংসিবু অমুক্তা ঈংলবদি খন্দুনা ইপাবু থীজবকখিবনি। হৌনশাবা, চৎনবীদুমক ওইববা ঐনা ফত্তদুনবু তৌববা, মখোযনা ফত্তদুনবু তৌববা অঙকপা অমদি ওইদকো পুন্সিসে। অপোকপা অপোকপীগী মচা ঐখোযনুপী অহুম, ইবুং অনি, ঐগী ইচেম অহল ইবেযাইমা পোকপদা শোইনাযবক্তে। অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা লোকখুবগী লাইচৎ অমনা নাবদগী শোইনাযবে



হৌজিক্তি তবং খোঙ্গাওনবে। ইবুংশিংসু মযুম পান্নক্রে, মতম খবদি ইবুংশিং, ইনম্মশিং যান্না নুংশিন্না হবাও হবাওনা নুংশিন্না পান্নরা লৈমিননম্মা। হনাও তযান্না কযাম কুইনা লৈগনি খঙহৌদা মীকপ্তা এখোযগা ইমুং পমকন্না কাযবে। ইবুং অহল তোঙাল চাখ্রে, ইচিন ইপ্পা, ইচিল হনাও এখোযসে মতম অমদদি শাগে ওইবক্লানি হাযবদো হৌজিক্তি এখোযগী ইমুং অনুংশা কৈ ওইবে। ঐগীসু অশোইবদি যাওবমগনি, মখোযগীসু অশোইবা উই, এহনা চুম্মী, ফৈ হাযবদি লানগনি। খাইবুং খাইবুং, মচেৎ তান্নাবনসে তাযাশননীনবা লৈতবদগা অসুক্কী মতিক এখোযগী ইমুংসিতবু ঈংলবদি হাযদুনা ঐ লাইফমসিদা লাকখিবনি। অমগা অমগা স্তান তানন্দবা অমদি খন্তবা বাৎনবদগী ইমুং কাংখোং চাইবনি। ঙসিদি পন্থৌ ইপাগী নাক্তা নকচদুনা থৌগলসু ফংজবে ইপাগী নুংশিববা বাহে কযানা ঐখোয পুন্নমক্কী থমোইবু শুমহৎপীদুনা অইংবা অতপ্পা ইমুং অমা ওইদুনা নুংশি চান্না লৈমীনজবে। অঙকপনি খোযুম লাই মযাইসে, ইপাগী খোঙ শোক্লা খুকমজবা ফংজবা সিদগী হেনবা লাইবক ফবা কদাযদা লৈকখিগদগে। নিঙোল ওইবী ঐখোযনা থম্মোই শেংনা পন্থৌ ইপাগী থৌগল ফংজবসিদি মপোক থি হাযজবোই। নুপীনা যুম পান্দবা মপোক থি হাযবিবসিদি হাযমনবা থোকপবা খঙ্জে। 'পন্থৌ' ইপাবু শোনশি থন্নায হকচাং অনিনা হেক লৈববমখৈ হে! তাইবঙ মীওইবা।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | অশেম সরমিলা |
| অপোকপা | : | অশেম অমুবা |
| অপোকপী | : | অশেম ওংবী বাধে |
| লৈফম | : | য়াইস্কুল |



১৯৯৫ লাংবনগী নোংমা পানবদা শাফোংবীরবা মতুং ইকুই কুইদনা পন্থৌগী নাক্তা যৌজরকখি। ঐগী ইবুং মবি, ইপ্বা অনি, ইচে অমা, যাম্না নুংঙাই যাইফবনা হৌবমক নত্রগসু ইবুংশিংগী মখাদা লৈবকপনিনা অপাম্বা অমা লৈবদা নীংবা থুংদবা লৈতে। ঐগী ইশা অসে ব্র-ব্র পখদুনা বীতামিন কাপ্পাফাওবা হঙ্গৎপা ঙমদে, ঈ কংশিনবগী লৈনানা নাবব্রা হাযনা বাবদগী ইনম্মা শ্যামশখিনা পন্থৌ ইপাগী নাক্তা পুবীবকখিবনি। পন্থৌগী থৌজালদগী ঐগী অনাবা অদুম ফবে। মীওইবা পুন্সি তম্বা ঙম্বা নত্তে, ইমানা-ইপানা পোকপীবকপদা ঐখোয শোইনায তুনাযবদি অমত্তা ওইবক্তে। নিপা য়াম্বগী হৌনবা ইনখৎলকপা পাখং মচা ঙাক্তগা ওইরে মাগী-মাগী অপাম্বা ফংনবা হোৎনবকপদা মনিং থুংদদুনা ইমা ইপাদা শাওজিনবা, মখোয় মশেন খৎনবকপা, ইমানা খাম্নগহোৎনবদা মশা থক-থক নিক্তুনা লৈবা, বাবাসু মচাশিংগী মত্তৌ উবদা পাখৎতুনা তৌফম খণ্ডদনা, অসিগুম্বা থৌদোক [illegible] হোংবা [illegible]মদদনা মখোযগী [illegible] থোকদনবা [illegible] বাপ্রেদা [illegible], অধুক [illegible] নুমিদাং কৈনো [illegible] শোয়দনা [illegible]। [illegible] নত্তে, ইবুং অনিনা লালহৌবা যাওখিবা, মখোয়বু থিববদা শিফাইশিংগী মীওৎ-মীনৈ,

ফারুববা মতুং থোক্লক্লে মতু মচা লোইনা থিদুনা যুম্বাল লম্বীদা খোংদাববা তুংদা দাদা অহল এক্সিডেন্ট অমদা লৈখিদ্রে। লোইননা ইবুং যাইমসু অমুক নাশিল্লক্কুনা লৈখিদ্রে। পুম্নমকশিং অসি য়েংদুনা লাকপগা, পুক্নীংগী অইং-অতপ্পা মফম অদু কদায়দা লৈগদগে হায়না থীরকপদা ফংবা কৌবা লৈতে। নোংমদি ইমান হায় - সরমিলা ঐখোয় অনিসে হু চারগা শিরসিরা? নহাক্তি ইচা অতোম্বীনিনা কনাগী মরক্তসু থমনিংদ্রে। ঐনা খুম্মী পোকঙমদনা পোকপা মপোকনি কৈদৌবগী শিরুনি, ঐদি শিরোই। ঙসিদি পম্থৌ ইপাগী নাক্তা লাকপশিনা অনৌবা মপোক অমা অমুক পোক্লে, মীকুপ অমত্তং ওইরবসু ঐহাক নোকপা ফংজবে। লাইফম যাম্না লৈ থম্মোইসিনা লৈতারগে খঞ্জবা পুক্নীংসিনা য়াদে, পম্থৌগী মকাযফমসিদা ইপাবু নীংজদুনা লৈবগী নুংঙাইবসিদি ঐ-ঐতনা খঙগনি। সনা, লুপা, ফিজেৎ লৈতেংগী অপাম্বা ঐ করিগুম্বা অমত্তা নিজদে, অপাম্বসু লৈতে। মীহৌবা, কল্লকপা করিমতা লৈজদে, পম্থৌ ইপাগী থৌজালখক্কুদংদনি নীজবিবা।

| | |
|---|---|
| মীংলেন | : লোংজম ঝানধোবী |
| চহি | : ৪৬ |
| অপোকপা | : লোংজম য়াইমা |
| অপোকপী | : অঙৌবী |
| লৈফম | : কোন্থৌজম মমাং লৈকায়, ইম্ফাল ৱেষ্ট |



ঐ হাক ১৯৯৫গী নবেম্বর থাদা লাইফমসিদা য়ৌজরকখি। মতমদুদা লাইগী ৱারি খঙদে, ঐ শান্নবগী বাখলসিদা অদুম্মক লুপতুনা লৈ। সিটিজন ক্লবতা টগ ওফ বার (থৌরি চীংবী) শান্নরিঙৈদা ইপাগী মীংসে তারকখি। মতমদুদি পরি হায়না খঙনরম্মী, তাংজগী শাথেক্তা চৎলি, তাংজগী মতৌগুম খু-খু কান্নগা চৎলি, অমুক্তং কাম্বদা অনাবা অয়েকপা লোইনা ফৈ, খুৎনা শোকপদসু হকচাংগী অনাবা লোইনা ফহল্লি। ঐ নাবগীসু নত্তে, অবাবা তাবগীসু নত্তে ইপাগী নাক্তা চৎনিংবনা হায়ফম খঙখিদে। চৎনিংদুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জাদুদা ঐগী সনা অমা মাংখি, সনাদুগী মরমদা হঙ্গৎলুরগে হায়দুনা লাইফমসিদা য়ৌজরকখি। মাংখিবা সনাদুদি ফংলরোই লৌরিবা মীদুদি মশক খঙহনবীগে হায়না পন্থৌনা তাকপীরকখি। ইকুই-কুইদনা অরৌবা মীসু মশক খঙবা ঙমখি, অরৌবা মহাকসু চহি ফাদনা অদুম লৈখিদরে। অসিগুন্নবা থৌদোক কয়াসিদগী 'পন্থৌ' ইপাবু নীংজরকপদুনা ঙসি ফাওবা লাইফমসিদা থৌগল ফংজরি। ইপানা থৌজালবীবা হৈরাং অমা লৈরাং অমগী মগুণসে কয়াম লৈবগে হায়বদো নীংজরিবা ঐতনা খংঙী। মসিনা মরম ওইরগা পান্থৌবু লাইনি হায়বসে হায়রোইদগী মরম লৈতে। ঐ, ঐগী লোইনরিবা খোংবু ওইরিবা ঐখোয় খুদিংমক ইপাগী লৈরাং লোইনা থৌজালবীদ্রবসু শুপ্নতগী নীংজবা ঐনা লৈরাং অমা ইপানা

থৌজালবীরকপদুনা ঐখোয় লোইনা হীংমীন্নরকখিবনি। খোংচৎতো নীংশিংলুবদা অকিবগী মশক্তি, মীহুলসে হেক্তা চোংলকই, তগ ওফ ব্রারগী শান্নবা ষ্টেট খরদা চৎলি, অপুনবা খোংচৎনি ঐখোয়না তোংলিবা ট্রেনগী ডাবা অদুগা থংনবা ডাবা অদুদা আসামগী বোরো লালহৌবনি চীংনবশিংনা বম ফুম্নম্বদগী পোখায়রক্তুনা ঐখোয়না তোংলিবা ডাবাদু তৎতুনা লোক্তা ওন্থরে, থংনবা ডাবাদুনা কোমদা য়ুংশিল্লগা লৈহৌরে। করিগুম্বা ডাবা অদুনা য়ুংশিল্লমদ্রগদি ঐখোয় লোইনা শিরমগদবনি অদুবু লাইবক ফবদগী ঐখোয় কাংবুদি অমত্তা শিদ্রে, ইনাক্তা ফম্মিনবা অতোপ্পা মী খরদি শিখি। পুম্নমক ইপানা থৌজালবীবা লৈরাংদুনা ঐখোয় পুম্নমক্কী থবায় কনবীবে। খুদোংখিবা কয়া মায়োক্লরবসু পন্থুং য়ৌনা চৎতুনা চৎলিবা শিন্থাদু পাংথোকলুরগা তেক্তা-কায়দনা মায় পাক্লা হঞ্জরকখি। মসিমক্লা মরম ওইদুনা পন্থৌগী লাইনিং লাইশোনগী লিক্লমসিদা মীরোল কয়া-কযা নীংমিন্নদুনা থৌগল ঙম্মীনজগে হায়না নচানা মতম পুম্নমক্তা নীজবি হাদা পন্থৌ।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | সানাবম প্রিয়া |
| চহি | : | ২৬ |
| অপোকপা | : | সানাবম সুরচন্দ্র |
| অপোকপী | : | সানাবম ওংবী লৈহাও |
| শিনফম | : | ফিজোথেরাপী |
| লৈফম | : | শিংজমৈ বাইখোম লৈকায় |



ঐ লাইফমলেনসিদা লাকচখিবা ক্লাস ফাইব তন্নিংঙৈদনি। ঙসিদি ফিজিওথেরাপি লোইজবে, এস.আই.এম.এস. কোলেজ, এ.পি-দগী পাশ তৌজবকপনি। হৌজিক হৌজিকসু ভি.এল.সি.সি. হেলথ কেয়াব লিমিটেট, হাযদববার্ট তা থবক অমা ফংজদুনা শিন্থা পুজবি। পন্থৌবু নুংশিজবদি হাযফম হেক খঙদবমখৈ ঐনা নুংশিজে। ঐগী থম্মোইদদি পন্থৌগী ইশাযকোনসে লাইবেপাক হাযবদো অদুম ওইবে। পন্থৌ ইপানা থৌজালবীবকপা থবো অমা ঐগা লাইবিক তৌফমগী তেবলদা ঙসি ফাওবা ঈশিং গ্লাস অমদা হাপতুনা থমলি। থবোদুনা ইনাক্তা লৈবদা ঐবু পন্থৌনা ডাকপা শেনবীবি হাযদুনা খঞ্জে, থবোদুগী মপান্না ঙসি ঐ মহে চাজবিবনি। ইমা পাবুংবু মীবাইজবদি নঙে, থম্মোই সিনা হেন্না লুম্না খঞ্জবদি পন্থৌ ইপাদনা হেল্লি। মতম লৈবা খিবিক্তা পন্থৌদতা নীংঙাই তৌজবা, পন্থৌগী থৌজাল খক্তনা নীংবা থুংবা হাযবদো ওইদুনতা লৈবি। মী অমগা পুন্সিদা নীংবা থুংবা কনা লৈ, হাযনৈ অদুবু ঐগীদি পন্থৌগী থৌজালদনা নীংবা থুংদবা অমত্তা লৈতে। কবিগুন্থা অমত্তং ঐগী অপোকপা পাবুংদা হাযকবা মতমদা যাবীবকপসে পংযাও যাওদে, হায়জদ্রিঙৈ হান্না পন্থৌদা নীজবগা ফোংদোকচববদি অপনবা অমত্তা লৈতে মায অদুম পাক্লে। মতম লৈবা খিবীক্তা পন্থৌ লাইওইবনা মাংদা থমজবগা মচা ওইবা ঐনা তুংদা ইঞ্জবনি। ঐগী পুক্নীংনা লেপচবা অমা খুদম ওইনা থমজরবদা

পম্থৌনা নোক্তুনা, নুংঙাইতনা লৈবগী মওং মংলান্দা উরবদি অবাবনি খঙদে, নাবনি খঙদে অমদি অদুম থোক্লে। পম্থৌনা হরাওনা নুংঙাইনা লৈবগী মওং ওইরগদি নুংঙাইবা, অহেনবা অকাবা অমা অদুম ফংলগনি। মদুমক্না মরম ওইদুনা পম্থৌবু নীংজবসিদা পুক্নীং বাখল অনিমক ৱাখল লৌশিং ওইনা লৈজরি। ঐনা চৎপা মফম খুদিং পম্থৌনা ঙাকপী শেনবী, খোংথাং খুদিং য়েংশিনবীবনা ঐগী থম্মোইদা অকি তুজুংবা অমত্তা পোক্তে। পুম্নমক্কী তাইনফম পম্থৌ খল্লুবদা যাম্না নুংশিরকই, ইশানা অয়ুক্কী নুমিদাংগী শিজিন্নবা পোৎ মচা-মশু অমা থিবা খঙদবগীসু ইপাবু হেক্তা নীংশিংজৈ, শোঐঙ্গে পম্থৌ ফংহনবীয়ু, ফংসু অদুম ফংই।

পম্থৌ মীওইনা পোক্লবসু থৌজালগী ময়াই অমদি য়াওরি পুম্নমকপু শেম্বী শাবীবা ঙম্নিবা পম্থৌবু ঐখোয পুন্না নীংমিন্নশি। ইরমদমগী ইরোল-ইয়েক তীন্নবা লমদমসিগী তাংলবা লন ওইনা লাইনি। পম্থৌ নচাবু থৌজালবীয়ু, মীয়াম পুম্নমকসু থৌজালবীয়ু, পুনেমজবি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | শঞ্জেম্বম প্রভা |
| চহী | : | ৪৮ |
| ইপুরোইবগী মীং | : | শঞ্জেম্বম ইঙোচা |
| ইচা | : | ৫ (ইচানুপা ৩, ইচানুপী ২) |
| লৈফম | : | কোংপাল কোংখাম লৈকায় |

মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিদা ৱাৎতবা হায়বা লৈতবা হৌনদে, অৱাৎপগী অবাৎপা ঙাক্তুনি, পুম্মকশিংদো খাংলগা পুন্সি অসি হীংলিবনি। অবাবগী পনখৈদি করি অমুক হায়রুগনি চাক্লুক্তুগী ঙাবৌ চেল্লি হায়বদুনি। খঙহৌদনা ইপুরোইবা নাশিল্লকই, লৈজবা শেল-থুম ঈশিং ইচাওগুম পাথোক্তুনা চেন্থখিবগা চপ মান্নে। কোক্তা খুৎ হাপ্তুনা খাংবা মতমদুমক্তি, উপায় লৈরক্তুবদা পন্থৌ ইপাগী নাক্তা খোঙ্গুল লিজরকখিবনি। শক ২০০১ গী জুন থাদনি ঐনা ইপাগী নাক্তা চেঞ্জরকখিবদো। লৈজরম্বা মাল-চাংসু লোইশিল্লক্লে, য়ুম্ফম ফাওবা শোকচিল্লকই। ইচাশিংনা মপুং মরৈ ফারক্তুনা পাখং-লৈশাবী হায়বদো ওইরে অমুকসু ময়ুম ইঙ্খোল ফাওবা লৈতবা মচা হায়বদু ওইহৌরগদ্রা মসিগী ৱাখলসিনা ঐহাক হিংনা-হিংনা শিবগা পাংখক ওইরে। ঐগী চংফম ঐগী পাউকৎফম তাইবঙপানসিদা কনাসু লৈত্রে। কনাসু লৈত্রে খল্লুবদো ঙসিদি ঐগী মীৎয়াংদা পাউহংজবদা খুম্বীরকপা মরোল লোনবা লাই হাদা পন্থৌ নক্লা ইনাক্তা লৈরম্লে। করিগুম্বা অমত্তসু কৎতে লৈতবনিনা নিবদি লেপ্তে। নোংমদি পন্থৌ ইপানা তাকপীরকই - ''কবিগী ইচানা বারুনি হায়বগে য়ুম্ফমসু হঞ্জিলহনগে, চাকখুমসু মৈ মুৎহল্লোই, ইচাশিংসু লোইনা থৌজালবীগে।''





থৌজালদুমক্তা ঐগী ইমুং অনৌবা মপোক অমা পোক্লক্লে, অবাবা মহাক্তি লাইথোকখিদুনা মীগা মীমান্নবসু নত্রবা হৈ অমা, লৈ অমা মপুং ফানা কৎপসু নত্তবা তোনবদগী তোল্লবা ঐবু পম্হৌ ইপানা থৌজালবীদুনা ঙসিদি মীরক্তা খজিক তিঞ্জবা ফংজরে। মাংগী থৌদোক নীংশিংলুবদা মীকুপ খুদিং কপ্তবসু ঙমদে, থম্মোই মাসু ফাজিন্দুনা থম্লুবসু ঙমদে হেক্তা কপনিংলকই। পম্হৌ ইপা লৈরমদ্রবদি নচাশিংদি করম হায়না হীংলমগনি পুন্সিসে, ঙক্তবা ঙমদেদকো খোয়ুম লাইগী থৌজাল - ইথম্ভনা হংজখিবনি।

ইরোল-ইয়েক তীম্নজবা, ইরমদমগী লাই ওইজরবা, মাংই-শেংই হায়বগী খেৎনবা থম্বীদ্রবা, লাইর-ইনাকখুনবা অনিগী অনেম- অবাং থম্বীদ্রবা ঐখোয়গী ইরল ওইজরবা তাংলবা অনিশুদ্রবা ঐখোয়গী পম্হৌ ইপানি। নীংজবা তাইবঙ মচা ওইবশিংদা মমল য়াম্লবা পাউতাক, শিন্থা-শিনসু কয়া তাকপীদুনা লৌশিংগী মৈরা চুখৎপীরি। পম্হৌ ইপানা তাকপী - ''শাজৎনা তুংদা থম্মু, লিচৎনা মাং থাও, লমচৎ ফজবা ওইগদবনি। য়ুম অমা পানবদা নুপী ওইবী অমগী ইথৌদাং, মমা অমনা চৎকদবা, মপানা চাওয়েং, মমানা কুপ্না য়েংশিনবা। ফিদোল চীংখৎপা, মৌগী ফিজেৎ ইনফিনা কোকখুম্নবা, ইপুরোইবনা হৌগৎলকত্রিঙৈদা ইমুং মনুং শিত্তোক-নাম্থোকপা, ব্রাই তৈববা মতুংদা তাইবঙপানবা মপু অমদি কোরৌ অঙানবদা ধুপ মৈবা, ঈশিং খুজাই লৈবাং খরগা কৎচদুনা মঙাং, লুব্রাং, খুমম্না ঙসিগী শিন্তাক শিন্দম্বীযুকো হায়না থৌনিজবা। য়েনখা-য়েনখুন নানবদি ঐগী হকচাং নানবগা মান্নে তাকপীবা, চাক পুখম অনি অয়ুক্কী নুংদাংগী খন্দুনা হিংগনু, য়ুম্নাক শাগৈগী খন্দুনা হিংঙু, মীরক তিনবদা বাহৈ অমত্তং হায়বদা মাংগী তুংগী যেংনা হায়য়ু। মী হায়বসে সমাজগী মমিনি হায়না তাকপীবা, হকচাংদি শিখিগনি অফবা ঐগী লিচৎতুদি শিংথানহৌগনি। ইচা লম হেনবা অমা হেক য়াওরকপদা বারকপদা শাজৈগী চৈফম লৈতনা মীমাং থোক্তনা বারকচবা ঙম্বা, চাকচবা নাল্লু, ইশাগী লিচৎ ফজবা ফোংবনি। ফমুং মোৎলবা শাজৎ কাম্নে তাকপনি, ফমুং নালহল্লু, য়াহিপ ফজৌ, য়াইবীরেলগী পোখাফম লৈকোলনি।''

পম্হৌ ইপাগী চীনবানথোংদগী তাকপীরকপা মমল য়াম্নবা পাউতাকলোন অসিবু তাজবা ফংজবদা অব্রাবা নুংঙাইবা পুম্নমক কাওথোক্লগা ইপাগী নাক্তা তুংনফম ওইজরিবসে। মীওইবগী পুন্সিনি ঐগী লাইবক্তা লৈই অমগী ময়েক ইদুনা থম্নম্নবা কৈদৌঙৈদসু খোৎতোকপা য়াগদৌবা নত্তে। লম্মাখাংদগী খুদোংথিবদগী লাইওইবনা কনবীরিবা, অব্রাবদগী নুংঙাইহনবা ঙমহনবীরিবা পম্হৌবু ঐগী করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা তাই হায়দুনা ঐনা পম্হৌ ইপাবু তুংওইনগদবা নত্তে।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | থোকচোম বীরেন |
| চহি | : | ৬০ |
| শিনফম | : | সোইল কনজারবেসন ওফিসার (হোর্টিকলচর) |
| লৈফম | : | থাঙ্গাপাৎ পেলেস কম্পাউন্ট |
| ইচাশিংগী মশিং | : | অঙাং অহুম, ইচানুপী ২, ইচানুপা ১ |



ঐঅৱা-অনা থোইনা লৈখিদে, ঐগী সারভিশকী তৌগদবা মথৌ, ঐগী ইমুং মনুংগী পাংথোক্কদবা শিন্থা কযাদা মাইপুনৈ। ইনায়নুপীদি পস্থৌগী নাক্তা থবায় য়াওনা চৎচৈ থৌগল অদুম ফংজৈ, নোংমতা চৎলিবদুগী মরমসু হংলুদে থিগৎলুবসু লৈতে। নোংমদি ববা, লাইফমদা চৎলুসি পস্থৌবু অমুক্তা পুনেমজরুসি হায়না তাকপীরকই। ঐনা খনখি লমদমসিগী চৎনবী অমা ওইনা লাই তোংবা মাইবা/মাইবীগী ৱাখলদা পুরুই থোইনা পুক্লীংসে চীংশিল্লুদে। নোংমদি ইখং খঙহৌদনা পস্থৌগী নাক্তা য়ৌশিননিংলকখি, লাইফম য়ৌৱবা কান্দদি ঐনা হান্না খল্লুবদো পুম্নমক ওন্নরল্লে। হান্না লাক্লম্বা পস্থৌ ইপাগী থৌজালতবু ঙাইদুনা লৈজরম্বা মীয়ামশিংদু ইমিৎসিনা উখি। থৌজাল ফংলবদা মীওইবা মহাক্তুনা মনিং থুংদুনা হরাওজখিবা, নীংবা থুংজবদুদগী ইপাবু থাজখিবা পুম্নমক ঐগী ইমিৎসিনা উখি। পস্থৌনা প্যাংথোপীরিবা শিন্থা খুদিংমকসিদি মাইবীগী শিন্থাসু নত্তে, মাইবগী শিন্থাবু নত্তে। পুমতোপ তোপ্পা লু-হেনবা, লাই অমগী চপ চাবা শিন্থারোলদো ওইরে। ইরমদমগীসু ওইনা অহেনবা লম্নি, ঐগী পুক্লীংগীসু লৈতাফম থম্মোই অসিনা পেঞ্জরবা অহিংবা লাই, ইরোল ইয়েকসিনা কৌরকপদা মতিক চারবা 'পস্থৌ' 'পস্থৌ'। নীংখ্রগে, ওইখ্রগে ভুংনফম, লাইফমলেন অসিগী শেমগৎপা শাগৎপদসু মচা মনাই অমা ওইনা শরুক য়ারগে হায়দুনা ঙসিসু থৌগল ফংজরি।

ঙসিদি নুমিৎ অমগী মঙাল ফংবগুম লাইফমলেন অসিদা যৌবকপদগী পূন্সিবোলগী থোং অমা ঐ অমুক লানবা হৌবক্লে। লাই নিংবা (পন্থৌ নীংবা) ঐ কবি তৌবা তাই, ঐগী হকচাং অসিবু শেংদোকপা, চীন দা 'পন্থৌ' 'পন্থৌ' শোল্লগা থম্মোইদা মকপা কান্নবোই। পুক্লীং ব্রাখল, মীৎযেং পুম্নমক লাকশিনগদবনি, লাই নীংবা অপাম্বা তান্নবগা নীংগদবা নত্তে, পুক্লীং অসিগী শান্তিগী তুংনফম অদুদা ফংজগে হাযদুনা লাই নীংলিবনি। শিবা, হিংবা লাইগী লৈচলনি, লাইবক্তা তম্বনি, তম্মকপা মপুগী শিন্থাদুদি পুবা তাবনি, নুংঙাইববু ওইববসু, অবাববু ওইববসু লৌশিনবা তাবনি। হিংলিবা মচা অমা ওইবা থৌদোক কুম্মেদো খোযুম লাইওইবনা যেংগদবগী ঙাইদুনা লৈবমগনি মদুগী শিন্থাদো পাংথোকপা তাবনি। ইখোং অসিনা লানবা হৌবক্লবা লাইনিং লাইশোন, ধর্ম্মগী থোং, পূন্সিগী পোলোইগী পন্থুংফম যৌশিন্নবা নীংজবা ঐগা ইথৌদাংনি, অবোইবা লাইশোন পন্থৌ ইপাগী নাক্তনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | অহৈবম কুঞ্জবাজ |
| চহী | : | ৫৫ |
| শিনফম | : | একাউন্তেন্ট |
| ইনায়নুপীগী মীং | : | অহৈবম মেধা |
| ইচা মশিং | : | অহুম (নুপী ১, নুপা ২) |
| লৈফম | : | কোংবা ক্ষেত্রি লৈকায |



মী ওইবা খুদিংমক লাই নীংই, লাই নীংদবা মী লৈতে। লাইনীংবসিদা লাইনিং অনিখক্তংদি লৈ, অহানবদা ঐ ইশানা ইশাব্ মশক খঙনা নীংবা, অনীশুবদা ঐস্ মা অমনি হাযদ্না পোলেফম খঙদনা থোকউ থোকউবা নাংবা অসুম্না লৈ। তশে না ঐহাক লাইনীংবা অমবা হাযবদি নত্তে শুপ্নখক্তগা অমুক নুমীদাং অনিদা থৌগল ফংজবিবা লাইনিংথৌ পন্থৌ, ইমা লৈমবেলসিদবা অনিদা খুপ মৈবা কৎচদুনা থৌগলউ। শজিব্ চৈবাওবা যৌবে চহিগা ফিজোল হোংজদুনা থৌগল অদুমক ফংজে। মসিমক্তা ঐহাক তশেংনা ইশানা ইশাব্ মশক খঙনা লাইনিং লাইশোল পাংথোক্লবা নত্তে, অহল লমনগী তুংইন্নদুনা ধর্ম্ম কর্ম্মগী লাইশোন্দি হিন্দু লাইশোলদা পাংথোক্তুনা লাকই। ঙসিদি পন্থৌগী থৌজালদগী অমম্বা ফিজং হাযদোকপীবে, পুক্লীং বাখল অনিমক মঙাল ফংজবে। ঙসি ঙসিমক পন্থৌ ইপাগী মনাক নক্সা থৌগলজবা ফংজবিবসে ঐগীদি পোকপগী মহৈ যাল্লে খঙবে। থৌজালসিমক ঐহাক্তা লমদমসিগী অমাইবা অমাইবী অমগী ব্রাখল্লোন্দা লৈথোক্লন্নবদি ফংবা ঙম্নম্মোই।

পন্থৌদি পুন্নমক্তগী ইতোপ তোপ্পনি, তাইবঙ ওইবা ঐখোয়গীদি ইমাসু-ইপাসুনি। মাংগী লম্বী উবনি, তুংগী লম্বী খঙবনি মীওইবা ঐখোয় খুদিংগী অৱা-নুংঙাই পুন্নমক তাইনফম্মি, ওইনজফম্মি। ৱাহৈ অমনা মীওই কয়াগী পুক্নীং ফাবনি, পাউতাক অমনা মরোল চাম্ম-চাম্ম নায়বনি। ওন্থোক্লসু পংইদকো তাইবঙ মী, ইমিৎনা ইখোংনা উববা তারবা, নক্লসু লৈজরবা ইপাসে অসুক কুইনা মীরাইজরুরবা, ইপাগী নাক্তা য়ৌজরকখিবসে থেংমনখ্রে খল্লুবদা ঙসিদি ইতোমতা পেঞ্জরক্লে।

নোংমা ইনায়নুপীনা ওফিসতগী কুম্লকপ্লগা শেৎলু চারুবিবা ফি রোল ফাওবা হোংদোক্লিঙৈ হায়বকই – বাবা ঐনা নীংগদবা লাই অমা লৈরে, বাবানা য়ারবসু য়াদ্রবসু ঐদি নীংলগনি, বাবাসু নোংমা চৎলুসি। ইঙক ঙক্লা ঐনা হংই, করি লাই, কদায়দা? ৱাঙ্খেদা, "পন্থৌ" কৌই ইনায়নুপীনা খুম্লকই। ঐহাক থোইনা খোইজংলুদে, নখোয় নুপী অঙাংশিংগী হৌনবী মাইবা-মাইবী যাম্না থাজবা, পন্থৌগী পন্থৌ ঙাক্তা, ঙসিনা করম্বা পন্থৌ ঐনা ইনায়নুপীদা য়েথৎপী। কোন্না নুংঙাইবক্লে, হায়দি হায়দোকখ্রে, ঐসু সুম য়েংনিংবা চৎনিংবা ফাওরক্লে। নুমিৎতো সেপ্তেম্বর থাগী অঙনবদনি, শক ২০০১ গীলুবাং মতম লৈথরক্লবা মতমদা ইপাগী নাক্তা য়ৌজবা ফংজখি। লুৱাং পলেম-পন্থৌগী ইশাযকোন, পন্থৌ ইপাগী নাক্তা য়ৌজরুবা মতমদদি হান্না ঐনা খনখিবা পুন্নমক ওন্নরম্রে। ইপানা নুংশিনা কৌবীরকখিবা "দাদা" হায়বা বাহৈ অমখক্তংদুনা ঐগী থম্মোইসে লোইনা শুমহৎখ্রে।

পন্থৌ ইপাদি য়ূম্নাক লৈতে, শাগৈ লৈতে, ধর্ম্ম লৈতে পুন্নমক্কী মপুনি। নীংজরিবা মচা ঐনা পন্থৌগী লাইশোন, পন্থৌগী থৌনি থৌগায়রোল পুম্নকসি লৌশিল্লগা ঐ ইশানা চৎকনি। চৎলিবা লম্বীসে পন্থৌগী ধর্ম্মনি, ধর্ম্ম অসিনা ঐ ইশানা ইশাবু মশক খঙবা ঙল্লনি। ঐ কদায়দগী হৌরকই, কদায়দা লোইগনি, মৈতৈ অমা ওইনা, ঐ মীকপ থোক্লে "পন্থৌ" নীংজবদগী। সমাজ অমা কিবগী মহুত্তা ঐগী য়াইবীরেলবু কিজবা, ইশাবু ইকায় খুম্মনা লৌজবা নমথাক তৌদবা মসিনা ঐগী ফিরেপনি। ঐহাক লমদমসিদা (মৈতৈ লৈপাক) পোকপনি, চাওবনি, মৈতৈ মচা অমা ওইনা ঐগী লু-তোংদা মৈতৈগী ঈ চেল্লিবনা মৈতৈগী লাইনিং লাইশোন্দা ঐ লেপ্পা তাবনি। ঐগী লাইশোন্দি পন্থৌনি, "পন্থৌ", "পন্থৌ"।

মীংলেন : মৈস্নাম ঙস্না
চহি : ৩৫
অপোকপা : মৈস্নাম অক্ষ্যকুমার
অপোকপী : বীলাশিনি
শিনফম : করবার
লৈফম : শগোলবন্দ মৈনো লৈবক



মীওইবা অমগী পুন্সিদা নুংঙাইবা মখল কয়ানি, নুংঙাইবগী মফম, নুংঙাইবগী মশক মতৌ অমখক নত্তে মথেল কযানি। চহি ৩৫সিগী মনুংশিদা ঐনা থেংনজবা, ঐনা খঞ্জবকপা, নুংঙাইবসু যাওদবা নত্তে, অবাবসু থেংনদবসু নত্তে। হকচাংখক্তগী নুংঙাইবদি ঐ খংলে, অইংবা মফমসিব্ কদায়দা লৈবগে, মীকুপ খবতং ওইববসু ঐগী লোইনবিব যাইবীরেলসে অমুক্তুংদি নুংঙাইহন্নিংই। মহাক্কী মপাল তাংদুনা নুংঙাইবা অবাবা কয়া মপুং ফানা শরুক যাবা ঙমলিবনি। হকচাং ঐগী নুংঙাইবদি তুমনিংববা, চানিংব্রা, থকনিংব্রা'? অপাম্বগী ব্রাইথুংফমদা অদুমক নুংঙাইখ্রগনি। ঐনদি পামজবা যাইবীবেলনদি পামদবা, ঐগী নুংঙাইবদা ঐগী য়াইবীরেলদো য়াওবমগনি হাযবা থাজদে। মীওইবগী ঈচেল্লক্তদি ফংলরোই, কৌরক্লগদি ফংগনিদা, হায়নরগদি থীমিন্নগনি। কৌনদ্রসু লাক্কদৌবা, হৌদ্রগসু য়ৌরক্কদৌবা, তুংনফমদুবু কদাযনো, ওইরম্রে ঙসিদি পম্ভৌগী নাকশিদা, য়াইবীবেলসিগী পোখাফম। হকচাংনা নুংঙাইবদি ইরাই-ইনিল, ইপোম-ইথক, য়াইবীরেলনা নুংঙাইবদি ঈনিল য়াওদে, মীখৎ য়াওদে। হোরেলগী খন্দে, হয়েংগী থীদে, লাল্লুদে ঐ কনাগী মফমদা, মমলবসু চৎচনি, লাপ্পবসু য়ৌশিল্লগনি। মদুমক্কী চীংনবা লৈত্রবা

পুমহাং হাংলবা তাইবঙপান অদুগী মফম অদুদা নুংঙাইবদুমক ফংলেনে ঐদি পম্বৌ নীংজবগী থৌজালগী মঙালগী ময়াই। অঙাওবনি হায়নগনি মান্নদ্রবা ব্রাখল অদুনা, ঐসু নিংঙী নুংঙাইবসে কদায় ফাওবনো, নুংঙাইরগনা কৈদৌনগদৌরিবনো?

লাই নীংবসিগী নুঙাইবসিদি তাইবঙপনসি অনি সুদে, তাইবঙ পানবদা লাই য়াম্না লৈরমগনি, লৈরম্লোই হায়জরোই লৈরগসু ঐ খঙদে। ঐগী অহানবা হেক উজবা লাইনি খনখিবা পম্বৌসে অরোইবা পঙ্গিগী মীকুপতুগী নাওয়োম চরৈ ফিদুপনি নীংলগনি ঐদি। মীসু ওইহনবীরসনু, লিলসু ওইরসনু, কাংসু ওইরসনু, তিলসু ওইরসনু, শাসু ওইরসনু। শারসনু উরা, নুংলা খঞ্জখিবা ঐগী য়াইবীরেলসিনা য়াজখ্রব পম্বৌবুদি কনা অমত্তনা নীংদ্রবসু ঐনদি নীংলনি। ইমানসু নীংদ্রসনু, ইনায়নুপীনসু নীংদ্রসনু, ইচানসু নীংদ্রসনু ঐনদি নীংলগনি। লাই নীংবা হায়বসিদি ঐগী ইরলনি, ঐগী লৈমিন্নরিবা ইমুং-মনুংগী ইমা-ইচা খুদিংমকশিং অসে লম্বী অম্মমদি লাইবক্তা তমলমগনি। মাগী লম্বীগা ঐগী লম্বীগা মান্নরোই, শিবা হায়বগী ময়েক্তুদি মান্নগনি, মপু হায়বদুগী মনাক্তসু অমত্তা ওইগনি। অদুমক্তদি ওইরগা মীওইবগী পুন্সিদা অপোকপী ইমাগী লংজবা মরাল অমদি লৈরমগনি। ইনায়নুপীগীসু লংজবা মরাল অমা লৈরমগনি, ইচাগীসু মরাল লৈরমগনি, ঐসু ইরাল অমা লৈরমগনি। মবালশিংদু পোফম মান্নরম্লোই, মানা-মানা লংজবগী লম্বীদুদা অদুমক চৎনখিনি। ঐসু ঐগী লম্বীসিদা চৎকনি মরম অদুনা হীংমিন্নরিবা ইমুংগী অপাম্বদি মনিং থুংহনগনি। ঐনা নীংলিবা লম্বীসিদদি অকায়বা পীহল্লোই ঐনা ঙম্না চৎকনি, ঐগী লম্বীসিদা চীংশিনগনি। মশানা নীংনিংলে নীংলসনু নীংনিংদ্রে তোক্লসনু। ইমুংগী মপু অমা ওইনা ঐনা য়ানিংদবা ধর্ম্ম অমদি পুশিল্লকপা য়ারোই। ধর্ম্ম লাইনি লম্বী, পম্বৌগী থৌনি লাইশোন খুদিংমক্তা মচা অমা ওইনা তুংইঞ্জদুনা থৌগলজরিবা অসিনা ঐগী ধর্ম্মনি।

ঐখোয় মীওইবসে ঐ ইশামক য়াওনা নমথাক অমদি শুম য়াওই। ঐগী ইরমদমগী কলচরগী ফিজেৎ লৈতেংসিনা চাওখৎতনা খনবগুম, মীরমদমগী ফিজেৎ লৈতেংনা চাওখৎলবনি হায়দুনা মখনবা ইথন্তা

ইকায়রকই হৌজিক। ঙসিনা কয়াগী মতিক নুংঙাইরবা, খুদৈ শেৎলগা খুদৈ নামৈ হাপলগা ইরুজবা, শেৎপা হোংদোকপা, তুম্বদা শেৎপা, চাবদা শেৎপা, থৌদোক অমা থোকপদা ফৈজোম নামৈ হাপতুনা কুঞ্জা খোমগৎলগা শেৎপসি ইরমদমসিসু কয়াগী মতিক্তি লৈরমলোইদকো ইরলসে। মমাশিংদা অনৌ-অনৌবা মৈহৌরোল লাই হাক্তুতগী লৈরকপা মোইরাং ফি, মুগা, চনাং ফি, ফনেক ময়েক নায়বা শেৎলক-ইলকপা, মৈতৈ নুপী অমগী ফিদুগা কায়হন্দনা মশংক তাকল্কপা, পল্টো লাইগী অঙকপা থৌজাল অমনি। ইশাসিনা ফনমক য়াম্না নমথাক তৌরুরবসু ঐগী য়াইবীরেলসিনা য়ানিংদবা অমদি অদুম ফাওই। নুংগী পানগী অনিমক শেংদোকপীবদি পল্টো ইপাখক্তনি। পল্টোবু নীংবদা অপাম্বা অমা থন্নগা নীংবসে তংদু লৈতাবা ঙম্নরোই। অপাম্বদুগী থুংনবা খনবদা নমথাকসু তৌরি লাইদা, ফংননবগী হোৎনবদা খোন নৌথবনি খঙদে, লাইনা নুংশিবীনবা শক্লোন পুবনি খঙদে অমদি শোইদনা তৌই। অপাম্বা অমা থমদনা নীংজরগদি পুক্লীং বাখল থম্মোইসে তংদু লৈতানা নীংবা ঙম্নগনি, খঙলগনি পল্টোবু কনানো। নীংজরিবা ঐখোয় খুদিংমক খঙলক্লগনি, নীংদনদি খঙলবোই, নীংমিন্নশি ঐখোয় খুদিং পল্টোবু।

– o –

# নিপান



চাওখৎপগী খোংজেলদা অঙকপনা থল্লবা অহোংবা কয়াগী মীওইবগী পুন্সিবোসিদা ঙসি থেংনরিবা কয়া অমনসু মহৌশাগী খুৎশেমবু নাথৈনবা হোৎনরি। চাওখৎলকপা মহাক্কী ঈনিল ফংদ্রিবগী ঙৈদা চাওখৎতবগী ইচেল্লক্তুগা ইরোইনরকলিবা ঙসিগী ইরমদম কংলৈচাগী বারিলোন কয়া - নোংদা লাইরেল পাখংবনা কংলৈগী ফম্বাল তোংদুনা লৈশেমলকপগী বারী ঙসিসু মুৎনাইদনা লৈবী। নিংথৌরোল কয়াবু ঐখোয়না লাইনি হায়না খন্নরম্মী। পামহৈবা মহারাজগী হাক্তকতগী নিংথৌরোল অসি লাইনি হায়বগী বারীদি কাওথোকনবকলে। লাইনিংফুরুপকী খেন্নবা মাংবা-শেংবা অনি অসিগী ঈচেল অসিদা বিজ্ঞানগী চাওখৎলকপা খুৎশেমগা মহৌশাগী খুৎশেমগসু কংলৈচা কয়ানা লৈরাংগী লৈনা শেগায়বগুম শেগায়বা হৌরক্লি।

অদুমক্তদি ওইরগা ঙসিসু মালেম ইমাগী ফমপাকথকসিদা অঙকপা লৈচলগী লৈথেন অমগুম হৈথেন অমগুম, মৈশা লাংলবা চরাংনহল্লবা ইরমদম অসিদা মীকুপ খরদং পুক্লিং লৈতাহনবা পোৎথাহনবা পুক্লীং য়াইবীরেল শকখঙনহন্দুনা পামেল অমগী উখাদা চেক্লা কয়ানা চাক্তাবগুম পম্লৌ ইপাগী মরুম থুপ্না নমু তাইবঙ মীপুম খুদিংমক্লা ঙসিদি পুন্সিরোলগী য়েন্নিংথা ওইরক্লি। ইরমদমসিদা খুৎশেমগী অৱাবা কয়া-কয়ানা চৈথেং ফংলবা মীওইবগী মীকপ মীরাওখোল খোল্লাওলক্তা শিন্থরকপা মিৎলুগী

পিরাং কয়া-কয়াবু নুংশিরবা অইংবা খোঞ্জেলগী ৱাহৈ অমনা ফিজিগী নাপোম ওইদুনা তৈথোক্লী মীপুম খুদিংমক্কী পিরাং। পেন্দবগী অৱা-মৈচাক কয়ানা কাহৎতুনা লাকপা খুদিংমক অমুক্তং ওইরবসু মোমোন নোকহনবা, মহাক্কী পুক্নীংনা লৈতাবা, থম্মোইনা পেনথোকহন্বা ঙন্বা অৱাবদি লৈচলনি। মী ওইনা পোকপা মপোক্তা পেন্দবসু লিকলাংনি অৱা-নুংঙাই অনিদি পুন্সীগী লৈচলনি। পুম্নমকপু লমজীং লমতাকপা, পুম্নমক্কী থম্মোই পেলহনবা ঐখোয়গী 'পন্থৌ'নি। অঙকপনি পন্থৌ ইপাগী মতিক ময়াই কনাগবু চাংদম্নগনি - 'লাইনি-লাই'।

অৱাবা নিংঙমদবগী পোৎলম পুদুনা লাক্লিবা কয়াবু পন্থৌনা হরাও তয়াম্না ওকপীদুনা অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা নাওকোন্বী। জাতী-বিজাতি ফুরুপ মান্নদনা লাইশোন তিন্নদবা কয়া অমসু নীংজবা মহাক্কী অৱাবা পুক্নীংবু তরাম্ন া ওকপীবগা লোইননা অনৌবা পুন্সি মহীং অমা ওইহল্লী পন্থৌ ইপানা। সমাজনা মোৎলে হায়দুনা তোঙান্না নাথৈবীরবা নাথৈবীরবী কয়াগী ইকায়-ফিজংবু হায়দোকপিদুনা শেংলে খল্লিবা ইচেলদা তিলহন্দুনা মহাক্কী পুন্সিরোলগী অনৌবা য়েন্নিংথা অদুম্মক ওইহল্লি। ইরমদম অসিগী নাৎকী ওইবা ইপানা-ইপুনা থন্বীরম্বা শক্তমনা মাংশিল্লক্লবা, চাওখৎকপগী ইচেলনা ঈথৈ অমদা পুনবা হোৎনরক্লবা শক্তম কয়া অমবু লাইওইবা পন্থৌ ইপানা পুম্নমকপু ঙাকপীরি। ঈচেল্লক্কী ঈথৈদি চেন্থখিনি, মীওইবা কয়া অমসু লাকখিনি, মীওইবা কয়া অমসু চৎনখিনি। ইপানা ইপুনা থন্বীরম্বা ঐগী লমদমশিগী খোইরী তাফমগী চৎনবী ঐমক্না ঙাক্রুগা কনানা ঙাকপিগনি। ঙসিগী মীরোল কংলৈচা কয়ানা ঙাকমিন্নগদবনি। তাবুনুংদা থন্নম্বা লিক্লম কয়া লৈত্রে খল্লুবা - লৈরে ঙসিদি ঐখোয়গী পন্থৌ। নোংমগী লংলা অমমম চিংথোরক্কুনা অদুঙৈ মৈহৌরোল লাই হাক্তক্কী খুন্থোকলোন নৌনা অমুক হঞ্জীল্লক্লগনি। অচম্বা নত্তে, ঐখোয়গী 'পন্থৌ' অনম চুক্না য়ৈশিল্লমলবা অনম পরৈবু নৌনা পরৈ হন্দুনা চাওনা লম্বী ফাৎলক্লি, পাক্লবা ইপাক্কী লাইজনা লোইনায়দনা চেন্থরকপগুম পন্থৌ ইপানা লৈশেমলক্লিবা। হঞ্জিক্লগনি অদুঙৈ লাই হাক্তক্কী চৎনবী, মীগা লাইগা ৱারী শান্নবগী মতম ঙসিসু ঐখোয়গী তাইবঙদা। ৱারে হায়দুনা তাইবঙ কনাগী মফমদা লিথোক্লুনি, তাবীনবসু ঙসিগী মীওইলক্তা য়াওদে। অৱাবা নুঙাইবা অনিগী ৱারিদি পন্থৌ ইপাগী মফমদা পাউদমজরগা মীকুপ অমত্তসু নোকচবা ঙম্মী অৱাবগী পোৎলুমসু থাংথবী।

| | |
|---|---|
| মীং | অহৈবম ওংবী দাঃ প্যানবতি |
| ইপুরোইবগী মীং | দাঃ অহৈববম জয়েন্তা |
| লৈফম | শীংজমৈ চোংথাম লৈকাই |
| শিনফম | সেনিয়র মেদিকেল ওফিসার |
| | স্তেত তিবি হোস্পিতাল |
| চহী | ৫৪ |



ইশাগী ওইনা লাই নিংবসে য়াম্না পামজে। মমাঙদসু ব্রহ্মকুমারীগী লাইনিং লাইশোল চৎন লোনচৎ য়াম্না পামজরুই। অদুবু মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনরোলগা চান্নদবনা মরম ওইদুনা ঙসিদি থাদোকচরে। চহী অনীরোম খরা হেনখ্রে, নোংমা ঐনা ইখঙ খঙহৌদনা কনাগসু লোয়নদনা ইরোমদোম পন্থৌগী নাক্তা য়ৌজরকখি। পন্থৌগী ইশায়কোন য়ৌজরক্লবা মতমদা ইপাবু অহানবা হেক উজবা মীকুপ্তুদা পুক্লিংসি হায়ফম তৌফম খঙদবা মখে নুংঙাইজখিবা ইপেন দা পেঞ্জদুনা করিনো হায়বা তম্ফম খঙখিদে। পন্থৌনা তাকপীরম্বা পাউতাকলোনদা জাতি বিজাতি খায়দনা মীওইববু চপ মান্নন নুংশিনা থৌজালবীরম্বা উবদা অশেংবা মৈতৈ ঐখোয়গী লাই হায়বদুদি মফমসিদা লৈরে হায়দুনা খনজখি। অহানবদদি ঐগী ইপুরোইবনা ঐগী ইথৌ চিনবসিদা অসুম্না তাকপীখি - "লাইনিংবা হায়বসিদি য়াম্না হেঞ্জিনগনু, ব্রার্ক ইস ব্রার্সিপনি" অদুবু পুমওন ওন্নখ্রে। ইপুরোইবনা লাইফমদা তোয়না লাকচদ্রবসু তি ভিদা তোয়না উজবদগী ইপুরোইবনা হেন্না ঐঙোন্দ তাকপীরক্লে। ঐনা কবিগুম্বদা তাইবঙ শিন্থানা হেন্দনা ঙন্নক্তবা মতমদা ব্রাদুনা শাওরবসু ইপুরোইবনা তাকপীবকই - "প...নতি নহাক্তা অদুম্না শাওরবদি পন্থৌ চেন্থবা ওইর্গনি।" পা... গ নাক্তা ...ক্তা লৈজবা নখোয়না অদুগুম্না অশাওবা উ...লবদি নহ... না ...বা প...

য়াওবা তাবনি''। শোক ২০১০গী শজিবু ইনাৎ ঙাইখং ফেস্তিবেলগী থৌরম অমা ওইনা শৈরেং শৈদিন্নবা নুমিত্তা ঐগী ইপুরোইবসু শরুক য়াজখি। নুমিৎতুগী থৌরমদুনা লাইওইবা ইপানা তিল্লিবা মীয়ামশিংদুবুসু পেলহন্নবা হোৎনবীবা লোয়ননা য়ামখ্রবা শিন্থাশিংসু অমত্তা কায়হন্দনা শিন্দোকপীবা উজবদা অসি ওইরেকো লাই হায়দো হায়না ফোঙদোকপীরকই।

ঐগী ইচানুপা অমা, ইচানুপী অমা লৈজে। ইচা অনীমক মেদিকেল তমজরি। ইচানুপীনা ফাইনেল ইয়ারনি অগরতালাদা, ইচানুপানা পোন্দিচেরিদা থার্ঠ ইয়ার তন্রি। ইচা অনীমক পন্থৌবু য়াম্না নিংজে। ছুত্তি থোরকপগা ইমা ইচা ঐখোয় পুন্না পন্থৌ ইপাবু খুরুমজবা লাকচৈ। ইপানা থৌজালবীবা মৈখাক মৈরুশিংদু মীরমদুদা লৈরগা লাইরিক লাইশু ওরাইজবা মতমদা মৈখাক্তু থাদোকচবদা পুক্লিংদা অকি তুজুংবা পোক্তে হায়দুনা ইচাশিংনসু পুজনবা হোৎনজে। ঙসি ঐনা লাইফমসিদা লাকচখিবগী নুংঙাইজবদি যুমদগী ইপাগী নাক্তা হেক য়ৌবদা য়ুমদগী অব্রাবা ময়াম অমা ইকোক্তা থোনগত্তুনা পুরকপদো লোয়না থাংথবীদুনা পৃক্লিং হকচাং অনীমক ইয়াং যাংই। লেমহৌরিবা পুন্সি খবা অসিগী লাইওইবা ইপাগী থৌজালতবু ফংজদুনা হযেং অবোযবা মতম ফাওবদা লেনজখ্রগে। পন্থৌ ইপাদি মরোল থোকপা তাইবঙশিংগী ব্রাখল লৌশিং হাপ্পীবা ঙম্বা, অবান অন্থই পথোকপীদূনা বাযেনবীবা ঙম্না মরোল থোকপা লাইনি ঐখোযগী।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | বাযেন্বম ওংবী ববিতা (হোইনু) |
| ইপুবোইবগী মীং | : | ব্রাযেনবম যাইমা |
| চহি | : | ৩৬ |
| লৈফম | : | উখ্রমপোক |



ঐ 'পাবী'গী মীংবু তাজবা যাম্না কুইবে। চৎনিংবদি কুইবে, খঙদবনিনা লাইফমদুদা কবম্না হেক্তা চংগদৌবিবা যাম্না খল্লি। তাং ২১/৬/২০১০ নুমিৎসিদদি উযুংপোক্তগী ইচে অমগা লাকমিন্নজবে। পন্থৌ ইপাগী নাক্তা যৌজবা ফংবদগীদি ঐগী কোক চীকপা, ঙাওবা, ঙকশম মবি নাবা, ইচাগী অনাবা পুম্নমক ফবনি খনবদা যাম্না নুংঙাই। ইপুবোইব লৈতবদগী ইপাম খামেনলোক্তা হল্লক্কুনা লৈবা চহি মবি শুবক্রে। ইপুবোইবা লৈত্রবসু ইমুং মনুংনা যাম্না নুংশিনা তৌবী, কনামত্তগা নুংশিনদবা লৈতে। ইচা যাওহৌদ্রবনিনা কৈদৌকগনো হাযদুনা ইপামদা হল্লকখিবনি। মৈতৈগী চৎনবীদি যাম্না কুপ্পা, ফজনা ইনবা ঙম্লবদি যাম্না নুংঙাই, ঐগী জাতিগী যুম্বালদি যাম্না শম্বনিনা হাংবদা খবা চনাংনৈ। ম্মা ঃ নুপানা শেং চাবদি যাম্না চেকশিল্লি, থবক অমা থোবকপগী চৎথোবকপদা ফিজোল চপ মান্নে, যাম্না কেবা মাল্লি। ঐখোযগী ফিজোলদি পীকপানিনা শৎ হেক্তা শেংলি। মৈতৈগী ফিজেৎশিংদি ঐনা পামজবনিনা থবায তানা শেংচৈ ইঞ্জে।

ঐনা নাংজবদা নুংঙাইবা, ঐবু ফহন্বীবা 'পন্থৌ' ইপাবু অদুম নীংজগনি। যিশুগা পন্থৌগা মবোল থোকপদি পন্থৌনা হাল্লি। বাইবল পাবগা পাষ্টবনা মীওইবদা জ্ঞান লৌশিং ওত্তগদবা পাউতাব কযামকম তাহনবী পন্থৌদি কবিগুম্বা অমত্তসু পাদে অফবা পাউতাক অদুম পাবি. অনাবসু পন্থৌনা শোন্বীবা অমদি শোকপদা হেক্তা কৈ পাংথোনি জানি শেঙাংনি খাংদে. হীংলিবা মাওইবা ঐখোযনা নীংজব বংলবনি পাংথোক খুদিংমক পন্থৌবু নীংজবা কবিসু কাযদে, ঐখোযনা থম্মোই শেং নাংনা নীংজবনদি পান্থৌগা পৌজোল ফংগনি, মালেমসু অইংবা ওইগনি, ঐনা পান্

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | হোম বহাদুর |
| ইনায়নুপীগী মীং | : | সোনিয়া বি:কে: |
| লৈফম অশেংবা | : | বোখরা শাঙখে বজার, নেপাল |
| হৌজিক্কী লৈফম | : | জি:পি: কোলেজ |
| শিনফম | : | চৌকিদার |



পারি হায়না মীঙ্গৌনরিঙৈদগী লাইফমসিদা লাকচখিবনি। ঐহাক মৈপোকপী হায় হৌজিক্কা (Herpis) হায়বা লায়না অদুনা নাদুনা ইপাগী নাক্তা লায়েংবা লাকচখি। পন্থৌগী থৌজালদি অঙকপনি অহুমলক শোনবীবদা অদুমক ফখরে। ঐদি পন্থৌবু লাইনি হায়না নীংজে যাম্নসু নুংশিজৈ, য়ুমদসু পন্থৌবু নীংজদুনা লৈজে। ঐগী ইনাও নিপা ভীম বহাদুব কৌবা, Blind School দা Peon ওইবা অমসু ঙাওনা ফৈনা নাই মাসু ইপানা লায়েংবীবদগী ফখ্রে। নেল বহাদুর কৌবা G.P Women's College দা Peon ওইনা লৈবা ইনাওনুপা অমসু য়ুম থাদোক্লগা চৎখ্রে, মাংখ্রে। ইচানুপী ইনাওনুপাদুনা পোকচবা অদুগা মপাগাদমক 'পন্থৌ'দা নিজৈ। 'পন্থৌ'না লৈ অমা শোল্লগা থৌজালবীবকই, লৈ অদুমক মাংখিবা মীদুনা লিংলম্বা ফুবিৎকী ফ্রিখাওদা হাপ্লগা থম্মু, থা ৩গী মনুংদা শোইদনমক্কা লাক্কনি থসুম্না তাকপীবকখি। 'পন্থৌ' ইপানা তাকপীবকখিবা অদুমক কাযদনা য়ুমদা লাকখি। থৌজালসিমক কয়াদা নুংঙাইখ্রবা সিমুক নুংঙাইবশিব্ ঐনা কবি হাযর্গান, ঐনা হায়বা তম্বতনা বাৎলনি।

ঐ নেপালি নুপী অমা ওইরবসু লাইফমসিগী চৎন-লোনচৎ ইমান্নবীশিংনা ফিদোন চাংখৎতুনা শেৎলিবশিং য়াম্না অচুম্বনি খন্দুনা ঐসু শেৎচরে। কোক খুম্বদি ঐখোয নেপালিগীসু অদুম খুম্মী। নেপালি ঐখোযগী জাতিদা পন্থৌদি অবানা তাববা মীবু কন্বী, ঐখোযস্ পন্থৌদা চৎশি, পন্থৌবু নীংশি হাযনা তমর্জনিংই।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | আর.কে. জিতেন |
| লৈফম | : | সগোলবন্দ মৈনো লৈবক |
| শিনফম | : | লেচবব<br>দি.এম. কোলেজ ওফ টিচর ইডুকেসন |
| চহি | : | ৪৭ |

ঐখোযবু পোকপীবা ইপানা লৈখিদবা চহিনি ঐনা ইচিল-ইনাওশিংগী খ্বাইগী অহল ওইবনা ঐহাক তৌফম খুণ্ডদে, ইঙাও ঙাওই। পাবুংনা লৈখিদবসি ইমুং অসে পুমহাং হাংঙী তাকপী তম্বীনবা কনা লৈত্রবদা ইপাগী নাক্তা নাক্তা যৌবগদি ঐগী নীংবা পুম্নমক থুংলগনি খন্দুনা ঐ লাইফমলেন অসিদা শক ১৯৯৯দা যৌজবকখিবনি। মতমদুদা ঐনা খঞ্জখিবসে পন্থৌসে লাই তোংবা মাইবা-মাইবী অমগুম্বনি অসিনি অদুবু পুম্নমক ওন্ন



তৈনবমেল। D M College of Teacher's Education দা পার্ট তাইম লেকচবব ওইনা লৈজবনি। লৈমিন্নবিবা প্রিন্সিপালদুনা ফত্তবনা ঐবু লৌথোকনবা অবানবা কয়া ইশিন্দুনা ডাইরেক্টবদা থাগৎপি। ঐনা ফংজবিবা পৈশা খবা অসিনা ইমুং মনুং পুদুনা হীংলিবনি হৌজিকপু ঐনা থবং ভোক্রবদি কবি চাদুনা হীংগনি, ঐনা কবি শুদুনা ইমুং মনুং থাক্কনি পু… মকশিংসে ইপাদা পাউকৎচখি। 'ইচাগী বাবিবদো বাকনু ইপা লৈবি, ইচা… যেৎপা প্রিন্সিপালদো উচ্চক ফকপদৌনা ফুকতোকপীগে' অসুম্না পন্থৌন। তাকপীবকখি।

মতুং ইকুই কুইদনা য়ুনিভবসিটিগী কন্ত্রোল্লবনা ছাত্র ১৮০ লৈগদবদা ছাত্র ২৭০ শুবে মশিং হেল্লে হাযদুনা পবিক্ষা থাবা যাববোই হাযদুনা থিংজিল্লে। ছাত্রশিংনা শাওদুনা ঐখোয চহি মাংবা যাবোই পবিক্ষা থাহনগদবনি হাযদুনা প্রিন্সিপালগী কা শো লোনশিন্দুনা বোইকোট তৌদুনা মাগী কাদা ফাঙবা চংহন্দ্রে। ইবাং হেনগৎলকপদগী ছাত্রশিংগী পবিক্ষাদি

থাহনবা য়াহল্লে, প্রিন্সিপালনা ও.সি. ওইগদবদু কন্ট্রোল্লবনা ও.সি. ওইদুনা পবিক্ষা পাংথোকখ্রে। মদুগী মতুং ইকান কান্নদনা ভিজিলেন্স অমুক চংদুনা মহাক অরাবা ময়াম অমা নংলে লোইননা পেন্সনসু ফংলে। মহাক্কী ফিয়ারব্রেল ফাওবা লৈমীন্নরম্বা ওঝা ময়াম অমত্তা ফাওবা লাকখিদদুনা ওন্থোকপা মওং অমদা থৌরম অদো মপুং ফাদনা লোইশিনখি। নুমিৎতুদগী ঐনা খঙজখি পন্থৌগী মতিক-ময়াইসে ওন্থোক্লা কনখ্রেদা, লাই হায়বদো অসিনিকো, হান্না ঐনা লাই মশক খঙজবা ঙমজরমদ্রবসু ঙসিদি তশেং তশেংনা ইমাংমক্তা খুদমগা কোন্ননা তাকপীরে। ঐন খঞ্জরুবা লাই তোংবা মাইবা-মাইবী অমগুম ঐনা লৌজরুবদো পুন্নমক ওন্ন-তৈনবগ্রে। লাইওইবা পন্থৌ ইপাগী থৌজালদগী ঙসিফাওবদি অরাবা অমত্তা লৈজদ্রে। নীংলু-নীংলুবা খুদিংমক পন্থৌ ইপানা থৌজালবীরে। অরাবা নুংঙাইবা ঐগী-ঐগী লাইবক্তা তম্বনি, নুংঙাইবা পীবীদ্রে হায়দুনা লাইওইবা ইপাবু কাওথোক্কদবা লৎনজগদবা লৈজদ্রে, হন্দক মপোকসিমগীদি। মী ওইনা পোক্লবসু ইরমদমসিগী অমত্তা ঙাইরবা লাইনি অসুক তাংলবা লন অসিবু ইরমদমসিগী মীয়াম পুন্না নীংমিন্নশি, কন্মীন্নশি, শোনমীন্নশি ঐখোয় অমত্তা ওইনা 'হাদা পন্থৌ' লাইওইবা।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | থোকচোম ওংবী বেজিযা |
| ইপুবোইবগী মীং | : | থোকচোম ইবোযাইমা |
| লৈফম | : | লাঙ্গোল |
| শিনফম | : | ষ্টেট কোওবদিনেটব |
| চহি | : | ৪৯ |



মীওইবনা অব্রাবা পনখৈ ফংলবা কান্দদা লাইবু থীবকই লাইবু নুংশি-বকই, ঐ খক্তগী নত্তে তাইবঙ মীওইবা ঐখোযগী হৌন্বী ওইবমানে। পন্থৌগী মীংলেন্দি তাজদবদি নত্তে, থোইদোক্লা পুক্লীংদা চিংশিল্লুবসু লৈতে। লাযেং শিন্থাগী বাবিখক্তনা হেন্না তাবনা ঐগী মবি কা হেন্না লৈতমানে খঞ্জদুনা পন্থৌগী নাক্তা মতম চানা যৌজবদি ঙমখিদ্রে। ঐগী অবাবা লাক্লবা কান্দনি ইপাবু নুংশিব ক্লিবসে, শক ... গী অবোইবা থা ডিসেম্বরদনি, ইপুবোইবগী থবক্কী যেৎনবদগী কেশ তৌনদুনা ইমুংসে যাম্না বাবে, ভুম্ফম চাফম খঙলক্রুবা মতমদুদা ইপাগী নাক্তা লাকচখিবসি ঐ কবিসু খঙদে ইঙাও ঙাওই ইপাদা পুম্নমক হাযজকবগদবনি হাযদুনা লাই যৌবে, নোংমদুমা ঙাইনা ঙাইনা থৌজাল ফংদনা হৌখবে। নিনি শুবা নুমিৎসু থৌজালবীগদ্রা খন্দুনা বানা ঙাইজখি, নক্লা থৌজালদি ফংজদ্রে, খুমন মতম যৌশিল্লক্লবা 'পন্থৌ'না শঙ্গাযদা লেংশিল্লমদাইনি, 'পন্থৌ' হযেং ইপুবোইবগী থবক্কী কেশ অমুক্তা মাই পাকহন্বীযু হাযনা খুকমজৈ। 'পাকহন্বীগে' পন্থৌনা তাকপীবকপগা লোইননা লৈবাং অমা থৌজালবীবম্মী। নোংঙাল্লে থৌজালবীবা লৈবাংদুমা পাযশিল্লগা থাগোন্নজবগা কেশ তাবা চৎলে। কেশকী সে:নং সু ৯২

ওইরম্লে। নংলরোইদ্র হায়বগী ঐ অমুক ব্রারে, ফমলে ফম্ফম খঙদে, অমুক হৌগৎলি, অমুক ফম্মী, চীন্দসু শোল্লি পল্লৌ কেশ সে নংহন্বীয়ু। খঙহৌদনা কেশ তু চীংখৎপীরে, মাইসু পাক্লে। অস! ইথন্তা শোল্লি, 'পল্লৌগী মতিক-ময়াইসিদি, মসিমক্লনিকো লাই হায়রিবসে, তশেংনমক্কী লাইনিকো। তাইবঙগী শক্তম ওইনা উজরবসু, ঙসিগী তাইবঙপান মীরোল অসিগী পুম্নমকপু কন্বীনবা লাংওন-লংতায়গী শায়োম্বীরক্লবা খোয়ুম লাইনি। ফিজেৎ-লৈতেং শকওং-শবান য়েংবগী পেনবা নায়দে, অসিদসু নত্তে 'পল্লৌ'গী চীন্বানথোংদগী থোক্লকপা থোৎলবা মেংলবা খোঞ্জেলদা লাঙ্গোলগী মমা হায়না কৌবীরকখিবা খোঞ্জেলদুমক ঙসিসু অদুম তাদুনা লৈরি। নুংশিরবা ইচাগী মমা হায়বা খোঞ্জেলগা, পল্লৌগী মমা হায়বা খোঞ্জেলগা য়াম্না খেৎনৈ, তোপ-তোপ্পা লাইগী খোঞ্জেলনি। নোংমতসু ইপা-ইচা লৈফম-চাফম হংনরুবসু লৈতে, ঐনা ব্রারিসু শারুবা লৈতে অদুবু য়ামপ্লবা মীয়াম মরকসিদা ঐবু কৌবীরকখি 'লাঙ্গোল মমা' সিনা হেন্না ইপাগী মতিক-মগুনসে হেনখ্রে। ঐনা হায়জনিংই মীপুম খুদিংদা লাই করম হায়না তৌবগে হায়রবদি লাইদি উবা ফংলোই, লাইদি 'পল্লৌ'গী খোঞ্জেলদা য়াওরবনি।লাংওন লাংতায়সিগী মীওইবা ঐখোয়গী তাংলবা লননি পল্লৌদি, নীংঙো পল্লৌ নীংদ্রবদি করম হায়না খঙগনি লাই। ঐতগী লন নত্তে, ইরমদম মণিপুরগী 'পল্লৌ' হায়বদো ঐখোয় ময়ামগী চাওথোচনিংঙাইনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | লাইময়ুম ওংবী শান্তি |
| ইপুরোইবগী মীং | : | লাইময়ুম ধনচন্দ্র |
| লৈফম | : | য়াইস্কুল |
| শিনফম | : | বেকোর্ট এসিস্টেন, পি.দবলিয়ু.দি. |
| চহি | : | ৫৮ |

ঐদি তরংনি পন্থৌ নুংশিবসু খঙজদে, নুংশিদবসু খঙজদে, থাজবা থাজদবা ঐ করিনো খঙদে। ইচাগী ব্রাখলদা ঙাওখিদুনা ইচাশিদবু নাবা ফবা ঙম্লবদি হায়দুনা শক ১৯৯৬ কালেনগী মতমনি ঐনা পন্থৌগী নাত্তঃা য়ৌজরকখিবসি। ইচাগী মৈচাকসিদি কনখ্রেদা, অঙাওবীগা চপ মান্নখি। ইপাগী মগুন করিনো খঙদ্রি, ময়াইসু খঙদে, লাইনি হায়বা অমখক্তংদি ঐগী ইশাদা লৈজে। ঐগী থম্মোইদা লৈবা থাজবা অদুনা ইচানুপীদো পন্থৌগী থৌজালদগী অনাবা অমত্তা লৈত্রে, লোইনা ফখ্রে। ঙসিদি ময়ুম মকে পান্দুনা মচা নুপা-নুপী অমসু ফংজখ্রে, সিদগী হেনবা লাইগী থৌজাল হায়বসে কদাযদা লৈরমখিগদগে। নুংশিরবা থোৎনা মেংলবা পন্থৌগী খোঞ্জেলনি, খোঞ্জেলসিমক্না মচা ওইজরিবা ঐগী থম্মোইবু শুমহৎলিবসে। শক্তম্না তাইবঙগী ওইরবসু, লাইনি হায়বীনিংদ্রবসু, ইপাগী খোঞ্জেলসিদনি লাই হায়রিবসে। লাইদি ইমীৎনা উজবা ফংজদে, খোয়ুমগী খোঞ্জেলদি ঙসি ঐখোয়না তাবা ফংজরি। পন্থৌগী সনা খুৎনা শোকপীবদা উনা ওইরবসু, নাপি ওইরবসু য়াইগী যাইনি। কালেন, ইঙা, ইঙেন থৱান, লাংবন, মেরা অসি ফাওবগী মনুংদা পায়বীবা থম্বাল অঙাংবা সনাগী থম্বালনি হায়জরি। থম্বালগী ময়াই অঙকপনি, থম্বালগী লৈনমদো খোয়ুমগী লৈনমনি।

লাইফম্না মী কল্লি, লাইফম্না মী শেম্মী অদুমক ঐখোযগী পন্থৌনি। নীংজ-নীংজরিবা মী অদুগী নোংদমদি মশা-মশানা খঙজগনি, লাই হায়বসিদি ইরাই লায়না ফংবা য়াদে। মীনেনা খল্লগা লাকরিবা মহাক্কী

নরাল লংশিল্লবনি, লাইনি খল্লগা লাকচবদুনা মহাক্কী মহৈ য়াল্লবনি। লাই অমগীময়াই ফংবসিদি তবাইনা ফংবা য়াবা নত্তে, অথাং কনবা, থম্মোই চেৎপা, তানশিনবা লেপতবা, খোংফম চেৎনা লেপলবতদা লাইগী ময়াই ফংগনি।

ব্রহ্মান শাগৈদা পোকই, হরিনামগী নাওয়োমনুংগী চরৈনুংদা লৈজে। মপান্দা ফি অমা থোংবনি, নাওয়োম অমা লৈবনি, নুংগী নাওয়োমদি হাদা 'পল্টো'। ঐনা হয়েং শিরব মতমদা মপানথোংগী ব্রারিদি ঐ খঙলরোই ঐনা নীংজবিবা 'পল্টো', মীয়াম্না হায়নৈ মৈতৈ লাই, গৌরধর্ম্ম মীনা শেম্বনি থম্মোইনা থাজবা ময়েক অশেংবদা কৌজবা হাদা 'পল্টো'। পল্টৌগী নাওযোমনুংগী চবৈনুংদা খোমলেন তুমখুন তাঞ্জগে, শ্রী হরিগী নাওয়োমনুংদা চংজবোই হাদা 'পল্টো'।

খঙজিন্নীযু : ধর্ম্ম খুদিংমক্কী লাইশোন্দা নহাক্কী ইপা ইপুগী লম্বীদা চৎচৌ, ঐনা লাক্লিবসিদি নহাক্কী অমম্বা লম্বীবু ঙালহনগে, নহাক্কী অশোনবা নপাঙ্গলগী চৈশু ওইবীগে হাযনা লাক্লিবনি। 'ঐ লাইনেদি খঙদেকো, নীংজবা ইচানা খঙবদুদি ঐদি খঙদ্রে'।

পল্টৌ

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | রা:কু: ওংবী বেনু |
| ইপুরোইবগ মীং | : | লৈশ্লিবা রা:কু: নবচন্দ্র |
| লৈফম | : | কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকায় |
| শিনফম | : | ইন্সপেক্তর, সোং অমসুং ড্রমা ডিবিজন |



ঐনা পম্লোগী লাইফমলেন অসিদা য়ৌজরকখিবসি শক ১৯৯৬কী অবোইবা থাদনি। ঐহাক গাওটনা নাবদগী কোংবা নান্দেবম লৈকায়দগী ইবেমচা কৌবী ইবেম্মা অমনা লমজিংবীরক্লুনা ইপাগী নাক্তা য়ৌজবা ঙমজখি। পম্লৌ ইপাগী থৌজালদগী ঐগী অনাবসু ৭লক শোন্নীবদগী লোইন ফখ্রে। ঐগী ব্রাখলদা অমাইবা অমাইবী অমনী হায়বগী খঙ্জখিদ্রে তশেংনমক্কী লাইনী ঐহাক্লা থাজখি। ডিপার্টমেন্তকী ওইবা থৌরম অমগীদমক বোমবে, দিলি, চেনাই, ভুবনেশ্বর নচিংবা ভারতগী মফম কয়াদা সেক্যুরিগা লোইননা চৎলি। মতমদো নাগা কুকি অনিগী হাৎনবগী ইরাং লৈ, ঐখোয়না চৎপদা খুদোংথিবা য়াই হায়দুনা ইশাদা লৈ পরেং অমা শাগোন্নৌ হায়দুনা পম্লৌনা থৌজালবী। খঙহৌদনা সদর হিল য়ৌরকপদা নুংজাও, উনচিংবা পৈশিন্দুনা লম্বী থিংদুনা লৈরম্মী তাঞ্জদুমক্তদা চীং মথক্তগী নোংমৈ কাপ্পা হৌরকই। চৎমিন্নরিবা ঐখোয় খুদিংমক ঐগী-ঐগী অয়াওবা পোৎ চৈদুনা ঙাক্লগা পাকথদুনা লৈনখি। ঐদি পাকসু পাকথখিদে পম্লৌনা থৌজালবীরকপা লৈবাং পবেংদু শাগোন্নজদুনা ইপাবু নীংজদুনা লৈজখি। কাপ্পকপা নোংমৈ মকশিংনা পান্দ্রনা গাড়ীগী মীংশেল কায়খি, গাড়ীগী মথক মখা অনিমক্তা নোংমৈ মকনা খেত্তুনা চৎখি। অসুম্না খুদোংথিবা কয়াদো নানথোক্তুনা ঐখোয়গী খোংচৎভূমদি তেক্তা কাযদনা পম্লুং য়ৌনা খোংশানবা ঙমজখি।

লাইদি নীংলগা ইনক-নকশিনজবা ঙমখিদে, ইপুরোইবসু ইখঙ-খঙহৌদনা লাইওং অমনা নারক্কুনা শক ১৯৯৯ আগষ্টকী তাং ১১দা লৈখিদ্রে। লৈখিদ্রবা মতুং শঞ্জেনথোং ময়াদা এক্সিডেন্ট থোক্কুনা খুৎ ওইগী শরু কায়দুনা য়োৎ ফুমদুনা লৈরি। ঐগী থোক্লক্কদবা থৌদোক অদসু মাংজৌনা ইচা নুপীদা 'মমাদো করি তৌই' হায়না পল্লৌনা হংবীরকখি। ইচানদি কবিসু তৌদে হায়না খুমলম্মী হাযনা তম্মী অদুগা এক্সিডেন্টদুদি ইকান কান্নদনা থোক্লে। ঐগী খুৎ ওইগী খুৎনিং কাযরে, অশোকপা খুদিং ইপানা শোক্নীবদগী তপ্না তপ্না ফগৎলখি।

খুদোংথিবা কযাসিদগী অব্বাবা কযা অমা মায়োক্নরিঙৈ মতমসিদা পেন্সনসু খজিক্তা ঙাইশিল্লক্লবা মতম শক ২০০৪গী মার্চ থাদা ওফিস কাকবগা নুমিদাংদা ফেক্সতা পেন্সন মতম যৌদ্রিবদুবু থবক লোইবে হাযদুনা ওবদব অমুক থোক্লককখি। থবক লৌথোকপীববা তুংদা অবাবা কযা অমা মাইযোক্লখি শুপ্নগী ইপাগী নাক্তা যৌজবক্লবা ভাবা ফাওবা লৈজদদুনা খোংনা যুমদগী লাকখি। অহিং কযা তুমখিদে ইচা মযামসিগা কবি তৌনি, মীৎকী পি কংখিদে। ঐনা শিখ্রগা ইশু অপিকপা মপা লৈজদ্রবা অসিনা কনানা যেংশিনবীগনি মযামশিং অসিগী খল্লুবদা মীপুপ অমফাওবা মীৎসে ওইশিনবা ঙমখিদে। ঐগী হাযববু লাইওইবা পল্লৌ নত্তনা কনাস্ লৈখিদে। 'মমা নহাক্কী অবাবা কবিমতা খল্লুনু পল্লৌ লৈবি' ঐগী কোকসে পাযবগা চাংখৎপীখি। অঙকপনি খোযুমগী থৌজাল কবমুবু লাই নত্রে হাযগদৌবিবনো নুমিৎ ৮গী তুংদা থবক অমুক হাঞ্জল্লে। চহি অমা হেন্না তলব ফংদদুনা লৈকবা পুম্নমক লোইনা ফংজদুনা অবাবা কোকচখি।

ঐনা হাযজনিংবদি অবাবা ফনা তাববসু খোযুম লাইবু 'পল্লৌ'দগী লাপথোক্কুনা হন্দোক্লে খল্লুনু। পল্লৌগী মচা অমা ওইনা চাংযেং তৌবীবা ওইবিনি। লাপ্নদি নীংগনু, নকশিল্ল নোংমগী লাইফম যৌনবা হোৎন্নীয়ু। মদুনা নুংঙাইবকপদুদি নীংজদবনদি খঙগদবা নত্তে, নীংজবা ঐ-ঐতনা খঙগদবনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | সাইরেম শান্তি |
| ইপুরোইবগ মীং | : | লৈশ্রিবা সাইরেম জয়কুমার |
| লৈফম | : | ব্রাহ্মে নিংথেম পুখ্রি মাপাল (অৱাং) ইম্ফাল ইষ্ট |
| শিনফম | : | হিন্দি টিচর |
| চহি | : | ৪৯ |

ঐনা লাইফম লেনসিদা য়ৌজরকখিবশি শক ২০০৫ দনি। অমাইবা অমাইবী হায়বগী ৱারি পৈশা বাবগী নত্তে, ইপুরোইবনা শিরগে, শিরগেতা হায়ব বাখলসে লান্না-লান্না খনবা, ঐদি য়ুম পাল্লবনিনা ইচা নুপা পোক্কবনিনা ঐদি শিগনি নত্রগা নুপী অমা থিগনি। থেংনা য়ুম পানখিবনা মরম ওইদুনা ইচানুপী অমত্তং ফংজরে। লায়ননা নারবনি



হায়বগী নীজনবগী পম্মৌদা লাকচখিবনি। ইপুবোইবগী মনিং থুংলবদি হায়দুনা পম্মৌদা ইচা নিপা নীজখি। পম্মৌনা ফংলরোই হায়বগী থাজবা পীরকখি। ফংলরোই হায়বসু ঐ খণ্ডী, মরমদি নুপী ওইবীগী ঈরম খোংলম কায়রে। ইপুরোইবদা নহাক নুপী থীগে হায়রবসু থীজরো অদুগা অঙাংগী মরমদদি ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা হায়রক্কনু। মসিনা মরম ওইদুনা ইপু-ইনায় ঐখোয় অনি শাওনখি। নুংঙাইতবা থৌদোক্তু থোক্কদবা নুমিৎতুমবা ইচানুপীনা পরিক্ষা ফাষ্ট তাবগী প্রাইজ লৌবা স্কুলদা লৈরিঙৈদনি, বাবাদো মথন্তা শিজরনি হায়দুনা মকোক্তা নুংনা শুজঞ্জদুনা তাদুনা লৈরম্বদগী হোস্পিটালদা পুখৎখ্রে হায়না পাও পীরকখি। স্কুলদগী ইমা - ইচা অদুম হোস্পিটালদা চৎলে, য়ৌরগসু থিনা শোকমনখিবনা

পাখৎকনি হায়বগী ডাক্টরনা চংহন্দ্রে, কোম্না জ্ঞান তারবা মতুংদা উন্নহল্লে। ময়ামনদি লৈকায় অমদি ইমুং-মনুংনা ফুরগা লংথোকপা মানবা জাৎনি অদুবু ঐনদি থাজবা পোকতে। অশেংবগীসু মথন্তা তৌজবা ওইরমখি, ইপুরোইবনা ঐগী খুৎ কন্না পায়শিল্লগা 'হায়দোক্কনু ঐনা তৌজবনি' ৱাহৈসিমক ঐনা তুমিন্না হংজবদা খুমলকখিবনি।

থৌদোক্তুগী মতুংদা নোংমা ঐঙোন্দা পঙ্খৌনা তাকপীরকই, মমা অমুক শিগে হায়না খনশ্রবদি অনিবক শিগে হাযনা হোৎনরক্কনি, শিসু শিগনি। ইমুংদা মচিন তুম্বা পোৎ, থাংগুম্বা, থৌরিগুম্বা অমতা থম্বীনু খরা চেকশিন্না শেন্নবীয়ু। অফবা হায়বসু ফত্তবা হায়রবসু পঙ্খৌনা তাকপীরকপা পুম্নমক চুমখি। নুমিৎতু শক ২০০৬কী মে ডে নুমিৎনি, মপোক নুমিৎনি, নুমিৎসু থাবানসু চপ মান্ননা তায়, হান্নদগী ইপুরোইবগী মপোক নুমিৎসে ঐ চারা হেল্লি, অয়ুকতুসু মাসু চারা হেল্লি, নুমিদাংদি ঐনা কন্না হায়জবদগী চমফুৎ খরদি চাখি। তুম্বা চংলমদায়নি ঈশিং খুজাই অমখক্তুং থমলম্মু, ইপুরোইবনা হায়বীরকখি, ঐসু-ঈশিংদো থন্নম্নগা অদুম তুম্বা চংলে। নুমিদাং পুং ১১:০০ মুক তারে ইপুরোইবদি তীল হিদাক থক্লবা জাৎনি ফমেনগী জুরি মখাদা তারগা লৈরম্মী মনাক্তসু অহাংবা কৌতা অমগা খুজিনথাং অমগসু তাদুনা লৈরমখি। হু থক্লবনিনা মৈচাক খাংবদা য়েংবা ঙম্লমদে, মৈচাক্তু খজিক্তুং কোক্লনবা পঙ্খৌগী শিদ-হীদাক খরা পীথকই, মৈচাক্তি খিক্তুং কোকখি অদুবু হোস্পিটাল য়ৌবদদি ইপুরোইবদো থৱায়গা হকচাংগা শেৎন খায়নখ্রে। থোক্লক্কদবা থৌদোক খুদিংমক 'পঙ্খৌ' ইপানা হান্নলা তাকপীখ্রে, চেকশিন-চেকশিন্না অদুমক কনবদি ঙমহৌদ্রে।

পুম্নমকশিং অসে ঐগী মপোক্কী নোংদমনি, ঙসিদি অৱাবগীসু নুংঙাইবগীসু অনিমক্কী তুংনফম ওইরীবা পঙ্খৌ ইপাগী নাক্তা তুংনজফম ওইদুনা লেমহৌরিবা পুন্সি খরা অসিদি পঙ্খৌ ইপাগীদম কখোক্লগে। ঐনা পীক্লিঙৈ অঙাং ওইরিঙৈ ঐগী থম্মোইসিনা নোকপা হায়বশিদা

খোঞ্জেল থোক্লা নোকথোকপা হৈতে। লিলা-পালাদা মীনা নোক্লগা ঐনা কোইরৈ লৈনা য়েংলগা মীনা নোক্লিসে কদায়দগী হৌবকই, করম হায়না নোক্লিনো খন্দুনা য়েংদুনা লৈখি। খণ্ডহৌদনা নোংর্মদি পম্ভৌদা নীজখি, পম্ভৌ ঐসু মীনা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লিবসে ঐসু অমুক্তংদি খোঞ্জেল থোক্লা থম্মোই পেন্না নোকচবা ঙমহন্বীয়ু। খোয়ুমগী থৌজাল অঙকপনি খণ্ডহৌদবা মীকুপ অমদা পম্ভৌনা তাইবঙ মচা-মনাইশিংবু নুংশিনা লোইন্বীদুনা লক্লবীদুনা ব্রাহৈ ফাগি জুগাই তৌই, ব্রাহৈ অমনা কপহল্লি, ব্রাহৈ অমনসু নোকহল্লি। খোঞ্জেল অমখক্কী ব্রাহৈরোলদা ঐহাক খোঞ্জেল থোক্লা পেন্না ইপাগী নাক্তা নোকচবা ফংখি। ঐ ঙসি নোকপসিনা ঐগী ইরলনি, কপ্পগী মতম লোইরে, অমুক হন্না কপ্লরোই, কপনিংহন্বা য়াবা ব্রাহৈনা ঐবু মায়থিবা পীবা ঙম্লরোই পুন্নমক্কী মরু পম্ভৌনি ঐ খণ্ডজে, হৌরকফমগী মরুনি, পোলোইগী তুংনফম্নি। তাইবঙপানবদা লৈরিবা খোয়ুম লাইয়াম পুন্নমক্লা য়াইবীরেল নুংঙাইহনবসিদি ঙম্লরোই লাইওহবা 'পম্ভৌ' ইপা নত্তনা।

- ০ -

# মাপন



পুক্লীংগী ইহুল্লক্ল য়াংদৌ মাবু তাল্লকপা, পোইরৈ করিদবু লৈবনো? মীৎয়েংমানা য়াংদৌ মাবু শাংখৈরকপা মীৎয়েং খুদিং তুরৈনি। ব্রাখলখুদিং লমফাংনা, তরংগী খোংথাং ইখোংসে পন্থুংবু কদায়দনো ? পোলেফম লোইনায়দ্রবা নোংদোলগী ফিজংনা শংবান্না, মীৎয়েংমতমদা মউইদো। ইখুৎশিনা লাম্বদি মপোক খুদিং ফংলরোইদো। ইখোং অনিগী পন্থুং কৈদৌঙৈগী ফংজগদগে, লেপ্না য়ৌই হায়না খনগদবা। লোইনায়দেদকো খোয়ুমগী খুশেমসে, উমং-ব্রামং, হাংলবা লমহাং-তুমহাং, চীক্লা চায়না ঙজ্রমদ্রবা মীওইবগী শাইদাংনফম মফম খুদিং মীখোলঞ্জেন, মীওই মপোক্তা তহেনবা। মীওই মপোক শক্তমদা মোৎতাই-চুদায়নবা ব্রাহৈগী তইংবা, ব্রাহৈদুমক্নী খয়াক্লবা করমননো, কদায়দনো ঐনা য়ৌশিনগদবা। তুরৈশিবো কদোমদা ঈচেম্নরমগনি, ঈচেল অসিগী ইতুংফমদো কদায়বু ওইরিগবা লাকলরোইদকো হে! মীওইবা। ঐগী ইনাকসিমক তম্না কাজবগী য়েংনিংবা, তাইবঙলক্কী নুংশিবা, ফজদবসু শৈদাংফম, নুংশিবদসু তুংনফম, মীৎয়েং মীৎফম অনিসে হোংনিংদ্রেদকো মীৎফমসে। খল্লিব্রনে নমু তাইবঙ, অয়েংবা নহাক্কী মীৎয়েংদা অউবা ঐগী পাওখুমদা লিরগে তারোকো -

ফজদ্রা নোংদোলথক্কী মরোলগী লোইনায়দ্রবা ফিজংসে, অতিয়াগী শংবান্নবলক্তগী নাইতোম তহেল্লবা অনি শুনি খন্দ্রবা, ওইখোক্লরোই তান্দুনসু মরোমদোম খক্তনি। কয়াগী মতিক তহেন্না ঙাল্লিবা

কোরৌ মাগী মশেক মঙালসে। মঙালতনা মপারি ওইরিবা ঐবু লোন্না তুমিন-তুমিন য়েংলক্লিবা। কোরৌগী মীৎস্নগী তরুববা থম্মোই ফাওনা য়েংঙকপা মীৎস্নানা কোরৌ মাগী মীৎয়েংদো হৈনৌ পামেলগী মশালোং, মশা খুদিং তুখোংদা উনাগী লৈয়োল লিৎখৎলক মনা পুংলবা পামেলনা নেম্না ফিজং খল্লিদো। মউ লিংবা পামেলদো পোৎপা কায়দ্রবা বোরোই তলাদো কাংদোং শরেপ তাল্লক্রে। মনাগী তইংবনা শেনখায় পাকপা উনাদো ফিজং মরোল ফিদুপ ওই, নেম্না য়েনপাক য়ৈনা পারি মহাকপু খঞ্জিন্দুনা মথমলি। তুংয়ান তাবা পামেলদো মশা লোংনা নীংথিনা মফজে। উহৈ মাগী চরোংগী নীংথিবলক্কুদা পামেল নোবাব তলাস্ উনালক্কী লৈয়োন্দা মহৈ মীনা য়াল্লিদো। ঙসি লাকপা হয়েং কোরৌ লাকলগ্নোই, পাল্লম্বা বোরোই মহাক্কী চরোং নায়বা নোবাপতি ঙসিসু মপাল্লি, হয়েংসু মকেন্দে হৈনম-লৈনমগী নুংশিবলক্কা তরং য়াংদৌ চেক্লানা খুল্লং শৈহেক শকনরি, চিবোন-চিবোন, চবুন-চবুন পাওখোংনৈ। নীংজবা মপাও ফোংনৈদো, মৈরা মেক্রুক্কী নীংথিবা মনমতগী নুংশিবা হৈখন-লৈখন মরক্তা পলেম ইমা হৌ লৈমা, শকলৈ খুভম মাংদা কোইরওনরবা থাজগুম মাইথোং তহেনবা লৈশাথক্কী অইংবা, নীংথিজেদকো নত্রনে নমু তাইবঙ। লুব্রাং পলেম-পম্হৌ লৈনুং নুংবীরেল শাথৌবা শলাইরেল শিদবা শঞ্জেনস্না পাখংবা, শলাই শুনা তুথুপ লাংওনবা, লাংওন শক্তাক পারি, মীৎয়েং মপাল্লক্তা হৈজিং ফানা পাল্লিদো।

মীওই ব্রাখল ইচেন্দা ইরৈ তুথুপ কায়দ চেম্স্নকপা পুক্লীং ইথক শবান্দা শওং-শক্তম কায়বদা মোমোন নোক্লা ইথক্লা য়াইবী নহাক্কী পামেলদা লৈয়োন তইং-তনৌবা লৈনাসুনা ইনখৎলবা য়েননিং, য়েননিংথা ফজৈদকো। য়াইবী মউ লিং, মরা খুজি লৈনা য়েৎ, মশাগী নীংথিনা লোং, মঙক লুক্লা হৌ, পামজবা পাম্বী শিদ য়াই ওইজনীংব্রনে নহাকপো? ফৈরেনথক্কী লৈশাৎতো, ফৈরাথক্কী হৈরাংগুম নীংজবদি নুংশিবা ঐনা লাই ওই, নহক্লা মী ওই তইংনা তুংনফম ওইরবা কোরৌ মঙালগী মশেক্লা অশংবা উনালক্তগী থক্তোরক, অশংবা উনা মঙাল ফাও, চরোংলক্কী হৈমুন্দো মচুলক্কী নীংথিবা য়ৈদ্রনে মপারি ঐগী শমু হকচাংদা। তাংজবা ফজেৎলক্তা তহেন্নবা মাইথোংদা কোরৌ থক্কী মযাইনৈ, খোয়ুম মাগী

ময়াইনে, চরৈ মাগী ফজবা ওইরদ্রনে? নাইতোম শাৎপী শীঙেলল্লে, লৈনাগী মচা খায়, লৈনা নাওয়োম লৈচলক্তা, মীৎস্নাগী তরুনা তহেল্লবা থম্বাল লৈনা মাল্লি। মীৎস্নাগী মীৎয়েং মাগী চেংলৌসে লৈনা লৈরিবা মান্দ্রা? ওইহন্নীংদ্রনে ইচাশিং খোঞ্জেল্লক্কী পাউখোংদা লাংওন লাইপোক পারিনি। খোঞ্জেল নহাক্কী চেংলৌদি ফংলোইয়ে কনানা উবা, তানশিল্লক্কুনসু য়ৌঙমলোইয়ে নাক্তা নপাঙ্গল শদৌখোং হামচৎনরবা মীহুন্দো অৱা শদৌ খোংলুনু। ইচা নহাকপু নুংশিবা মীৎয়েং মানা শাংখৈনা লাম্না মীৎয়েং খৈদেদো। থবান মরু অচংবা, নুমিৎ মরু তহেনবা, চৈখল মাগী মরুমদা চাউর শারেপ তাল্লিবা, লৈরমগেনে ঐহাকসে ঙাইরমগেনে নহাকপু, লাকউগবা নোংমদো। শকখঙনসে নহাক-ঐহাক, ওইগনিয়ে ঐহাকসে, নহাক্তো ঐহাক, ঐখোয়দি অমত্তনি। লাইওই মপোক্তা পোকপনি, মীওই মপোক্তা পোকপনি নহাক, নহাক ঐহাক অমত্তনি। নখোয় ঐখোয় ওইরিসিদি, ঐসিবু নহাক্কী নত্রনে? ঐনসু ওইরিসিদি নহাক - ইচা !

শৈহেকলোন্নি, ৱারিলোন্নি, লাইগী লাইয়েক্কি মপারি ওইজরিবা পন্থৌ ইপানা হৌ লৈমা ইমাগী মশায়কোনবু শৈথাবীবা। তাজবখক ওইরিবা নমু ভাইবঙ ঐখোয়না মালেমগী মফম কদায়দবু চৎতুনা বারিলোন অসিবু ভাবা ফংলুগনি। নীবতমক হৈরবা শোঞ্জবদগী হেন্দ্রবা ঐখোয়গী মপোক্লা পন্থৌ ইপাগী মভিক ময়াইবু শুপ্নগী বাহৈ অমত্তং ওইরবসু শৈথদুনা ফোংদোকচরবদি পোকপগী মহৈ যাল্লনি। মমা অমগীসু, মচা অমগীসু শৈথারোলনি ফোংদোকচরিবা লৈচল শুদ্রবা বাহৈরোল খরসে।

| | |
|---|---|
| Name | Dr Thangjam Preety, BDS Patna |
| Father's Name | Dr Thangjam Premchand Singh |
| Mother's Name | Thangjam Ongbi Sulochana Devi |
| | Lecturer |
| Address | Keishampat |

For me Panthou is the God because of many reasons Life has given me many good things and one of them is meeting Panthou



After I came and prayed here, my life has been changed I have found inner peace Life is full of hurdles and problems but whenever I come to Panthou life seems easy

One thing I love most about Panthou is that we can share our problems and Panthou always give us the way out of the problems I also like the message Panthou give us about life and death, the way to lead our life is the right path

Whenever I prayed to Panthou, I found the answer to my questions Even if I am alone and confuse, I always knew that Panthou is with me and will always lead me to the right path This is my experience when I am in contact with Panthou

| | |
|---|---|
| Name | Santosh Akoijam |
| Father's Name | Samungou Akoijam |
| Mother's Name | Akoijam Ongbi Sabriti |
| Address | Kwakeithel Ningthemkol |
| | Imphal West |

With



God grac ... the wo[r]... of life We owe our life to him so it is obvious f... to thank him and worship him He is our begining and ... Today I have come up in the top 3 list of HSLCE 2010 only because of the almighty s love when I was working hard with support from my parents teachers and well wishers to excell As I was marching forward in my journey of life I come accross who we all address with love as Panthou I could see God through his eyes A deep belief in our dear Panthou gave me strength and sprritual advancement which are basic requirements in leading a meaningful life As I am signing off I would like to forward my heartful thanks and gratitude to Panthou for his deeds May he continue showinq us the right path

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | কাংজম দেবীশ্রী |
| অপোকপা | : | কাংজম বধাকুমাব |
| অপোকপী | : | গিতাবলি |
| লৈফম | : | |



লাইগী লৈপাক লাইবৈপাক, হাযনৈ মীবোল কযাগী ব্রাবিনা ঐখোযগী লমদমসে। মণিপুব সনা লৈপাকসি থোকউদা থোকই অবাৎপা লৈতে, বাৎতে হাযনসু খঙহল্লম্মী খুদম চাংদম কযা অমগা লোইননা। লাইগা মীগা বাবি শান্নবংম্না, বাবি কযা অমা লেংদনা অদুমক লৈনম্নগ। লোইনন ঐগী মীৎমাংদা উবিবা, ঐনা ঙসি নাংজবিবা 'পন্থৌ' মী ওইনা পোকহল্লগা ঐখোয খুদিংমক্কী অবাবা কনবাবা অমসুং অবাৎপা কযাগী মেনখৎপানবা, মাওইবা ঐখোযগী নমায চম্থানবগীদমক্তা লাকপা লাইপোক্না খন্না নীংজাব। লাই যাম্না লে লমদম খুদিংমক্কী অমদি হাংলিবা জাতিদগা লাই অমাদি অদুম লেনমগনি। ঐখোযগী লমদমসিদা মীবোল কযা অমদি হাঙা লেজবম্না লাইনিংথৌ লেমবেল, ইবুধৌ পাখংবা নাংন। নাংনা শ্রীববা গোবীন্দ, ভগবান কৃষ্ণগা যাম্না নকশিন্নবা হিন্দু চৎলিবা খুদিংমক লাইনিংথৌ লোইনা লাৎলি, পানেমজে। থনক থৌবম খুদিংমক অমদি মীওইনা হাংনদা লাইনিংথৌগী মপান ভাংদুনা লৈ। চাননান অসিগা মপানথোংগী বাহৈদদি কবিগুম্না অমত্ত শোইখিবদা বীষ্ণু নীষ্ণু হাযবগা অশোইবদো ঙাকপীগনি হাযনগী বাখলদা থাজনৈ। ইবুংঙো মহাক্কী লিলা ঙাক্তনি, শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল ঙাক্তনি হেক্তা হাযনৈ। ঐনা সুম খঙ্গবদা শ্রীকৃষ্ণগী মবোলদি ঐ তাবা ফংলবোই পন্থৌগী বাহৈদি ঐ তাবা ফংলে। মতম খুদিংমক্তা ঐ পন্থৌবু কাওবদি ঙমলোই, লাইফম যৌদ্রবসু মতম লৈবা খিবাক্তা ঐগা কবিগুম্না অমগী পাউকৎ পাউদমফম হাযবদো পন্থৌদা অদুম ওইবগনি।

শক ২০০৯, মেরাগী বর নুমিৎতা পন্থৌগী নাক্তা য়ৌজরকখি, শেনয়াই শেনকোকস্ ঐগী ফংজখি, ইদোমচা অলকাগী তুংইন্নদুনা লাইফমলেনসিগী মীযামগীশিংদো উবদা ঐ ঙকপদা লোইখি। পন্থৌদি লাইনিনা থোইদোক্লা মীয়ামশিংদো উবদা ঙকপ ওইদ্রে মরমদি চহি কয়া লিশাং শিংনা থেংনদুনা লাক্লবনিনা। অমুক্তা হেন্না ঙকচবিবদি অদুক য়ামখ্রবা মীযামদো পন্থৌনা শিদ হিদাক পীথকপীদুনা লোইনা থৌজালবীবা মতমদা অরাবা মচেৎ অমা ফাওবা উখিদব অদুনি ঐনা খঙখি লাই হায়সিদি সি ওইরেকো।

ক্লাস টেনগী বোর্দনা লৌবা পরিক্ষাগীদমক এদমিৎ কার্দ অমদি কলম, পরিক্ষাদা শিজিন্নগদবা পোৎলম খুদিংমক পন্থৌদা কৎলি, পুন্নমক পন্থৌনা শোন্দোকপী। পন্থৌগী থৌজালদি লেম্না খক মাংদে, পন্থৌ ইপাবু ঐনা লাইনি খঙ্খিবদি হিসংেবি সনজেক থোকপা নুমিৎতা ফাইনেলগীদমক পাজবদো অমত্তা য়াওবক্লবদা পন্থৌবু থম্মোইদা চেৎনা খকমজবগা টেসতা পাখিবা ময়ামদো লোইনা নীংশিংহনবীদুনা ইজরম্বদো অদুনি। পরিক্ষা হায়দোক্লে ঐহাক ১৬শুনা পোজিসন্দা যাওরে, পুন্নমক পন্থৌগী থৌজাল ঙাক্লনি। কাওন্সিলগী টুযেলব পরিক্ষাদসু পন্থৌনা ইচাদি পাবশেন্টেজ বাংহনগনি হাযদুনা ঐবু কোক পাযদুনা চীংখৎপীদুনা শোন্দোকপী। টযেলবগী পরিক্ষাদসু সেকেন্দ পোজিসন ফংদুনা ইংলিসতা খ্বাইদগী নম্বর বাংনা ফ দুনা পুন্নমক্তগা মকোক ওই। নুমিৎ খুদিং পন্থৌবু খুকমৈজ. নাবৃপ ন ন কাওজবা লেপদে। ঐগা তুংগী পুন্সিগী লম্বা খুদিং পন্থৌনা ... ন তুংইন্নদুনা পুন্সিগী মায পাকপা মীশক অমা ওইদুনা 'পন্থৌবু' ... ওইজগে।

| | |
|---|---|
| মীংলেন | : থোকচোম জুপীতা |
| চহি | : ২৪ |
| অপোকপা | : থোকচোম বীবেন |
| অপোকপী | : বাশেশ্বরি |
| লৈফম | : ৱাংখৈ থাঙ্গাপাৎ কোনুং লৈকায |



ঐনা ক্লাস আইট তন্নিঙৈ মতমদা পাবিগী নাওা লাকচখি। লাইনি হাযনা খনখিবনা ঐনা খুরুম্বা লাকখিবনি, মাইব মাইবীনি খল্লন্নবদি লাক্লগ্লোইদবনি। ঐ হৌজিক এম.এসসি. নবশিং লোইজবে, ঙসিনা পন্থৌ হাযনা খনখিবা পুক্ন ীংগী মাঙ্গৌনি। ঐঙোন্দা পন্থৌ কৌবকউ হাযখিবা লৈতে, ঐবু পাউতাক কযা পীবিবিবা, অবা অনা পুম্নমক কনবীবিবা লাই ওইববু 'পন্থৌ' হাযনা কৌজবা নত্তনা অনিশুবা মীঙ্গৌ লৈজদে। পন্থৌগা থৌজালদি অঙকপগী মথক্তা অঙকপা ওইখ্রে, ঐনা নীংজবনা খজিক্তুং, পন্থৌগী থৌজালনা হেন্না পীনবীবে।

পন্থৌ ইপানা মালেমসিদা শাফোংবীবকপসে ঐদি যাম্না নুংঙাইজে। মীগী লমদদি মশা মশাগী মবোল মযেক চাউখৎহন্নবগীদমক মীনা খঙদ্রে হাযববফাওবদা মাগী মবোল অমদি মযেক্কু চৎনহন্নবগীদমক অদুম হোৎনৈ। পন্থৌ ! নচানা পুনেমজদুনা পাউকৎচবি ঐখোযগী ইবোল ঙাংলগা চাওখৎতবগুম্না খন্নে, মীগী লমদা লৈবগা, মৈতৈ মশেল বাবি শান্নবদা ইংলিশনা শান্নবগা নুংঙাইবা শকই, মৈতৈনি হাযবগা ইকাযজে, চাউখৎতবনি খঞ্জে। চাউখৎতবনি হাযনা ইশা ইথন্তনা খঞ্জবিবসে তৌহনবীগনুকো পন্থৌ। মৈতৈদি মৈতৈ ওইনা অদুম হীংহনবীযু, ইহৈ লৌশিংদি তানজগে। ঐগী পুন্সিদা কাওবা ঙন্নবোইদবা, কাওগে হাযনা

খল্লবসু নীংশিংদুনত লৈরগদবা ব্রারি অমা পুন্সিগী তেল্লবা মীকুপ খরদা ফংহনবীখি। 'পল্লৌ' লাইনি হায়বসে নীংজবা ঐতনা খঙই হায়বদো চপ চানা খঙই। ঐগী ইমাসে মথন্ত পোকই, শওম্বুং নিঙোলনি, ঐখোয়গী ববাগী ময়াম্বুং বাবাচৌগী লোইনবী মাবোক্তি মচিন-মনাও য়াম্মী, মমাগীদি মথন্ত ওইবনিনা অব্রা-নুংঙাই অনিমক্তা ব্রারি লিফম লৈতে। লাই অহিংবা অমা কদায়দা লৈবগে হায়দুনা মমাগী পুক্লীংসে লৈতানবা কোইথি থীখি। খঙহৌদনা শাই ববাসে নীংলকই, মখোয়গী লাইনিংদি ভজন শকপসিনা মপুং ওই, ঐসু মমাগী তুংইল্লি। মমাসু ঐসু থম্মোইসিনা য়ানিংব্রা হায়বদি নৎখিদে, ঐনা ঐখোয়গী মমাসে পারিগী নাক্তা চৎলবদি নুংঙাইনিদা ফগনি খনখি। খঙহৌদনা মমাবু পোকপীরিবী বোবোকসে তমথিরবা লায়না অমনা ঙাওনা ফৈনা নারকই। ঐদি বোবোকসে হায়ফম খঙদনা নুংশিজখি। পল্লৌগী শিদ-হিদাক থকপদগীদি বোবোকসে খর-খর ফরক্লুনা ঐসু লাইরিক তম্বা চৎলে। নীংশিংলকপদা বারিশিংসে ঐ হেক্তা কপনিংই, ঐদি পুক্রিংসে য়াম্না চেৎলি, ববা-মমানসু চৈবদগী নোংমতা কপখিবা থব্রায় নুংঙাইখিদবা লৈখিদে। মমা-বাবাগী পাউতাক মখাদা চৎচৈ, ঙসিসু চৎচরি। মমাদো শাই বাবা নীংবা তোক্লে, অহিংবা লাই, ঐগী পল্লৌ ইপা লৈরিবসিবু হায়দুনা অতোপ্পা লাই করিগী নীংলুগনি হায়দুনা। মতম খরা লৈরগা ঐখোয় বোবোকসে লৈত্রবজাৎনি, লেখিদবগা পাউ-ই অমত্ত খঙহল্লকখিদ্রে। বোবোক লৈখিদ্রে হায়বদি ঐনা য়ুমদা ছুটি থোলক্লবা মতমদা খঙই, মতমদুদা ঐনা 'পল্লৌ' ইপাবু পুনেমজরগা বোবোক্কী মপোকসে অফবা মপোক্তা পোকহনবীয় হায়না নীজখি। ঐনা নুংশিজবসে বোবোক্লা লাইরৈপাক্তগী উবীরগদি ঐনা থারিবা অতরগুলাপ অঙাংবসে অঙৌবা অতরগুলাপ ওইনা শাৎহনবীয়ু হায়না নীজৈ। নীংজবদুমক পল্লৌনা অতরগুলাপ অমা শাৎলক্লে। লাইগী থৌজালসিবু নৎত্র, ঐনা নীংজরিবা অহিংবা লাই, মতম পুম্নমক্তা নীংজখ্রগেকো পল্লৌ, মীকুপ খুদিং, খোংথাং খুদিং পল্লৌগী নাক্তগী লাপথোকহনবীন্ নচাবু।

মীংলেন : গুরুময়ুম গিতা
চহি : ৫৩
শিনফম : লেকচরর, গোভর্মেন্ট পোলি তেকনিক
হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট, সিভিল ইঞ্জীনিয়ারিং
লৈফম : উরিপোক কানটিন লৈরক

ঐনা লাইফমলেনসিদা লাকচবা নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি, অঙকপগী অঙকপগা ঙাক্তা। ঐ ইথন্তা হংজে পুন্সি অসিবু কদায়বু কৌবগে? ঐগী পুন্সিগী থৌদোক বারি কয়া পুনশিল্লগা মপুং ফাগদৌরিব্রা? ইথনতনিকো হংজরিবা খোংথাং খুদিং নুংঙাইরিবা, কনামতনসু নৎত্রি ঐ তরং ওইরিয়ে, তরংগী মযাই অমা ফংলে। 'পম্বৌ' নাক্তা লৈরবা মতম সিদদি ঐগী নুংঙাইবগী ময়াইদো চপ-চানা ফংলে। লন ময়ামসিগী মনুংদা ভোমথিন্নি লাইগী



ময়াইদি (ইঙাগী ৭নি পানবা ইরাই নুমিৎ, জুনগী তাং ১৮/৬/২০০০ অয়ুক পুং ৯ দগীনা পুংজা ১১:০০ ফাওবগী মনুংদা ঐগী ইমিৎসিনা উবিবা পুন্নমক পুক্লীং থম্মোইসিনা নুংঙাইবা ফাওজখি। নুপা ওইবা পুন্নমক্কী মাংথরক্লবা লমচৎ শাজৎসিগী ফনবগীদমক্তা পম্বৌনা ইবাৎ থৌনিবী, ফিজেৎকীদমক্তা নোংমৈনা কযা থিংই হনবা লৈতে পুন্নমক্তা ঙমলকএবা মতমদা পম্বৌনা থৌনিবীদুনা মাংলুরবা নুপীগী শক্তমবু অমুক হঞ্জিল্লনি খনবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে।

ঐ খল্লক্লে অমম্বা লৈরগা অঙানবা লাকপনি, অমম্বনা মহৌশাগী খুৎশেম্মি, অঙানবনা সাইস্সনি। পুন্নমকসে লাইনি, শাবি[illegible] ইস্সনি, পুক্লীংসে লাইনি, ইখুৎসে সাইস্সনি। অনিদি চৎমিন্নে মকে [illegible]দোকপা য়াদে, থব্রায় লৈবনা হকচাং হীংলিবনি। অহিংবা লাইগী মরোল ঐ তারে, মাংগী ব্রারিসু তারে, তুংগী বারিসু খঙলে পম্বৌ লাইওইবা। মীওইনা পোকই ময়াইদুদি মী অমত্তনা ফংবা ঙম্বা নত্তে পম্বৌ খক্তনি। পম্বৌগী খোঙ শোকপা

ফংলবদি হায়দুনা মীপুম খুদিংনা খম্নে। লাকতবনদি উদে, লাইনি হায়দসনু য়াই, অরাকপা ঐনদি উরিবা কৌবনিনা নত্তে হায়বা শুকঙম ঙম্লোই।

পন্থৌনা মালেমসিদা শাফোংবীরকপদগী মপান নাইদনা অফবগী রাহৈদা ঐগী ইচিন মচাসিনা হায়দোকপা ঙম্লরোই। শাফোংবীরক্লবা তারগদি ঐ, ঐনা হীংলিবা পুন্সি অসে করি ওইরমগদগে হায়না, অব্রাবগী নাওয়োম মনুংদা চংশ্লদরা উবা ফংলরোইদ্রা হায়বক হায়নিংই মী কৌবা ঐখোয়সে। হীংবগী মরেক-মহাও খঙবা হায়বদো লাইফমলেন অসিদা চপ-চানা ফংলে, হায়নীংঙাই লৈত্রে লাইনীংবগী কান্নবসিদি পুক্লীংসিনা অমুকসু চাওথোকচৈ। লৈতবা অব্রাৎপদি করিসু নৎতেদা পন্থৌদা হঙ্গৎচরুবদা পুবা ঙম্লরোইদবনি। পুক্লীংসিদা অমুক খল্লকই তাইবঙপানবা মপুনা হুল্লকপা য়াইবীরেল হৈরুদো মমা-মপা ওইবা ঐখোয়না পোকচবনি, ইচাবু শেন্নীবা মহৈ য়ালহনবদি পন্থৌনি। খোঞ্জেল মচা অমখক্তনা মমা-মপা ওইবা ঐখোয়না ইচাদা হায়বনি - 'লাইরিক তম্মু, মীকোক থোংবা ওইয়ু'। মহৈ য়ালহনবগী, মীথোই, মীহেনবগী ময়াইদি পন্থৌ ইপাগী থৌজালনি। পন্থৌগী রাহৈরোল অমখক তাবনা ঐখোয়না তমজরিবা লাইরিকসিগী ফিবান খাজিল্লগা থল্লবনি, ময়েকলোন ময়ামসিদি নোংদোল সোরালেনদগী তারকপা নোংগী লাইজ মরিক্লা মশিং থীঙমদবগুম ইপাগী মফমদা মপান নায়দনা য়াওরে। লাইরিকসি লাইদগী হৌরকপনি হায়বসে পন্থৌগী থৌজালদগী তাবা ফংজরে। লাইরিক ইরে রাহৈ মচা অমখক্লা অর্থ চাম্মা-চাম্মা রাহন্থোক ওইবা খুদম অমত্তং লৌখৎলবদা "মমী লৈবা নুংশিবা নহাক্কী চৈনাগী শাজৈদি কোকখিনিদো নোংমা, তরংদা নুংশিবা পোক্লবা, হাইগৎতবা পীবা শাজৈগী চৈনাশিদি লোইনায়দেদকো। পন্থুং খঙনা তানবা য়াংদৌদি রাজরবসু চৈফম কোকই, তরংগী রাহৈ অমখক্তং য়াংদৌ তানবদি পন্থুং লোইনায়দে। চৈনাদুগী মৈচাক্তো পুঙমদেনে খাংবদা"। অসুক্কী মতিক সাহিত্য ব্রাংখ্রে, লিলা ইরে, ঈশৈ ইরে, দ্রমা ইরে, পাউতাক ইরে, মেংনা থোৎখ্রবা পুম্নমকসিগী মপুদি হাদ পন্থৌ! লাইওইবা 'পন্থৌ', 'পন্থৌ', 'পন্থৌ' পেন্নায়দেনে শোঞ্জবগী থম্মোইসিনা।



তাংবীলৈমা

পীক্লিবা ইচা অমনা 'পঙ্খৌ' ইপাবু পুনেমজবা ফংজবদা হরাওজদুনা 'পঙ্খৌ'বু কয়াম নুংশিজবগে হায়বদো মখুৎ মচা অনিশিনা তিংথোক্লুনা তমলি। (নোংমাইজিং, তাং ১৩/৬/২০১০, লুবাং মতম ৩:১৩)



লনচেনবী অমসুং যুক্তা

'নখোয় অনি ফিকক্তা হাপচিল্লনি' যাম্না চমজবা বাহৈদা পঙ্খৌনা লক্লজবনি। 'পঙ্খৌ'বু নুংসু নুংশিজে, কিসু কি লক্লবদুদি মপুম খিংনা হেক মকপ্পা লক্লবদা কপ্পরবা নুপাচা অনিগা শংথম (তাং ১২/৬/২০১০, লুবাং মতম ৪:১০)



কপ্লবা তুংদা শান্নজবো, শান্নজবো পঙ্খৌনা তাকপীবকপদা হবাওনা নুংঙাইনা শান্নবিবা নূপীমচা অনী। (থাংজা, তাং ১২/৬/২০১০, লুবাং মতম ৪:১৭)

লনচেনবী অমসুং যুক্তা

# তরা

## “‘লাংবনগী নোংমা পানবা’”



ঙসিগী লাংওন লংতাইসিনা লান্নবসিদদি খোংদারুবা তাইবঙ মীওইবা ঐখোয় করিবু তৌবা লাক্লি। ঐখোয়গী ইথৌদাংনা করি, ঐখোয়না হীংগদৌরিবা পুন্সিসিনা কৈদৌঙৈ ফাওবা। ঐখোয় কনামত্তনা খঙবা ঙম্নরোই নুমিৎতো। পুম্নমকশিং তাইবঙ ঐখোযনা খঙবা ঙমদ্রগসু লমজিংবা ঙম্বা মালেম ফম্পাকসিদগী থক্তা শেম্বীবা মপু লৈরি। ঐখোয় পুম্নমক্কী মপুগী শকখায় অদুনা ঙসিদি পোকচরুবা মচা ওইবা ঐখোয়গী ফংঙমদ্রবা য়াই অমা ফংলরে, ঐখোয়গী মাংদা লেপ্লরে। লাপতে নকই অদুবু নীংজরুবা ঐগীদি হেন্না হেন্না নকশিল্লকই ঐগী নাক্তা। লাংওন কয়া কয়ানি শক্লোন পুদুনা লাক্লিবা, চক কয়া কয়াদা শায়োল্লরে ঙসিগী চৈচৎসিদদি মীওইবগী শক্তম ওইনা।

হাদা ‘পম্মৌ’ অপোকপা -
অপোকপদগীসু হেল্লবা ‘পম্মৌ’।

অঙকপনি খোয়ুমগী খুৎশেম, মীওইবগী মপোক্লি। পাখংমথোৎ কারকপনি, পলেম-পম্মৌ অনিগী ফিজিগী নাওম নাওয়োম মরুমদা ওন্ন-থোইনা শান্নজরকপা, মচিন-মনাওশিংগী মীরোন চৎকী শহুমদা চাওজরকপা অদুবু লোইখ্রমাল্লে মীরোনচৎকী লিক্লমদি খুমনগী পুংজা পুংশিংদুদগী।

শায়োল্লক্লবদা তাংজগী শক্তম,
নমু তাইবঙদো ওনখ্রে
তাংজগী শক্তমদা নব্রা পারিদো,
শায়োল্লরে মপুগী শকখায়দা পাখংবা ওইনা।

য়েংঙমদ্রবা থৌদোক্নি, খাংঙমদ্রবা চৈনানি। তাংজগী শাথেক ফিদুপ্পা ওন-থোইনা, লৈন-থেক্লা চৎলক্লে। পলেম-পস্থৌ অনিগী মীৎকী কুম্মে ওইজরম্বা, মচিন-মনাওশিংনা নুংশি-চান্ননা লৈমীনরম্বা পুম্নমক ওনখ্রবদা অঙকপনা থনখ্রে। য়েংশি কদায়, কপশি কদায় খুৎশা থেক্লা খাংবা নত্তনা করিদি তৌরুনি। অপোকপা পস্থৌনা মচাবু চৎখিনু খামজৈ, অপোকপীনসু মচাবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিন্দুনা থমজৈ। মতৌদুদা মপারিনা ‘ঐবু করম্না থাদোক্লসিগেনে তাইবঙগী পস্থৌ-পলেম, ইচিন-ইনাওশিং কায়নবা তারব্রা? তরং ব্রাখল, পুংজা মীকুপনদি য়ৌশিল্লবা, লেপচরম্বা খোংফম মাংখ্রে, খল্লম্বা ব্রাখল পুম্নমক লোইনা অমম্বা লৈচিলনা নাওয়োমবগুম য়োমখ্রবদা তাইবঙপান থাদোক্লগ্নে, মীকুপতুদা চিংশিনখ্রে খোয়ুম লাইওইবগী নাক য়ৌনা। মীরোল খোন্থোক নাথৈরক্লে, খোয়ুম লোন্না পাউশান্নখ্রে, চীংঙু লোনসু হৈখ্রে, মহৌ লোনসু শান্নখ্রে।

পলেম মমা ওইবীদো অঙাওবীগী মতৌগুম থম্মোই খুৎতুম শুনা মালেম থক্তা ওন-থোইনা খাংজখিবা। অপোকপীগী মতৌদা মপারিনা চীংঙু পাউজেল পীরক্লে - হে! মীওই মপোক ব্রাহল্লোই তাইবঙ, শিহল্লোইনে-হে ইচা, সনাগী থম্বাল শাৎহনগদৌরিবনি, শিদ-য়াইনে শৌগৎলক্কদৌরিবসে সনা মচুনে, লুপা মচুনে লিক্লমসিদা চেন্থরক্কদৌরিবনে। অচম্বা নরাদি নত্তেদনা হে তাইবঙ ! মীওই মপোক্তা পোকপনে নচানিদি খল্লি, মপু ঐগী মীরেল শকখায়নে নবা পারিসে। শিদ-হিদাক, শিদ-য়াইনে ইচা পারিসে, চিংখৎলমগে মমা-মপা, মচিন-মনাও, য়ুম্নাক শাগৈ, ইয়েকচা শলাই, ইরমদম লমলেন ঙালহল্লগেনে।

লাংওন-লংতাইনা লাকলবদা কনানা লমজিংবীগনি, কনানা পাওতাকপীগনি, করম্বা রায়েলনা অচুম্বা হীরমদো ওইরক্কদৌরিবনো? মীশি মীনাগী থৌদোক - ব্রাথোক্লা লেপনায়দ্রবদা তেংথারি হিক্লা-হিক্লা

মচা কায়নবগী, মমা-মপা শেৎন-খায়নবগী। মবুং-মৌপ্বা শেৎনা খায়নবা, মীৎমোংমক্তদা খঙনা-খঙনা, উনা-উনা পোপ-পোপ তুনা শিবা। হৌজিক্তা নত্রো ফম্মীন্নরম্বা ইমা-ইচা, নমান্নবা লাক্লে তাকলুবা ঐগী ইচিলসিনা, মী অমনা হংঙী হায়বগী ইচাদো। ঐনা হাৎপনে, ঐনা শিহন্বনে, মী লাকয়ে হায়রমদ্রবদি ইচা শিরম্মোই। ঐনা কৌথোকপনে, ঐনা ইস্থোকপনে, ঐনা হাৎপনে, ঐগী ইচা। কনাননো, হে! তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়বু কন্বীগদবা? অচুম্বগী ব্রায়েল কৈদৌঙৈনো লাক্কদবা, অশেংবনা কদায়দা অরানবনা কদায়দা? লেমলৈ ঙমু, কাউরেন য়েনবা, মী, ফংলক্লরোইনে নুপানা য়ুমলেপ্পা, তারগনি লুখ্রাবী য়ুম্বাল, নুপা য়াওদনা য়ুম্বালবা। নোংম-নোংমগী হাৎতোনরক্লীবা মশিংনা ব্রাৎশিল্লক্লবদা নুপাশিং চাওরম্মনি খল্লুবা ইচা পিবা অদুগা ইচা নুপা পোক্লুবগী লোইনায়দ্রবা ঙসিগী পিরাং - পুম্নমকশিং অসিবু কন্বীনবগীদমক্তা শাফোংবীরক্লিবা ঐখোয়গী 'পস্থৌ'নি।

ইরমদম কংলৈ ঙসিসু লাইরৈপাক্লি, ঐখোয়গী লাইরৈবাক লাইওইবা কয়াগী ব্রারিলোন, বারি লোলদুবু মীওইবা ঐখোয়না লিদুনসু লোইররোই। নিংনা শোন্না লাকখিবা, নিশিং নিংশিংনা চৎনখিগদৌরিবা মীওই মপোক ঐখোয়গী লিক্লম খোঙ্গুলবু মাংদনবগীদমক্তা থম্বীরম্মী লাইনিং লাইশোন, থৌনি থৌগায় ফিজেৎ লৈতেং য়ুমলিং খুল্লিং, য়ুম্বাল কৈবাল চাদা নাওদা পুম্নমক লৈশেম নুংশেম পুম্নমকপু শমতায়বীদুনা ঙসিসু নীংশিংসি, কাওনরোইশিং কাওঙমদেদো, শক ১৯৯৫, লাংবনগী নোংমা পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী খুমনগী পুংজা ৯:০০ (মাপন)।

মালেম ইমাগী ফম্পাকথক্তা শাৎলিবা লৈরাং কনাগী ওইগনি খোয়ুম মহাক্কী নত্তনা। ময়াইতবু ফোঙদোক্লবগীদমক লাকখিবা খোয়ুমগী মরল, খোয়ুম লাইগী ময়াই, মীইওবা ঐখোয়নি ঐখোয়। ওইরম্লে মীওইবগী মপোক্তা পোক্লকপা লাইপোক শাফোংবীরক্লে পারি শঞ্জেনম্না পাখংবা ওইনা, মীরেল য়াইবী মরু অচংবা মপুগী শাখায় মীরেল মীওইবলক্তা খোয়ুম্না খোঙদাবীরক্লে ওইরক্লে লাইগীদি পুঙলেন তাইনপুং, লাইকোল, লৈকোল, লুব্রাং চাইকোইনুং, হৌ লৈমা ইমাগী কংলৈপুং,

ব্রাৎপা লৈতে লাইগী ময়াই, নাপীসু উনাসু য়াইগী য়াই। পুম্নমক লোইনা ওল্লক্লে, অহিংগী লাইজ লিক্লাগী ঈরিকক্তো ওইরেনে মীপুম খুদিংগী শিদ-হিদাক ব্রাহৈগী মেংল খোঞ্জেলনা লাইয়েক মপাল শারক্লে। খোঞ্জেলগী ময়েক্কী তাম্বাদো পুরেল লাইব্রা পুয়ানি, মীনুংশিগী মীয়েং তৎনথাদ্রবা লংলাদো য়াইগী থৌরি কোঙ্গোই লাইব্রা লংলানি। শেংলবা পাক্লবা তরু তহেল্লবা ইপাক্তা য়াইবীরেল খোঙলম ঈতিনফম চেনশিল্লক্লে লোইনায়দনা তপ্না তপ্না ঈশিংগী ঈরৈ, চাওখৎলক্লি মীয়ামগী লাইজগী ঈশিংগী ঈচাও, ঈরৈগী তুংনফম ঈথৈগী ঈরোং খোং কয়াঅমগী লেংথোরকপগী লোইনায়দা খোংলম কয়াগী লীক্লমসু ওইরে ঙসিসু। হৈরাং অমগী লৈরাং অমগী লৈশকসু হেনগৎনা লৈশালক্তা হৈরাং মাসু হৈথোয হেন, হৈনম লৈনম্মা পুমথন থন, থম্মোই পুম্নমক পুমশুম শুমহৎ, মৈশালক্কী মৈব্রায়না পুক্লীং খাম্বী মৈচাক্লা লৈতানদ্রবা মীওইপোক্কী তেংথালক্কী ঈচেল্লক্তা থৌজালগী ঈরিক খিকপীরিবা তুইংহল্লবা পুম্নমক্কী হা খোয়ুম লাইগী মচা পারি, নিংজবা ঐখোয়গীদি পম্লৌ।

চহিকুমচা খুদিংগী পাংথোক্কুনা লাক্লবা লাংবন নোংমা পানবা কুমসি কুমজা শক ২০১০সিসু অদুমক পাংথোকই। হন্দক্কী চহিসিনা ১৬শুবা চহিনি, লাইওইবনা লমলেন খোঙলেনথোকপা কোরৌ নুমিৎ ভাং ৯ শক ২০০৯ নুমিৎতুমক তাবা নুমিৎনি।



অহানবদা মঙাং পুংজা ৭:৩৫ দা হৌ-লৈমা পলেম ইমাব্ যকাই লাইশোন হৌদুনা পলেমগী চরৈ ফি অহনবা হোংজরগা হৈরাং লৈরাং মৈরা মেক্রুক, অথেন লোইপোৎ থেনগক্তুনা থৌনি। মঙা পুংজা ৯.০০ লমলেন লমদম য়াংদৌবী, লৈরক খুল্লক ভুবোনবী হৌ লৈমা পলেম ইমা, ইবুধৌ শলাইলেন শিদবা

শিদবী, লুব্রাং পলেম পন্থৌদা হৈরাং লৈরাং, অথেল লোইপোৎ লানখত্তুনা য়কাই লাইশোন হৌরগা থৌনি ইরাৎলি।

মঙাং লৈথরক্লবা পুংজা ১২.১৫ হৈরাং লৈরাং কৎচরিবশিংবু থৌনিদুনা কাইথোকচরগা লাক্লিবা মচা পুন্নমক্কী চরৈ ফিগাওদা পুন্সি চেংজেল, হৈরাং লৈরাং, শিদ-হিদাক্লচিংবা পুন্নমক থৌজালবী। লুব্রাং পুংজা ১.৩০ তারকপদা লুব্রাং মতমগী থৌনি, লাইশোল হৌদুনা মৈরা মেক্রুক কত্তুনা থৌনি হৌই। অঙকপনি খোয়ুম লাইগী থৌজাল লাইগী মতিক ময়াই খঙহৌদ্রবা মীকুপ অমদা শিন্থা পাংথোকই। থোক্লরগদবা থৌদোক ব্রারম লিক্লম্নি তরংগী পাউজেলনি।



লুব্রাং পুংজা ২.০৫ দা পন্থৌ লাইফমগী মমা ৩৬, চবৈ ফনেক কুর্মজিংবী স্না মচুনা ঙখা মমিৎ চেনবা ফনেক শেৎলি, কোকশেৎ অঙৌবা শেৎলি, ফুবিৎ অঙৌবা লিৎলি। পন্থৌ ইপানা মাং থাবগা মমাশিংনা তুংইন্নজদুনা নোংপোক থংবা খরাই থোঙ্গালদা লেংথোকই। অনিশুবা হোজংদা লেংশিনবীবক্তুনা তলা পামেল বোরোইদা কাইদোংলিবী নোংদোল শাইমুক ফিজোল লৈতেংবী পলেম ইমাদগী কৎচবা কবোক অফাবা নীজরক্লগা পন্থৌনা চাইর চাইরগ সন্নথোং লানশিনবীরকই। কবোক চাইবা মতমদা লাইওইবনা অসুম্না তাকপা - তিনমু ফত্তবা, লাইমু ফত্তবা ঙসিদগীদি থৈবম্নগে, তাইবঙ ইচাশিংনা লাকচবদা তিনয়েৎনবা, লাইয়েৎনবা লৈহল্লোই।

সন্নথোং লানশিল্লক্লে শোন্নপুং মযাইদা মমাশিংনা পুরকপা পোৎলমশিং থারে। মীতিনশঙগী শঙলেন অঙকপনি ফজবগী লৈতেং, চবৈ ফি অঙৌবনা নোংদোল ফিজং খনখ্রে লোইননা "পন্থৌ" ইপাগী

তরংগী পাউজেল পীরকই।

লাইরেম্বী কারো কারো
কারে কারে....
হৌই - হৌই - হয়া হে
কুমশি চহি নোংজাসিদি
মহে মরোং কংগনি
লৈনা লৈনা চাবা ফংলোইয়ে
মহে মরোং কংগনি -।
নাপি মকা চিক্লসু
খোয়ুম থৌগল ঙমজগে
য়া - য়া - য়া ....
হা - হা লাওনৈদা
উনা - উনা লাপনৈদা
চাগেদা ফংদেদা
লৈগেদা ফংদেদো -।
পায়দবা নত্তে পৈশাদো
পায়না পায়না ফংদবনি
পুন্সি নুংশাংবা নিরসি
হো পলেম ইমা হৌ লৈমা
পুন্নমক্তি ইমাদগী থোক্লকপনি -।
ইমাদগী নিজবকপা হৈথ-পোৎথা থারসি
হৈথেল লৈথেল থেল্লসি
নাপিসু হাপ্লসি, উনাসু কৎলসি -।
খোয়ুম লাইনা হায়বদা
চংবী লারোল নোংপোক ওনবা কৎলসি
লাইগীদি লাদা ফিদা ওইবসি
লাইদা হৈকৎ-লৈকৎ তম্বদি লাদনি -।
খোয়ুম লাইনা পীবদি
নিবদনা মব্রাৎলি, উনাসু মকৎলি,

হৈগী মপাল থিরসি
লৈগী মপাল থিরসি
হৈগী মপাল কৎলসি -।
হৈরাং মাবু কৎপদা
লৈরাং মাবু তুংইনশি,
লৈরাং মাবু কৎপদা
হৈরাং মাবু তুংইনশি -।
হৈগা লৈগদা লোংলেদো
নুংঙাই মপাল শারেদো
লৈশেম খুম্থোক হৌরেদো
নোংদোল ফিজং খল্লেদো
মালেম খুজি থেৎলেদো -।
হো! খোয়ুম লাইনা পীবদি
পম্থৌ হায়না লমথাগে
পলেম লিক্রম চেম্থরে
হৈসু মপাল শাৎলে,
লৈসু লৈয়োল চোংলে
হৈরাং মকে শেম্বনি
লৈরাংসু মকে শেম্বনি -।
খোয়ুম লাইনা চাবদি
লৈহি খৌবুম থন্না থক্তেদো,
খোয়ুম চাকথা থারশি
লৈকায় লান্না খোমদ্রসু
পুক্লীং ব্রাখলনা খোম্নসি -।
লৈজ-লৈজবা কৎলশি
চহি কুমজা লাকপনি
শাগৈ-শলাই শুরেদো
যূম্লাক শাগৈ ব্রাৎতরে
খুমন চকব্রাই হৌরক্লে,

মঙাং শিন্থা হৌখরে
লুব্রাং চীন্নাই শিন্থাসি
হায়খিবদা মখঙসি হায়নশি, য়ানশি -।
লুব্রাং ফিজং খল্লেদো
লীরোললনা ফম্পাকনরেদো
খোয়ুম লাইগীদি লাদনি, লা-দনি
কনাদদি তাপনি লা-দদি তারেদনা
হৌরশি, কৎলশি, কৎলশি -।

লুব্রাং মতম য়ৈথরক্লবা পুংজা ৪ দগী ৫ ফাওবা লাকচরিবা মচা মনাইশিংদা শিদ-হিদাক থৌজালবী। খুমন পুংজা ৫.৩০ তাবদা খুমন মতমগী লাইশোন থৌনি মীকোল্লি। শিন্থা পুম্নমক পন্থৌনা পাংথোকই, লাইফম অহুমগী থৌগল পন্থৌ ইপানা পাংথোকপী, অতোপ্পা মচা অমত্তা চংহন্দে।



খুমন পুংজা ৮.১৫ খোয়ুম লাইয়াম পুম্নমক্কী হৈকৎ-লৈকৎ, হৈথেল-লৈথেল থেনগৎলি, পন্থৌগী নক্লা লৈজবা মচাশিংনা থৌগল চংই। খোয়ুম লাইয়াম খুনদিন্নবা হৌরবদা শমু হকচাং শাথেক ফিদুপনরকই। পুংজা ৯ খোয়ুম লাইয়াম খুনদিন্নখ্রে, খোয়ুম লাইয়ামগা পাউশান্নদুনা পন্থৌ ইপাগী মতিক ময়াই হাপখ্রে। কুমসি চহি কুমজাগী য়াইফমবা থৌনিবীদুনা মচা মনাইশিংবু নাওকোনবী, মানা মানা নীংজবা নীজবা খুদিংমকসু থৌজালবী। অসুম্না লাংবন নোংমা পানবদা তাইবঙ মচাশিংনা নীংজবা, নীজবদা মনিং থুংই হায়দুনা লাংবনগী নোংমা পানবদবু চহী কুমজা খুদিং ঙাইনরি।

ইয়েকচা, শলাইচা পুম্নমক লাইশোন-লাইনিং অমগী

হৌরকফমগী লিক্লমদগী লাকখিবনি, লিক্লমসিগী পোলোইগী লম্বীদুদা চৎনখিগদৌরিবনি। পুম্নমক্কী হৌরকফম, মালেম ইমাগী তম্পাক, ফম্পাকথকসিদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনা অমত্তা ওইনা পুল্লবা মীরেল মরু অচংবা, য়াইবী মরুরেল ওইরবা নীংজবশিংগী পন্থৌদি ওইরেনে লাই। নীংজবনা মচানি, শান্নরে মীগা লাইগা নক্ল ব্রারি। হীংমিন্নরিঙৈ পুন্সিসিনা নুংশিনসি, চান্নসি, নীংশিংমিন্নরসি, ইংহনমিন্নরসি মালেম ইমা, স্না লৈপাক মণিপুরসে ঐখোয় খুদিংমক্কী লাইশোলগী লাইনিংসিনা – হা-দা পন্থৌ। খোঞ্জেলদুনিকো পন্থৌ ঐবু পোকপা অপোকপদো কৌবদায়নে পন্থৌ নোংমগী মনুংদসু পন্দবা য়াদেকো পন্থৌ, হা-দা পন্থৌ।

– ০ –

# তরামাথোই



ঐ মহৌরোল পুব্রারমগী ব্রারম লীক্লম্মা ইদুনা থব্রম্বা লারে পুয়াগী, লাইগী লাইয়েক য়েক্তুনা থব্রম্বা অদুনা, ঙসিদি নোংদোলথক্তী সোরারেনগী থাশিগী মন্নবা লৈচিললোন্দুদা লংলবা থর্রালমিচাক্লম্মা হেৎগৎলক্লি মৈহৌরোলগী বারী মালেম ঈমাগী ফম্পাকথকশিদা। লাইওইবগী মতিক ময়াইনক্লা থৌগল ॥

ফাংজরিবা নীংজবা ঐখোয়না ফংজৈ, খোয়ুম লাইওইবগী মপাল নাইদ্রবা হি-য়াই, মতিক-ময়াই কয়া অমা। লাইগীদি অচানবা মনাই তাইবঙ মী ঐখোয়নসু লাইওইবগী ঙাকলৌ খুয়া থম্বাল শোক্তুনা পুনেমজে। কৎনিংবা হৈরাং মচেং অমত্তং, লৈগী লৈনা মচেং অমা, লাইজ ঈশিং খুয়া অমা, মৈরা, মৈক্রুক নোংমগী থৌগলজে। লাইগা মীগা য়াম্না নকশিন্নবা, লাইগী মপাউ তাইবঙ ঐখোয়না তাবা ফংজৈ, তাইবঙ ঐখোয়গী অব্রা নুংঙাই পাউকৎফম লাইওইবগী নাক্তা পাউদমজে। পুন্সীরোল কযাগী বারী মীনম্কনগী থৌদোক কন্দে, লোইব নাইদে লাইওইবগী নাওইবগী [illegible] শাপ্পবম্মা লাইওইবগী চানশ্রবা [illegible]

হাকতক্কী ব্রারী, ইরম্মী নুঙদা লাইরিক কয়া অমা, ইপা-ইপু পোকপগী মতিক-ময়াই। ঐখোয় মীওইবনা লমদম অসিগী ওইনা লৈবাক্কী অমাইবা-অমাইবীনা ইপা-ইপু পোকপবু লাইহৌ হৌদোকই লাই, য়াকাইরে হায়রগা থৌনি পরে চেৎতুনা খুঞ্জাও-লৈচাওনবা চাকহোং-ঙাহোংনবা, পারি-ইমোম মপান শাৎ মহৈ য়ান্নবা, চাদ-নৌদ, লৈরিক-লৈরাক থন্নবা, শিদ-নাদবা, পুন্সীবা-নুংশাংবা হায়না য়াইফন্নবা খোয়ুম লাই ময়াম অমা হরাওনৈ, ঙসিসু মীংলেন অদুমক মাংদ্রি লাই হরাওবা। কনা অমনা লৈবাক্কী অমাইবী, অমাইবশিং মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সীরোলদা নাথৈবা শুকয়া য়াদ্রবা, থৌনি লৈতায়-নুংতাই শংদায়বা ঙম্বা লৈবাক্কী অমাইবী অমাইবা ঙসিসু অদুমক শীংথানান্দুনা লৈরি।

লাই হরাওবগী লীক্লম খরা, লাইপুং হরাওবা, কংলৈ হরাওবা, ফুরা, নোংমাই, শঙলেন হরাওবা মখল-মথেল খরা লৈরি মীওইব ঐখোয়গী কংলৈ ফম্পাকথকসিদসু। ঙসিগী লাংওন শীন্থা শীন পাংবীরিবা পন্থৌ ইপাগী ব্রাহৈ খোন্থোকলোন, লৈপাক খুঞ্জাও-লৈচাওনবা, চাকহোং-ঙাহোংবা, শিদ-নাদবা, পুন্সীবা নুংশাংবা, মপারি-মমোম, লৈরিক-লৈরাক থন্নবগীদমক য়াইফনবগীদমক পন্থৌ ইপাগী হরাও থৌনি ঈরাৎ লাইপুংসিদা খোয়ুম লাইযাম পুম্নমক্তা থৌনিজরে হরাওনা নুংঙাইনা, ঈরাৎচরে মীপুম খুদিংমক্তা হৈ-লৈ থেন্দুনা, খোয়ুম ময়াম, চীংঙুশিং ১) ইপু খোংনাংথাবা ২) লাঙ্গোল লুখোই ৩) ব্রাংঙু বাজি ৪) ব্রাহেং খেমা ৫) নম্বোল থোং হিমাইবা ৬) শামুরৌ চিগোং ৭) কমেং ফদিবা ময়ামদা মপারি মমোমলোইশিংগা পুন্না থৌনিমিন্নরে। তাইবঙ মপারি মমোমলোইশিংদুগী শেংলবা থম্মোইগী থৌনিরোল চন্নবা পুক্লীংলোন অদুদা লাইওইবা ইপানা য়াই কয়া খিকথদুনা তাইবঙ মচাশিংনা হরাও তয়াম্ন দুনা খুঞ্জিঞ্জবা, তাইবঙগী হরাও তয়াম্বগী মতৌ উবদুদা লাইওইবসু মোমোন নোক্লে, হরাও তয়াম্না।

পন্থৌগী লাইফমলেন, মাইকৈ মরীগী ফিবান শেন্নপুংগী লৈতেংদা উবা ফংগনি। ইচম-চম্না অমদি ইরাই লাইনা থমদে চৈঙাকলোন য়াম্না লু-নান্না থম্মী। মীওইবা অমনা মখোং হেক থাংজিল্লকপদা মতোমতা হংজৈ ব্রারকচৈ খোংথাং।

ফমমেনলোম থংবা মাইকৈ পন্থৌ শকপগী, নোংপোকথংবা মাইকৈ পিবশিংগী, নোংচুপ থংবা মাইকৈ পংলেমশিংগা, অবাং-মাইকৈ নিংঙোলশিংগী চিংখৈদা পন্থৌগী শঙলেন। 'পান্থৌ'না তাকপা মীপুম খুদিংমকী চৈঙাক চৈখন অমমম থমগদবনি, চৈখন অদুগা মকম থপ্পা ফংলিবা মীওইবা ঐহাক্কী নরল হায়না লৈগনি। মফম খদি মক্তা নহাক্ক ফিদা লৈগনি, চৈঙাক খঙদা নবোমদম খোংথাংবা নহা ভু নগম খুঁদদা চঙ্কম লৈতে। মা অমা ওইনা পোক্ল দি মী অমা ওইনা হংদবনি হায়না চৈঙাকলোন অসি পন্থৌনা তাকপা।

খামেন চৎপা ফিজোল অমদি নমথাং খুল্লক লৈপাক নিংথৌ মৈহৌরোল য়েলহৌঙৈগী বারীলোনগী মতীক ময়াইখক্তনা চবৈ অসিবু শমুহকচাং থোংগদবনি। মতাং মতম চাদনা পংশেৎ শেৎপা যাদে। খামেন চৎপবু থোনবদা ফিরোল অহুম্না নুংদা থন্নগা মপান্দা থোনগদবনি। নমথাং খুল্লক অসিগী কোকথোন হাপ্পদা চিবোং চীনাইবা লৈরাংগুম্না লৈশাংলি মতীক ময়াই লৈনা। ফিজোল অসিবু মথাই থাইনদগী লৈবকপগুম পন্থৌ লাইফমলেন অসিদসু মতীক মগুন লৈনা চৈঙাক কাইহন্দনা থমলি ঙসিসু। 'পন্থৌগী লাইফমলেন, লাই হরাওবা-লাইগী লাইপুং হরাওবনি' হরাও থৌনি ঈরাৎ হায়না মীংথোনজে।

কুমশী কুমজা চহী ১৬সুরকপগী থৌরমনি। মেরাগী নোংমা পানবদগী তরানি ফাওবগী মনুংদা পীবীরীবা থৌজালগী মঙালগী ময়াই, শেনকোক শেনয়াই, তাইবং চেংজেল, পুন্সি চেংজেল, শিদ-য়াই, নাদ-য়াই কয়া মীপুম খুদিংমক্তা। লাইশোনগী শৈহেকনরী মপারী মমোমলোই কয়ানা কৎলি চৎকোই খুথেক। মৈহৌরোল লাই হাক্তক্কী চৎনবী, চৎনদুনা লৈরম্বা লাংদ্রেন, তৌদ্রী, পেনানা খুৎসু ওইদুনা। অমাইবী চৎকোইগী



ফীজেৎ অঙৌবা, খামেন চৎপা, রেশম ফুরীৎ, নীংখন, নিংঙম শমজী, ফনেক ময়েকনাইবা, কজেং লৈ, লাইগীদা



হঙ্গামপাল ফী মতেক ঈমচুনা মোইরাংফি হৎপা খ্বাংচেৎ লাকনা ফি, খোইখা শেৎথবা নিংঙোল শাইকক শকতাক, লুতুং শম্বুল লৈনা পুল, ফীদোল চীংখৎনা শেৎ পলেম শক্তম লৈতেংলক্তা, মরৈ লৈ, নাচোম লৈ, শন্দ্রেম্বী পরেং, ঙাঙ্গোই পবেন, হৈক্রু পরেং, খুজি পোকচাওবী, কয়াসিনা লৈতেংলগা লাইপুংসিদা থৌগল্লিবী ইচা নীংঙোল অমদি পলেমশিং। পম্বৌ শকপাশিং অমসুং পীবাশিংনা ফুরিৎ পুমযাৎ ফৈজোম, লেংয়ান, লাইফমসিগী ফীজোল নুপী-নুপা পুম্নমকশিং অসি মণিপুবগী বাৎত্রবা লনকৈ পুকৈনি, খজিত্তুনি পনজরিবা বাহৈগী লৈচলনা বাৎলবনি লৈহৌবিবনি লোইবা নাইদ্রবনি। হবাও-থৌনী অসিনা লাইফমসিদা মীপুম খুদিংমক নুংশিনহল্লি ইমা-ইচা, শাগৈ শালাই, ঙাই-শেল, ইরী ইতা, ইচীন-ইনাও, খঙন চান্নবা, শাগৈ-শলাই পুম্নমক শকখঙনহল্লি। লাই হাযবা অমসু উহল্লে, ময়াই খঙহল্লে, মঙালসু খঙহল্লে। পুক্লিং বাখলসু লাকশিন্না লাইবু নিংবসু তন্বীরে। মীকুপ অমত্তং ওইববসু শীগদবা নাগদবা অৱাবা কয়াদগী খৈদোকপীবগা নুংঙাইবা শকক ওইহল্লি। ইবমদম অমদি মীযাম পুম্নমক্কী য়াইফনবা মীওই কযা অমা নৎত্রবসু মীওই অমা অনিদং ওইববসু কনবীনবা শীনবাংবীরী।

চৎকোই ঈশৈ অসিনা লাই হরাওবগী মীংলেন অমদি শক তাকপা ঙম্মী। পুম্নমক লাইদগী হৌবকপনি, লাইদগী পুথোবকপনি, হৈ কৎলি, লৈ কৎলি, পুক্লিং বাখল যাইবীরেল কৎলি। ৱাহৈ অমখক্তং পুনেমজবনা অমম্বা লম্বী অমবু চাওনা ঙালহল্লি। ঐখোয় মীওইবনা হিংবদা তঙাইফদ্রবা ইরল অমখক ওই, লাই নিংবা হায়বসিনা। লাই হায়বসি পুন্সিগী তৎন-

থান্ন য়াদ্রবা হিংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা ইরল অমনি। অদুনা মরম ওইদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা লাইগা থাগোন্নসি।

চৎকোই ঈশৈ পুম্নমক লাইওইবনা থৌজালবীবনি, লাইওইবগী শকখায়নি। চৎকোইগী ব্রারিরোলদা পঙ্খৌনা থৌজালবীব : মীওইবা অমনা মরোল লোলহল্লিবা মীওইবা অমনা শেৎলিবা ফিজেৎ লৈতেং অমদি মীওইবগী হকচাংগী কয়াৎ পানফমশিং অসিসু লাইওইবনা পুথোকপনি। লাই হায়বসিদি মৈসু মশানি, ঈশিংসু মশানি, নুংশিৎসু মশানি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম্না ইরোয়ননা হায়না হুম্না, থেক্লা খোইনা উহল্লিবা হৈপাল লৈপালশিংদা নকশিন্নবা খুদম তাক্লবদা মদুমক লাইনি। নোং তারক্লে খোঞ্জেল য়াওবনি, ঈশিংগী ঈরাওখোল নুংশিৎনা হুন্নক্লে খোঞ্জেল য়াওই, মৈনা চাক্লক্লে মৈ চাকপগী খোঞ্জেল মদুগী খোন্থাংদুদা ঈশৈগী ময়েক পানশিল্লগা শৈশক অদুমক থোকচরকপনি, লাইগী ওইবা মদুমক্তা তাক্লিংই মীয়ামশিংদা, ঈশৈ লাইগী মরলনি। ঈশিংগী শাথেক ঈরাওখোলদা লৈনা থেক্লা চৎলকপা অমদি মৈরিনা চাক্লকপদা উরু উরু লৈবসু য়াওই, ফ্রে ফ্রে হায়বসু য়াই। ব্রং ব্রং অসুম্না মৈরিগী ঈহৌ নুংশিৎনা শিৎলকপা মতম, উ পাম্বী অমদা কাইদোংলগা উশাদা ফ্রে ফ্রে হায়বা য়াওই। উফুল ব্রাইফুল পুম্নমক্তা নোংলৈ নুংশিৎ কৌদুনা উরু উরু লৈশিল্লি মদুমক্তা মরম ওইনা চৎনা কোয়না মীনা শাববু চৎকোই হায়না কৌবনি, মসিমক্তা লাইদগী হৌরকপনি। চৎকোই অমা, ঈশৈ অমা, মসি অহানবদা লাইদা কৎকদবনি, কৎপা মতমদা নুংশিবা, নীংজরকপা, উজনিংঙকপা, হরাওবা, থম্মোইসিনা পেনবগী কপ্লিংবা পুম্নমক নুংশিবদগী হৌরকপদুনা ফজবা খুদিংমক ঐতগী ওইনিংলকপা, নুংশিবগী মহাও খঙলকপদগী তাঙ্কক কয়া কয়া লৈখ্রে। খুদম ওইনা শৈশক অমখক্তং, খুনুং শৈহেক্তা :

নীংজরি পলেম ইমা হৌ লৈমা
লুব্রাং পলেম পঙ্খৌ
লৈনুং নুংবিরেল শাথৌবা ইবুধৌ...

মচা ওইজরিবা ঐনা ইচম চম্না অহানবদা হায়জরম্মী, কোন্নদি

ইমানা অসুম্না তাকপীবকই:

লমলেম্না লমদম যাংদৌবী
লৈবক খুল্লক তুবোনবী
হৌ লৈমা ইমাগী
মীংলেন মীংখৈ শোঞ্জগে...।

অসুম্না পুক্নীংসিদা যাম্না নুংশিনা শক্লকই। লোনসে থোকপা হৈবে ঈশেগী শৈহেঙ্গা ইরৈসু খৎপা ঙম্লে। নুংশিনা থৌগলনিংলকই ইমিৎনা উজবা ফংজবিবী মাঙদা লৈবীবিবা পলেম ইমাগী শক্তমসে

পলেম ইমা হৌ লৈমা
চেংলৌ মাযথো নিংথীজৈদা।
শাযোন লাংগুন যাম্বানি,
নো দোলদা লৈবে নোংদোল লাইবেম্বী
খাদা লৈবে মালেম লৈমা
শঙলেন নুংদনা ইমা লৈমবেল কুকম শিদবী,
ফঙ্গাদা লেবে ইমোইনু
ইবোলনুংদনা ইবৈমা
লাইবেম্না শাযোল ইবাই লৈমনি।
লমালেন লমজাও লাইবেম্বী
নোংথা লাইবেম্বা ইমানি,
চপানথোক্‌ইবা লা ওল্লিবী
চাম লা ইবেম্বা ইমানি
[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible]

ফৌনা ইগী পন্দোংগুম্না
তুংযানদা তাবা শন্নাংনা
জম জম বাই বাই ।
মায়খোংদা তাবা শন্নাংনা
চুমথাং লাইবেম্বী লৈতেংনি,
তইংনা মাযখোংনা তনৌবী
সনা অহিংবা মচুনি।

অসুম্না শৈশকখ্রবা তুংদা নুংশিবা ফজবা অমদি পুক্লীংসিদা মীপাইবা পোক্লে। শক্লিংলকই শৈহেকলোন কযা কযা, মথং মথং।

তাইবঙ নোংদম পলেমগী থৌজালনি,
মীওই মপোক নুংঙাইবা
খল্লদে মপোক অমগী বাবিসু;
থেংনবক্কনি খল্লদে নিংলুদে তাইবঙগী অবাবা।
পক্লাংগী অবাবনা লাক্লবা মতমদদি
সনা লুপানা কৈদৌনি,
ফিজেৎকী লৈতেংনা তাংজকবা
কল্লম্বা ইপাঙ্গলনা কৈদৌকনি
ফজবা মাযখোংনা কদায চন্নর্কনি
নংঙাই হাযনদু অসিবা মীওইশিংপাক্কী,
অবানা নোংদম্না ইমাংদা [illegible]
তাইবঙ মপোকসিদা

শৈহেকলোন অসিদা ঈশৈ [illegible] খোলনা কল্লম্নদগী [illegible] [illegible] থেংবকপা, [illegible] শিংনা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] শিংলকপা, মৈন মৈখা [illegible] [illegible] [illegible] থোংথাবোল হাযনা শকই।

লেমবেল শেতেঙ্গা:
মালেম্না কংলৈ পংলেনসে
মীপাই খবাম [illegible]

নুংশিৎ মরু ফুব্রুক্লে
ঈশিংনা নাওয়োম কায়রক্লে।

পাখৎপা শৈহেক্তা শক্লবনিনা চোংনা শকই, ঈশৈ হায়বসিনা লাক্লবগী তুংদদি খুবাকসি খরা খরা য়াওনিংলকই অসুম্না অমুরক অনীরক খুনিংলকই, খুরকপা মতমদা নুংঙাইবা য়াওরকই। নুংঙাইবা য়াওরকপা মতমদা হবাওরে, নুংঙাইরে খুবা হৌই অহানবদা। হরাওরে, নুংঙাইরে, য়া-য়া-য়া হায়না অহুন্নক খুরকই। অহুন্নক খুরকপদদি ইশাসি ইনিল অমা কারকই।

শিঙেন লৈরাংনা খুজোকসে
লৈচল শুদ্র শিঙেলনি,
লৈগী লৈখোক লৌবীয়ু
লৈগীনা শিঙেল লৈয়োলবু লৌবীয়ুদা;
হৈরাংগী হৈকোক লৌখৎপীয়ু
হৈনম লৈনম পুম্নমক পলেম ইমাদা কৎচরি।

অসিদগী খুৎশাসে কোৎপা হৌবকই: অহানবদা কৎচবগী খুৎসে লোল্লি অসুম হাযনা লৈবাংসে হৈথৈ। লাইগী চৎকোই ওইনা হান্না মীৎ মপাদা কোৎলি। অনীশুবদা লেংগী মপাদা ওইনা হান্না কোৎলি, খোইদৌ মপাদগী ইমা অমা ইপা অমা, খুৎ ওইনা ইমাগী, খুৎ যেৎনা ইপাগী। খুৎ খুৎশা অনী অসিনা খোইদৌ মপাদা কোৎলগা যেৎতগী ওই কোৎলি অদুগা ওইরোমদা থাদৈ। মীবোলচৎনা চৎকোই শাবা হৌবদি যেৎতনা হৌগল্লি। লাইগী লাইমাংদা চৎকোই অমখক্তং কোৎপা, অমা কোৎপদগী ১, ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮,৯,১০,১১ অসুম্না মপুং ফানা লৈনা থেক্লা চৎনা কোইনা শাববু ঐহাক্কী ওইনা চৎকোই হায়না কৌই। কনাগুম্বা কনাগুম্বী চৎকোই হৈবা হৈবীদগী তন্নগা হান্না হৈরকপা নত্তে। তাইবঙ ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা ঈশৈ ময়েক অমা মপুং ফানা ঙংজদে। চৎকোই হায়বা অমা হৈনিংবসু পোক্লুদে, চৎকোইগী ব্রাহম্মোকসু খঙদে, চৎকোই য়েংনিংলুবসু পোক্তে, ঈশৈ তম্মিংলুবসু পোক্তে। নোংম ইখঙ খঙহৌদননা ঐগী (পম্মৌ) নাক্তা চৎকোই ওঝা ওই হায় মেথা কৌই, হায়রিবী মমাসিনা লাক্লগা পম্মৌ! চৎকোই অসি কদায়দগী হৌরকপনো, লাইনা মালেমদা লেপ্পসি

করম হায়না লেপ্পনো? লাইনা অসুম হায়না চোংথোরকই হায়রগা ফনা লাওনা চোংথৈ, খোংসি য়েৎকা ওইগা কারল চল্লগা লেপ্পী। খুৎ অমা (ওইনা) খোইদৌ মপাদা থম্মী, য়েৎকী খুৎনা থাংগৎলি। মতুংদসু ইমাসিনা চৎকোই খুদিং হংলকই পন্থৌনা ফন্নগা অদুম থৌজানবী, হৈরক্কনা মতাংদসু লৈরাংনা শাৎপগী ফজবা হৈরাংগী ফজবা নোংদোল সোরালেনগী ফজবা মালেমগী ফজবা, ঙানা চোংবা, ঈশিংগী ফজবা, উচেক্কা পাইনা শগোলনা থৌবা, তাংজনা খল্লকপা তাংজনা খল্লগা উরু উরু য়েৎলগা মখাদা লিখরগা চৎখিবা, লৈনা থেক্কা য়েৎনরকপা, মীওইবগী শাবান ফজরকপা, হকচাংগী ফিদুপলোন মপানথোংগী শীংথানবা য়াবা কয়া অমা য়ারে। কলম্বদগী শোন্থরকপা, ফজরম্বদগী লৈমন চনশিল্লকপা, নুংঙাইবদগী ব্রাবা, বাবাদগী কদায়দা চংজগদগে হায়বদো; ফনা য়াম্না চৎলুরবসু খোয়ুম লাইদা চঙজরকপগী লিক্লমসি থৌজানবী।

খুদম ওইনা হায়রবদা: মী কদায়দগী হৌই, হৈপাল লৈপাল কদায়দগী হৌই।

ওইরক্রিঙৈদগী তরংদগী হৌরকপা থবায়পানবা মী মশেলগী মরোল অমা, শাঙাগী মরোল অমা, হৈপাল লৈপালগী মরোল অমা। পুম্নমকসিনা ওইরকপা মতুংদা অবাবা নুংঙাইবা অনি, নুংঙাইরবা মতমদা লাই কাওরকপা, হৌরকফম কাওবা, শোন্থরক্লবা মতম থবায় হকচাং অনিনা কায়নরমদাই মতমদা খোয়ুম নাক্তা চংজরকপা ফাওবগী লিক্লমসি ঈশৈ চৎকোই হৌখিবগী বারিনি। পন্থৌগী (ঐগী) গুরু হায়না থিনরক্লবদি ঐবু শেম্বীরিবা ঐবু পোকপীরিবা খোয়ুম লাইদো পন্থৌগী গুরুনি।

চৎকোইগী লিক্লম অমদি চৈঙাকলোন কয়ামকুম লাইওইবা 'পন্থৌ' ইপানা মচা মনাইশিংদা থৌজানবীরবা তুংদা চৎকোইগী মহৈ লোইশঙ অমা 'পন্থৌ' ইপাগী থৌজাল মীৎয়েংখাদা তুংগী মীরোলগীদমক য়ুম্ফম অমা থোন্বীরে।' লোইশঙসিগী ঙসি ফাওবদা 'পন্থৌ' ইপানা থৌজালবীবা চৎকোই খুৎথেক্তা ১) লাইরেম্বী খুন্তারোল ২) লাইরেম্বা লাইরেম্বী লৈশেমলোন অনিনা টুরিজম ফেষ্টিভেল, ২০০৯ অমসুং শঙাই ফেষ্টিভেল ২০১০দা শরুক য়াজদুনা মীয়ামদা লানথোকচরে। দিদিকে,

ইম্ফালনস্ বেকোর্দিং লৌবীদ্না টিভিদা প্রোগ্রাম অমা ওইনা থমজবে। লোইশঙগীস্ ওইনা ভূং কোইনা খো নবোইদ্রবা লেংদ্রবা অহিংবা চৎকোই ওইনা লৌখৎচবে।

চৎকোই অনিগী বাহৌথোক অমসুং শৈহেকলোন মখাদা থমজবি:

১) লাইবেন্থী খুন্তাবোল
(বাহোথোক)

তাইবংপানবা মপুনা মালেম অসি লৈশেম্নবগীদমক্তা লাইগা মীগা নকশিন্নবিঙৈ মতম, নোংদোলথক্তগী লাইবেন্থী তবেৎ (৭) মালেম তম্না খোঙ্গুমহল্লকই। মালেম ভম্না খোঙ্গুমলকপসিদা, মালেম ফম্পাকসিদি ঈশিংনা পুন্নং লংদুনা লৈবম্বসিদা কবম্না নম্ তাইবঙ তাগনি, কবম্বা উপাল বাপাল হৌগনি হায়না থীবকপদা লাইজ ঈশিংসিবু চিথোকখিনবগীদমক খা খোং, ভূবি-খোং, লাইবম খোং, মীবমখোং, ভীল্লমখোং, শাবমখোং, ফিশুখোং হায়না লিক্রম ফাৎখি, লাইজ পুম্নমক হাওবৈখা তম্না থৈখ্রে।

লাইবেন্থী তবেৎনা (৭) মালেম তম্পাকথেলসিদা তবং চৎকোই শাদুনা লৈথক লৈখা তাইদুনা মাইকৈ মবি (৪) শুমতাই নিপাল (৮)বু খোমজিন তাশিল্লগা চৎকোই শাবকপগী মওংনি 'লাইবেন্থী খুন্তাবোল' হায়না পুথোকচবিবা। চীংঙ্ লাইয়াম ইপা-ইপু পোকপা, উমং লাইগী থৌবম থৌগায খুদিংমক্তা লাইবেন্থী তবেৎ (৭)কী শিন্থাবোল পাংথোক্ত বগী লিক্রমবু চৎকোই ওইনা উৎচনবগীদমক পন্থৌ ইপাগী লাইযেকশিংবু খুনজিনজদুনা 'ইমা লৈশেম কলচবেল ইন্সিটিট্যুট'না পুথোকচবনি।

শৈহেকলোন

বী-বী-বী
বী-বী-হৈযা-হে
হৈ-হৈ হযা হে
লৈনা য়াংনা হীকোল্লে - ২
মীকোল্লে থাগোল্লে মীকোললেদা - ২
হো-হো হো
য়া-যা-য়া।

মালেমনা শেম্বী পুংলেন্দা ...
উমংগী খুম্হোক লাইবেম্বী-
লাইরেম্বী মালেম খোঙ্গুমলকলে
খোয়ুমগী শীন্থারোল লাইরেম্বী
হো লাইরেম্বী খুন্দারে ... ২

লাইজ ইশিং ঈমাইসু
লাইরেম্বী ফম্বাল লাংবনি - ই
মালংগী শহুম খোংলৈদা
খোংদোই ইন্দুল তম্ববু উ
হো য়াংদৌবি লাইরেম্বী - ২
য়াংদৌবি লাইবেম্বী লাইরেম্বীনি

মণ্ডালসু ইশাদা তিনর্বান
উতোন বাতোন কাইদোংবা
লৈনা চৎকোই শাবদি শা-ব-অ-দি
শিঙেল লৈবাংনা লৈকালক্তা
কাইদোং লৈশক লৈরাং ও
হো হো লাইরেম্বী
য়া যা য়া, য়া য়া

খোয়ুম লাইগীদি চৈঙাকলোল
লাইগীদি লৈপাকনা খুম্হোকলেনা
কংলৈ পুংগীনা হরাওবা
ধন-ধন তাং তাং
নুরাবি ভরেৎনা শিনবাংলে
মপুগী পাওখোম্নে ঐখোয়গু
শক্তা চুদা লময়ৌবী
লাইরেম্বীনি ঐখোয়দি লাইরেম্বী -২ ।

মালেম লৈকোৎ লৈনাং
খুনিংনা মালেম লৈতৌশি
খুনিংনা মালেম লৈশেমশি
খোংশা খুমাং মাংদ-থা
ইফুৎ লীক্লম থীবসি
লৈনুং লৈবোল তরেৎ তৌ
খুৎশানা লৈকোৎ লৈথোন হৌবশি
লৈথোল পুংলেল শেন্নশি ২

হা হা যা যা (নোকপা)
লেমলে ঙাগী শক্লোন লৌ
মাইগা ইপাল পনশাবা
ইবোন্নংদা পকক শৌ
লেমলে ঙাম শক্তমলৌ
পাবম তক্কক লোৎঙাম্ব
ঙম্মী খঙনা লোৎলেস্
লাইবেম্বা খন্থোক ঈপান মক্তবু লাংলিঙৈ

ঙাবম্না মপান শাবব্
খাংচেৎ মচি লাংবা ফি
লাং মাগা শক্তম লৌ ২
পংজাও পুংলেল হবাওবদা
ঙাবম শুনা মফা
খোযুম লাইদ খেন্নবা
লাইবেম্বী লোংবু খোল্লশি
হো হো যা যা যা যা যা
হো হো যা যা

লাইবেম্বী নোকপা

লশিং মপোন খুংনা হেক
অত্তং নাইনা লংজা কোন
লংজা নাইনা লংলা লৌ
চরৈ ফীবুম ফান হৌ,
লাইবেম্বী শীন্থা পাং
চরৈ ফীবু শা
লাইরেম্বী শীন্থা পাংলসি
চরৈ ফীবু শা
লাইবেম্বী শীন্থা পাংলসি
চবৈ ফীবৃ শাহৌশি - ই
হো যা য়া-হো যা
য়া যা যা য' গা

উনা মাংদা উমং লাইনি
খোয়ুম কযাগী মফমদা
হবাওনা মথোই কাজবা অ
কংলৈ থোকপা হবাওবা

লাইপুংথৌ মাপল ওই ওইননা
কংলৈ শিনশু পৃবশি
তাইবঙ মীবক্ত খোংদাবশি
খোয়ুম শকশু লোংলসি
ফিজংনা মাইখুম খুমলশি
হো লৈশেম্বী লাইরেম্বী নি
লৈশেম্বী লাইবেম্বীনি - ই।

লাইওইবগী চৈঙাকলোন মতুং ইন্না লাইরেম্বী অসিনা ফিজং মাইখুম অঙৌবা ফি অমনা মাইখুম্নগনি। মহাক্কী কোক্কী লৈতেং হাপ্পগী মথক্তুদা ফিজং অসি খুমজিল্লবা মতম মহাক ফুরীৎ অঙৌবা লিংগনি। লিকথাং মথাং ৭ (তরেৎ) থোনগনি, ফনেক অঙৌবা শেৎকনি, খ্বাংচেৎ

অঙৌবা লাক্কনি, ফুরীৎনা খুদাং অচোম্বী লিৎকনি, খোঙ লাওনা ফাকপ যাদে।

চৎকোই অসি শারমদাই মতমদা লাইরেম্বীদা চৎকোই হৌজরগে হায়দুনা হৈরাং অমা, লৈরাং অমা, ধুপ মৈরা অমা কৎকনি। চৎকোই শাবা লোইরবা মতমদা ঙসাই কৎলিবা মফমদুদা লাইরেম্বীগী থৌরম থৌগায় খুদিংমক্তা নচা ঐখোয়না খঙবা-হৈবা নৎচদে, অসোই অরান ঙাকপীয়ুকো নহনফমদা হনজীনবীয়ু - নতেফমদা তেবীয়ুকো হায়দুনা পুনেমজগনি। থৌগল অসি ফংজবদা খোমজীন তাশিনব অমা য়াওগনি অদু নৎতবা তারবদি চৈঙাকলোন অমা কাইরবা খোংলৈ অমা খোংথাং অমা কাইরবা, লৈপাক ইরাং হৌগনি। অসুম্না পাংথোকলিবা থৌবম অদুগী মফমদা তাইশিনফম খঙদনা চবাং খোইবাংনগনি মী খৎন চৈনবা থোক্কনি।

উমং লাইবেম্বী খুন্তাবোল হাযবা চৎকোই অসি শারমদাই মতমদা শেম্বীরকপা মপু কাওদবগুম 'পন্থৌ' কাওদবা ওইয়্। 'পন্থৌ'গী যাথং ইচাশিংনা লৌবা ঙম্মু।

## ২) লাইরেম্বা লাইরেম্বী লৈশেমলোন'
## (বারিলোন)

লাংঙোন লংতাইগী চৈচৎলক্তা, খোয়ুম লাইওইবনা মঙাং-লুৱাং-খুমন পুথোক্লে। নুমিৎ-থা অনিসু ঙালহল্লে তাইবঙপানসিদা। হৈপাল-লৈপাল, উপাল-ৱাপাল কয়ানা মালেম ফম্পাকথকসিদা মউ লিংলে, মবা তারে। হৈরাংগী হৈনম, লৈরাংগী লৈনমলক্তা লাইরেম্বা-লাইরেম্বী অনিনা তাংজদা শায়োল্লগা লেংথোরক্লি। লাইজগী ইরোলনুংদসু লেম্লে ঙামিগুম্না শান্নরি, মালংগী তম্থাদসু লৈন থেক্লা শান্নরি, হানৌ হুপনৌগী মরক্তসু লিংখৎলক্লি। খোয়ুম লাই হায়বসিনা হৈপাল লৈপাল্লক্তা কাইদোং ফম্বান্নরক্কুনা। মতম লৈবা খিবিক্তা নুমিৎ-থাগুম্না ঙাল্লি। মীওইলক্তা শাফোংলক্কুনা তরং-লাইপাও পাওজেন্দুনা মীওইববু লমজিং লমতাকপী। মহৌশাগী চীং, পাৎ, তুরেল, হানৌ-হুপনৌ, নাপী-উনা পুম্নমকশিং অসিবু

লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনিনা শেন্নকই হাযদুনা 'ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিটুট'না পন্থৌ ইপাগী লাইয়েকশিংবু খুনজিনজদুনা চৎকোই অসিবু পুথোকচবনি।

শৈহেকলোন

হং হৈ হয়া হৈ
খুবাক চাংজৌ তরালোন
লমলেন লমদম য়াংদৌবী
লৈরক খুল্লক তুবোনবী,
লুৱাং পলেম পন্থৌ,
ইবুধৌ শলাইরেল শিদবা
ইবুধৌ শনজেন সনা পাখংবা,
মতম লাংওন শুরক্লে
মালেমদা শাফোং ইহুন তমলক্লে
মমলম্বা ফিজংসু হায়দোরক্লে
কোরৌসু চিংখৈ তম্না লিৎখৎলক্লে
ওইরম্বা থাসি অম্বা
নোংমনা পানবা থাজসু লিৎখৎলক্লে।

হৈরাং হৈরু মতোল চোংলক্লে
হৈরু নাওয়োমসু পোক্‌খায়রে
পামেল মউ লিংলক্লে,
অশংবা উনাতনা য়েন্নিংথা ওইরে,
হৈপাল লৈপালসু নিংথীরে
লৈনম্মা লৈকাই পল্লাল্লে।
লৈনা মচা খাইনা লৈশাৎলক্লে
লৈনম্মা শিল্লক্লে মফম খুদিং,

কোরৌ মৈশানা মৈ-ব্রাইনা
মালংগী নামিবা শহুমদা।।

মতমগী খোংচৎনা লোইনায়দনা,
লৈবাং লৈমন চল্লকলে
লৈনানা মালেমদা কেনখবে,
লৈরাংনা লৈশাৎ লৈঙমদা
মালংবনা হুম্বদা
লৈ-না চোইনা কেনখিবা
মহৌশা খুৎম্লী খল্লিদো।
লৈখোকতা হৈক পাল্লক্লেদো,
উশা অমদনা লৈবাং লৈশাৎলি,
ফৈরেল অমদনা হৈরাংনা
মরীক চুম্না পাল্লকলিদো।

তুরেল খোংনুংগী লাইজসু
ঈথৈ নাইনা চেল্লক্লী,
চীংগী লোকনুংগী লাইজনা
তান্থা কাইদা ঈহৌবক্লে,
ইকং পাৎয়াই লাইজসু
লাইগীনা ইফুৎফাওরক্লে,
হানৌ হুপনৌনা ব্রাই-ব্রাই লেং-লেং
থরোনা থম্বাল থারিকথানা
হরাওনা নুংঙাইনা লৈশাৎলক্লী।।

ফৈরেল থক্কী মালংগী তাম্থাদা
হানৌনসু লেং-লেং চৎ,
পামেল ফৈরেল ফৈরাথক

উনাগী অশংবা ফিজোলনা
লেং লেং-নোম-নোম চৎলিবা :
চৎকোইগী খৃৎথেক তাম্মানিদা
পারি শনজেন সনানা
হরাও নুংঙাইনা শান্নরি ।।

পাৎয়াই হানৌ-হুমনৌ মরক্তস্
থেকনা থেকনা লৈনা-লৈনা
থরো থম্বাল থারিকথা,
লেরীক লৈকাদসু ফম্বাল লাংলি
লাইজগী ঈপাল লাংদুনা
থেকনা থেকনা শানর্বাক্লি - ২ ।

তাংজ লিল্লাই পাখংবা
মীওই মচেৎ ওল্লকলে,
মীওই মচেৎ লাই ওই মচেং
লৃবাং ফম্বাল তোংখরে,
মেরানা চাওবেল হৌনবা
নোংমা পানবা মেবা খা
সনাগী ফম্বাল লাংখরে
লুপাগী ফম্বাল লাংদুনা - ২ ।
খোয়ম নৃমিৎ থোক্লকলে
থাজনা লৈতেং ওইখবে,
থবানমিচাকনা কোকলেন থক্তা
লিকলাংগী পরেং ওইদুনা
কোকথোনগী লৈতেং ওইখবে,
শিংঙেন লৈরাং পরেংনি

লৈরাংগী নাচোম কোকলেনথক্তা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদো ২ ।

কংলৈগী মপারি মমোমশিংবু
পারি শনজেন সনা পাখংবগী
থৌগল মক্তনা ফিঙৌ ফৌখরে,
লাইগীনা লাইরৈপাকনি কংলৈসে ।

খুবাকনা চাংজৌনা তরা-লোন
লৈখানা লৈতানা পুনেমজে,
চাহোংবা ঙাহোংবা পিবিয়ু
শিদবা-নাদবা পিবিয়ু,
মপোক লাংওন খুদিংগী
থৌগলমক্তবু ঙমজগে।
চৎকোই খুৎথেক কৎচর
পুংলোনগী তান্থা কাইদনা,
লাইগীনা শৈহেক শৈদমজবী
থৌগলমক্তবু ঙমজগে ॥

লমদমসিগী চৎকোই ঈশৈগী লমদা মীয়াম্মা থোইনা হেন্না শকখঙনরবা অহল ওইরবা মীওই কয়া অমসুং পন্থৌ ইপাগী নাক্তা লেংবীরক্তনা খোয়ুম লাইগী থৌরম থৌদা কয়াদা শরুক য়ামীন্নজরি। লাইওইবগী লাইয়েক খুৎথেক কয়া ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিট্যুটনা খুঞ্জিনজরগা লেংথোকচবা চৎকোইগী খুৎথেক কয়াবু মীৎয়েং তাবীবগা লোইননা মশা-মশাগী ওইবা ব্রাখল্লোন কয়া ফোংদোকপী। চৎকোই ঈশৈতা নত্তনা লাইওইবা ইপাগী মতিক-ময়াইবু শৈথাবীদুনা থম্মোইগী অশেংবা মপাউ কয়া থন্বী।



লেং মপাদা ওইনা হান্না কোৎলগা
শাবা চৎকোই



লেং মপাদা ওইনা হান্না কোৎলগা
শাবা চৎকোই



ইমা লৈশেম কলচবেল ইন্সটিটুটনা শাবা চৎকোই



তাদিং কোৎপগী খুৎথেক



ইরোলনুংদা ঙাগী শক্তম লৌদুনা শাবা চৎকোই



পাখংবনা তাংজগী শায়োলদা কোকলেন খনবগী শক্তম



লৈ লেংবগী মওংদা শাবা চৎকোই



মঙাং, লুৱাং, খুমনগী চংকোই খুথেক



ওঝা বাঃকুঃ অচৌবিসনাদা ই.এল.সি.আই.গী মহৈরোশিংনা খুদোল তমজবা



ববা যাম্বেম লাবাদা ই.এল.সি.আই.গী মহৈবোশিংনা খুদোল তমজবা



ববা লাইস্রম বিবেন্দ্রকুমাবদা ই.এল.সি.আই.গী মহৈবোশিংনা খুদোল তমজবা

বাবিবোল পুন্নমক অসিগী ইবোইননা মমাগী ওইবা বাখল্লোন খবসু থমজবি :

| | |
|---|---|
| মীংলেন | বাহেংবম ওংবী মেধাপতি |
| চহি | ৪২ |
| শিনফম | লেকচরর, গোবর্নমেন্ট ডান্স কলেক |
| ইপুবোইবগী মীং | বাহেংবম বীহাবি |
| ইচা মশিং | ৪ (নুপী ৩, নুপা ১) |
| লৈফম | কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই |





মৌওই অমগী পুন্সিদা ইচাসে মলন্নি হায়বসে অশেংবমক্কি, ঐ ঙসিদি ভাব তাজবে। ইচানুপানা মখোংনা চৎপা হৈবকপা ১৩মদা যাম্না ঙাওই। মে ঈশিং মশক ৎঙদে, অহল লমনগা লৈমিন্নবগা ে এ নুপাগা ওইবে ঐগা ইচাসে কবম ৎাক্লগবা যাম্না বাই। বা'খৈগী 'শ'বিদা' অমুক্তং পুবগা শো৷ ণ'কহল্লবদি ফগদ্রা হায়বসি পুক্নাংদা ঝাওবকখি। ঐবু লোহৈইবোইদা হায়বদি ঐ খঙদে, কবিবু হায়না তৰ্মাশিগে। মীদি লাই উবগা কি হায়নৈ, ঐদি 'পাবি'বু হেক উবা মতমদা পুক্নাংসিদা হায়ফম খঙদবা নুংশিবা অম পোকই। মাইথোংদসু নত্তে খোঞ্জেলদসু নত্তে নুমিৎতুদা উজখিবদো ঙ৷ ফাওবা উদুনা লৈ। কোকযেৎ ফৈযেৎ, বেশম ফুবিৎ অশঙবা, স্না মচুগা ফৈজোম অমা, লৈতেংলিবা শক্তমদুদা হায়ফম খঙদনা ঐনা নুংশিখ্রে। ঐগা শিনফম অমা ওইনা থেংনবকপা মাইব মাইবীশিংগী ফিজেৎ লৈতেংদুদগী ইতোপ তোপ্পা, মাইব মাইবীশিংসে ঐখোযনা কিজবনা নকশিনবা ইঙম ঙমজদবা, অফবগী বাবিসে ইতা তাবা ঙমদে মবমদি ঙাওহল্লি ফৈহল্লি হাযবা ঙাক্তা। পুন্নমকশিং অসিদগী পাবিদি পুংতোপ

তোপ্পী তশেংনা লাইনুংদগী লাই লেংথোরকপগা চপ মান্নে, ঐদি লাইনি হায়না অদুম খনগ্রে।

মাংশিল্লক্কুবা ইরমদমসিগী শক্তম, ফিজেৎ-চাকচা, য়ুম্বাল-কৈবাল, য়ুমলিং-খুল্লিং তায়োন্নরক্কুবা মৌনি, লৈশাবীনি খঙলক্কুবা ঐগী ইরমদমগী হান্নগী চৎন্বী ফিজেৎ শেৎপদা চাউখৎতবনি হায়না খন্নরক্কুবা মতমসিদা ইপাগী মশাইকোনসিদদি পুম্নমকশিং অদো হীংদুনা লৈরম্লে। ইশাগী চৎন্বী, ফিজেৎ-চাকচা, ইরোল-ইয়েক পুম্নমক মাংখ্রবদি ঐখোয়গী ফুরুপসে লৈরম্মী হায়বা ফাওবা খঙলরোই খনবদা য়াম্না ৱাজে অদুবু ঙসিদি পন্থৌ ইপানা ঐখোয়বু কন্বীরে।

ঙসি ঐনা চৎকোইগী ওঝা অমা ওইনা মহৈ চাজবা ফংলিবসে শুপ্নতগী ওঝা গুরুনা তাকপি-তম্বীরকপ অদুখক্তনি ঐনা খল্লম্বসে। চৎকোইগী খুৎথেক, ঈশৈগী ময়েক, শৈহেক্কী ঈপোম, মীৎয়েংগী ঈনিল, পুংলোনগী তান্থা পুম্নমক ইপাগী মফমদা লৈরম্লে। ঐখোয়না হৈজরিবা ইহৈনা ওঝাশিংদগী, ওঝা গুরুশিংন হৈরম্লিবা মহৈনা লাইদগী ফংবা ওইরম্লে হায়বদো ঙসি পন্থৌ ইপাদগী চপ চানা খঙজবা ঙম্লে। থরায় পানবা মীওইবলক্তগী তিন-কাং, জিব, উপাল-ৱাপাল, হৈপাল-লৈপাল, ঈশৈ-চৎকোই পুম্নমক পন্থৌ ইপাদগী পুথোকপীবনি, পন্থৌদা অমূক চংজখিগদবনি। লাইওইবা ইপাগী মফমদা অৱাৎপা হায়বদো মচেৎ অমাফাও লৈত্রে। মীওইবা অমা ওইনা উবীরগদি ইপাগী ময়াইসে খঙলরোই। ঐখোয়গী পন্থৌ ইরমদমসিগী তাংলবা লন্নি, ঐখোয় খুদিংমক নীংমিন্নশি, শোনমিন্নশি ইপাগী মীংলেনবু। ইরোল-ইয়েক মান্নবা ৱাহৈরোলদা পাউজেনবীরিবা ইরমদমসিবু অশেংবা মশক তাকপীনবা হোৎনবীরিবা ঐখোয়গী পন্থৌনি।



পোৎশ নম বাবা অকন



মামা বিমোলা



ইচা নিঙোল ভেলেন্টিনা



লমদমসিগী তুংগী মীরোল কয়াগী লন ওইগদৌবিবা অঙাং নব্রা ওইবা ইচাশিং, মমা-মপা ওইজবিবশিংনা 'পন্থৌ'গী নাক্তা লাকচদুনা চাকইন তম্বীবগী থৌবম পাংথোকচরি। অপীকপা অঙাং নব্রাশিং 'পন্থৌ'না চাকউম্বীদুনা চাকইন তম্বীবি। (নিংথৌকাবা, তাং ১৪/৬/২০১০, মঙাং মতম ১১:১৪)



ঙসিগী চৈচৎলকসিদা নহাহুৎ-নারেং পাংথোকপা অমদি অনম-অথৌ কোকথোকপগী থৌরম পন্থৌ নাক্তা লাক্লরি। কোংবা মখা নানদৈবম লৈকায়দা লৈবা নোংথোম্বম প্রেমেন, নোংথোম্বম ওংবী পুস্পা অনিনা মমিৎতা মচা উব্দুনা মতম কুইনা অরাবগী ঈরোলনুংদা লুপক্লরবা মপুং মনাই অনিনি। পন্থৌগী থৌজালগী ময়াই, শুপ্লতগী লাইজ-ঈশিংনা মীতম হন্দুনা অমুক্তা মচা অনি ফংজরে। লনচেম্বী, য়াইচেনবী হায়না মীংথোম্বীরে। মমা-মপা, মবোক্লা হরাও-তয়াম্লা পন্থৌ নাক্তা থৌগল লাকচরি। (নিংথৌকাবা, তাং ১৪/৬/২০১০ মঙাং মতম ১১:১৮)

# তরানিথোই



থা খুদিংগী থানিল (পুর্ণিমা) নুমিৎতা থাজবু পন্থৌ ইপানা পুনেমজবগী বাবিবোল মচা-মনাইশিংদা তাকপীবা : লাই ওনখ্রবনি হায়দুনা লাইওইবগী থৌজাল অমা ফংখ্রবসিদগী মীবক্ত ঐনা চংশিল্লুবগী পাঙ্গলস্ লৈখিদে। লৈবক্মী ঐগী ইচাশিং পুংজা ৯:০০ দগীনা ৪:৩০ ফাওবদি পুংকোই কোই অবাৎপা অমত্তা লৈতে, পন্থৌ শকপশিংদসু ব্রাৎতে, পলেম শকপশিংদসু বাৎতে। ইচা নিঙোলদসু বাৎতে, পিবাদসু ব্রাৎতে, মীওইবশিংগী অনিংবা অপাম্বসু মহাক মহাক্না হেক নীবকপা খুদিং ঐনা অদুম পী; ইমা ইপাদগী থৌনিবগা ইচাশিং অদুগী মনিং থুংনবা কোবৌ মানা যুমজংলমদাই মহুম পোঞ্জেল তম্না চেক্লাশিংনা পাইখিবগুম ইচা নুংশিবশিংসু মহাক মহাক্কী শঙ্গাই তম্না চৎনখি। ঐনা নোকপদা যাওখিবনি ইচাশিং ঐগী বাহৈদুদগী ইচাশিং পুম্নমক্না নুংশি নুংশিনা শোল্লম্বা পুম্নমকশিং অদু লোইনা চৎখ্রবা ভুংদদি ঐ ইথন্তা ঙাইহৌই। মীওইবগী নুংঙাইবা তাইবঙপানবগী কুম্হ্নে কযানা ঐগী

নাপ্পসিদা তাহল্লবা, ইচা ইনাই লৈরম্বা পুম্নমক মাগী মাগী মথৌদা চংখি। কনা অমনা হরাও কুম্মৈ য়াওরুনবা চৎখি, চৎনখিবা হরাও কুম্মৈদুগী মতুং ইল্লসিরা হায়দুনা মাঙ্গোলদগী শুমাং ফাওবা অমুক থোকই, অমুক ইথন্তা খন্থজবগা হঞ্জিল্লকই। মখোয়দি মীনি, ঐদি লাইগী থৌজাল ফংলবনি, করম্না মীরক্তা তিল্লুগনি। ঐগী ফিদা লৈরগ্লোই, ঐগী লেপফম লৈরগ্লোই, ঐগী ফম্ফম লৈরগ্লোই। ঐ ইথন্তা খল্লগা খোংথাং অদো ফাজিনখি। অপোকপা ইপানা ইবুংঙো নহাক লিলা তৌরিসে য়েংলুগেরা, কুম্মৈ অসে য়াওরুগেরা? চৎলুচোদনা ইচাদি কৈদৌয়েগে। অপোকপী ইমানা ইচাসিদি লাইনা লাইগী, চৎলুচো থোঙ্গাল ময়াদা তৌরিবা লিলাসে য়েংলুচো; মৈহৌফম লম্পাক্তা চোংলিবা থাবলগসে য়েংলুচো। মতমদুদা ঐনা ইমা য়ারনি, বাবা ঐ চৎলোই ঐ সুম লৈহৌগেদা হায়রগা ইথন্তা মীতিনশঙগী উখোং অমদা ঙারগা লৈ। নুমিৎতো লমতাগী পুর্ণিমা নুমিৎনি নাক্কা থেং লাকপা অঙাংশিংনা পারি কদায়দা লৈ হায়দুনা থীরকপা মতমদা অঙাংশিংদুগী নুংঙাইবা মরক্তা ঙহাক নোকচবা ফংই। অঙাংশিংদুনা চৎখ্রবা পুংজা ৯.০০ তারকপদা উন বাইমুক চিকই নুংশিৎসু শিৎখিদে, উচেক ওয়াগী খোঞ্জেলসু তাখিদ্রে। ঐনা মীতিনশঙগী উখোং অমদা ঙারগা লেপ্পী, মাইনা মখা ওল্লি, মতমদুদা ঐনা থোনবা ফিজোলসে অমুবনি। নোংদোল সোরারেলসিদা য়াম্না লুরবা থাগী মঙালনা খজিক্তং লিথোরকপদা অমুবা লৈচিল অমত্তা লৈতে থাসি মথন্তা থোক্লকই। নুমিৎতুদা থাগী ফজবদো ঐনা উজবা পুন্সিগী অহানবনি। থাজনা ঐঙোন্দা খঙজরো হায়বগী মতৌবু ওইব্রা, ঐ লৈরি, হায়নবু তাকপ্রা ফজখ্রে। নহালমখৈ উবা থাজদি ঐনা চৎলিবামখৈ চৎপনি, ঐনা লৈরিবা মখৈ ইনাক্তা লেংদনা লৈবনি, রাখলসিমক অঙাং ওইরিঙৈদা ফাওখিবনি। য়েংনিংলুবসু পোক্লুদে মতমদো ঐনা পারি কৌরিঙৈ মতমনি।

শক ১৯৯৭ সিদি ঐ করিগুম্বা অমত্তা খনখিদে অকিবা লৈখিদে, অবাবসু লৈখিদে। শক ১৯৯৮ চঙলকপদদি ঐসে অবাবগী পনখৈনা পুময়োম য়োমশিল্লকই। ইমুংগী ইমা-ইচাশিংসু মাগী মাগী অপাম্বা অনিং অনিংবা ফোঙদোক্লবা শুরু শুরু নৈরকপা হৌরকখি। মপানথোংদনা অঙাওববু লাকপনে, মাইবী ভোংবা ভোংবী কয়া অমসু, কুইররোইবু

হায়বনে, থাজদে খরা হায়, সিদা নত্তে শুক্লোই লোইদে অরাবা। মতমদুদা ঐনা খল্লি "ঐ করিগী পোক্লমলিবনো অসুক য়াম্লা অরাবসিবু কৈদৌবগী ঐংঙোন্দা পীবিরীবনো?" ঐদি লাইগী থৌজাল ফংলগা মীয়ামগী সেবা তৌবনি। ঐ অসুক য়াম্লা বাবসিবু ঐংঙোন্দা করিগীনো হায়বা বাহংসিনা অবাবা কয়ানা য়োমশিনবা, অমুক নুংথিলদি মীয়ামগী অরাবদো কনখ্রগা কাওবা, ইথন্তা লৈরগনা ঐ লাইগী মফমদা করি শোয়রমগনি, ঐনা শোইবগা লাইগী মীংচৎ চেন্থগদ্রা? মীওইবনা থৌজালবীয় লাক্লগা মনিং থুংদ্রগা লাইনি হায়বগা লাই নত্তে হাযরমগদ্রা? মীগী মচিনসু য়াম্লা অসুক্কী মতৌকময়া থৌই হায়বসি মতমদদা খণ্ডখিবনি। থাঙনা য়ানবসু মমি লৈর্বনি, শাজৈনা কল্লবসু চৈফম লৈগনি, বাহৈনা কনবসিদি পুম্নমক্কগী চৈনা হেল্লি ঐ খণ্ডই। তাইবং মীগী মচিন মেনবা ঙমদে, কনা অমনা হায়

পস্থৌনা কান্নিবসি যা চৌথোবক্লে, হার্ত নারক্লনি, রা যাম্লা ঙাংলবদি ঈ কংলনি, যাং কংলনি, তি বি নারক্লনি। মৈবা মেক্রুক্কী মৈখুনা তোইনা চংশিল্লক্রবদি লংস কেস্সব লাক্লনি, চংথোক্কনা ফল্লগা লৈরবদি নশাদো চাওখৎলনি, খোংগী খুজৈ পাকশিল্লনি, শিংলি নাওরি মথৌ তৌদ্রবদি শোন্থননি, নি'প না দ্না পেবেলাইস্সিস তৌরনি অমুকসু হাযবিবা। অমনা অমুক লাই হাযর্বসিদি লৌনিংবা মফমদা লৈবনি, নথন্তগী নত্তে, মী খুদিংমক লাইগী মচা ঙাক্কনি। লাইদুনা চোংথোকখ্রবদি নঙ করি তৌহৌনি, লাইনা হাযবকপনি হায়দনা অশেং অশেংবা হায়রুন্ বাফংনবা লাক্কনি, সিফাইনা ফাবগসু লাক্কনি হায়বীবা। অমুকসু লাইনি হায়না তৌরম্বা ময়াদা মৈ ফ্রি ফ্রি কান্নবা ঙাক্কনি ঙসি ময়াই চন্নিবা। হায়রিবশিং অসি মশাগী নিবা লোইবগা লোইনা হাযবা; হাযবিঙৈসিদা অমুক লাই তোংবা হায়বসি অমম অথেং খণ্ডনা লাইনা কৌরক্লগা চেনখ্রগদবনি উরক রাবক্কা, লাই হরাওবগী মখোল তাবদা চেনখ্রগা ময়াম মরক্তা চৎকোই শাবা য়াওখ্রগদবনি। ঐ খাংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈশিল্লক্লে, খরা অমনা অমুকসু ইপু খোঙনাংথাবগী লাংওল্লা নক্তগা লাঙ্গোল লুখোইগী লাংওংল্লা নরোল শেংউ, অশেংবা য়বা হায়যু হায়দুনা পাউহংলকই। ঐদি করিগুম্বা অমত্তা খঙবা নত্তে, মদুগুম্বা ময়ামসিনা বাখল অসে মীকুপ অমত্তা পোখাবা ফংদ্রে। ইমুং-মনুংগী ইরাই ইনিল কয়া অমসু মদুগী মরক্তা লাই খুরুম্বা লাকপীরিবা ময়ামশিংদুনা অমুক তাখিদ্রা, তাখ্রগনা নোক্লখিরোইদ্রা অবাবগী পনখৈসে

লোইবা নাইদে। ব্রাখলসিনা খন্থবা ঙন্নক্কবা মতমদদি ঐসি ঈশিংদা চোংথদুনা শিরশিরা, অথাপ্পা মী তাদ্রবা অব্রাংবা চীং মথক উরক-ব্রারক্তা লৈদুনা লৈশৌসিনা খোংদগী হকচাং পুম্বা লোইনা চাশিল্লগা ঙক্তম লিখত্তুনা লৈরগা মীগী অব্রাবদি কনবা, মতম মতমদুদা খল্লকপা ঙাক্তনি।

কনা অমনা চৎকোই, ঈশৈ, দাস্স দ্রামা থৌজানবীযু হায়দনা হেক কোৎলুবা, দ্রমাগী হায়বগা অইংবসু, অতপ্পসু হেক থৌজানবীবা। লাইনা কবম্না নোকই হাযবগসু হেক্তা হা হা হা হেক নোক্লুবা পুম্নমকশিং অসিগী থংনবা মীকুপ্তা ইমুংগী মী উখ্রবদি, তাখ্রবদি হাযবগা হেক পাখত্নুনা তুমিল্লা লৈ। ঈশৈ হায়রগনা লাইফমসিগী ওইবদা -

লমলেন লমদম য়াংদৌবী
লৈরক খুল্লক ভুবোনবী
হৌ লৈমা পলেম ইমানা
তাইবঙ পুকচাক পুবক্লে ।
অসুম্না শক্লুবগা ইমুংগী মা ওাবস্মান হায়না' পাখলসে হক্তবকই।
লিলা অমগী পবিংদা তাইবঙপানবা শেম্লাবা মপুনা -
"হায হায় নমু তাইবঙ, পুম্নমক্তি ইশাদগী হৌবকপনি,
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী হৌবকপনি" হায়না লাউবগা
থৌজানবীবা "লংতাই লাইনিং" হায়বা লিলা অমদনা -

বাংথোইগা তেম্বা অনিসি যাম্না নুংশিনজবা, মখোয অনিনা লোইবী চীংদা কাদুনা শীং চল্লি, শীং চনবদদা বানদুনা উ পাম্বী মখোং অমদা চয়োম থোক্তুনা চারিবৈঙে, মফম অদুদি খোয়ুম লাইযামগী খুদিংফম লাইফম ওইরমদুনা করিগী তাইবঙ নখোয়না খোয়ুম ঐখোযনা খুন্দিন্নবিঙৈ চয়োম থোক্তুনা চাবা য়াব্রা খঙনি ঙসিদি হায়দুনা বাংথোইনা লাইবেম্নীনা চেনখ্রে, তেম্বনা শরোই-ঙারোইনা হাৎখ্রে। মচা অনিনা হল্লক্তবদা মমা-মপা অনিনা মচা থিরকপগী ফংদবগী বাবনে, তেম্বনা লৈমাযদা তাদুনা শিদুনা লৈবম্বা উবদা মমা ওইবীগী থম্মোইদা অবাবগীসু মথোং খঙদ



লাইওইবা পন্থৌগী অপোকপী
হিজম মেম্মা লৈমা
কযাং মযেক্কা ফনেক থৌম্বাবিবিবা



পন্থৌগী মযেক হঙোই, খোই অমসুং ঙাচক

নুংঙাইবগীসু মথোং খঙদ তবং মালং চত্তুনা – ''ইমাগী তেম্বা নতাও বাংথোইদি কদাযদা লৈহৌই'' মোই বাবা 'ইচাদি তুম্নগা লৈহৌরে, হা হা হা ইচা তেম্বনা মমাগী মতম্বাক্তা ' হাযবগা মমানা তেংথাবা অসুম্না লিলাসে থৌজানবীবগা হন্থবকপদা ইমুংগী মীনা কবি খল্লমদোইনো হাযনা খল্লকই। ফম্পাক লিলাগী মবক্তা মমাশিংনা নীজখিবা ১) ইখেংলক্তা পিবাংগী বাকৎ ২) ঐ যুমশিগী মমানি হায়রিবা লিলা অনিমক বীবজিৎ ঙাঙোম্বাগী লমজিং লমতাক্কী মখাদা ইবোয়াইমা খুমন অমসুং বোবিন্দ্রো মহাক্কী কাংবুনা শান্নবী। লিলাগী ইস্ক্রিপ খুদিংমক লাইগী লাইয়েক ঙাক্তনি কলম পায়দুনা খোর্জে লাংবা নত্তে মচা-মনাইশিংনা খুঞ্জিনজবনি। অব্রাৎপা লৈত্রবা খোয়ুমগী মতিক-ময়াইনি নীজবগী পীনবীবা লোইদে বারেং শৈবেং, ফনেক্কী, ফিগী মযেক কয়া তাইবঙ মচাশিংগীদমক অদুমক থৌজালবী। ফোংজপ্রব লাইরীক খরগী মীংপনজরবদা :

১. লৈচল সুনা নৈনরোল
২. ঐবু খঙব্রনে
৩. যাইবীরেল ঈহুল ইথিন
৪. তবঙ শৈতম শৈরেং

লোয়ননা শৈরেং খরসু থমজরি :

## ''কৎথোকলম্বরা''

লাংওন চৈচৎ লংতাইলক্তা
অচুম্বা ব্রায়েল লমথারসি,
নহাক ঐহাক্কী ইশামক্লি,
মালেম তম্পাকসে ঐখোয়গীনি।

মতম খোংচৎ হৌখিনি,
কোরৌ চিঙ্খ্রে ফিদুপ্পা
খুমন চকব্রাই তানখিনি
ইরোমদোম মীৎস্না খুমখিনি।

চারোল শুরোল লনকৈনি,
মীরেল পাফন শক্তমদি
হৌরকফম খুভম মাংফদে
মীংথোলনা কাওনরোই নীংশিংনরক্কনি।

মৈতৈ কংলৈ কংলাশা
নুরোল থোক্লো পাউখোংলো,
উনা খঙনা থৌদোকশিং
লোৎখিসনু মহাক্তি কে কু।

অঙাংবা ঈচেলগী নোংলিক,
নাইতোম কনা লৈখিদে
তেংথাখি শক্তম ইমাশিং,
কংলাগীদি চিদায় নুপীলান।

হৌগৎসু তুমলগনু তুমখুল
নথৌ পাংথোকচরো পোলোইগীদমক,
থাহৌরসে য়াইবীরেল লোইনায়দা
নীংশিং নরমদমগী তরানিপাল।

## "খঙহন্নীংবা"

নীংশিং নীংশিংনা ঙক্রুনে
লাপ্লা নক্লেকো ঐখোয়সে,
কৌনরকখিদে নাইতোম্নি লাকনখিবা
নুংশিবগী তুংনফম ওইরিবনিনেসে।
পামুদ্রা মতমদো নহাকপু
হৌখিবা তাই পুংশিংদো খঙহৌদনা,
তানশিল্লুদনা য়াই পেকফমদবু
ওইরোইদ্রো খুঞ্জিনবা নহাক্তুগী।
হায়রকপদাই মফমসে খঙলিনিদা
পুক্নীং ৱাচুম শফমনি,
খঙদনা লাকখিবা ওইরম্লোই
লাইফম্নি খঙলিবা নৎত্রদো?
করিবু বাৎলিবগে হঙ্গৎলুদনা,
নীংজবা নহাক্তি ৱাৎলিনিদা
পংনসু মপংই হায়নিংদে,
উহৈ চাবা হৈরিদুদি।
খঙভিদুদি নোং চুরগা চোৎলি
নুংশা শারগা ৱাই,
নপংদি পঙদে নত্রনে,
লৌশিং লৈ পঙদেনেকো ?
নোংমাইজিং খুমন পুংজাদো
ঐদি খিকথরম্বনি য়াই,
লৌজরো নহাক্কীনি থম্নম্নিবা
তুমলবদি কদায়দগী ফংগদগে।
পাউতাকতো পৈশাদগী হেনবনি,
খোঞ্জেলদো মহৈ য়ানবনি,
নহাক্না নীংজবা লাইনি
ঙহাক্তুং উজরিবদো ফত্রনে।

"ঐ-ন-দী"

ৱাদবা মীবু লৈৱ্রা?
অৱাবা খাংলগা হৈনহনবা
পাম্মুদ্রা পুন্সিসে হীংবদা,
পোকঙমদনা পোকপা মীওইবদবু।
তুরেলগী ঈচেল কংখিদ্রা,
মালেমগী লৈক্রক চৎখিদ্রনে?
মহৌশা মাগী লৈচলনি
পাল্লকপা হৈরাংগী মহাও খঙহল্লীবদুদি।
লৌশিং তাল্লো মীওইবা,
চৈনা মানা ফংলিঙৈ
তেংথা পীরাং মীকপনগনু,
নপোক্কী নোংদমনী খল্লুদনা।
পোলোইদা মনা পুংহল্লু,
তাজিন্দা মৈচাক খাংঙু,
কুমচৎ থাবান লৈরীঙৈ
নাকেন্থা ওইরক্কীয়ে যেন্নীংথাদো।
লৈরাং লৈশক হেনবনা
লম্মখাংদা লৈমন চনখিদ্রনে?
হৈরাং মরাই লুকপনা
চিন্দমবা হৈবু ওইনখিদো।
কোরৌ মঙাল ফংবনা
ৱাকচীং উলেন খঙদ্রেদো,
থাজগী মঙাল লৌশিংনা
থাসি ফীজং উরীনীদা।
ঙসি হয়েং লাকপনা
নুংঙাইবা ফংবদাইদো নহাকপো,
থেংনবা তাবনি অৱাবা
লাইবক্কী নোংদমনি খনসিদনা।

## ‘‘তথকনৈদকো’’

নক্লা লাপ্পরেন খোয়ুমলাই,
নপাও খোঞ্জেল মতায়দকো,
মীৎম্নাসিনা থীরীনে কদায়দনো,
বাখলসিনা তানশিনবা ফংলরোইদ্রনে ?
মালং ঙাওইদকো শউমসে
ঈথক হৌইদকো লাইজ,
খোংজেল য়াংইদকো মঙাল
লোইনাইদেদকো মালেম পস্থুংসে।
পুক্লিংগী পামজবদি মপাল শাৎলে
বাখলগী মহৈদী যানদ্রে,
খোঁবাংবা ঈহুলদি পোকলি
পন্থুংগী য়াংদৌদি তানশিন্দ্রী।
লৈনাগী মচু চরৈদি
শমু হকচাং থোংলেদো,
তরা মথেল লুকোইদি
চিন্দম্বনা পিবুক থল্লেদো।
লমলেন খোইরি কৈথেলদগী
পিবুক্কী ঙামোক্তি মহাওরে,
শেন্দোং তানগনি মখঙই
শেল্লেপ খুৎপাই চেৎতেদো।
লৈকাই শৈশক তারেনে,
লমলেন খোংদোই ইহুন্নরক,
নুংশিবা মপাওদি মখঙহল
চান্নবা ইমা-ইচা শকখঙহন।
লৈচল পরেং মফারে
পুস্সি পরেং খঙদ্রিয়ে,
চৎন ভুমনা ফংহল্লগদ্রা
নিংঙমদ কাইনগদ্রা হৌরকফমসে।

ঐনা তৌখিবা ময়ামশিং অদো ইতোমতা মথং মথং নিংশিংদুনা মীথুং শঙলেন অমগী উখোকতেন্দা ঙারগা লৈবা মতমদা লোইদাম থাজসে উই। মতমদুদা ঐনা হায়খি – "লোনখোক্তবা থাজা নহাক্লা ঐগী মরুপনি, ঐগীদি তাইবঙপানসিদা কনামত্তা লৈতে।

ইনিং ইখা তৌবা ফংজদ্রবা, ইখোং ইখুৎ অনিমক লিপুন অমনা পুনখ্রবা, ব্রারে হায়দুনা কনাগী মফমদা লৈরুনি পাউশান্নরুনি, শুপ্নতগী অমম্বা লক্তা ঙাল্লিবা নোংদোলথক্তা নাইতোম থোক্লিবা থাজ নহাক্তবু ঙাইবনি। খুমনগী থৌদা লোইরে নুংশিরবা ইমা ইচাশিংসু মাগী মাগী ময়ূম মায়কৈ পাংনখ্রে, ঐনা তোইনা কোল্লগা ঙাজবা উখোকতেন অদুদা ঙসিসু খুমনগী চরৈ অমুবদো থোল্লগা ঙাথদুনা হাংলবা অমম্বা নোংদোল থক্তা য়েংখৎলুই। মতমদুদা ঐনা শোনখি – "লোম্থোক্লবা থাজ নহাক্লা ঐগী মরুপনি, ঐগীদি তাইবংপানসিদা কনামত্তা লৈতে, ঐহাক্কা ব্রারি শান্নসি নহাক্লা ঙাইরম্মু। থাজ নহাক্তি অখাং কনবীনি, থাবুম অমা অমুক লোৎলি, অমুক ঙাল্লি। নহাক্লা নোংদোলদা ঙাল্লগা মালেমসিদা নহাক্কী নঙালনা ইংবদৌনা ঐগী থম্মোয়সু ইংজগে। ইমা ইপা লাইওইবসে থাজ নহাক্লা ঙানবগুম ইমা ইপাসে ঙালহনবীয়ু। ঐনা তাইবঙপানবা পুম্নমক্কা নীংমিন্নজগে খোয়ূম লাইবু, লাইবু নীংমিন্নরবদি ঐখোয় খুদিং নুংশিনরগনি, ঐখোয় খুদিং হাত্তোক্নররোই, নুংশিনরবনিনা মচা ঐখোয়সু ইংলনি, মালেম ইমাসু ইংলনি হায়দুনা তত্তনা নীজৈ। পুর্ণিমা (থানিল) খুদিংগী পন্থৌ ইপানা থাজবু পুনেমজবগী থৌজালনা শজিবুগী পুর্ণিমা শগোলশেন নুমিৎ তাং ১৩/৪/২০০৬ ইংগী লুব্রাং পুংজা ২:০০ হেল্লকপদা লৈবাক নীংথৌ ইনিংথৌ লৈশেম্বা সনাজাওবনা লাইওইবা পন্থৌগী ইকায়ফমদা "চীংউ লাইতায়ঙম্বা খোয়ুম লাইলুপ ঙাইখঙবা" হায়না কৎলম্বা মীংলেনগী মতাংদা শমলপ্পা ব্রারোল খরদং থমজরী :

মচা ইবুংঙো মণিপুরগী নিংথৌ লৈশেম্বা সনাজাওবনা "পন্থৌ" লাইওইবদা লৈ মচুগী কোকয়েৎ, চরুখোক মচুগী নমথাং খুল্লক, খামেন চৎপা মঙ্গেবী মচুনা মুগা অঙৌবদা নম্বা রেশম ফুরিৎ অশংবা খুদাং য়াওবী অচোনবা, লেংয়ান ফিগা লোইননা মীংথোল য়াওনা কৎচৈ। লৈপাক নিংথৌগী পুক্লীং ব্রাখলনা মীয়াম মমাঙদা ফোঙদোরকই – ঙসি ঐখোয়গী

মণিপুরদা তাইবঙ মীওইবা কয়াগী অৱাবা কনবা লাকপা ঐখোয়গী পন্থৌ মীওইবগী মপোক্তা পোকই, মী ওইনা উহল্লবসু লাইপোক্তি পন্থৌদি। লৈপাক্কী লাইতোংবা, তোংবী, অমাইবা, অমাইবীশিংগী মরক্তা পন্থৌ য়াওগদবা নত্তে, পন্থৌগী য়াথং মখাদা অমাইবা-অমাইবী লৈগদবনি। পন্থৌগী মতিক ময়াইদি মণিপুরদা নত্তনা পৃথিবী মফম খুদিংমক্তা শকখঙনবা হৌরক্লে, হেন্নসু পাক শন্না খঙলকখিগনি। ঐনা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইরবসু "ঐ" হৌজিক্তি য়াম্না লাইরবা করিসু উপায় লৈত্রবা নিংথৌ হায়বা মীংথোলসিমত্তং ওইজরিবা ঐহাক্না কৎচনিংঙাই করিগুম্বা অমত্তা লৈজদে পন্থৌগী ইকায় ফমদা "চীংঙু লাইতায়ঙম্বা খোয়ুম লাইলুপ ঙাইখঙবা" হায়বা মীংথোলসিমত্তং কৎচগে, পন্থৌনা হরাও তয়াম্না লৌবীয়ু নচা ওইবা ঐহাক্না নীজরি।

ব্রাহন্থোক্তি অসুম্না তাকপী – মীওইবগা য়াম্না নকশিন্ননা লৈবা খোয়ুম লাই, মাংগী তুংগী উবা, মীওই মপোক্তি পোক্লগা লাইগী মতিক ময়াই ফাংখ্রবা অদুবু "চীংঙু" হায়না কৌই। চীংঙুবু তায়নবা ঙম্বা অদুবু চীংঙু লাইতায়ঙম্বা খোয়ুম লাইলুপ ঙাইখঙবা কৌই।

"খোয়ুম লাইলুপ" ব্রাহন্থোক অসুম্না তাকপীখি – খোয়ুম ময়াম্না তাইবঙপান শেন্নকপা হৌরবা চহি-চহি খুদিংগী খোয়ুম লাইয়াম খুন্দিন্নবা মতম অদুদা মীরমলেন্দা শাফোংখিবা লাইগী মচা "পারি" মীওইবা ঐখোয়গী "পন্থৌ"গী ব্রাহে অমখক্তংদি তাখিসি অফববু ওইরবসু য়াওববু ওইরবসু হায়দুনা খোয়ুম ময়ামগী অপুনবা মীফম অমগী মনুংদা পন্থৌগী ফিদা পিদুনা লৈ অদুগুম্বা অদুবু 'খোয়ুম লাইলুপ' হায়না কৌই।

"ঙাইখঙবা" লাইগী লিক্লমদসু লাইতায়নবা ঙম্বা মীওইবগী মরক্তসু অমগা অমগা শকখঙ মাইখঙনহনবা নুংশি চান্ননা মীয়াম্নসু লাইওইবা ইপাবু নুংশিজবা লাই মচেৎ মী মচেৎ অমা মীওইবগী শক্তমদি মপান্থোংদা উহনবা নুংগী য়াইবীরেলদনা লাইনা লেংশিল্লগা লাই হেক্তা ওইহনবা মী-লাই অনি নকশিন্নহনবা ঙম্বা লংতাম ওইবা ঙম্বসিবু ঙাইখঙবা হায়না কৌই। মদুমক্না মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না মীয়াম্না খঙনরিবা নচানা কৎচবনি মীংলেনসে।

লৈবাক মীয়াম্না অমদি মণিপুরগী ওইনা য়াইতোং ফমদোল, মাইচৌ-মাইনৌ, অমাইবা-অমাইবী কনামত্তনা ঐনা পম্বৌগী মকাযফমদা ফিজোল অমদি মীংলেন কৎপসিদা রায়েৎ লাকপা য়ারোই হায়না শক ২০০৬, শগোলশেল নুমিৎ শজিবুগী থানিল, এপ্রিলগী তাং ১৩, লুরাং মতমদা লাইগী লিক্লম অমগা লোইননা মীয়াম খঙনা পাংথোকখি থৌবমসিমক। নুমিৎসিমক্তদা খঙহৌদনা তাংজা লিল মচা অমা লাইফমলেন তম্না লাকই, মীওইবা ঐখোযগী ইবক্তা চংলকই। ঙাইহাক্কী

**MAHARAJA OF MANIPUR**
ANAKONUNG IMPHAL

শক - ১৩/৪/০৬

[illegible]

লৈশেম্বা সনাজাওবা
মহারাজা ওফ মণিপুর
সনা কোনুং

# তরাহুমদোই

**ফজদ্রা, নুংশিদ্রা ? মীংথো**
**লাইওইবনা থৌজানবীবা**
**ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিট্যুট**
**অমুক্কসু হন্না শজিবু**
**ঈনাই ঙাইখঙ ফেষ্টিভেল**

থব্রায় পানবলক্তুগীদি নমু তাইবঙ মীওইবা নহাক্কী নীংথিরবা কয়াৎশুরবা তাইবঙগী শক্তম, নীংথিরবা শকওংশক্তম অদো লাইওইবা ঐগীদি ইবলনি। মীকুপ অমদা পামেলনি, মীকুপ অমদা লৈরাংনি। লৈরাংগী লৈকালক্তা তিন্নিংলুববা লাইওইবা ঐনি। কাইদোংলুরে তাইবঙ মপাবী অদুগী শমু হকচাংনুংদা, ঈতিনখ্রে যাইবীরেল অদুনা ইরোইননা মপু ঐগী লাংওলদি চৎলিবা চৈচৎ অদুগী লাংওল লংতাইলক্তুদা 'সঞ্জেননহা পাখংবা' নুংশিবা মীংলেন 'সঞ্জেনসনা পাখংবা' মী মচেৎ, লাই-মচেৎ খোয়ুম লাইওইবগী মতিক ময়াই চীংঙুনা ফোংদোক্লে, শজিবু থানিল শগোনশেন নুমীৎকী মীকুপ্তুমক্তদা 'চীংঙু লাইতাইঙম্বা খোয়ুম লাইলুপ ঙাইখঙবা' মীংলেন অসিগা ইরোইননা মাংহল্লরোই, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ-থানা লৈরীবমখৈ হৈখাক হৈরু অসি হুল্লন্নগে মালেম ইমাগী ফমপাকথকসিদা। মালেম ফমপাকথকসিদা শৈদাংলিবা নমু তাইবঙশিংনা অমা লাক, অনী লাক, অহুম লাক ককচেং শঙ্গুনা পরেং পরেং য়াংদৌ লম্বী থীবগুম, থীবক্লেদো তাইবঙ কয়ানা। মচা মনাই ওইজরিবা কয়ানা পন্থৌগী থৌজাল ফংলবদা মাগী মাগী ওইবা পুক্নীগী মপাওবু তমজবি।



মীং : থোকচোম মনিহার
শিনফম : রিটায়র্ট ডিরেক্টর, এল.দি.এ
লৈফম : কোংপাল সাজোর লৈকায়



ঐনা পন্থৌগী নাক্তা য়ৌজরকপসিদা ঐগী অৱাবা পোৎলুম খুদিংমক থাংথবীরে, হকচাং পুম্বা পুংয়াং য়াঙখ্রে, শিরোই নারোইদৌবগুম পুক্ নীংসিদা খল্লি। 'পন্থৌ' ইপাগী নাক্তা চীংশিন্নীবশি ঐগী ইনাওনুপা মণিতোনগা নুমিদাংবাইরম খুদিং ইপাগী মরমদা পাউশান্নবা ফংজবদগীনি। থবক তৌরিঙৈ মনুংদদি থোইনা হেন্না ইপাগী নাক্তা নকশিঞ্জরুবা ঙমদে, থবক্তুগী পোত্থারবা মতুংদদি লেমহৌরিবা পুন্সি খরা অসিদি ইপাগী থৌগল ফংজরগে হায়না লেপচরে।

মীং : মমা ভুরেশ্বৰি
শিনফম : কোস(বাসকেট বোল)
ইপুরোইবগী মীং : এস: কে: চেটরজি (ফুটবোল কোস)
লৈফম : উরিপোক য়াম্বেম লৈকায়



শ্রীমা কালিবু নীংজরুরবা মমানা ঙসিদি 'পন্থৌ' ইপাবু নীংজদুনা হাপ্তা অমগী মনুংদা নোংমতা লাকচহৌদ্রবদী পোত্থাফম খঙজদ্রিবী মমাগী শক্তম।

মীং : চুংখাম গুন্নমনি
শিনফম : বিটযাব এসিসটেন্ট টিচব
ইচা মশিং : ৪ (নুপা ২, নুপী ২)
লৈফম : ব্রহ্মপুব চুংখাম লৈকায

পন্থৌগী থৌজালনা মীৎ লাযেংবা চৎলুবা মমানা অনাবা ফবগা নুংঙাইবা পাউগা লোইননা হৈবাং লৈবাং লানখৎচবা লাকচবি লোইননা মচা নুপা অভোনবা সঞ্জিবপু পন্থৌ ইপাগী থৌগলগাদমক শান্নবিবিবা মমা মচাগা শক্তম।

ইচা সঞ্জিব : 'পন্থৌ' ইপাগা নাক্তা এনা লাকচখিবদি অবেপ্পা পান্দম ভমা থন্না লৈতে, অপাম্বা অমা থুংদবসু যাদে হাযবগী বাখল্লোই লৈজদে। অবানা নুংঙাইবা অনিগা খেৎনবা কবিনো খঙখিদে। লাইবিকসু চহি ১২মুকসে ISKCON দা চমজবকই। চহি খবা অসিদি শ্রীকৃষ্ণ অমশুং জগনাথকী মূর্তি লাংচদুনা সেবা তৌজে। চহি খনা অসিগী মতুংদা 'পন্থৌ' ইপাগী মাংলেন ভাজবদগী ঐগী পুক্না বাখল অনিসে লোইনা হোংখ্রে। ঐগী ইবোল ইযেক ভান্নজব অশেংবা লাই হাযবদো লেবে নাংজদুনা ঙসি ইপাগী নাক্তা যৌজবক্রিবনি।

থৌজাল ফংলনা মতুং লাইফি শেৎলগা 'পন্থৌ'গী নাক্তা লাকচবা মতমদা ইমান্নবশিংনা হংবীবকই 'নহাক লম্বোইগদৌবব্রা? মৈতৈ ওন্নববা?' ঐনা খুম্মী, নখোযদি মৈতৈ নত্রব্রা, কবি জাতিনো? লম্বোইবা হাযবদি কবিনো? ঐগী লোন নত্তে, ঐ খঙদে। হংলক্রিবা মখোয তুমিন্না লৈহৌই। ঐনা মখোযগা খনবদা নুংশিবী গুন্থোকপনিদা মশানা মশাবু মশক খঙজদ্রেদো। মখোযগী বা ঐ কবিসু নাচুংদে, ঐগাদি নাংজকবা 'পন্থৌ' ইপানা অশেংবা লাইনি। মতম চুপ্পদা ইপাগী থৌগলতবু ঙমজবা পীনবীযু হাযনা নীজবি।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | ব্রাংখেম ওংবী নাওবী |
| শিনফম | : | করবার |
| ইপুবোইবগী মীং | : | বাংখেম নবেশ |
| লৈফম | : | চঙাঙ্গে |



নহা ওইরিবী মৌগী শিংদা চল্লবী নুপী ওইবশিংনা ঙসিদি 'পন্থৌ' ইপাগী চৎন-লোনচৎ, লাইনিং লাইশোন, মৌ অমগী ফিজেৎ, ফনেক ফিদোল চীংখৎপা, কোকখুনবা পুম্নমক অসিবু ঙাক্না চৎচবা পামজরিবী মমা অমা।

| | | |
|---|---|---|
| মীং | : | লাইশ্রম ওংবী শ্যামাশখি |
| মপুবোইবগী মীং | : | লাইশ্রম ভুবোন |
| লৈফম | : | ক্বাকৈথেল থোকচোম লৈকাই |
| ইচাগী মমীং | : | ১) এল অবোথে (বিনোই) |
| | | ২) এল চাওবা (নিসান) |



ঐগী ইচা অতোম্বনা ক্লাস ৮ তম্বা চহিদগী পন্থৌগী নাক্তা লাকচবনি। হৌজক এঞ্জিনিযব তম্বা চহী ৪ শুজরক্লে। ইপুরোইবগা ইচাগা পুন্না নীংজবা লাইফম, অসুম নুংঙাইবসিদি লৈবন্নবোই মালেমসিদা।



ইচা অনিমক্না মহৈতম্বা চৎখ্রবা মতমদা ইপু-ইনায অনিদং লৈবা মতমদা ইহাং হাংবা অমদি ওই। বাবাসু বাবাগী থোকপা ঐসু ঐগী থোকপা অদুবু পন্থৌনা মচা

ওইবা ঐখোয়দা কৌবীবা মমা, বাবা হায়বীখিবা ব্রাহৈসিনা ইমুংসে পুমথন থল্লি, পুংপেন পেল্লি, অহাংবা অমা ওইরম্বা মফমদু হাংদ্রে।

মীওইবগী পুন্সিদা ফনা য়াম্না নুংঙাইদুনসু অব্রাৎপা অমমমদি লোইনা লৈ। মীকুপ অমখক্তং খন্থরুবদা বাবা ঐখোয়সে পম্থৌ থেংনরুবসে লাইবক ফৈকো হায়দুনা ইপু ইনায় পাউশাঞ্জবদা নোংঙানখিবা খঙহৌদনা অদুম্নক হৌখি। ইপুরোইবসু থবক অমা তৌজৈ, এগ্রীকলচর দিপার্তমেন্ততা ফিল্ড এসিস্তেন্ত ওইনা লৈজৈ, পোস্তিংনা সঞ্জেনথোংদা তাজৈ। ঐসু আই এফ সি দি দিপার্তমেন্ততা এমপ্লোয়ি অমা ওইনা লৈজৈ, পোস্তিংনা বিষ্ণুপুরদা তাজৈ। খজিক খজিক ইখুত্তা থৌজালবীবনা ইচা শেমজবা ঙমজরি। পুন্সিসিদা থেংনরকপা থবক ইনখাং চৎপদা, উরকপা মীওইবশিংগী চৎনবী অসুক্কী মতীক য়েংজবসিদা কিসু কি শাওস্ শাওনিংই। শড়কসিদা চৎলিবা নৈশাবীশিংনা শেৎলিবা ফিতৎ ফিরাং, নুপা ওইবশিংনা চাশিল্লিবা ময়াই কাবা চাঙ্গাকশিং, নুপী ওইবী, মমা ওইবী কয়ানা শেৎলিবা-ইল্লিবা ফিজোল, ঐখোয়গী মণিপুরসে নৈশাবীসু মৌসু চপ চপ মান্নবা। তাহৈদবা তাবা, উহৈদবা উবা অসিগুম্বসিনা পীক থল্লবা ঙসিগী তাইবংপানসিদা পম্থৌ লাইওইবনা য়ূম্বাল-কৈবাল, চৎন-লোনচৎ কয়া তাকপী শাজৎ-লিচৎ কয়াসু মশক তাকপী।

লাইওইবা ইপাদা মচা ওইবা ঐগী করিসু নত্তবা অমগী পাউদমজগদবা লৈতে, ওইজ ওইথক খক্তংগী য়েংলগা লাইবু নিংজগদবসু নত্তে। থম্মোইবু শেংলবদি মকপু মক্রুবদি খোয়ুমগী খুয়া থম্বাল শোকপা ফংইকো। পুন্সি অসিগী থেংনবা অবাবা খুদিংমক্তি ঐগী লাইবক্কী থৌদোক অমগী রারি ওইনবা থেংনহল্লিবা ওইরমগনি। পুন্সিসে নুংঙাইবখক্তা ওইগে হায়বদি কনানবু য়াগদগে ইথন্তা খঞ্জবনি। ঙাল্লম্বা ন্নমিৎসু মমখিবা লৈ, পম্থৌবু নীংবগী করি কান্নবগে? ব্রাহং কয়া কয়ানি হংলিবা করিবু হায়না তম্লুগনি। মীপুম খুদিংমক্তা ব্রাখল অসি লাকশিনবা ঙন্নিবা অফবা অমসুং ফত্তবা ইশানা খন্দোকপা ঙন্নিবা, পুন্সি অসি কদায়দগী হৌরক্লগা কদায়দা লোইশিনবা ঙম্বা হায়বা পম্থৌগী থৌজালসিবু ঐনা তাইবঙ কনাদা তম্লুদোইনো। ঐগী ইচিন মচাসিনা শোঞ্জবদা খিকথবীবদি খোয়ুম লাইনা হেন্দুনতা লৈরবা নীংজবা ঐ খক্তনা খঙগদবনিকো পম্থৌগী ময়াই মঙালদি।

মীনা খন্তভী হৈরে হায়দুনা লাইগী মথক্তা ব্রায়েনবা য়াদে, ব্রাচেৎ কারণ থাংবা য়াদে। লাইদি পুম্নমক্কী মথক্তা লৈগনি তাইবঙ ঐখোয় খ্বাইগী ব্রাখল লৌশিং হাপ্পীরিবনি। খণ্ডদবা উদবা. লৈতে লোইনা উই, খন্তভী, তাদবসু লৈতে। থা অমগী অহানবা য়ুমশাকৈশ মীফম অমগী মাংওইননা ইপানা নোংম হংবী 'ইচাশা, হন্দক্কী মীফমদদি করি চাশিগে?' পাউখুমজদ্রিঙৈ 'পন্থৌ'না থরোই থোংবা চাশিরা? খংনোক নোকথোক্লুই, পুক্কীংদদি ইপানা ঐখোয়দা পীজগদৌরিবসিবো করি ব্রাহস্থোকপু ওইরিগবা ? মখা তানা পাউখোং চন্বীরকই - 'মাইথোং হঙ্গৎনা হাইগৎপা ঙমদবা খ্বাইদগী তোনবা মমাইনা শিংৎলগা চৎপা করম্বা জীবনো? 'থরোই' ঐনা খুম্মী, অমুকসু হঙ্গৎলুই 'পন্থৌ' অসুক তোল্লবা জীবসিবু ঐখোয়না চাগদৌরিবসে করিগীনো? **লাইওইবা ইপানা তাকপীরকই :** ঐবু নীংবদগী নখোয় খুদিংমক চাদি চানিং নথম্মোইদুনা ব্রানা খাংলিবদু নুংঙাইতদুনা তৌবনি। অচম্বদি নত্তে লাইরোল অমা লৈ, থরোই নীংখাবিসে লাই থোকপদা লাইচুম ফায়দনবা হায়দুনা থরোই মচুম পীথক্লবনি ফবসু ফর্বনি। চৈরাওবা হয়েংনি হায়বগী নুমিদাংদসু খোইদৌ চেৎননবনি হায়দুনা লাইথরোই থোংলগা চান্নে। লাই কশা, লাই ফত্তবা খুরুম্বদসু থরোই অহাম্বা অমা, মৈতাল অশিবা অমা, কবোক খোইদুম অহুম, হৈনিং, হৈক্রে, হৈভুপ, শিকি চৎপী অমা লাশেৎ অমদা হাপ্লগা য়াচংলকপা মতমদা থোঙ্গাল ব্রাংমদা লৈরক শাথৌবা, খোংবাল লাল্লুম্বদা শিন্নরগা ঙসিদগী নহাক্কী চাকথাক পীরবনি নহনফমদা নতেফমদা তেরো শ্বা থারবনি হায়না থাদোক্লম্নগা হন্না য়েংলমদনা চংলক্কনি। লাইনা থাবা তাইবঙ চীঞ্জাক ওইনা থম্বীরম্মবনিনা ঙসিদগী চারোকো চিংনরুরনু। হোরেন ইচা ময়াম্না অমনা কৌ, অমনা খুম য়েংনিংখ্রেদকো ইপাদি ইচাশিংগী কুম্মৈদো। স্না-লুপা, পৈশা উরগা নোকপা য়াবা নৎতেনে ইচাশিং - ব্রাহৈ খরা অসিনা থম্মোই অসে পুংপেন পেল্লি, লৈরিবা খোয়ুম লাইগী ময়াইগী নুংঙাইবসিদি মালেম অসিদা লৈরিবা পোৎশক অমত্তনা মহুৎ শিনবা য়াররোই মতমচুপ্পদা হেনদুনতা লৈরগনি।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | গুরুঅরিবম রাধে |
| চহি | : | ৬৭ |
| শিনফম | : | রিটায়র্ট এসিষ্টেন টিচর |
| ইপুরোইবগী মীং | : | গুরুঅরিবম বঙ্কহীহারি |
| ইচা মশিং | : | ৪ (নুপা ১, নুপী ৩) |

ঐনা ইপুরোইবা লৈতবা মতমদা পুন্সি অসিনা হিংলুবগী করিবু কান্নগদৌ-বিবনো, মীকুপ অমদনা ঐনা অমুক লৈত্রবদি ইচাশিং অসিবু কনানা য়োকহৌবা বাখলসে মওন-মওন্নি। ইচাশিংনস্ ঐগী ইতৌ উবদা মথম্মোই পীকশিনর্খিনি, ইচাশিংগী থৌনা হাপ্তবা যাদে, শোন্থবা য়াদে হাযদুনা পুক্নীংসে ফাজিল্লি। হিংনরিবা মীওইবগী পুন্সিদা মতু শোনবা মীদি মী ওইনা খনদে, হন্থনা য়েংদনবগীদমক ইমুংগী লৈতবা লাইরবদি ঐখক্তনা খঙগদবনি। অমুকসু ঐনা তৌগদৌরিবসিবু কবিনো হাযনা খন্থকুবদা মীৎকী পি হেক্তা শিন্থবকই। নুপী ওইবীনা মপুরোইবা কায়নখ্রবদা মনাইনুপীদুনা ফনা শিংবা ওইসনু ব্রাখল লৌশিং থোক্কে। ফজবা ফি শেৎনীংদে, মীমাং থোকনীংদে, মীগী থৌদোক-রাথোক চৎলে মচি মরুমদা পাঙ্গল থোকপা ঙমজদে। মপা লৈত্রবা ইচাশিংসে কদায়দা শোইখিদগে ঙামখিগদগে, খুবৈ অমা হেক শোইখিবদা ঙাংনবীখিনি পুং পাং শুদবা মচানা কযাবু ফগবনো, খনবদা ওন্থোক্লা ব্রাখ্রে।



শক ১৯৯৯, সেপটেম্বর থাদনি ইপাগী নাক্তা ঐনা য়ৌজরকখিবসে। ঐদি 'পন্থৌ'বু মাইব-মাইবীগী বাখলদা খঞ্জখিবা লৈতে শুপ্নতগী লাইনি হায়বসিনা ঐগী পুক্নীংগী ফিবেপ্নি। উজবা মীকুপমক্তসু কিসু কিজৈ, য়াম্নসু নুংশি, পাসু পাখৎলি, ইপাগী নাক্তা চংসু চংশিন্নিংই। নুমিৎ খরনিদি ইপাগী

নাক্তা য়ৌশিনবা ঙমজদে, খোং শোক্তুনা অমুক্তা খুরুমজগে হায়বা ফংদে। খুরুমজবা ফংদবসু পুক্লীংদা নুংনাংবা কবিস্ লৈতে, যামখ্রবা মীয়াম মরক্তা কবম্নসু হেক্তা খুরুমজবা ফংলুনি। তরাই-তরাইবসু নত্তে হকখ্রবা লাইওইবা অমবু ঐনা তাপ হেক্তা ফংবা য়াব্রা? নোংমদি ঐগীসু নোংদম্বনা তম্বীবা অমা লাকখিনি খন্না ঙাইরকখিবনি। মংর্জাখিবা মঙ খঞ্জরকপা খুদিং ঙসিদি ইপাগী থৌজাল ফংজরে। মীকুপ খুদিং মীৎকী পি কংখিদবা ইপাগী থৌজাল ইরিক্লা মীৎকী পি তৈথোকপীরে। পিবাংগী মহুৎতা যাইগী যাই, ময়াইতবু খুঞ্জরে। হৌজিক্তি ঐগী থম্মোইসে য়াম্না চাউথোকপা ঙমজবে, নাগনি খল্লুদ্রে, শিগনি হাযবস্ কিকদ্রে। মীগা মাইথোক্লনবস্ পন্থৌনা মাংদা লেপ্পীগনি ঐনা ভুংদা ইঞ্জগনি খনবদা কংাস অকিনা লৈত্রে। 'পন্থৌ' ইপান্ হেনবা লাইন্ কদাযদা লৌবিদগে, নাংডবা ঐগাদি লাই্ং, চা শিংনাগ মপোকসিগী অরোইবা মতমস্ ইপাগী খুযা খাদা চংজগে। 'পন্থৌ' খাদা 'পন্থৌ'।

| | | |
|---|---|---|
| মীংলেন | : | গুরুময়ুম নন্দরানি |
| চহি | : | ৬০ (হুম্ফু) |
| শিনফম | : | ইয়ু.দি.সি. (ভেটিরিনরি ডিপার্টমেন্ট) |
| ইপুরোইবগী মীং | : | গুরুময়ুম স্নায়াইমা শর্ম্মা |
| লৈফম | : | ব্রাংখৈ কোইজম লৈকায় |

মী ওইবনা নক্কা লৈবা ইশাগী লাইবকপু উবা ফংজদে হায়বসে ঙসিদি চুম্লক্লে। নক্কা লৈমিন্নরিবা পন্থৌবু নোংমতা নীংশিংলুদে থাজরুদে। অথাপ্পগী মরূপ মপাংশিংনা হংলকখিদবদি নত্তে নখোয়দি নোংমতা পন্থৌগী নাওা চৎত্রা, নাংঙ্দ্রা? ঐনা খুমখি চৎচবা নাংজবগা শংজ লাকচদে মাইবা লাইবা কোইথি থিবযে ইশাগী থবক হোৎনবদা মতমগা অমত্তা কোন্নদ্রে। মাওইবনা অবাবনা পনখৈ ফংলম কান্দদা লাই থিবকই হায়বদো হেক চুম্মী। ঙসিদি ইচিনশিনা গুলানলম্বা



লাইওইবা পন্থৌ ইপাগী নাওা এ ঙসিদি ভুংলবে। কাওগে খল্লি কাওঙমদে, চৎলবোই খল্লি হেন্না হেক্রা চৎনিংই। ঐনা ব্রাহ্মন শাগৈদা পোকলুবনা ইপুবোইবগা মতুং ইন্দুনা বাধা গোবীন্দগী সেবা অদুম ফংজে। অঙাওবানিদি হায়বনি ঐনা অয়ুক্কা নুমিদাংগা আরতি কৎপদা কাংশি খিংলে ইপাগী নাকে তানবা মৈবনি, লুক কৎলে 'পন্থৌ' ইপাদা কৎপনিকো পুক্নীংসিদা খন্দুনা থৌগল ফংজে। পন্থৌগী থৌজালদি নীংজকবা মচা ঐনা ফংজবে, নীংদবা কনানবু খঙদোইনো। এবু লাইফমদা চৎতনা ইপুবোইবনা ঙাংবশি তানোইবীনি, কল্ল কল্লবা বাহে ঙাক্তনি চৈবিবা থাংলিবা, অসিদগীসু হেন্দোক্তনা থোং ফাওনা শো লোনশিন্দুনা থম্মী। ইপুবোইবগী মঙংদুদা থাওনাংবদি লাইবদনা নোংকনীংই, ইথন্তা খল্লগা খঙদবা হায়বসে খঙদবনি

শাওবা য়াদে, লাইবু চৈবা থাংবা শীংনবসে ফৎতবনি মশাদা শোইদনা তেনবানবা তারে হায়দুনা অমুক রাজে। পেন্দবা নুংঙাইতবনিনা ইপুরোইবগী মতৌ মওংদো ইপাদা অমত্তা চীৎথদনা অঙাং মচাগুম কপ-কপতনা তমজে। ঐনা থম্মোই শোক্লা তমজরবসু 'পন্থৌ'দি নুংঙাইতবসু লৈতে, শাওনীংবসু ফাওদে, নোক্নগা মমা মমানা ঐগী নাক্তা লাকচরবসু, নীংজরবসু মমাবুদি ববানা মমাদগী ঐবু নীংবা শোনবা হেল্লে চৈববু ওইরো ঙাংববু ওইরো নোংমগী মনুংদা ফমুংদগী হেক কুমথরকপদগী ঐগী মীং পনবসে রাধা-গোবীন্দদগী হেল্লে হায়না তাকপীরকই। ইপাগী ব্রাহৈদুদ্দি ঙসাইগী শাওনিংলুবা পুম্বা লোইনা ফগ্রে, অসুম্না পুক্লীংসে ফাথবীদুনা কনাদসু ব্রাবৌবা লৈহন্দ্রে।

তশেংবমক্কী ঐনা পন্থৌ ইপাগী নাক্তা লাকচখিবসে ইশাগী ওইজবা খিবা হায়বদো শেংলবনি। ঐগী ইচানুপানা লাইওং খঙদনা নাবকপা মতমদা ঙাওদুনা লাই কদায়দা লৈবগে হায়না থিজরকখিবনি। ইপাগী নাক্তা লাকত্রিঙৈ ডাক্তর কয়া য়েংলুরে ফবা কৌবা লৈতে। অরোইবদদি ইপাগী নাক্তা চংজরে। নুমিৎতুমক্তা ইচাবু নুংশিনা কোনখৎপি তবাম্না ওকপি, লাযেংবসু হৌবী, শোন্দোকপী, শিদ-হীদাক পীথকই। অনি অহুমলক থংন থংননা ইপাগী থৌজাল ফংজবদগী ঐগী ইচানুপা অনাবা পুংফ ফবে। ইচাগী মৈনা ঙাওদুনা লাকখিবা মমা ওইবী অমনা মচানা অনাবা ফরকপদা নুংঙাইবোইদবসিবু কনা য়াওরমগদগে? ঐগীদি লাইনি, মীৎনা হেক উজবা লাইনি 'পন্থৌ' ইপাগী খোং শোক্কুনা খুকমজবা ঐগীদি পোকপগী মহৈ য়াল্লে।

‘পন্থৌ’গী ইশায়কোন্নুংদা লাইওইবনা থাবীবম্বা ‘ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিট্যুট’ উপাল অদুগী উখোংখাদা শাইদাংজরগা পুক্লীং খুন্দীন্ন য়াইবীরেল শকখঙন লাইওইবগী থৌজান মীৎয়েং খাদা শীল্থা শিনসু শিনবাংজবা ‘শজিবু ঈনাউ ঙাইখঙ ফেষ্টিভেল - ২০১০’গী থৌরম থৌগায় খরসু থমজরি, মীৎয়েং চীংশিনমীন্নশি।

## *Invitation*

*Cordially requested your kind presence at the*

**5th Shajibu Inat Ngaikhang Festivel**

*from 30th March to 8th April 2010 at Panthou Ishaikon*

*at 6 p m*

His Majesty Maharaj of Manipur

**Leishemba Sanajaoba**

**Smt Dr. Kh Sorojini Devi**
Director Deptt of Arts & Culture
Govt of Manipur



**Smt Dr. K. Sobita Devi**
Jt Director Deptt of Arts & Culture
**Govt. of Manipur**

*have kindly consented to grace the function as Chief Guest, President and Guest of Honour respectively*

***Organised by***
Ima Leishem Cultural Institute
Wangkhei Hijam Leirak

***Programme Overleaf***



লৈশেমবা সানাজাওবা, ইনিংথৌ



ওঝা মেথা অমসুং কাংবু



মামা ডাঃ সাবোর্শিনি, ডাইরেক্টব আর্ট এন্দ কলচব



মামা ডাঃ সোবিতা, জোইন্ট ডাইরেক্টব আর্ট এন্দ কলচব



মাইবী চৎকোই



লাইবেম্বা - লাইবেম্বী লৈশেমলোন চৎকোই

শজিবু ঈনাৎ ঙাইখঙ ফেষ্টিভেলনা চীংঙু লাইতাযঙম্বা খোযুম লাইলুপ ঙাইখঙববু খঙনহল্লি, নুংশিনহল্লি, তিন্নহল্লি কংলৈচা ইযেকচা শলাইচা খুদিংমক। পন্থৌ ইংখোল চাইকোইনুং ইমা লৈশেমগী উপাল অদুগী উখোংখাদা পুক্লীং খুনদিন্না য়াইবেল শকখঙনদুনা 'ঙাইখঙ' মহাকপু ওকচবি শজিবুগী থানিলদগী তরানি চুপ্না পন্থৌ মীৎয়েং শঙলেনগী ফমপাক থক্তা। অৱা-অনা পাউশান্নে, নুংশিননা লোইনজৈ শজিবু থানা লাকপদা। নাৎকী ওইবা ইবমদমসিগী চৎকোই খুৎথেক, ঈশৈগী তাম্থা, শুমাং কুম্মৈ, খুল্লং ঈশৈ, খুনুং ঈশৈগা লোইননা খুদোল কয়া তমজরি 'ঙাইখঙ' মহাক্কী মফমদা।

ঐগী হীংলিবা পুন্সিনা
বা অহীংবা ঙাংশি
বাকোইনা লম্বী তেলহনগনু
হুমাংগী মমল হঞ্জিন্দবনি।
ঐ মীনি হীংলিসে
ইশানা ইশাবু খঙজগদবনি,
'মতম' পাযদনা লুপ্পনি
ঙাংথোকখিবা বাহৈ হীংহনগদবনি।
ঐনা ফিদা কনগদবনি,
পাংথোকচবিবা শিন্থাগী মশক্কা
শিনবাংবা শিনশু তাকপদি,
চৌবকফম নাৎকী মশকসিদনি।
ঐগী পাংদ্রবা হকচাং,
মমল যামখ্রবা লাইনা
চংজফম অমদি থম্বাবি,
মুপ্না খক্কনা হীংসিক্কো।
ঐ ইথম্বা নত্তেকো,
মৈতৈগী ঈগী নাওযোম্না
যোমলিবা হকচাংগী পাফলনি,
হীংবা মীকুপতা মৈতৈনি।
ঐগা লাইশোলগী নাৎতা
পাংথোকপা শিন্থাবু খঙহল্লম্বা,
থবায যাওনা শিনশুবম্বা
হীংবসিগী মমল লৈববনি।

শগোলশেন, মঙাং পুংজা
তাং ১৮/৮/২০১১




'পন্থৌ'

